মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগতগী শেলগী মতেং ফংজহনা

ফোঙজবা

# দৃষ্টি পাত

( মিৎয়েং )

মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচবী

থোইবী দেবী

থোকপা ঃ—শ্রীপঞ্চমী

তাং ২২।১।৬১ ইং




অহানবা থোংবা ঃ—

কোপি ঃ— ১০০০

মমল ঃ—লুপা ৫°০০

[illegible] পুস্তক [illegible]

# দৃষ্টিপাত

পুং তরেৎচপ্পা আতিয়াদা পাইরবা মতুংগদা উইলিংডন এয়ারপোর্টতা থুংলে। এরোপ্লেন তাফনহ্ থোইনা চাউদে, অদুগা শাংবদি শাই। পৃথিবীগী লাঙ্গাও হৌখ্রবা মতুংগদগীদি মফম অসি ইঙ্গ মার্কিন অমসুং চিনগী লান্দা ফাওরবা মীওইশিংগী চথোক চৎশিনগী লমদনফম ওইখ্রে। নিতিগী চেফোংদা মসিগী মরমদা যাম্না পাল্লি।

ঐখোয়না তোংলিবহ্ ডগ্লাস্ ইঞ্জিন অসিগী জাৎনি। অসিগুম্বা অপাইবীগী জাৎ অসিদা ফ্লাইং ফোর্ট্রেস অমসুং লিবারেটর প্লেনগী হেক মথংদা মসিনি। লৈবাক শোক্তিনৈনা তারে হারবা ওম্মি। মসিগী মওংসি চাউই, যাম্না ওংই অদুগা যাওসু যাওডি। পূরানদা লৈগী দোলাইগী রারী লৈ। মহুদা তোংলগা স্বর্গ কাবা য়াই। হৌজিক্কী এরোপ্লেন দোলাইগী চৎফমদি মর্তলোকনি। অদুবু সারথি অদু হৈ-শি দ্রবদি করিগুম্বা মিকুপ অমদা তোংলিবা মীশিং অদু স্বর্গ য়ৌগনি হায়বদা অওকপা নত্তে।

এরোপ্লেন তাফমগী থবক্কী মকোক ওইরিবহ্ বাঙ্গালীনি। ভদ্রলোকতু চইদি নহানি অদুগা ব্যবহারদি মপা লৈতে। ফজবদা ফাওরবী মহাক্কী তালোয় মণিকা মিত্রনা নয়া দিল্লিদা লৈরিবা অয়াম্বা বাঙ্গালশিংগী পুক্কীও হূনবগী মরম ওইরি।

উপাক্কী শিড়িদা কুমথবা তারম্মি। অওকপা মতো অমনি। হৌজিক্তা অয়ুক্তা কলকাতাদা লৈরম্লিবনি। দমদমগী লম্বীদা গ্যাসকী মওালশিং অদু মতম অদু ফাওবা মুত্রি। খোঙ-লম্বী দা হিন্দুস্থানী দোকানদারশিংনা মকোক খুমজিন্দুনা হিদান মথক্তা কম্না তুম্লি, কর্পোরেশনগী কুলীশিংনা রাজধানীগী

মী য়াম্না চৎনবা লম্বীশিংদগী উফুল হৌদনবা ঈশিং উতোংদগী ঈশিং চাইবা কোয়না চেল্লি। সাইকলগী হেন্দলদা খবরনা চীংমুক রাংনা পৈশিন্দুনা হুকরশিংনা য়ুমথোঙ য়ৈনা চেল্লি।

হৌখিবা অহিংদা কল্লা য়াতাখিবী মালেমলৈমগী তম্পাক্তগী অহিংগী অরোইবা শরুক্তু হৌজিক ফাওবা মুত্রি। আতিয়াদা শিরমদাই থাজগী মচেৎ তারবা মঙাম্না অথাপ্পদগী উপাম্বী পরেংগী মতোন্দা হৈরাং নাহে চল্লবী চন্নুগী মরেক মহাও য়াওদ্রবা মায়থোংগুম মঙাল য়াওদনা ঙাল্লি। থরান্মিচাক খরস্থু কুপফেৎ কাফেৎ ঙাল্লি। লম্বীগী নাকন্দা উশা উশাদা উচেকশিংনা তপ্পা তপ্পা খোংবা হৌরক্লে। দমদম এরোপ্লেন তাফমগী অথাপ্পদা লৈরিবা লীমোন কোলগী অরাংবা চিমণীত্নুনা আকাশকী লম্বীদা খোইদ্রিং খোইদ্রাং য়েকপা ছবিগী মতৌগুম উরি। এরোপ্লেন কোমপাণীগী অঙোবা ফিজোন শেৎপা থবক তৌবা মীশিংনা টিকেট য়েংবা অমস্তুং পোৎ ওন্থোক ওনশিন তৌবদা চিল্লি। অথাপ্পদা বরাসতকী লম্বীদা চংলি তপ্পা তপ্পা মণগাড়িনা পরেংশানা, নুংশিংনা হুমদোকখি্র মখোয়গী থাউ থাক্ত্রবা চাকাগী অরা-খোঞ্জেল।

পূং অমা মথাই তাবমক্তদা নয়াদিল্লী। মরক্তা বামরৌলীদা পূং খরদং পোথাই—অয়ুক্কী হকচাং শে দোক্লবা। থৌরাং লৈরবদি চাক চারগা অমুক হন্না দিল্লীদগী সন্ধ্যামক্তদা কলকাতাদা হল্লগা মেট্রোদা সিনেমা য়েংবা য়াই। রেলনা চংলবদি নোংমগা চাকচা-মাঙগী লম্বীনি। অথাপ্পবু নক-হনবা অমস্তুং চৎপা ঙমদববু লায়না চৎহললিবা বিজ্ঞানসে, মহাক্কী জয় ওইসন্নু।

নিঙশি লি অঙাং ওইরিঙৈগী রা। অয়ুক্তা য়ুমগী অহলশিংনা থবক তৌই। চাকচা তোক্লগা নুমিৎ খুদিংগী নুংথিল তুম্বগী কাপ্পরবা হিদাক বঙ্কিমগী উপন্যাস পারদুনা ইমানা মনিঙগী য়ুমদা মশাত্নু কাংথোলদা তিং-থোক্তুনা হিপ্পা। মহাক্কী অস্তুম্না ঙাহাক্তং পোথাজবসি অঙাংশিংগী চেন-চোবা মখোম্না থুগাইদনবা হায়দুনা ইপুবোক্লা মশা লৌদুনা ফম্লি। ইপুবোক্লা মহাক্কী উবোই উদবোই তৌরবা মিৎ অতুদা নিকেলগী আনোক

অত্থু হাপ্লগা তপ্ন-তপ্না কৃত্তিবাসীগী রামায়ণ পারম্মি। অমরোমদা অমুক অমরোমদা অমুক ওন্থোক ওনশিল তৌরগা, মকোক্তা খাঙলিবা মোন অত্থুদা তাল ঙহাক থারগা খঙহৌদনা নাকোংদা তারমই

রাবণনা ফম্মি থৌরিবা নৈগী দোলাইদা।

নুংশিৎকী মতৌগুম য়াঙনা চৎলিবা আকাশকী লম্বীদা।

না চপ য়ুংদুনা অতুম হৌগৎলে। উম, চীংজাও, ঈশিং ঈপাক, জঙ্গল লান্থোক্তুনা দোলাই চংলি অহাঙবা লম্বীদা মশা ফন্দোক্লবা উচেকী মতৌগুম, অরাপ্পদগী অরাপ্পা, নৈবাক অমদগী অতোপ্পা নৈবাক অমদা। মুমিং য়ুংবগী থবক য়াওব্রবা তপ্লগা মতম অত্থুদা অঙাং ওইবগী পুক্নিঙদা থিংবা ঙমদ্রবা কল্পনা ফাওরকই। রাবণগী লাইবক করদা কলঙ্কপা পোক্লকই। মচা লাক্ষ অমা অমসু মত্রদগীসু হেনবা মশু মশীংগী নত্তে, মহাক্লা নিঙবা মতুঙইন্না আতিয়া কোয়বগী পাগল অৎগীদমক্কি।

মতম অৎগী অহল ওইরবা ইপুবোক্কী ভক্তি থাজবা অমসুং সংস্কারদা মতম শাংনা হৌথ্রবনি। মহাকমকী মশু মুপা নুপীশিংনা ইকুই কুইদনা লঙ্কাগী মবুঙোগা লাম্বা তৌরক্কনি হায়বা রাফম অসি কল্পনা তৌবা ফাওবা মঙোন্দদি ওইথোক্লমদবনি। দণ্ডকারণ্যদগী স্বর্ণ লঙ্কা ফাওবা নিকষাগী মচানা পূং কয়াদা থুংখিবা মত্থু কৃত্তিবাসতা য়াওব্রা য়াঙদব্রা হায়বত্থু নিঙশিংদ্রে, অত্থবু কলকাতাদগী দিল্লীদি,—মাইল চামাপলগা অহুমগী লম্বীদি ঐখোয়না পূং তরেত্তা লাম্থোকপা ঙম্মি। য়াঙবদি য়াঙঙি, অত্থুগা কান্নবদি নত্তে। চম্প্রা কমলা চাবগী মহুত্তা ভাইটামিন সি গুলী চাবগুম্বনি।

এরোপ্লেন যুগকী মমাঙদা লম্বী থোং কয়া লান্থোক্তুনা চৎপা অসিতনা কোয়বগী উদ্দেশ্য ওইরমদে। অতোপ অতোপ্পা মীওইসিংগা তোংনন-তিন্নবগী কান্নবা অমসু ফংলম্মি। তপ্না চৎপা ষণ গাড়িগী রাদি থম্লসি ; রেলদা কোয়বদসু মীগা মীগা তিংবগী থৌদোক থোকই ; এরোপ্লেনদদি মসি থোকপা যাবগী ফিবম নৈতে। লাল হৌরকপা মতমদা ভারতবর্ষদসু এরোপ্লেন চংথোক-চংশিন য়াম্না হেনগৎলকই। মুমিদাংগী

পৃং মপন্দা গ্রেট ইষ্টার্নদা নুমিদাংগী চরা চারগা দমদমদগী প্লেন তোংতুনা ফজনা তৃমতুনা চংগ্রবদি মথংগী অয়ুক্তা বোম্বেগী তাজদা ব্রেকফাষ্ট চাবা য়াই। নুমিৎ অতুদদি শেল পীজবগী হাফমত লৈররোই নত্রগা শেল পীজতুনা নমতনা টিকেট লৈবগী খৎন-চৈনবসু লৈররোই, কুলীগী খৎন-চৈনবা নত্রগা চৎমিন্নরিবা যাত্রিকশিংগী অরাঙবা অমত্তা লৈররোই। মিভৎখোঙদা 'চা গ্রাম' লাউতুনা কনানসু তূম্বা থুগাইররোই। ঈশিং য়েনবশিংনা মখোয়গী বালতিদগী খৌরাংলবা যাত্রিকশিংদা খুজোক থম্না ঈশিং হৈদিররোই অতুগা টিন-না কুপ্পা য়ুমগী থোঙ হাংদোক্তুনা লায়িন্টসমানদা অশংবা খুদম উত্তুনা গাড়ি লান্থোকপা মতুসু উবা ফংলরোই। তৌজিক্কী নিজ্জান্না মীওইবদা অয়াঙবদি পীরে, অতুগা নুংঙাইবদি মুন্দনা লৌবিখ্রে। মতুদা খোঙচৎকী নুংঙাইবদি লৈ, পুক্নিঙগী নুংঙাইবদি লৈতে।

এরোপ্লেন তাফমগী হাংমদা লাকপদদি, গাড়ি লৈবগী খুদম ফাওবা লৈতে। মতমদি নুমিৎ য়ুংবা মতুঙ পৃং অমা মথাইরোম তারে। মার্চকী নুংশাগী মৈশানা চাক্লবা আকাশ অমসু উফুলনা থল্লবা নুংশিংনি। মনাঙদা এ্যাগকালটমগী মী লল্লবা লম্বী। কললবা লম্বানগী নোংপোক নোংচুপ, খা-হাং, থক, খা,—য়েংখিবা মায়কৈদা হেক উরিবমখৈ শারবা মুশিংকী নিকুবা শ্বর নত্তুনা ইন্দ্রিয়দা করিমতা চঙলকখিদ্রে। শারবা শজিবুগী হাসি অস্তুক কুইনা রবি ঠাকুরগী কাবাদা তাত্তুনা লৈরম্লবনি; অতুবু 'লোলুপ চিতাগ্নি শিখা লেহি লেহি বিরাট অম্বর'........... ... ......হায়বদা এশেংনা করি খঙনবগে হায়বতু দিল্লীগী চাক্লবা নুমিৎ য়ুংবা মতম অসিদা থরতা ওইররসু সটম ফংবা ভস্ম। চৎমিন্নরিবা মাশিংগী মরক্তা তরেৎতি মারমগা মানি। মখোয়গা খাকাগা ফিজেৎ অতুনা লানগী মীওইশিংনি হায়বতু চি নদনা তাক্লি। ত্রিপালকুপ্পা চাউরবা মোটর লরী অমদা পোৎচৈ অমসু মপুশিংগা পূল্লা পোৎয়োম ওইনা নাঙখ্রে।

হোটেলদা থোঙদোকপা অকক্লবা মফম লৈতে, অমরোমদা চংক-দৌরিবা মফমসু খঙদে, লম্বীসু খঙদে, আশা অমত হায়ববু ইশাগী থোঙ

অনি অসিনা পুতুনা চংলিবসি মডায়রে। মসিবু নিঙশিংলগা লম্বী চংপা হৌগদ্রা কারিনো খল্লম্মি।

"অদোম্বু কদাইদা চংপিগদৌরিবনো, কাখংপিরো, থিঞ্জরমগে।"

"থেংলবা অহিংদা ভূট প্রেটনা কৌরকপগুম তারুরে। অহুবু অয়ুক নুংথিন্দসু ? নত্তে ; তুংলোমদা য়েংথোকখিবদদি উরে মাগী মোটরগী থোঙ অহু হাংদোক্তুনা লেপ্পুনা লৈরম্মি লানগী মী মান্দবা ঐগা লাকমিন্নবা মী অমতং এ, এস, বোখারি—ভারতকী ঈ-পাউ পীবগী মীওই অমা।

নুমিৎ য়ুংবগী নুংশা মৈশানা চাক্লবা উপায় লৈত্রবা মতম অসিদা লম্বীগী মচ অমদা লেপ্লহুনা খল্লি,—উর্বশী মশানক্কা 'লৌবিয়ু থরায়গী মবুঙো' হায়তুনা খুয়াদা ওন-থোক্লনা তুররবা ফাওবদা পেল্লোই হায়না।

পাউগী চে অমসুং রেডিয়োগী জগত্তা বোখারি সাহেবকী থাদবা থাগংপা অনিমক্কা চাং চপ মান্নে অহুম ওইদুনসু সরকারগী মিংচংকা থাক মথং মথং কারক্তুনা কাবদা বারবা প্রোমোশনগী মতোন য়ৌনা কারক্তুনা তৌজাক্ত মহাক্কা অল ইণ্ডিয়া রেডিয়োগী মকোক ওইরে। রেডিয়ো চংদ্রে-রৈগী পুন্সিদা মহাক লাহোর বিশ্ববিদ্যালয়গী ওজা ওইরম্মি। অরোংপা মমিংদা ফজবা রচনা কয়ামরুম হহুনা উর্দু সাহিত্যদসু মহাক অসি মমিং শান্না চৎলবা মী অমা ওইরম্মি। ভদ্রলোক অসি বা ডাংবদা যাম্না হৈ-শিংবা অমসু ফাগি-ফরাং তৌগনবা মনি। লাওনেল ফিল্ডেলনা মহাকপু ওজাদগী রেডিয়ো জগত্তা লৈবনি। কলেজগী লেকচর কাদগী রেডিয়োগী ষ্টুডিওদা অসোনদগী য়েংলুরবদি মহাক অসি বাংলা লৈবাক্কী শিশির ভাদুড়ীগা গোত্র অমতনি। মহাক মতোমতা নত্তে, মহাক্কী পোকমিন্নবা জেড, এ, বোখারিসু ফিল্ডেন্না হায়জবদগী অল-ইণ্ডিয়া রেডিয়োগী মাঙ্গোন্দা মহম শাগ্রবনি। অঙকপা নত্তে, মতম অমদা ভারতকী প্রতিষ্ঠানগী অঙকপা থৌশীল লৈরম্মি, ইণ্ডিয়ান বি, বি, সি,—বোখারি ব্রাদার্স কর্পোরেশন।

নয়া দিল্লীগা লম্বীশিং অসি মিৎ পেংওডাইনি। চুমদ্রিং চুম্মি, পাক-চাউই অতুগা উরুম লাংই। সৃৎ নানবা কার্যক্রক চাইথোরকপা, ডাষ্টবিন্দগী ফত্ত-হাউদি চাইথোরক্তুনা মো-হনবা নত্তে। চথোক-চংশনগা গাড়ি

মশীং অকক্কবনি ; খোঙনা চংপা মীশিংদা খুদোংথীনিঙঙাই লৈতে। ভারতকী অতোপ অতোপ্পা শহরদৌনা মতম লৈবখিবিক্তা অকিবা লৈতনা যণশিংনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবগুম্না মফম অসিগী রাজপঠতা লৈবা উদে অতুগা লম্বীগী নাকন্দা য়ুমগী মাঙ্গোল অমদগী খঙহৌদনা চেম্বোরক্তুনা রাইরগানি হায়বগীস্থু চিংঙ্গিঙঙাই লৈতে। মরক মরক্তা কোইরপ কোয়বা অপিকপা মওংগী পার্ক, মফম অতুদগী সাইকলগী চাকাগী স্পোকতৌনা লম্বী কয়ামরুম শন্দোকখ্রি পার্কশিংগী মমিঙ মফম, মওং অমত্তনি। উইগুসর প্লেসকা ইয়র্ক প্লেসকা খেন্নবা হায়ববু মমিঙতনি। পুন্নমক চোকশিন্না শেম্লবা অমসুং ঙাক্লবা ঙাক্তনি।

লম্বীগী পরিচয়দি মীখা পোল্লিঙৈগানি। সরকারগী লোয়শঙদা মমাংঙৈদা থবক তৌরম্বা ইংরেজ কর্ম্মচারীশিংগী মমিঙনা লম্বীগী অরোইবা চিদাইদা ময়েক শেংনা ইরি। মোগল বাদশাহ বাবরদগী চাফ কমিশনার বেলী সাহেবকী মমিঙনা মফম অসিদদি শাংনা লৈরকপগুম তৌই। মরম অদুনা নুরজাহান লেনদগী বেয়ার্ড রোডনা হেংনা খঙনৈ। খঙবা ঙমলে. নয়াদিল্লীগী নগর ঙাকপশিংন্তু অওইবা অমসু ওইজসন্নু, নিন্দা তৌফম থোক্তে। মতাঙ অসিদা পনবদা মতিক চাবা রাফম অমদি, লম্বী অমগী মমিঙ থোনবদা রবীন্দ্রনাথকী মমিঙদা থোনবা হায়বসি মতিক চারবানি, কাবগী পোক্লফমদা ঙসি ফাওবদা মসিবু ওইথোক্লব্রা খুলগী যোগানা ভিখা ফংবা হায়বাস তশেংনা অরায়বা নত্তে। হায়বদি লমগী যঃ। মচা শাংই হায়রঙুনি।

বোখার সাহেবনা কূমথহন্নম্বা মফমতুগী মমিঙ কুইনসরে কৌই। মিং অসি ফজে। বাংলা রাণীরদাঘিগী মমিঙ নিঙশিংহল্লি। অতুবু মমিঙ তারগা কবিতা থোরক্কবগী ইরাঙদি মতম অঙদা পুক্লিঙদা ফাওরক্তে। অরাম থোরাংবা অমসুং চোকথবা হায়বা খুদোংচাদনবগী মরম ওইবা কয়ামুক অসিনা মীওইবগী দেহবু তৌফম খঙহন্দে মমৈথংদা মখোয়বু মুৎথংপগী দরকার ওইরকই।

লাল কনশিল্লকুবদা গভর্ণমেন্টকী অফিসস্থু থুনা শন্দোরক্লে। কেরাণী, দপ্তরী, সাহেব পুন্নমক্লা শহরগা য়ুন-কৈ পুন্নমক থনখ্রে। অহাঙবা

লমহাঙদা দপ্তর খন্দুনা সেক্রেটরিয়েটকী মী লীশিং অহুম মরী লৈখ্রে। অতোপ্পা লৈবাকশিংদগী খবরগী পাউ পীবা কয়ানি। হোটেল, বোর্ডিং হাউস পুন্নমক খোন্থোক অমতা—খোঙ থাফম লৈতে, পিকখ্রে য়ুম অসি। দক্ষিণা য়াম্না পীরবস্থু নুমিৎ তরানি চুপ্পা হোংনবদা কোক অসিতা লিং-শিন্নবা মফম ফংখিদ্রে। রবীন্দ্রনাথনা ইরম্মি—মতম কুইরবা পুরাইঙগী অশানি; লৈরম্মি থম্মোইদা অসুম; পৃথিবীগী মচি অমা. লল নত্তে মান নত্তে লৈফম মচেৎ অমতং। অসুম্না থম্বি, মতম অমদা কবিসি দিল্লীদা লৈরম্বা তাই।

ঐবু লৈফম পীরিবা মা অঙ মরন্নাই কোম্পানীগী মকোক ওইবা মা অমা ওইরম্মি। মশাগী থবক খুদেং চাননবগী দমক মফম অসিদা কোম্পানী নিংথিনা লিংখৎলিবনি। নয়াদিল্লী হায়বা শহর অসি সর-কারগী কাংবা মতুংইন্না শেমগৎলিবনি। মরায়বক্তা মতুগী জয় পত্র থারি,—"অন্ হিজ ম্যাজেস্টিস্ সার্ভিস"। জামসেদপুরবু য়োংকী শহর হায়রবদি, নয়াদিল্লীবু হায়বা য়াই স্টীল ফ্রেমগী শহরনি। শহরগী মাশীং হেনগৎলকই সেক্রেটারিয়েট্টা কেন্দ্র ওইদুনা। চপরাশী, দপ্তরী, কেরাণী সুপারিন্টেণ্ডেট চনাঙ থনাঙনৈ শহর অসিদা সরকারগী মাওই নত্তবশিংগী মফম ফংবা রায়। মফম অসিগী ইকাইখুম্নবা অমসুং ইজ্জৎ ডাকপা হায়ববু ইণ্ডিয়া গেজেটকী লামায়দনি। সরকারগী মাওই নত্তবা মফম অসিগী মাশীং খরদং হায়ববু সমাজ শেমগৎ শাগৎপগা মকোক সেক্রে-টারী, জয়েন্ট সেক্রেটারী, মথোয় অসিতনি মতিকচানা থাজনবগী মফম ওইবা য়াবা। ঐবু থুংফম পীরিবা সেন মহাশয় অদুসু মফম অদুমক্তা অরা-তেংবাং মরুপকী সভাপতিনি, কালীবাড়ীগী সম্পাদকনি, বাঙ্গালী ক্লবকী থৌশিল মকোক্নি অদুগা অমুকসু চুম্নগী শেমগৎ শাগৎপগী মরুপ কয়ামরুমগীসু মেম্বরনি।

ভদ্রলোকী আলমিরাদা পরেশানা 'অশংবা মনা' মপুন মপুনদু উবদা করিগীনো হায়বত্তু খঙবা ঙম্মি। চারমদাইদা অমুক্কা শেংনা তাকই। শুকতানি, অঙৌবা, হয়াই, এঙ্খাং, ঙা, অশীনবা অমসুং শঙোম অফম্বা।

সাধারণ ভদ্র বাঙ্গালী ইমুংদা নুমিৎ খুদিংগী চাবা—অতিথিগীদমকসু হায়রিবা থৌরাঙ অসিনি। চাকচা-মাঙদা য়ুবী মকক্কা চেম্পাক্কা ঙৌবা নত্রগা য়্বমদা শেম্বা লুচি খরা। নোংমতংগী অতিথিনি হায়তুনা চাগা লোয়ননা পান্তুয়া রসগোল্লা অতুগা চাক্কা লোয়ননা চপ-কাটলেটকী মখল কয়ানা নিতিগী অতিথিবু নিঙশিংহন্নবা হোৎনদে। মান্নবগী মনুংদা লৈ কলচরগী মরী মখোঙ, চাউথোকপা হায়বসি করিসু লৈতবদসু লৈ। চাউথোকপা অসি করিগুম্বদা লনগী, করিগুম্বদা মহৈগী, করিগুম্বদনা সন্মানগীনি।

## ২

বৈষ্ণব কাব্যগী শ্রীরাধা কৃষ্ণ কায়নবদা নোংমা 'ঘর কৈনু বাহির বাহির কৈনু ঘর' হায়তুনা হায়রম্মি। দিল্লাগী কনট প্লেসপু বৃন্দাবনগী কুঞ্জ গলিনি হায়না লাম্না লৌবগী মরম লৈতে, মফম অসিগী থাইনগী চনুশিংগী মরক্তা কনাসু বৃষভানুগী মচানুপী নত্তে। অতুবু মফম অসিগী চনুশিংসু শারবা অহিংদদি ইমুঙনা মপাল ওই মপালনা ইমুঙ ওই।

মসি নত্তনদি পাম্বৈ লৈতে। নুমিৎ চুপ্পসি নুমিৎ কৌবা লাইসিনা মফম অসিদা কল্লবা মঙাল মরিক পীরমই, মতুদা ইমুঙ মনুঙ অহু টাটা কোম্পাণীগী মৈশাগা চপ মান্ননা চাকখ্রে। কোক তুমগে চৎপদা কোক ককথৎনিঙঙি। ভুমায় হুন্নবসু মৈগী নুংশিৎ লাংই। অতুনদি মপান্দা তুম্বা নত্তনা উপায় লৈতে।

নুপী ওইবীশিংগীতা নত্তে, নুপা অহল-লমন অঙাংমচা পুম্নমক্কী ফিবম চপ মান্নে। সন্ধ্যা য়াচংবদা শুমাঙদা ঈশিং খুজাই খুজাই হৈদোক্কুনা চাক্লবী মালেম্বু ঈংহল্লি। মতুগী মথক্তা কাংথোল থাতুনা ফমুং পরেং পরেং থাই। য়েংবদা খল্লি, সরকার হাসপাতালগী অহুম, মঙা নত্রগা নম্বর ত্তরেংকী ৱার্ড। মপুরোইবা, লোয়নবী, মকুবোক, মনেম্বোক, মচন, মতৈ মচানুপা নুপী পুম্নমক তুম্মি হাঙলবা আতিয়াগী মখাদা।

কোকথক্তসু করি'মতা লৈতে, ফমুংগসু ফি অমতা খজিন্দে। হৈনদবা মী অমনা য়ে বদি খজিক্কং নুংঙাইরোই।

অতুগা পৃথিবী অসিদা চংনবী নীতি কয়ামরুম লৈবগুম্না ঐখোয়গীসু লৈ। লম অতুগী চংনবগী মতুঙ ইন্না মওংসু খেন্নরকই, কাননবগী মতুঙইন্না মওংসু হোংই। কলকতাগী বড়বাজরগী লম্বীদা উবা ফংই, থবাক-য়েৎ মচা অমগা গজ তরানিপাল শাংবা ঘাগ্ড়ারগী মরক্তা হকচাংগী অয়াম্বা শরুক করি'মতা কুপশিন্দনা চিংনবা লৈতনা মরোয়াড়ী নুপীনা চংপা। ঐখোয়গী বাঙ্গালী চনুশিংগী মরক্তা অসুম্না শেৎ-চাবসি কনানসু পাম্নম্মোই। থুকউ মথক্তা স্কার্ট শেৎতুনা ইংরেজ অমসুং অ্যাংলো-ইণ্ডিয়ান নুপীশিংনা কোয়চৎ চংলি। য়েংবদা থোইনা ফজদবা নত্তে। অতুগা ঐখোয়গী হৌজিক মতমগী খম থেংনবীশিংগী মরক্তা কনাগুম্বীশিংনা কন্না হোংনহনসু খুজেং ফাওবা তারিবা ক্রেপকী শাড়িতুনা থুকউ ফাওবা তাখপদি ঙম্লোই। ঙম্লবসু, ইকাইবনা মিং হঙ্গৎতুনা মঙোন্দা কনানসু য়েংবা ঙম্লোই।

পোং অমতনা মতৌ করম্না কোয়শিল্লিবা লোল অমসুং ফিজেং খেন্নবদা ইকাইবা অমসুং ইকাইদবদগী অমুকসু হেন্না ময়েক শেংবা খুদমদি সিনেমাদনি। মকুবোক, মনাও নুপা, মমৌনুপী অমসুং মচানুপী ময়াম পূল্লপ পূন্না মেট্রোদা ফম্লগা গ্রেটা গার্বো অমসুং চার্লস বোয়াগী কুইনা চুপ্পবা অমসুং লেঙ্গোন্নবা য়েংবদা মখোয়না করিসু হঙ্গোইবা পোক্তে, বাংলা ছবিগী নায়ক নায়িকাগা চম্নবা প্রনয়গী দৃশ্য অতৃদি মখোয়দা মহাউ য়াওদবগুম উরকই। হক্কা তত্ব নৈনবগী রাশিং অতু বাঙলাদা হায়বা য়ানদে, ইংরেজীদদি মতুমক অহল লমনশিংগা লোয়ননা ইরায় লায়না য়েৎনৈ।

কালেন্দা ইমুঙদা তূম্লগা অরুম হোৌবা লৈবাক অতগী নুপীশিংনা নুপাবু মপান্দা তূনহনবা তাই অতবু তোঙান তোঙান্না ফমুং অহুমমরি থাবা হায়বসি চামগী মনুংদা মরিফুতারাদি ঙম্বা নত্তে, মতম অতুদদি

মকুবোক, ময়ামুপা, মমা অমসুং মচানুপী মফম অমদা পুন্না ফমুং থামিন-নবা নত্তুনা করি তৌগনি ! নয়াদিল্লীদি মিতিনফম শহরনি। অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ, কাশী, কাঞ্চি, কোশলদগী মফম অসিদা পুন্নৈ। চিঙ্গাক্তি মাগী মাগী হৈনবা হু লেঙদনা থম্মি ; তুস্বদি মওং অমতনি। পঞ্জাবী মুপী-শিংগী ফিজেত্তি পুন্না তুমিন্নবসিগা থোইদোক্না চানরবা ফিজেংনি। মথ্বাংদা পায়জামা কম্না শেংচিল্লি। চেংনা লাকশিল্লবা শাড়িগী মতৌ-গুম্না নিঙ্গাইবা লৈতনা তুম্লিবা হকচাংদা ফি কোমখিগনি হায়বগী করিসু চিংন-নিঙঙাই লৈতে।

অয়ুক হৌগংলকপদা উবা দৃশ্যদি পোং-চৈ য়োনবগী গাড়ি অইনবী শঙ্গোম, মনা-মশাং, ঙা, শা, য়েরুম পুন্নমক মফম অসিদদি য়ুনদা ফম্লগা ফংই। পোংয়োনবী লাকত্রবসু পোং-য়োনবদি থোঙজিন্দা হেক্তা লাকই। কোক্তা নত্তে সাইকলদা। অসিগুম্বা পোং অসিদি মফম অসিদদি মশীং নাইদে। কলকাতাদা সাইকলদা হাপ্পুনা পুবসি খবরগী হকরদনি। অদুগা নয়াদিল্লীদদি শঙ্গোম য়োনবা, ফি-শূগা, নাপিত, ঙা ফানবা ইল. ব্লাউজগী ফি, হকচাং সবান য়োনবা লাকই সাইকল মনিঙদা চাউরবা খাউ নত্রগা উপু অমা হাপ্পুনা। অচৌবা শহরগী লল্লোনব-শিংসু খোঙনা চত্তে।

অয়ুক য়াহৌবদা উবা মায়থোংস্থ. ষঙ্গোম য়োনবনি। গাড়ি চিংবা শগোলগী মতৌগুম্না শরু উরবা ময়াং কংলবা সাইকল, মতুগী মনিঙগী ক্যারিয়ারগা নাকল অনিদা শঙ্গোমগী টপ অনি। টিন-না শাবনি, মথাদা ঈশিং কোলগী মতৌগুম্না কোঞ্জিল পাল্লি, লৈথোক্লগা ষঙ্গোম তারকই। মমাঙগী খুৎ-পাইফমদা ফজরবা পাত্র মচা অনি য়াল্লি। মখোঙ অনি পানবা রথ অসিগী চৎপগী পাঙ্গল অমসুং পোং পুবগী শক্তি অঙকপনি। হেন্না অমুক ঙকপদি মহাক্কী চাকা, চেন অমসুং ষঙ্গোম ভাণ্ডারগী অপূনবা অমতা ওইবা খোঙচত্তুনি। টিনগী টবশিং মখুম পাল্লি, মতু শো লোনশিল্লি। হায়দুনা কান্নদে শঙ্গোমগী অশেংবা

অমস্থং গয়লাগী অশেংবগী মরীদা লৈরিবা মীবু থাজহনবনা মাগী উদ্দেশ্যনি। অত্তুবু মসিদি চোকশিন্দবা মীনা ছাটিন্দা মমিঙ হত্তুনা ইব-গুস্থনি। ঈশিং লৌথোক্তুনা ক্ষীর লৌবা তারবদি শঙ্গোম শের মঙাদগী অনিতা লেমহৌবা তাই।

শঙ্গোম য়োনবগী মতুংদা "কলকাতাগী হিলশা লৌ, কারাচিগী থজিং" য়াকনা লাওরক্লে ঙা য়োনবশিংনা। হায়বদা য়ামখ্রে, হায়রিবা ইলিশ অসিগী অয়াম্বা শরুক্তি বাঙ্গলা দেশকী নত্তে, এলাহাবাদকীনি। অত্তুবু মীয়াম তিনবগী মতৌগুম্না মায়থোংদি খঙনদে, মহাওতনি ফাওরিবা। ঙায়োনবগী সাইকলগী মনিঙদা য়াল্লিবা থুমোক অত্তু জালিনা কুপশিল্লি, হয়িংগী অত্যাচারদগী ঙাকথোক্না।

মনা-মশীং য়োনবা অমমম ওইনা লাক্লে। কনানা লাওরকই—খোংদ্রুম্ব মায়রেল লৌরো, কনা-না পালং নত্রগা গোবী হায়না লাউই। কনাগী থুমোক্তনা খামেন অশিনবা, শেবোং, ফদিগোম অমস্থং তোর্কোবাং য়াওরি। ধোবীগী সাইকল মনাংদা চাংমুক রাংলবা ফি-য়োম উরবদি ত্রেতাযুগকী হনুমানগী মফমদস্থ অঙকপা ওইবা য়াই।

নুপীগী শম অমস্থং নুপাগী কোই যত্ন তৌবা, মতম চঙবা চপ মান্নে। খেন্নবদি অসিতনি, অহানবগী যত্ন অসিনা হেনগৎলক্কবা, অনি-শুবগীনা মাঙখিনবা। শমনা নুমিং খুদিংগী পুনবা তাই, কোইনা নুমিৎ খুদিংগা কোকপা। চাক থোংলিবাতুনা শমস্থ পুল্লি অত্তুগা আপিস কারিবতুনা ক্ষুরস্থ কোকই—রাফম অসি অচুম্বনি। অত্তুবু বেণী লোনবা মতমদা মমৌনুপী নত্রগা মনম্মগী মতেং ফংজরবদি নুপী-শিংনা নুংঙাইজে ; ক্ষুর কোকপগী থবক অসিদা মীবু ফজহনবা ঙম্বগী মতেঙ ফংলবদি অয়াম্বা নুপানা নুংঙাই। মরম অসিদগী অয়ুক পূং নিপাল তাবা মতমদগী হজামনা য়ুম-য়ুমদা চঙতুনা কোকই। মহাক্না য়াম্না পিকপা কোইপু পুবা য়াবা পিথ্রাইগী লৈরঙ মচা অমা পুই নিংথমথাদদি মত্তুদা ঈশিং শাহন্দুনা থমই। অইংবা লমগী মীশিংনা

খঙই, ডিসেম্বরগী ডিগ্রী ৩৭ কী অঙৈবদা হকচাংদা ঈশিং অঙৈবনা শোকপগী মহুত্তা খুত্তুম্না শুবনা হেন্না ফৈ।

পূং মাপন মখাই তাবদগী হৌই আপিস কাবা। অহানবদা চাপ-রাশী কাওবু। মশাদা খাগী মচূগী ফি ফুরিং খোংগ্রাউ, মকোক্তা কোয়েৎ অমস্তুং মখ্যাংদা লিল অঙাংবা মানবা খ্যাংনপ। মী অমা অনিগী খ্যাংনপ্তা য়েংবদা ফজরবা শামু ময়াগী পিক্লবা কুদাম মংল খরা। মোগল বাদশাহগী মতমদা লৈরম্বা থোঙশঙবশিংগী মতৌনি। আর্দলী বাহিণীগী মেজর জেনারেলনি। মখোয়গী সাইকল মনিঙদা ফিজেং অঙাংবনা পুনবা ফাইল মপুল অমা, মখোয় অসি সাহেবশিংনা থাঙজা খুদিংগী ময়ুমদা থবক শূননবগীদমক পুথবনি অদুগা অয়াম্বা শরুক্তি করি-’মতা শোক্তনা নিংথৌকাবা নুমিত্তা অমুক পুখৎলকপনি।

চাপরাশীগী মতুংদা চংলি কেরাণী, এ্যাসিষ্ট্যান্ট অমস্তুং সুপারিণ্টেণ্ডেন্টশিং।

সাইকেল, সাইকেল, সাইকেলগী মতুংদা সাইকেল। তশেংনমক হায়রবদা সাইকেলগী প্রসেশন অমগুম্মি। মদুগী মরক্তা য়াওরি শগোল গাড়ী। মদুসু কাখোঙ অনিনা লৈবনি। শগোলনা চিংই। মনিঙ মমাঙদা মী মরি ফম্বা য়াই,— অদুগা মায় মায় ওনশিন্নবদি নত্তে, তুং তুং ওন্থোক্লবনি। কোকথক্তা ক্যাম্বিস মচেৎ অমতং খল্লি; মদুনা নুংশাগী মৈশা অমস্তুং নোং, অনিদগী মপুং ফানা কনবদি নত্তে। কাখৎ-কুম-থদা নুপাশিংগীনা জিমন্যাষ্টিক্কী চাং য়েংবা তাই, শাড়ি শেংপীশিংগী মফমদদি খম্বনিঙাই ওই। খজিক্তুং কোমথোকপদা তাবা অমগুং রাম্ববা ওইথোক্তবা নত্তে।

টাঙ্গাগী খোঙচত্তি তপ্পি, ফম-ফম নুংঙাইতে অদুগা অকোয়বত্তুসু নাতোন মখুন্দা অমোংপা চঙনিঙঙাইনে। হৌজিক্তি আমেরিকানশিংগী দাক্ষিণাদ মাঙবা হেনগৎলক্লে। মমাঙৈদা লম্বী অদুগী মাশুল শিকি অমা লৈরম্বদু, হৌজিক শিকি অহুমদগী তাখিবদা টাঙ্গাওয়ালাশিংনা রা ফাওবা

ঙাংদে ; নত্রগা করিগুম্বা খরদং হায়রকপত্তুস্থ তাদবনা হেন্না ফরে। অদুম ওইনমক পূং তরা অমস্থং মঙা তাবা মতমদা সেক্রেটারিয়েটকী লম্বীদা যাত্রীক খরদি ফংই। টাঙ্গাওয়ালানা 'আপিসতা! আপিস চংকদবা লাকপিরো' হায়না লাউতুনা তোংনবা মী খোমজিল্লি! মহুনা ভারাগী শরুক খাইদোক্লতুনা ফুরিৎখাউলোমদদি খরা কোম্মি। নুংঙাইত্রবস্থ চংকদবা মফমদি য়ৌনা থিল্লম্মি।

পূং তরা মখায় তাবগী মনুঙদা সহরদা লৈরিবা নুপা পূম্নমক লম্বীদা লোইনা থোরক্লে। লম্বী পূম্নমকী অমতা ওইবা মিংয়েংদি— সেক্রেটারিয়েট। বাবুনা চংখ্রে লৈকাই থাদোক্তুনা য়ুম্বুরেনবীনা পোথাফম লম্পাক্তা লাক্লে।

ইম্পিরিয়ল সেক্রেটারিয়েটতু অনৌবা শাবনি। সেক্রেটারিয়েটতা নত্তে, মফম অসিগা য়ুম-কৈ, লম্বী-থোং, চয়োনগী কৈথেল পূম্নমক অনৌবনি। নয়াদিল্লী সহরসি অনৌবা শেমগৎপনি ; বারানসী, প্রয়াগ করি অমুক হায়গনি কলকাতা মুর্শিদাবাদকা মতৌগুম্নস্থ মসিগী মমাঙদা করিগুম্বা মহৌশাদগী চংনরকপা অমতা লৈতে। মসি থুনা শেল শানবা লালগী ঠিকাদার, মী তরেংনা শাবা জামিদার নত্তে। অদুবু য়ুগ অদু ভুঁই ফোরশিংগীনি। য়ুগ অসিদা শগোল গাড়িদগী বেবী অষ্টিন, লহরী তরেত্তগী মক্‌চেন অমস্থং খেয়াল ইশৈদগী গজলনা হেন্না পান্নে। লল-থুম লৈরগা লৈহৌরে, নত্রগনা লৈহৌরে বৈভব।

ময়ায়দা পাক-চাউরবা লম্বী কিংসওয়ে, ভাইসরয়গী সঙ্গাইগী য়োংকী থোঙ অদু ফাওবা শন্দোকখ্রি। মসিগী নাকল অনিদা সেক্রেটারিয়েটকী শঙ অনি—, অরাং অমস্থং খা ব্লক। মওং মতৌ, মচু লৈই চিংলিবা, শাগৎলিবা মওং মতৌ অয়াম্বা চপ মান্নে। ছাঁচা অমতদা হৈত্তুনা শাবা সন্দেশ জোরা অমমমগা অস্থানি। অরাং ব্লকী সিঁড়িগী মকোক্তা চাউরবা মহয় য়ালহনবগী থৌরাং তৌরিবা সার হাবার্ট বেকারগী মমিঙ।

নয়াদিল্লীদা লৈরিবা সরকার অমস্থং সরকারগী নত্তবা য়ুম অয়াম্বা

মরু ওইনা ক্লাসিকেলনি হায়বদি গ্রীক্কী মতৌনি, মপুং ফানা ওইদ্রবস্থ। য়ুম্বী অমত্তুং গম্বুজ আর্চকী মশী' য়ামদে। লৈরিবা খরতুস্থ রোমানগী মওংদা থা মচেৎ শানা কোয়, মুসলিম মতমগী মমাঙদা ভূমথোকপদু নত্তে। য়ুম্বীশিং অদু চৌবব নত্তে, মতম তায় ; নয়াদিল্লীগী য়ুমফমদা গ্রীক্কী মওং লৌদ্রিভৈগী মমাঙদা করম্বা উদ্দেশ্য লৈরম্বগে হায়বদুদি হায়বদা লুখ্রে। অদুবু কনাগুম্বা থোইদোক্না খঙলবা মীশিংগী রাখন্দি অসিনি, ঈশিং মুংশিং অমস্তুং আবহাওয় দগী যেংলুববদি গ্রসসি অবাং ভারতকা মাপ্নৈ, কালেন্দা খবা রানা খাঙলবস্থ অদুগা নিংথমথদা থোইদোক্না তমথিরবস্থ। অরাং ভারতকী মতৌগুম্বা গ্রীসকীস্থ মুংশিং ফংদে, আতিয়া নোং থাংদে অদুগা মুংশা মযেক শেংই। অদুনা গ্রক্কী মওংসি নযাদিল্লদা লৈরিবা মওং কয়াগা হেন্না চান্নগনি হায়বাস শেমগৎলম্লিবশিংগী পুক্নিঙদা থাজবা উংপাস অঙকপা নত্তে।

অদুগা নয়াদিল্লগা লৈরিবা মওং অসিদি মপুঙ ফানা অবেপ্পা সংজ্ঞা অমা পীবাদ চুমদে। মসি ক্লাসিকেলদি ওইরবস্থ শুকয়ান য়ানাশন্নদবাদ নত্তে। সেক্রেটারিয়েট দালান্দা হিন্দু খুভমগা খুদম লৈ,— সারনাথতা উবা অশোক য়ুম্বীগী নোমুনাদা শাবা য়ুম্বীশিংদা, হোজঙ অমস্থ অতোপ অতোপ্পা শরুক্তা শামু, কশী অসিনচিংবনা লৈতেংই। মাসগা লোযননা মুসলিমগী চংনবা নুঙগী জালি, ফত্তেপুর সিক্রিদা লৈরিবা মো ফম মখোযাশিং অসিদা ফজনা উৎলি। রাজমিস্ত্রিশিং অসিগী অযাম্বা শরুক জয়পুর, রাজপুতনাগী অতোপ্পা মফম অমস্তুং আগ্রাদগী লাকপনি। মনা হায়নবদি অসিনি, মখোয়গা মরক্তা অয়াম্বদি তাজ শাবগী অথোইবা মশক ভাক্তনি। অরাং অমস্তুং থা, ব্লক অসিগী মতোন্দা চাউরবা গম্বুজ, অয়াম্বনা রোমগী সেন্টপল গির্জাগী মওংনি, মতুদা মুসলিম খুভমগী মমি খরদং তাননবা হোনরবস্থ মিংনা হেক য়েংবদা খঙবদা গম্বুজ অনিগী অরাংবদু কুতুব মতোন্দগী ফুট কুম্মাথোইতং তাই হায়বসে। ব্লক অনিসি পুনশিল্লগা সেক্রেটারিয়টতা চাউরাক্পা কা লিশীং অমরোম লৈ, লোইনমক পুনশল্লগা মাদোনগা অশাঙবদু মাইল নিপাল্লোম ওইগনি। অঙকপা থোদোন!

সাধারন ওইনা সরকারগী আপিসকা আর্টকা থোইদোকপা নক্নবা মরী লৈনদে। মিং অসিদা ঐখোয়গী কল্পনাদা লাক্লিবা শকফমদি লৌইখোলদগী অমসুং লল থুমগী মরীদা খংনবগী চে চবুল অমা, দলিল, শেল থুমগী হিসাব শেংদোক্নবা অসিতনি। পুং তরাদগী মঙা ফাওবা টেবল মথক্তা ফাইল ফাক্তোক্নবনা মফম অতুগী অমতা ওইবা থবক্নি। মফম অসিদা য়ুম শাবগী মওং মতৌ নত্রগা অকোয়বতুগী মরীদা ঐখোয়না খল্লুদে। দালানগী মিত্তংথোঙ অত করি মচুগীনো সিঁড়িতু করম্বা মওংগীনো হায়বা রাহং অসি ঐখোয়গী পুক্নিংদা থক লাক্তে। পুলিশ কোর্টকী ফক্লাংদা অজন্তাগী ফ্রেস্কো পেন্টিংদি ঐখোয়সু আশা তৌদে অদুবু উরবদি নুংঙাইরোইদ্রা? য়ামদ্রবদা নয়াদিল্লীগী সেক্রেটারিয়েটপু য়েংবদা ফজনবা তোংনবা অসি উবদা নুংঙাইজৈ।

নুং অঙাংবনা শাবা চাউরবা সঙ্গাইনি। ময়ায়দগী শাংনা শন্দোকখ্রিবা লম্বানি। লম্বীগী নাকল অনিদা আস্তর তৌরবা শূমাঙনা পাক চাউনা অমুক শন্দোকখ্রি। মরক মরক্তা ঈশিং ঈফুত্তগী অতংপা লৈতনা ঈশিং কাপথংলকই। নাকন্দা কুম কাংদনা শাংপী লৈ,—ডেজী, প্যানসী, এ্যাষ্টর অমসুং হলি হক্কা,—কেয়ারা। অখন্নবা মফমদা কমলা চম্প্রা পাম্বা অমমম। য়াম্না চেকশিন্না কোয়রপ কোয়না উপথহল্লবা মশাশিংনি, য়েংবদা ছাটিন অমমম খন্দোক্তুনা লৈবগুম নিঙঙি।

দালানগী মনুঙ অতুসু থবক শূফমগী মতিকচাংতা নত্তনা য়েংবা য়াবগী মচাকসু লৈ। অরাং অমসুং খা ব্লক্কা মিটিং রুম কৌবা চাউরবা কাশিং অতুগী সিলিং অমসুং ফক্লাংতু অয়েকপা লাইনা লৈতেংই। বম্বে স্কুল অব আর্টকী শিল্পীশিংনা য়েকপনি। লাইশিংগী মচাক অতুদি ফৈ অতুগা অরাবদি য়েকপগী হৈ শিংবতুদি থাগংনিঙঙাই ওইদে। কাশিং অসিদা মথল মখা কয়াগী কমিটি, কনফারেন্স ফম্মি। সার ষ্ট্যাফোর্ড ক্রীপস্কী অহানবা প্রেস-কনফারেন্স অতু খা থংবা ব্লক্কী কমিটি রুমদনি।

ক্রীপসকী এরোপ্লেনতু হায়নখিবা মতমদগী য়াম্না চোন্তনা দিল্লীদা থুংলৈ, নুংথিলগী পুং অনিরোম তারে। অতুনা নুংথিল পুং মরি তাবদা—

পুং অনিতং খষ্মরগা—প্রেস কনফারেন্স অমা কৌবসিগী মতিক্চাবা মরম লৈ। খা থংবা ব্লক পূম্নমক অদু মিলিটারীনা ঙাকই, মিলিটারী নত্তবা আপিসকী মন্নুঙদা হোম ডিপার্টমেণ্টতনি মক্ষম অসিদা লৈরিবা। অনি অসি নক্লনা লৈরিবসিগী মরমস্থ হৌনশানি। ভারত্তা পুলিশকা মিলি-টারীগা অনিসি নক্লনা লৈমিন্নে। গোত্র অমতা নক্রবস্থ জাতিদি অমতনি।

থোঙদা মিলিটারীনা কন্না ঙাকই। পাউ-মী অমস্থং রিপোর্টার-শিংগীদমক্তা ইনফরমেশন ডিপার্টমেণ্টতগী চঙননবা চে লৌনবগী থৌরাং তৌরি।

বকশিশ য়াম্লবস্থ অমস্থং য়াম্না কন্না চেকশিন্দুনা টাঙ্গাওয়ালাবু থৌনা হাপ্পিরবস্থ খা থংবা ব্লক্কী থোঙদা হেক কূমথবদা পুং মরি তাগদবা মিনিট খরতা মঙায়রে। মহাক্দি ফনা য়াম্না হোৎনজবানি। অদুবু টাঙ্গাগী শগোলশিং অসি ভারতকী যোগী পুরুষগুম্না লেঙদে; পাঙ্গল য়াওদে অমস্থং হৈনিঙদে; করিগুম্বা উপায়নস্থ মখোয়বু থৌনা হাপ্পা অরায়বা নত্তে, খোঙজেল হেনগৎহনবা ঙমদে। শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা কন-ফারেন্স কারোমদা চৎলম্মি। সিড়িগী মতোন্দা লেপ্তুনা লৈরম্মি সার ফ্রেডরিক পাক্ল্, ঈ-পাউ বিভাগকী অরাঙ পুরেন। শকখঙ-নরবা মরুপকী রাহংগী পাউখুমদা হায়রম্মি ক্রীপসপু ঙাইরিবনিনে। সিড়িগী থাক অনিদং কাখৎলগা অঙৌবা মী অমা চৎলম্মি, খল্লুরে হৌজিক্তা লাক্লিবা ইংরেজ নক্রগা আমেরিকাগী অথোইবা পাউ-মীনি খঙহৌদনা তুং হম্না কূমথরক্লগা সার ফ্রেডরিকতা হংলম্মি, "Did you say cripps? That's me"

মসিদগী বক্ত্র তাবনা হেম্না ফরম্মি।

ঐখোয়স্থ ঙক্লম্মি, পাক্ল্ তুমিন লৈখ্রে, মীতিন্দা য়াওরিবশিংস্থ ব্বা ঙাংদ্রে।

সার ষ্ট্যাফোর্ড ক্রীপস্ রার কেবিনেট্তা য়াওবা মীনি। ভারতবর্ষগী মরায়বক লেপ্লিনবগীদমক ব্রিটিশ মন্ত্রি সভাগী প্রস্তাব পুত্থনা লাকপনি।

ভাইসরয়গী কোনুংদা লৈ। অদুনা মহাক্না প্রেস কনফরেন্স লাকপা মতমদা বড়লাটকী ক্রাউন মার্কা থাবা গাড়ি তোংলক্কনি, মমাঙদা মোটর সাইকেল অঙাংবা তোংবা পাইলট সার্জেন্ট, নাকন্দা ভাইস-রয়গী প্রাইভেট সেক্রেটারী নত্রগা মহাক্কুম্বা কনাগুম্বা লময়ানবা য়াও-রক্কনি। ময়াম্না খঙবদা মিকুপ অমা চঙলোই। ময়াম্না নিঙনরিবস্থু অসিনি। মাঙলেদনা, প্রাইভেট সেক্রেটারীনা কদাইদা অদুগা মাঙ-তুংদা পিস্তল খাংদা য়ানবা সার্জেন্টকী সন্থীনা কদাইদা। মহাক্না লোয়নবা ভাইসরয়গী সঙ্গাইগী চাপরাশী অমতনি, মহাকসু চুম্নগী লম্বী তাকপা লাকপনি।

সরকারগী হৌনবী, চৎনবী, নিয়ম কানুন পূম্নমক থাদোক্লগা অচাওরম কাদনা, ইরায় লায়বা ইচম-চম্বা মওং অমা শেম্লম্মি। মহাক্কী থম্মোইনুংদা ভারতবর্ষগী থাজবা হেনগ্রে, মহাক্কী হোৎনজমনগী মহয় য়াম্লবা থবকসু মীয়াম্না তৌরম্মি, মহাক্কী ফজবা মিংচৎ অখাকপা লৈতবা লোন্দা প্রদেশ পূম্নমক্তা অমসুং লোল পূম্নমক্তা তোঙানবা পাউ চে কয়াম রুমগী সম্পাদকীয়দা মপৈ মপৈ ইনরক্লে।

কনফরেন্সতা ক্রীপসনা পাউ-মীশিংদা হায়রম্মি, মখোয়না ক্রীপস প্রস্তাবকী মরু ওইবা রাফমশিং অত্থু মতাঙ চাদনা নৈনরোইদবনি। লুচিংবশিংগা লোয়ননা খন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা পাউ চেদা অনিমক্না য়াননবা তৌরিবা প্রস্তাব অসি ফোংদোক্কুনা অঙাইফদনা ওইদবা য়াত্রবা য়েন্নবগী ভাব অমা রাজনীতিক মহলদা শেম্বিরোইদবনি। হায়বদা য়ামগ্রে, হায়জদবস্থু য়ারমদে।

খ্বাইদগী ওকপদি, প্রস্তাব অসিগী তুংগী মরীদা ক্রীপস্কী পুক্নিঙদা চেৎনা থাজবসিনি। ব্রার কেবিনেটকী মত অমতা ওইনা য়ানরবা তাই-শিন্নবগী প্রস্তাব অসি ভারতীয় জাতীয়তাবাদশিংগী মফমদা চিংনবা লৈতনা লৌফম থোকই, বৃটেন অমসুং ভারতবর্ষগী য়েংথীনবা লোই-রগনি অত্থুগা মতম কুইনা মশাগী নিঙতম্বা ফংনবা নিঙজবদা ভারতকী মশীং লাকঙমত্রবা মুপা মুপী অত্বাবা কয়া খাঙলক্লবা অমসুং মশাগী

ওইজবা কয়া থাদোক্লবা ময়াম অসিগী মহয়দি ফংলগনি, হীরম অসিদা ক্রীপস্‌কী পুক্নিঙদা করি'মতা চিংনরমদে।

ভারতবর্ষগী মরীদা প্রধানমন্ত্রী চার্চিলগী পুক্নিঙগী ভাব কনাস্থ খঙদবা নত্তে। জাতিবু নুংশিবা ভারতবাসীশিংগী মফমদা ক্রীপস্‌কী নুংশিবা পোক্লম্মি, থোইদোকনা কংগ্রেসকী লুচিংবা ওইরিবা মীওইশিংগা লোয়ননা মরুপ মপাং ওইবগী মরীস্থ ফজনা লৈ। সাম্রাজ্যবাদীশিংগী মরক্তা চার্চিল খ্বাইদগী কনজার্ভেটিভ ওইবা মীনি। ক্রীপস্‌না সমাজবাদী কাঙলুপকী মরক্তগী খ্বাইদগী থুমাঙ চঙশিনবা মীনি। পাউমীশিংনা হংলম্মি, অসিগুম্বা কাঙলুপ পূন্নমক্না য়ানবা প্রস্তাব অসি শেম্বদা প্রধানমন্ত্রী অমস্থং সার ষ্ট্যাফোর্ডকী মত অসি করম্না অমত্তা ওইরিবনো ? চার্চিলনা মহাক্কী মতবাদ থাদোকপরা নত্রগা সার ষ্ট্যাফোর্ড ক্রীপস্‌না ওল্লবরা ?

ক্রীপস্‌না নোক্লদুনা খুল্লম্মি, অনিমক্কী অমতা থাদোকনদে, অনিমক্কী মত য়াননবগী অনৌবা লম্বী অমা পুথোকনরে, মসিগী মমাঙদদি উরমদবা।

কনফরেন্সতগী থোরকপদা, ঘড়িগী কাঁটা পুং তরুক্কী কা অত্তুরাইদা লৈরম্লে। নুমিদাং রাইরমগী মেঙলবা নুংশাগী মমিনা সেক্রেটারীয়েটকী ঙাংলবা শঙ অত্তুদা য়ৈররে। মমাঙগী ঈফুংশিংদগী ঈশিংনা কোয়না কোয়না চাইথোরক্লি। তিংলবা, শাংলবা কাংসওয়েগী অরোইবা শরুক্তা উবা ফংই রার-মেমোরিয়েল, হৌখিবা লাঞ্জাওদা শিখিবা ভারত লাম্মাশিংগী নিংশিঙ রাহৈ কুম্মা মখোয়গী মশাদা ইরি। অথাপ্পদা ইন্দ্রপ্রস্থগী নুং লানবনগী কায়খিবগী লেমহৌবত্থ নিংথিরবী চম্নুশিংগী চোইজাইনবা শম্লাংগুম, নহাগী মতম লোইগ্রবা অহল ওইরবা ইবুধোগী মতৌগুম নয়াদিল্লীগী হৌজিক্কী বৈভবপু নিংশিংহল্লি মতমগী লেপত্রবা খোঙচগ্গা, থিংঙমদ্রবা অওনবদা।

তুংলোমদা য়েংথোকখিবদা উই খ্বাইদগী রাংলবা ভাইসরয়গী সঙ্গাইগী চাউরবা গম্ব‌ুজ মতোন্দা নুংশিত্তা তপ্পা হায়রিবা য়ুনিয়ন জ্যাক ব্রটিশ শাম্রাজ্যগী শিদ্রবা মঙালগী খুদন। চহী চনি চুপ্পা ভারতবর্ষদা লেঙদনা

নিক্তনা অমসুং লুকথহনবা ঙমদনা লৈরক্লবা। কনফরেন্স অসি হেক লোইবদা, মসিতং থাজৈ ফিরাল অসিগী মচু হোংবা। মচু অসি উরিরোম ওইগদ্রা, শংগদ্রা, মতুদা তরেং য়াওগদ্রা থা মচেং য়াওগদ্রা মতুদি কোন্নগী ৱানি। পূন্নমক্কী মথক্তা মসিনা অচৌবা রাফম্নি মসি অনৌবদি ওইরগনি, ভারতকী ওইরগনি। অতুবু কদৌঙৈনো কদৌঙৈনো ?

---



য়ুম্বুরেম্বীগী চহী তরেৎ শুরবী মচানুপী রেবানা লাক্লগা য়াম্না চীং লেম্না হংলম্মি, 'মিনি সাহেব, ইংরেজনা জয় ওইগদ্রা জাপাননা ওইগদ্রা ?"

মিনি সাহেব হায়বা মিং অসিগী হৌরকফম ইতিহাস লৈরি। চুম্নগী ইতিহাসতা নত্তনা লোলগী তত্ত্ব লৈরি।

বিলাত্তা চংখিবদা ঐখোয়গী অহানবা ওন্থোকপসি ফিজেংনি, অনিশুবদা মিং। ইরৈবাক্তা লৈরিঙৈদা পল্টু, গদাই, সুরেশ, নত্রগা সুবোধ মীরমদা মখোয়শিং অতু সেন, রয়, মিটার নত্রগা ব্যানার্জী। নয়াদিল্লীদি তশেংবা বিলাতসু নত্তে,—এরসাৎস্। মফম অসিদসু মীগী পরিচয় অসি মিংগী অহৌবদা নত্তে, অরোইবদনি। পি, এল, মপূম ওইবা মিংদগী অহৌবা ময়েক অনি অসি করিগী শমজিল্লিবনো হায়বসিগী মরিদা কনানসু থৌশাদে, অরোইবদুতং খঙলগা লোইরে। মিঙ্গৌদা নপশিনবসিদি ফমগী ইকাই খুম্নবগী মথা পোল্লি। কেরাণী ওইরগনা মমৈদা বাবু তপ্পি অফিসার ওইরগনা মমাঙদা মিষ্টার হাপ্পি।

অতুগা চীন্না অসুম ঙাংনবদগী ৱাহৈসি হোংলকই, মিংগীসু অওনবা থোক্লকই। পোইদোকনা চাকর, বেয়ারা আর্দালী, পিওনগী লাইরিক

হৈতবগী খোন্থোক্কগী অয়াম্বা মতমদা চৎনরিবা মওং অসিদগী অশেংবা খোন্থোক অত্থু ফাবা রায়। ব্যানার্জীনা বেনারসী ওই, মিঃ ম্যাকার্টিসনা মারকুটটি সাহেব ওইরকই। সেন ইমুণ্ডগী শীল লাঙলিবী বিলাশি-য়াগী অহানবা লৈফমসি রামগিড়ি চীংগী সান্নুদেশতনি। লোন্না খর-মথৈ দ্রাবিড় অত্থুগা খরনা আর্য, খোন্থোকনা অশিবগী মশক! মরম অসিনা করম্বা মতমদা করমতৌনা করম্বা রাহৈনা কায়থরক্কুনা অমস্তুং করম্বা রাহৈগী শরুক তঙ্খায় অমগা য়ানশিন্নত্তুনা মহাক্কী মচীন্দা মিনি সাহেব লাকথ্রিবনো হায়বসি থিজিন খোৎচিনবদা সুনীতি চাটুয্যেগী নিঙশিং-গদবা ওই।

"হায়য়নে, মিনি সাহেব, কনানা ঙমগনি। ইংরেজ নত্রগা জাপান? রাহং হংলিবীত্তুনা তকশিন্নম্মি।

রাহং অসি অনৌবা নত্তে। মসিগী মমাঙদস্তু মী কয়ামরুমগী মফমদগী রাহং অসি তারবনি। খুদমদি তশেংনা পীদ্রি। মরমদি অয়াম্বনা রাফম অসিমক মশানা পাউ খুমজরবনি, পাল্লিবদি শৌগৎ-পিবদনি। পাউখুম পীদবা মখোয়শিং অত্থুস্তু ইরম অসি তাবদা হেক্তা মুংঙাইরোইদ্রনে, অসিগুম্বনি নুপীনা মপূরোইবদা হংবা, অহনবা শাড়ি অসিবু কমদৌবগে পকচব্রা। অত্থুনা ওন্নবা রাহং হংবদনি, "নহাক হায়য়ু, কনানা ঙমগনি।"

"ইংরেজ!" স্বর মপী শাংনা হোল্লি। চার্চিল মশামক্কী মফমদস্তু অরেপ্পা পাউখুম অমা পীবদা ওইথোক্তবনি।

অত্থুবু অতোপ্পা মীচঙ অত্থু নক্কা লৈরম্মি। মচনগী পাউখুম অত্থু তাবদা মবুংত্থু চেনশিন্নক্লে! "করিনো হায়রিদো? ইংরেজনা ঙমগনি? ঙম্মোই মায়থীনি। জাপানীগা ইংরেজগা মায়য়োকনবা ঙমগদ্রা? ইস্! রাহৈগা লোয়নবা মওং মতৌনি। মচীন পৈথোক্কুনা মমিৎ মমায়দা অসিগুম্বা ওন্থোক্না তুক্কচরবা মওংগী ভাব অমা ফোংদোকখ্রে মত্থ উবদা তারিবা মীশিংগী মফমদা ইংরেজনা জয় ওইবগী মরীদা পিকখ্রবা আশা মচেৎ অমতং ফাওবা থম্বদা নোক্লিঙবা অমস্তুং বুদ্ধি লৈতবনি হায়না শীংথানরগনি।

বুড়চু রেবান্দগী চহী অনিদং হল্লি। তৌইগুম্বস্থং অভিভাবক ওইবগী মরীদদি মহৌশানা চহী মতাঙ অসি কয়া য়ানা চংনদে। থোইদোক্লা বুড়চুদি স্কুল কারে অদুগা রেবাদি কাদ্রি। মরম অদুনা মরৈ য়েংনরকপা মতমদা মরক্তা ওঝা নত্রগা অতোপ্পা মঙোন্দগী হেনবা ছাত্রবু হেক হেক পল্লি, মতম অদুদা রেবা নমদুনা তুমিন্না লৈবা তাই। "বিগু ঐখোয়গী ক্লাসকী মকোক ওইবা অঙাংনি, মহাক্লা হায়। মঙোন্দগী নহাক্লা হেন্না খঙব্রা ?" রাঙাং অসিগী মখাদগীদি য়েংনবা য়াদ্রে।

অদুবু ঙসিদি মকোক ওইবা অঙাংগী মতামত নত্তে। মসিদি মশাগী থাজবগী রাকন্নি। মরম অদুনা রেবাসু তোক্তে।

"করিগী ঙম্লোই ; শোয়দনা ঙমগনি।" অদুগা খোম্থোক্তা অদুগুম্বা অচেৎপা থাজবদুগী মঙালদি য়াওখিদ্রে।

বুড়চুনা য়াম্না থৌওইদনা হায়রম্মি, "জার্মানগা পাবা ঙমদ্রবা ইংরেজদুনা জাপানগা পাবা ঙম্বা।

হুঃ, মায়থীদুনা ভূত ওইরগনি।"

"করিগী মায়থীগদোরিবা ? ইংরেজগী তপ নোংমৈ এরোপ্লেন কয়া য়ামখ্রে। জাপানগী এরোপ্লেন লৈজব্রনে ?"

"জাপানীগী এরোপ্লেন লৈতে হায়বা ? হা হা হা ! এরোপ্লেন্দগী বোম থাদদুনা ইংরেজশিংবু হন্দোকহল্লিবা অদুগা প্রিন্স অব ওয়েলসপু লুপহল্লিবা কনা তাদ্রি ? ইংরেজনা জাপানীশিংবু করি তৌবা ঙম্লবগে ? ইংরেজগী এরোপ্লেনদি লোইনমক অকায়বা, ম না করি তৌগনি ?"

"ইংরেজশিংগী এরোপ্লেনবু অকায়বরনে, মিনি সাহেব ? কায়রবদি করম্না আকাশতা পাইখংলিবনো ?" শুংশিরবা খোঞ্জেন্না হায়জরকই ইংরেজগী য়াইফবা পামজবীসিনা।

অদুবু ঐগী পাউখুম ঙাইদনা বুড়চুনা হায়রম্মি, "পাইখংলি অদুগা হেক মতারকই। ঙরাং পাউ-চেদা ইখিদ্রা 'এরোপ্লেন খুদোংথীবা' ? কলকাতাদা এরোপ্লেন পাইখংপদা তাগ্রবদুদি। মদুদা মীসু শিরে।"

লেঙবা য়াদ্রবা প্রমাণনি। চুম্নতগী থৌদোক নত্তে। মুমিৎ অমসুং

তারিখ থাওবা পল্লবনি। মসিগী মতুঙদদি মরৈ য়েংনবা লুরে। অহুম ওইনমক তারোইবা ওইনা পিল্লবা প্রতিবাদ অমতং তৌরককই রেবানা।” য়েংউ ইংরেজ মায়থীরোই।”

“নহাক্লা কয়া য়ামনা খঙলদ্রুনা! মায়থীমি, মায়থীনি, মায়থীনি। জাপানীশিংনা চার্চিলবু মখুৎনা হেক ফংবদা থোরীনা পুনশিন্দুনা পুরক-লগা মতুঙদা ক্ষুরনা মঙক ককথংকনি।” অমুম হায়হুনা বুড়তুনা মথোনা উৎলম্মি মহুদি জাপানী নওনা, মহাক মশামক্লা চার্চিলবু পুন্নবগী থোরাং তৌরম্মি।

রেবানা কপ্পিঙ কপ্পিঙনা হায়রম্মি, “কদৌমুংদসু ওইরোই, জাপানী-শিংনা ঙম্মোই। ঙমগদ্রনে মিনি সাহেব?”

মহাকপু শেগাদা চিংশিল্লগা নানবিহুনা হায়রকই, “নত্তে, ঙম্মোই। অতুগা ঙমলবসু করি তৌবগে? চার্চিলবু পুনজসনু; ঐখোয়গী রেবা সুংশিবীবুদি পুনবা ঙম্মোইদনা।”

“ইংরেজনা মায়থীপ্রবদি বিল্‌হোয়দি কমদৌনি? বিলগী মপাসু ফাহুনা পুথ্রনি, মমাসু পুথ্রনি, জন, লুসী, অমসুং এ্যানি পুন্নমক লোইনা পুন্দুনা পুথ্রনি? বিল্‌ হায়বদি য়ুম্লোম্ববা উইলিয়মনি। রেবা-হোয়গী মমাঙগী ফ্ল্যাটকী সিমস্‌ মতৈ মনাওগী চহী তরানিথোইগী মচাণুপা জননি। লুসী অমসুং এ্যানি মহাক্কী মচন অনি-নি।

“অতু ওইরবদি ফাখিসণু বিল্‌হোয়বু। মখোয়গী ট্যাবী হুইহুনা ঐখোয়গী বিলাসিয়াবু নহাল চিল্লম্বদো।”

রেবানা মঙক হায়রতুনা কন্না আপত্তি তৌরম্মি। হায়রম্মি, “নত্তে, মখোয়বু ফাহুনা পুবা য়ারোই। বিল্‌না ঐঙোন্দা চকোলেট পী, টফী পী। অতুগা মহাক্কা সাইকেলহু নোংমগু থৌহনগনি হায়।”

হে হরি! অসুক কুইনা ব্রটেনগী মরুপ।সিনা ইংরেজগী য়াইফবতা ওইহন্নিঙলিবসিগী মরু ওইবা মরম খঙলে। চকোলেট, টফী, অতুগী মথক্তা সাইকেল থৌহনবগী আশানি মসিগী মতুঙদসু ইংরেজগী মায়-থীবগী কল্পনা তৌরবদি তৌবিমল খঙদবা ওইরগনি। কক্লিঙভাই করিসু

লৈতে। ভারতবর্ষদা ইংরেজবু পামজবা মী কয়াম্রকম অদুগী ক্বিবমচু অসিনি। চকোলেট, টফী নত্রবস্থু, কনাগী চাকরি, কনাগী কমথোন, কনাগী রায় সাহেব, খান বাহাদুর নত্রগা সি, আই, ই, নাইটহুড চারবা ওাক্তনি।

অদুবু খাল্লবা নোংপোক্কী লানগী হ্বারীদা অশনবা অমা থোক্লে। নুপী য়াওরিবা ঘোষ সাহেবনা পলহল্লম্মি। মতৈ মনাও অসিগা হ্বারী শানবসি মুমিৎ খরতা মশুায়রি। অদুবু মখোয়গী থম্মোইনুং অদু মুমিৎ খজিক্তুগী মনুঙদা মশুংগী ঈচেন অমা শেমখ্রে। শ্রীমতীনা হায়রম্মি, "ওখলাদা চৎলুসি?"

"কদাইদনো? পেরু নত্রগা কামস্কাট্‌বাদা?"

"মতুদগী খরা নকশিল্লি। মথুরাগী লম্বীদা, মফম অসিদগী মাইল নিপাল্লোম্মি। হল্লকপদা নিজাম্মুদ্দিন য়েংলকলি।"

ওখালা হায়রিবা মফমসি দ্বিপ অমগী মতৌগুম্মি। যমুনাগী ঈচেলবু অচৌবা খোং অমদা চেল্লক্তুনা মফম অসিদা অতোপ্পা শক-ফম অমা লৌই। হায়রিবা খোং অসি লৈমায় মচেৎ অমনা কোয়-শিল্লি। উপাম্বী য়াম্না হৌই, উরুম লাংই। নাকল অমদা সরকারগী সেচ বিভাগকী অফিসনি, অরেম্বা শরুক অদুনা ময়ামগী পোথাফম লম্পাক্লি। খোং অসিগী মচীন হাংদোকই। অদুগা থিংজিন্নবগীদমক লকগেট লৈ, মসিগী মথক্তা পাক্লবা থোংনি। টাঙ্গা অমসুং মোটর য়াম্না লায়না লানবা য়াই। ছুটিগী মতমদা মফম অসিদা পিক্নিক ওইনা মী কাওবু কাওবু লাকই। ওখালা হায়বসি নয়াদিল্লীগী বটা-নিকস্‌নি। মাইকৈ মরিগী ভৌরুনবা মচু উকুলগী লমদম অসিদা মনম মুংশিরবা অশংবা মনাপী মনম হাইক্লেত্তুং কংই। যমুনাগী লুদ্রবা ঈচেল চেন্থরক্লবগীদমক খোংগী মাইকৈরোমদা শাংলবা বাঁধ অমা ইম্থোরকলি। মসিগী মথক্তা অহেনবা ঈচেল অদু অতোপ্পা নাকল অমদা তাখি। মফম অদু ফম্বাক্কী মতৌগুম্না নুংনা চনশিল্লবনি। লৌমীগী অওাংশিংনা ফিমা লোং থোনবদা মথৌ চিল্লি। খোংগী

মচীন্দা খোই থাডুনা ফম্লি সাহেব অমা অনিস্থ পুং কয়া চুপ্পা। মখোয়গী অখাঙ কনবস্থ মপান নাইদে অতুগা আশাস্থ ঙমখৈ লৈতে। উখাদা ফিদা থাডুনা ফম্লি কলাগুস্বা শেঠ, প্রসাদ নত্রগা, গুপ্তজী। চৌরী কৈথেল য়োংকী চাউরবা কৈথেলনি। চয়োল চুপ্পা হন্দরগী হিসাবতা য়োং য়োংগা শেল য়াম্না তাল্লি। নোংমাইজিং মুমিত্তা লাকই অরা-পোখাবা। মহাক্কা লোয়ননা লাকই মশা চাউরবী য়ুম-লৈমা, মচা মুপা মুপী ডজন তঙ্খায় অমা, চাউরবা টিফিন কেরিয়ার অহুম মরি, ঈশিংগী পাত্র, হিদাক থক্লবা গুড়গুড়ি অমস্থং মীনায়।

লাক্লে লেংজুমদা পিথ্রাইগী মার্কা থেংপা খাকী শেংপা ইংরেজ, ক্যানাডিয়ান নত্রগা অষ্ট্রেলিয়ান ক্যাপ্টেন। লেঙ্গোল্লবী ফিরিঙ্গী মরুপ। লেংবান্দা শউনগী ফিতানা মরী শাংনা য়াম্থরডুনা ফটোগ্রাফকী ক্যামেরা। ঙাল্লবা অয়ুক মুংথিনগা মতম অসিদা মখোয়গী অয়েবী থাকী মুংশি মুংওনগী মতৌ অতু উবদি মরক মরক্কা অয়েংবশিংগী ইকাই নিঙঙাইনি।

মরৈবাক্তা ইংরেজবু করিগুম্বদস্থ অস্থম্না জ্ঞান রাংপসি উখিদ্রি। থাঙজগী মুমিদাংরাইদা পিকাডিলীদা উরে নুংশিনবী শাবী শানৌ-শিংগী কাঙলুপ। উচেক লাবা অমোমনা অরাংবা উপাল তস্না পাইখং-পগুম। মখোয়গী হরাউ মথোই কাবসি ভট্রপল্লিগী নিয়মগা মতুঙ-ইন্নদি নত্তে, অদুম ওইডুনস্থ উদবা, হদবা লৈই অমদি চিংলি মক্তবু কনানস্থ থৌওইদনা লংথোক্লদে। লৈই অসি সুনীতিগী নত্তে সুরু-চিগীনি। ভিসেন্সা হায়বসি ইংরেজনা থরায় হকচাং য়াওনা পামজে। ইণ্ডিসেন্ট হায়নবগী খোঞ্জেল লৈতে ইংলণ্ডদা। মাইল কুনমঙাগী ঈশিং লাম্থোক্লবদি কন্টিনেণ্টা রুচি অসি খঙবগুম উদে। পুকচেনবু শেংনর-বদি শাবী শানৌশিংনা করিস্থ চিংনবা উত্তে।

সমুদ্র তরেং অমস্থং তুরেল তরাহুমদোই লাল্লগা লৈবাক অসিদা লাকপদা ইংরেজ অসি স্থরুচিগী লৈইগী রাকম অসি মমৈথংদা কাউ-গ্রমাল্লে। বৃটেনগী মপান্দা বৃটিশকী মিংচৎ থীবগী রারী য়াওরি

Somerset Maugham গী ৱারীদা মপাল নাইদনা। পালামৌ কোয়-বদা সঞ্জীবচন্দ্রনা মফম অমদা ইরম্মি, বন্না বন্দা ফজে, অঙাংনা মমাগী মতম্বাক্তা। বৃটেন অৱণ্যগী মপান্দা ইংরেজ য়েংলবদি ডারুইন তত্ত্বদা করিস্থ চিংনমিঙঙাই লৈতে।

ভারতবর্ষদা ইংরেজনা ইকাই ইকি হুন্দোক্লিবসিগী মরুওইবা মরমদি মায়কৈ মরিদা মখোয়বু য়েংলিবশিং অদু মখোয়না মীনি হায়না খন্দে। মখোয়না মখোয়গী মরীদা করি খনবা খন্দবা হায়বদুগী মরমদা কোক ৱাই চিলহন্দে, ঐখোয়গী ইমাঙদা অচোপ অৱেমগী ৱাস্থ খন্দে। অদুগা মৱম অমস্থ লৈরি, মদুনা খরা হেন্না মরু ওইবনি। লৈবাক অসিদা ইংরেজদি মহাক্কী ইমুঙ মনুঙ অমস্থং সমাজদগী পৃমতং তংনরবনি। মফম অসিদা মহাক্তি লগাম য়াওব্রবা শগোলনি। মহাক্তি কলকাতাগী মেসতা লৈবা মফঃস্বলগী ইনাক খুনবা জমিদার মচানি। তুংদা অভিভাবকক্কী খুর্জি লৈত্রে, মখুত্তা লুপা চবুল চবুল লৈ।

ইংরেজ মতৈ মনাও অনিখক নয়াদিল্লীদগী সাইকেল তোংদুনা কালেনগী মুংশা শাথ্রবসিদা লাক্লম্মি। ইরুজনবগীদমক। তুরেলগী ঈশিংদু কদাইদস্থ খ্বাং য়োদে, পূমউ উবনি। ইয়ায়সিদা পুং কয়ামরুম চুপ্না ইরোয়রে। তোর্ব্বান ৱাংমদা লৈঙোই মথক্তা ঙা ফাগদবগী উরোক শঙ্গুনা ধ্যান্দা পুক্লিঙ লুপ্লবা সন্ন্যাসাগুম্না লেঙাদ্রে, হাইদ্রি, ঈশিংদা মিংফম হোংদনা য়েংদুনা শিকারগীদমক ঙাইরি, ইরুজরি-বশিংগী খোঞ্জেল, ঈশিংদা শান্নবা অমস্থং হৱাও তয়াম্বগী মিনোক্তা মখোয়গী ধ্যান অদু কায়খ্রে। ঙক্লদুনা মখোয়না হন্না হন্না মফম ওনবা হৌরক্লে।

শুপী মুপা পুন্না ঈরুজমিন্নবসি ঐখোয়গী লৈবাক্তদি পুক্লিঙ থৌগৎ-নিঙাই নত্তে। থায়নগী মীরোনগী ৱাদি থাবু থাদোক্লসি। চাবদা কোয়বদা তৃম্বদা মঙদা ইংরেজগী মতৌ তমজরবা মখোয়শিং অদুগী মফমদস্থ মসিদি থৱায়না পান্না লৌবা ঙমদে। ক্লবতা জিন নত্রগা ভারমুথ থক্লগা অতোপ্পা মুপাশিংগা লোয়ননা ওয়লজ জগোয় শাব্দা

অথিংবা লৈতবা কাঙবু অতুদসু পূন্না ইরুজমিন্নবা অসিদি য়াম্না পান্নবা মিৎয়েংনা য়েংনদে।

লৈতানা খল্লগা খঙগনি, মসিগী মরুদা লৈরি ঐখোয়গী সংস্কার অতুবু সংস্কারগী মুক্তিদি রা খন্নবনা ওইবা য়াদে, ভূতকী অকিববু বুদ্ধিনা জয় তৌবা ঙমদবগুম। অহিং অমদা শেংদোক্কুনা মাঙহনবা তারবদি বিপ্লব চঙঙি, খরা খরা তন্দে মান্দে শেংদোকপা তারবদি অভ্যাস চঙঙি।

ঐখোয়গী মমাঙতৈগী সমাজদা নুপা নুপীগী লৈনরিবা মরীসি ময়েক শেংনা মপানথোঙদা উংপসি য়ানদে। অনিমক্কী লবুক তোঙাল্লি, অকোয়বসু তোঙান তোঙানবনি অমসুং থৌদাংসু মান্নদে। ধর্ম্মগী চৎনবী অসিমতং নত্তনা নুপী-নুপা অনিমক্কী পুন্না তৌফমথোকপা অমতা ঐখোয়গী শাস্ত্রদা লৈতে। অর্জ্জুনগী রথতা সুভদ্রানা সারথি ওইখি-বসি তোক্লগা পুরাণ, কাব্য অমসুং সাহিত্যদা মপূরোইবগা তালোয়গা পূন্না থবক তৌমিন্নবগী অনি শুবা খুদম ফংদে। শাবিত্রীনা সত্যবানগা চংমিন্নবসু শীং চনবা নত্তে, মঙদা উরম্বা অমঙ্গলগী অকিবদগীনি। মতম অতুদা নুপাশিংনা তৌরম্মি পূজাগী থবক, পুরোহিতকী থবক, লাইরিক লাইশু তম্বা, তম্বিবা, লাঙ্গোল খোয়বা, অমসুং লল্লোল ইতিক। নুপীশিংনা যণ ব্রাহ্মণগী সেবা, চাক থোংবা অমসুং ইমুঙ মনুঙ শিৎ-নানবনি। অনিমক্কী মরক্তা উন্নবগী মতমসি য়াম্না তাঙঙি, অহিংদা তূমফম কাদা ঙহাক্তং পোত্থানবদা শংবা মতম অদু নত্তনা অতৈদি লৈরমদে।

ঐখোয়গী ইমুঙ পুল্লপ চামিন্নবগী চৎনবীসিনসু নুপা নুপী অনিগী থবক পূন্নমক্তা অমগা অমগা মতেং পাংনগদবদু খোঙথাং খুদিংগী অপনবা পী। মফম অসিদা মপূরোইবা অমসুং লোয়নবী অনিসি চাউরবা সংসার যন্ত্রগী চক্র অমসুং বণ্টুতা ওইজবনি, অনি পূনশিল্লগা অমতা ওইনা শেম্বা নত্তে। সারিগমগী তারাদা তোঙানবা সুর অনি থোকই ; অনি পূনশিল্লগা মচেৎ তাদবা ইশৈ অমা নত্তে। চৌধুরী ইমুঙগী মৌ-য়ায়মনা

মনাওন্নুপী অছুমগা মচন-নুপী মণ্ডাগা থনম্নগা মপুরোইবগা লোয়ননা সিনেমা য়েংবা, নত্রগা গঙ্গাগী মপান্দা হকচিক লাংবা চৎপা ঙমদে। ময়াম্বা অহনগী পুক্নিঙদস্থ খল্লম্লোই মতোমতা মৌ অহনগা লোয়ননা দার্জিলিং নত্রগা সিমলা চীংদা কোয়রুরগা হল্লক্কে হায়বসে।

নুপা-নুপী পুল্লগা হিংমিন্নগদবনি হায়বা ৱাখল অসি ঐঙোয়গী সমাজদা নৌনা থোরকপনি। নুপীনা নুপাদগী থবক তোঙাল্লি হায়বসি মপুংফানা য়ারবস্থ অনিমক পুনশিল্লগা পুন্সিগী মপুং ফারবা শকফম অমা শেমগদবনি হায়বসিদি ঐখোয়স্থ হৌজিক্তা খঙলক্লিবনি অদুগা য়াবদস্থ দোষ লৈতে মদুদি, জ্ঞান অসি ঐখোয়না য়ুরোপতগী ফংলক-পনি। চিংননিঙঙাই লৈতে, মদুদি, হৌজিকস্থ নুপাশিংনা তরাদগী মঙা ফাওবা আপিস কায়, কোর্টতা চৎলি, লল্লোল ইতিক তৌই অদুগা নুপীশিংনা ইমুঙ মনুঙ কোইরি। তৌইগুম্বস্থং মাইকৈ অনিমক্কী দায়িত্ব তোঙাঞ্জরবস্থ থৌশিনদদি তাম্নরি। হৌজিক্কী য়ুগ অসিগী নুপীশিংগী থবক য়ামজদ্রবস্থ মপুরোইবগী থবক ময়ামদুগী ঈ-পাওদি থম্লি।

য়ুম হায়বসি হৌজিক্তি নুপীগী পোৎচঙ অমস্থং মশাগী নুংঙাইবগী ৱাখল্তদা পানবা নত্তে। মপান্দা নুপাগী মরুপ মপাং, সমাজগী হৌন-চৎনবী অমস্থং ঙহাক্তং শ'বদা পুক্নিঙ নুংঙাইনা পোত্থাবা, মপুরোই-বগীতা ওইনা নুংঙাইনবগী ঙাকস্থ নত্তে। ইতিহাসকী মমাঙগী য়ুগকী চাওরবা জীবযন্তগী মতৌগুম্না হৌজিক্কী মতম অসিদা অপুনবা ইমুঙ অসি তপ্না তপ্না মাঙলকই। মপুরোইবা, লোয়নবী অমস্থং মচা নুপা নুপী অনি মরিগা লোয়ননা পানবা য়ুম অদুদা মপুরোইবনা য়ুম্বুরেম্নি। মহাক্কী মমিঙনা নুপাগী অথোইবা মিংনি। য়ুম অদুদা নুপীগী পরিচয়স্থ মৌ য়াইমা, মথং নত্রগা অতোনবীগী মওংদা নত্রে, মশাগী সাম্রাজ্যদা লৈমরেম্নি!

অয়াম্বনা কাউনৈ মদুদি, মপুরোইবা অমস্থং য়ুমলৈমগী অপুনবা পুন্সিগী মপুং ফাহনবসি নোম্বদগী হোল্লি মদু অঙকপা নত্তে। লুহোংবনা

মপূং ফাবতুগী লাইফ্ ইনসিওরেন্স নত্তে, গ্যারান্টিদি শুকনংপু নত্তে। মতুদি চুম্নতগী পম্থুংফম য়োনবা উপায়নি। সমাজনা য়াবা অমস্তুং আইন্না য়াবা অধিকার পীদুনা লুহোংবনা মুপা মুপীগী তিন্নবা লৈমিন্নবগী লবুক্তা কনশিলহল্লি অমস্তুং অপনবা পীদে হায়বতনি। মসিবু মহয় য়ালহনবদি মাইকৈ অনিনক্কী চেকশিন্না হোংনবা, অকনবা সাধনাদা লৈরে। হান্না মুংশিনবা কোন্না লুহোংবনা য়ুম পানবগী সমস্যা পূম্নমক কোক্কনি খল্লম্মি, মখোয়না হৌজিক্তগী হৌনা তম্লে মতুদি, কোর্ট শিপ তৌরগা লুহোংবসি ফুল প্রুফ নত্তে, মতুদি ইন্টরভিউ তৌদুনা থবক হাপ্পগুম্বা নত্তে।

মুপা অমস্তুং মুপী হায়বসি নোংমা নোংমগী লাকশিনবা ওম্নরকই মশাগী মহাওনা হৈনবীনা অমস্তুং মতনা। অমগা অমগা শেমগৎ-নরকই মশাগী মুংঙাইবগী মতুংইন্না, শেম্লকই মিকুপ খুদিংগী। অম্মুন্না লৌথোক লৌশিল, শেমগৎ-শাগৎপসি উদনা খঙদনা চথে অদুগা অয়াম্বম্তু রাহৈনা নত্তে। মসি খ্বাইদগী হেন্না নকশিন্নবনা খুদোং চায়। নরুবা হায়বসি চুম্নতগী য়ুমতদা নত্তে, মপান্দগুনি।

মীওইবগী পুক্নিঙ হায়বসি য়াম্না অঙকপ্পনি, মহাক্কী পরিচয়দি লোইবা নাইদে। মহাক্না লৈরিবসি লেঙদবা নত্তে, অকোয়বদুনা ওল্লক-পদা মহাক্না ফোংদোরকপম্ব অতোপ্পা মওংনি। মুপীনা মপুরোইববু খঙগনি মথল মথা চাংয়েং কয়াদা, উৎসবতা অরাবদা চাকতাঙবদা লৈবাক্কী বিপ্লবতা। মপুরোইবনা মুপীবু খঙঙি থোইদিং মরু মরু ওইনা মুমিৎ খুদিংগী অনৌবা ফিভমনা কোয়শিল্লকপদা হায়বদি মণিকাগী হীরাবু মুক্তা ওস্থোক্লগা অনৌবা মওংগী না য়ানবী, খুজি, লিক শাব-গুম্না। মরম অদুনা নুপীনা জলকেলীগী লোয়নবী ওইরবদি, মহাকপু থোইদোকপা মওং অমদা উই, মতুদি অয়ুক্তা অশাবা চাগী কপ পায়-দুনা ঙাইরিবী নুপীশিংগী মথুঙদি চন্দ্রে। নুপীবু জগোই শঙদা অতোপ্পগা লেঙ্গোম্নবা উরগা শাউদ্রবা মখোয় অতুনা ইরুজবদা লোয়নবী ফংলগা করিগী মুংঙাইতবা তৌগনি? নুপীশিংগী ইরুজবগী ফিজেৎ উরগা

পাখংকনি যুগ অসিগী আমেরিকাগী সিনেমা উরগা মমিৎ উইশিনবা মখোয়শিং অতুগী মরক্তা অসিগুম্বা অমতা য়াওরম্লোই।

ঘোষকী শুপীনা মহাক্কী রাশক ঙাক্লম্মি। হল্লকপদা নিজামুদ্দিনগী হোজঙদা গাড়ী থাল্লম্মি। থোঙ হাংদোক্লগা চঙখ্রে ইতিহাসকী মরাম চায়থক্রবা পন্দুপ অমগী মমুঙদা।

পাঠান নিংথৌরেন আলাউদ্দিন খিলিজীনা মতম অতুগী দিল্লীগী চিদাই ওইবা মফম অমদা মসজিদ অমা শারম্মি। মহাক্না শিখিবা কুইরবগী মতুঙদা নোংমা ফকির অমনা মসজিদ অসিদা লাক্লম্মি। ফকির অসি নিজামুদ্দিন আউলিয়ানি। মফম অসি মহাক্কী থরায়না তারম্মি। মফম অসিদা মহাপুরুষ অসি অতুম লৈখিরম্মি। মতমগী মতুঙইন্না মহাক্কী পুণ্যগী মিংচং শন্দোরক্লে; পামজবা ভক্ত কয়ামরুমস্থু থীন্দনা মহাকপু কোয়শিল্লরে।

খুল অতুগী ঈশিং তাঙবরোমদা মহাক্কী মিংয়েং চিংশিনখ্রে। মপুক্লিঙদা লেপ্লম্মি পুখ্রি অমা তৌরগে মতুদা খৌরাংলবশিংনা ঈশিং ফংগনি, খুনগী মৌশিংনা পুল থন্না ঈশিং শোক্লগনি অতুগা নমাজগী মমাঙদা মশা মউ শেংদোক্তুনা শেংলগনি মসজিদতা লাই খুরুমগদৌরিবা ক্লাঙবুত্থু। অত্থবু রাশক্তা অপনবা পীরক্লে থিংবা ঙমদ্রবা পনগুম। শাউরক্লে নিংথৌ। মীবু লাকশিননিঙলবা সুলতান গিয়াসুদ্দিন তোগলক্কী লুংঙাইতবা পূম্নমক্কী তাফম ওইরম্মি করিস্থু লৈত্রবা ফকির, তোল্লবা নিজামুদ্দিন আউলিয়াদা।

তোগ্‌লক নিংথৌ শাগৈ লিংখৎলম্বা গিয়াসুদ্দিনগী মপাগী পরিচয় ইকাইখুম্নবা শাগৈ নত্তে। মহাক্না পূন্সি মীনায় ওইনা হৌরকপনি। অত্থবু মপাঙ্গল অমস্থুং মবুদ্ধিগী পাম্বৈনা আলাউদ্দিন খিলিজীনা পাল্লিঙৈদা গিয়াসুদ্দিননা মশাবু থোইদোকপা ওমরাহগী মওংদা শেমগৎচরম্মি। নিংথৌরেনগী মালিকশিংগী মরক্তা মহাক্না অথোইবনি। আলাউদ্দিননা শিরবা মতুঙদা করিস্থু কাম্নদ্রবা সুলতান অনিনা মথং মথং ওইনা চহী তরুক তরুক নিংথৌ ওইহ্নুনা পাল্লম্মি, মখোয়গী

মপাঙ্গল য়াওদ্রবা শাসন্না মরম ওইদুনা লৈবাকপু নিংথৌ পান্দবা লৈবাক ওইনা তৌহল্লাম্ম। গিয়াসুদ্দিনদি মতম অদুদা পঞ্জাবকী শাসনগী চুপ্লি পায়খনি। অসিগুম্বা মতম অসিদা খসরু খান কৌবা ধর্ম্ম থাদোক্লবা তোল্লবা হিন্দু অমনা দিল্লীগী সিংহাসন খুদুম চনখ্রে। গিয়াসুদ্দিননা মহাক্কী লান্মী পুরদুনা পঞ্জাবতগী দিল্লীদা যাত্রা তৌরকলম্মি, খসরু খানবু মায়থীবা পীদুনা হাত্তোক্লম্মি, চাউথোকপগা লোয়ননা মশামক বাদশাহীগী তাংবন্দা কাখৎলম্মি।

গিয়াসুদ্দিনগী অচেৎপা পুক্নিং লৈরম্মি, মথৌনা লৈরম্মি, লৈবাক ঙাকপদা হৈ-শিংবসু লৈরম্মি। তৌইগুম্বসুং মদুগী ওন্ন-তৈনবদা মহাক্কী মুংশিহৈতবসু অকিবগী মশক্নি। নোংমদি মথৌ মশক খঙদ্রবা মীশিংগী থৌশাদনা চোইঙাং ঙাংবদা গিয়াসুদ্দিনগী শিবগী রাসু য়াওথোকখ্রে। সুলতানগী নাকোংদসু য়ৌখ্রে মুমফম য়াওদ্রবা পাউ অসি। অশাওবা করিমতা উত্তুনা সুলতাননা মহাক্কী সিপাহী কাওবুদা য়াথং পীরম্মি, “মীনা ঐবু ওইদবা মোংফমদা ফুমজিনবিরে, মরম অদুনা ঐনা মখোয়বু অশেংবা মোংফমদা থাজিনবা পাম্মি।” মশীং লাকওমদ্রবা মরায়বক থীরবশিংগী মপুন্সি লোইশিল্লক্লে মিকুপ মিকুপ্তা ; মোংফমদা অশিবা মীশা চাবা শা উচেক্কী অচৌবা উৎসব ওইরক্লে।

অদুম ওইদুনসু গিয়াসুদ্দিনগী কুপ্না য়েংশিনবা মিৎয়েংসু লৈরম্মি। মতম অদুদা মোগলশিংনা লান্দারকপা মদুগা লোয়নবা মীহাৎ মীপুন অমসুং লুট তৌবনা অরাং ভারতকী লোইনাইদ্রবা অকিবগী মশক ওইরম্মি। গিয়াসুদ্দিননা মখোয়গী লান্দারকপদু অরেম্বা তাহল্লবগীদমক অনৌবা নগর শেম্লম্মি, নগরগী অকোয়বদু চঙবদা রারবা চেকপন্না কোয়শিল্লম্মি অদুগা চেকপনগী হোজঙদা জয় তৌবা ঙমদ্রবা লানবন শারম্মি। মাইকৈ অমদনা চীংদুম মচা অদুগা অমরোমদনা চেকপন্না কোয়শিল্লবা নগরী। ময়ায়দা চাউরবা থাঙ্গপাৎ অমা তৌরে। ইপাম্বাদা চীংথক্কুগী চেম্বরকপা ঈশিংনা থাঙ্গপাৎ অসিদা তাই, প্রজাশিংনা কুম অমগী ঈশিংগীদমক্তদি করিসু চিংনবা লৈতনা লৈথোকই।

নগর অসি শেমগৎলকপদা ফকিরগা স্থলতানগা মুক্কবা হৌরক্লম্মি, অমুক্কা হেন্না শেংনা হায়রবদা নগরবু চেকপন্না কোয়শিনবা অতুগী মরমদনি।

নিজামুদ্দিন আউলিয়াগী পুখ্রি তৌবস্থু থবক শূবা মী য়াম্না চঙভি। গিয়াস্থদ্দিনগী নগর শেমগৎপদস্থ থবক শূবা মী লীশিং লীশিং চঙভি। অতুগা দিল্লীদা থবকশূবা মীগা মশিংদি য়াম্না অকক্লবনি, মফম অনিদা চঙলিবা অতু কোম্নবা ওইথোক্কে। মশানা তাবা ৱানি মতুদি, বাদশাহনা পাল্লম্মি থবকশূবা মীশীংনা মহাক্কী থবক হান্না লোই-শিনবা, মতম অতু ফাওবা ফকিরনা মহাক্কী পুখ্রি তৌবতু ঙাইবা। তৌইগুম্বস্থং নিংথৌগী শেলগী পাঙম্না মতু ওনবা য়াই। ফকিরগী পাঙন্দি থম্মোইগীনি, মহাক্কা ঙমখৈদি লোইবা লৈতে। থবক-শূবশিংনা 'অশূমন য়াওদনা কাঙবু কাঙবু ওইনা নিজামুদ্দিনগী পুখ্রি তৌবা হৌরক্লে। স্থলতাননা নিন্দা তৌবা তোক্লগা হায়রম্মি, অতু ওইরবদি—।'

মহাক্কী খোঞ্জেল অসি আতিয়াদা তিন্দ্রিন্দৈদা অথুবা হুকুম অমা লাক্লম্মি। বাংলা লৈবাক্তা য়েক্লবা নমথনবগীদমক লাম্মী পুতুনা চৎপা তারম্মি।

শাহজাদা মহম্মদ তোগলকনা কোম্নুংদা নিংথৌগী মহুৎশিনবা ওইনা লৈরম্মি। মহাক্তি নিজামুদ্দিনগী তুংইনবশিংগী মম্নুংদা অথোইবা অমনি। মহাক্কী য়াথংনা অয়ুক নুংথিল খায়দনা তৌরকপনা মীগী কান্নবা তৌবা পাম্লবা সন্ন্যাসীগী পুখ্রি অতু থীন্দনা ঈশিংনা পিক থনখ্রে। তোগলকবাদকী নগর চেকপল লোইদনা লৈহৌরে।

মমৈথংদা স্থলতানগী হল্লকপা মতম ওইশিল্লক্লে। নিজামুদ্দিনগী তুংইনবাশিংনা হল্লক্কদবা নুমিৎ মশীং থীবা হৌরক্লে। মখোয়না ফকিরবু থুনমক নগর থাদোক্তুনা চেনখিনবা হায়রম্মি। ফকিরনা মোমোন নোক্লতুনা মখোয়বু খামজিল্লম্মি,—"দিল্লী য়াম্না থাপ্লি।"

নুমিৎ খুদিংগী ক্রোশ মরিগী হিংদা স্থলতাননা চঙশিল্লকই।

সুমিৎ খুদিংগী ভক্তশিংনা ফকিরবু তক্লে। সুমিৎ খুদিংগী নিজামুদ্দিননা পাউখুম অমতমক পী,—দিল্লী য়াম্না থাপ্লি।

সুলতাননা নগর চঙশিল্লকপা নকশিল্লক্লে, নোংমতগী লম্বীদা মঙাল্ল-শিল্লক্লে,। লাঙতক্লরতুনা শিস্যশিংনা সন্ন্যাসীবু তকশিল্লক্লে, হৌজিক ফাওবা মতম লৈরি, নুংথিন'সিদা চেনবিখ্রে। গিয়াসুদ্দিনগী অশাওবা অমসুং সুংশিহৈতবা কনাগী মফমদসু খঙদবা লৈত্তে, ফকিরবু মখুত্তা ফংগ্রবদি মহাক্কী করি দশা ওইগদগে হায়বদু খল্লুবদা মখোয় পূম্নমক থক থক নিক্করম্মি। হাইফেৎ নোক্লতুনা সুমিৎ অতুদসু পাউখুম পীরম্মি অকিবা লৈত্রবা পূম্নমক থাদোক্লবা সন্ন্যাসীনা,—'দিল্লী হৌজিকসু য়াম্না থাপ্লি" অসুম হায়রদুনা থৌশাদনা মখুৎকী মালা চৎপা হৌরক্লে।

নগরগী অরোইবদা মপাবু ওক্লনবা মহম্মদনা চাউরবা মণ্ডপ অমা শারে। রেশমগী য়েক-খোংলবা ফিনা থাক্কল ওইনা খনখ্রে। স্না মচুগী ফিটা অমসুং মণি মুক্তা ইলং লংনা য়াম্থরি। পুং ঝান, শামী লাম্মী, আমীর ওমরাহ পূম্নমক পূনশিন্দুনা চাউরবা থৌরাঙ অমা তৌরে। চাবা থকপগী চাউরবা থৌরাঙনি, চাবা লোইরগা শামু ঈন্নবা উৎপগী প্যারেডনি।

মাণ্ডপকী ময়ায়মক্তদা খর রাংলপ তৌবা লৈমায়দা বাদশাহগী ফমফমনি, মহাক্কী নাকন্দা মহাক্কী মহুৎ শিলহৌগদৌরিবগী ফমফম। মথং সুমিংকী ষণগারকপা মতমদা সুলতান চঙলক্লে মী ওক্লবগী মণ্ডপ্তা। হরাও তয়াম্বগী মরক্তা ফমফমদা ফমখ্রে। সিংহাসনগী নাকন্দা ফম-হল্লম্মি নুংশিজরবা মচাবু। অতুবু মহাক্তি মহম্মদ নত্তে, মনাওনি।

চাবা লোইরবদা য়াম্না নোল্লুক্লা মহম্মদনা সম্রাটকী য়াথং নিজরম্মি। জহাপনাগী য়াথং পীবিরবদি হন্দক্তি শামুগী কুম্মৈ হৌজরগে, শামুগী কুম্মৈসি মহাক মশামক্লা তৌগদৌরিবনি। গিয়াসুদ্দিননা নোকফেৎ তৌরদুনা য়ারম্মি।

মহম্মদনা মণ্ডপ্তগী তপ্না তপ্না চংখ্রে।

কড়্ কড়্ কড়্ড়্ কড়াং

শামু অমগী মকোক হায়রকপদা য়ুম্বী অমা মফম লেঙথ্রে। মিকুপ অমগী মনুঙদা মগুপ পূন্নমক অদু মখোলগা লোয়ননা লৈমায়দা তুখ্রে।

মায়কৈ মরিমক্তা উগী উখোং কয়া চাইনা তুরক্লে। ননথেক্লরবা মীগী তেংথা খোঞ্জেল্লা অমম্বা অহিংগী আতিয়াদু নিনথ্রে। উফুলনা কুপশিনথ্রে মিংথেংস্র। কিরবা তথক্লবা শামুশিংনা কোয়চেন চেন্নবদা মরায়বক খীরবা কয়াদি শামুগী লুল্লবা মখোঙনা খোঙনেংনখ্রে। অদুগা মফম মরাঙ খঙদ্রবা ইচাই চাইনরবা মরক অদুদা মী কনগে হোংনরিবা কাঙবুনা বাদশাহবু থিবদু অরেম্বা তারম্মি।

মথংগী ময়ুক্তা মগুপকী অতেকপা উখোঙশিং অদু থাংদোক্তুনা য়েংবদা ফংলে অহল ওইরবা সুলতানগী অশিবা মশাদু। মহাক্না খ্বাইদগী নুংশিজরবা মচা মঙোন্দা নিংথৌ খুভম শিন্নরমগে খঞ্জবা, অদুগুম্বা মচাদুগী থরায় য়াওদ্রবা হকচাং অদুদা সুলতানগী পাম্বোম অনিস্থ তিংথোকতুনা লৈরম্মি। অসুম খল্লি মশাগী হকচাংনা ননশিন্দুনা কনগে হোংনরম্মাল্লে মহাক্কী নুংশিজরবা লল অদু।

লল-থুম মতিক মঙাল অমসুং মিংচৎ পূন্নমক পুদুনা মচাগা লোয়ননা গিয়াসুদ্দিনগী খগ্গনিঙঙাই ওইরবা পুন্সিদু নগরগী চিদাইদা অরোইবা য়াহিপ তানখি। দিল্লী লৈহৌরে মতম পূন্নমক্কী ওইনা মহাক্কা পুন্সিগী হৌখ্রবা খুদম ওইনা।

দিল্লী য়াম্না থাপ্লি। দিল্লী য়াম্না থাপ্লি।

---

## ৪

নিজামুদ্দিনগী ধর্ম্মশালা চঙবদা হৌজিকসু অহানবদা উরি আউলিয়ানা তৌরম্বা পুথ্রী। মসিগী মনাক্যক্তদা পাকচাউরবা যজ্ঞগী মফম অমা লৈ মসিগী ময়ায়দা ফকিরগী মশাদু ফুমথি। মোংফমগী

মথক্তা অমসুং অকোয়বদা য়েংবদা ফজরবা ভবন অমসুং মাঙ্গোল শেনখ্রে। মতুঙগা নিংথৌরেল সাজাহাননা মোংফমগী মায়কৈ মরিদা থা মচেং শানা কোয়শিন্দুনা শেম্লে ; মাঙ্গোল অতুনা কুপ্পা হক খোত্তুনা শেম্লবা নুংগী জালিনা ফল্লাং ওইনা কোয়শিল্লে। অনিশুবা আক-বরবা মোংফমগী মথক থংবা শরুক্কা গম্বুজ শেম্লম্মি। ফকিরগী পুণ্য চেল্লবা মিংলেনগা লোয়ননা লৈজবদা মশামকস্তু লাইবক ফবনি হায়না লৌজৈ।

গিয়াসুদ্দিনগী কোন্নুং তোগলকাবাদ ওসিদি চাউরবা য়ুম্বী অতেক-পগী মপৈ ওইনা ওন্থোক্লে। বি, বি, সি, আই, রেলওয়ে লাইননা মসিগী মথক্তা চেপ্লে। মসিনা হৌজিক মরু ওইরিবা কাম্নবা হায়ববু থিজিন লুমজিনবগী মচাক অমসুং টুরিষ্টশিংগী য়েংনিঙঙাই ওইবতা মঙায়রে। নিজামুদ্দিনগী ধর্মশালাদা হৌজিকস্তু চহী খুদিংগী মেলা তৌই, অথাপ অথাপ্পা লমদগী পুণ্য চেল্লবা মীশিংনা য়েংনিঙতুনা লাকই! মতম অতুগী কোন্নু দো মহাক্কা নিঙখায়বা ঙমদ্রবা অহঙ্কারগা লোয়-ননা মতম কয়াগী মমাঙদা উফুল্লক্কা তিনখ ; তোল্লবা সন্ন্যাসীগী মিংচপ্পি মীরোল কয়াগী ভক্তশিংগী থাজবগা লোয়ননা মখোয়গী থম্মোয় শুংদা মক্তনা লৈহৌরে। মহাক্কী চিংশিনবদি মতুঙ ফাওবা শন্দোরক-খিগনি।

হিন্দুগী অরোইবা পামজবনা গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা মশাবু থমজরম্বা অতুঙমতুনা চহী চা কয়া চুপ্পা দিল্লীগা মরল মথুম লৈবশিংনা আউ-লিয়াগী মোংফম মনাক্তা য়াতাজবা পামজরাম্ম অরোইবা পুন্সিদা মীর মঞ্জলসকা মনাক নকচবা। মরম অতুনা মহাক্কী অকোয়ব্দা লৈরি মশীং লাকঙমদ্রবা আমার ওমরাহগী মোংফম। মখোয়গী মরক্তা অমগী লৈরোননুংদা লৈরি কবি আমার খসরুগী কেমখ্রবা হকচাং।

খসরুগী প্রতিভা অঙকপনি ; মিংচংনা পাক্কা শন্দোক্লম্মি। দিল্লীগী কবি শাহৈগী মরঙা মহাকস্তু অথোইবনি। অলাউদ্দিন খিলিজীগী কাব্য পামজবা মচা খিজির খানগী মহাক্কা থমোই তিন্নরম্মি। মশাগী

চাংদমনিঙঙাই লৈত্রবা ছন্দদা শৈরেংচুনা খিজির খানগী থৌনা ফবগী য়ারীবু মহাক্কা মতম পূন্নমক্তা অমর খুভম ফংনবা হোৎনরম্মি।

নিজামুদ্দিনগী থংনবা মোংফমদা কবি অমসু লৈরি মতম পুন্নমক্তা য়াতাচুনা, মহাক্কী শৈরেং ঙসিসু উর্দু সাহিত্যদা মপা লৈত্রি। কবি গালিবকী সমাধিদি লৈতেংবিত্রবনি, ইচম চম্বা পাক্লবা বেদীদনি। তরা-মাপনশুবা শতাব্দীগী উর্দু সাহিত্যদা মহাক্কী নিঙশিং মমি লংনা লৈরি, কাব্য অমসুং য়ারেংদা। জগৎ অসিদা চীং লেম্নবা ফুরা শানৈ অচৌবা মীশিংগী মোংফমদা। অতুবু কবিগী মোংফমদদি মশাগী নিঙশিং মমিতনি।

হিন্দু যুগতদি নিঙশিং ফুরাগী অপাম্বা লৈনরমদে। মসিগী মরমদি হিন্দুশিংগী মিংয়েং অশিবদগী অচঙবরোমদনা হেন্না লৈরম্বননি। অতুনা মোংফমদা দালান শাগুনা সুংশিরবা মীশিংগী নিঙশিংবতু মাঙ-খিদনবগী য়াফমতু মখোয়গী মপুক্লিংদা থক খন্দে। মৌর্য নিংথৌশিংগী মতমদগী পৃথিবীরাজ ফাওবদা কনাগুম্বা হিন্দু নিংথৌ অমতনা নিঙ-শিং ফুরা অমতা থনমদে। রাজপুত নিংথৌশিংনা শারমদে করিগুম্বা এতমদ্দৌলা, সফ্দারজঙ্গ, নত্রগা হুমায়ুনগী টুম্ব। মখোয়না থাগপাৎ তৌরম্মি, মন্দির শারম্মি, লম দান তৌরম্মি যগ দান তৌরম্মি ব্রাহ্মণদা। পূন্নমক জগৎকী য়াইফনবনি। অশোক্কা য়ুম্বী য়ুংলম্মি, মশাগী মিংচৎ শন্দোক্নবা নত্তে, ময়াম্বু তম্বিনবনি। বুদ্ধনা শেমগৎলম্মি চৈত্য অমসুং বিহার ময়ামগীদমক, শঙ্করাচার্যনা মঠ শেমগৎলম্মি বেদান্তচর্চা তৌননবা।

যুগ অতুদা হিন্দুগী পুন্সিদা অরোইবা য়াখনসি ভক্তিনি। মমিং-লৈগী মতৌগুম্না মহাক্কী থাক পূন্নমক য়াথল, ধ্যান, ধারনা অউবা উদবা পূন্নমক ঈশ্বরগী মিংদা মরায় লোংখৎতুনা লৈবনি। চন্দক্কী মপোক্কী মরীদা মখোয়না অতুক হাক্লা পুক্লিঙ চঙদে। কাক্কা মাগনা হৈ-শিংলবা মচাদা সুংশিকত্তুনা করি তৌনি? ময়াময়মিদম্ অখিলং বিশ্বম্। মরম অসিমক্তা মপানা ওইবা তারম্মি অথোইবা

নিঙনফম মপূরোইবনা ওইবা তাই পতিদেবতা, নুপীনা ওইবা তারকই সহধর্মিণী। নুপীনা মপূরোইবগা লোয়নন্না শিমিন্নবনা কয়ামুক নুংশিনবা অদুগা কয়ামুক য়াম্না পুণ্য ফংগদবা হায়রদু হায়বা য়াম্না লুই। স্বয়ম্বর তৌরিবা, মখোয়শিংদু নুংশি লাংদা থুবা নত্তে। সংযুক্তানা পৃথ্বিরাজগী ওকশমদা লৈ পরেং ফুকখি মহাক্কী নিংচৎ অমসুং বৈভবকীদমক মতৌ অদুগুম্না হৌজিক্কী লৈশাবাশিংনা খুদোপ শিবি আই, সি, এসকী খুনিঙথোদা।

মুসলমানশিংনা পুরক্লে অতোপ্পা পুন্সি ফিদম। লম্বোইহৈনা সাধনা তৌবনা মখোয়গী মুক্তি নত্তে। মখোয়না হয়েংমুক্কী পুন্সিবু করিসু লৈতবনি হায়না খন্দোকই; হন্দকমক্কী পুন্সিনা পূম্নমক্কি। মখোয়না পুন্সিবু নুংঙাইনা মহাও তংলে, কপ্লে, কপহল্লে অমসুং নুংশিহল্লে। মরম অদুনা নুপীগীদমক লুট তৌই, নুংশিবগীদমক হুরাল্লি অদুগা নুংশিবা মীগীদমক হাংপা অমসুং তৌহৈদবা থবক কয়ামরুম তৌই। থাদুনা লোইরোই, পুম্নমক অসি শৌগংপদা মতিকচাবা নত্তে। অদুবু নুংশিবা হায়বসিবু শৌগংপগীদমক ঙাইফম থোকপ্রা? চংনবীগী নিয়ম মতুঙ ইনব্রা? অহল্যানা তৌরিবদু সমাজনা নত্রগা শাস্ত্রনা শৌগংলক্লব্রা? মহাভারতকী অর্জ্জুননা তৌরিব্রা? বৃন্দাবনগী কানুনা তৌরিব্রা? তৌরিব্রা রিজিয়া বেগম, মেরী ওয়ালেটস্কা নত্রগা লেডী হ্যামিল্টন?

মুসলমানশিংনা নুংশিথোইবী মশানৌগী নিঙশিং রাখল্লা মতমবু জয় তৌবা পাম্মি। থম্বা পাম্লম্মি নিঙশিং খুভম। অদুনা ফুরা শারম্মি মপাগী, মপূরোইবগী, লোয়নবীগী করি অমুক হায়গনি অতোনবীগী মোংফমদা ফাওবা। হিন্দুশিংনা লাই নিঙবা, মখোয়না পীথোকই বেদদা অমসুং উপানিসদতা। মুসলমানশিংনা শিল্পীনি, মখোয়না পীরম্মি তাজ অমসুং রঙমহল। হিন্দুশিংদি সাধকনি, মখোয়না পীরম্মি দর্শন। মুসলমানশিংদি গুণ লৈবনি, মখোয়না পীরম্মি ইশৈ। হিন্দুশিংনা চাউথোকই বুদ্ধি লৌশিংগী, মুসলমানশিংনা চাউথোকপনা থম্মোইগী। অনি অসিনা পূনশিন্দুনা ওইরম্মি ভারতবর্ষগী হৌখ্রবা মতম; অনি

অসি লোয়নড্রুনা ওইগনি মহাক্কী তুংগী মতমস্তু। অমতং হেক খাই-দোকপদা পাকিস্থান,—মিষ্টার মহম্মদ আলি জিন্নানা পামদ্রবস্তু।

চৎলিবশিংদুগী মিৎয়েং চিংশিল্লম্মি পিক্লবা পুক্নিঙ নুংঙাল্লবা মোং-ফম অমগী মায়কৈরোমদা। মদু নিংথৌরেনগী মচাইবেম্মা জাহানারাগীনি।

ইতিহাসতা নিংথৌরেল আলমগীরগী মতমসি ধর্ম্ম মান্নদববু নমথবগী মুথৎপা য়াদ্রবা থীরবা মিচং তৈশিল্লম্মি; হায়রিবা রাক্ষম অসি স্কুলগী তম্মগা লাইরিক্তা য়াওরি। তৌইগুম্বসুং থম্মোই য়াওদ্রবা অমাদি লানগী পেনবা নাইদ্রবা নিংথৌরেলগী পুন্সিদা থোইদোক্লা ওৎ নৈবি-রবা বন্দিনী অনিগী কংলবা শ্বরমপীনা অভিশাপ তৌরাম্ম, রাক্ষম অসি জগত্তা মতিকচানা খঙনদে।

জাহানারা অমসুং জেবুন্নেসা অনি অসি আওরঙ্গজেবকী য়াম্মা নকবা মরীনি। অমনা মচন নুপীনি, অতোপ্পদুনা মচানুপীনি। অনিমক শকহেনবীনি, অনিমক অকিবা লৈরমদে অমসুং মতিক মঙাল লৈরম্মি। অনিমক পুন্সিচুপ্পা কুমারীনি অমসুং অনিমক্কা পুন্সিগা শাংলবা মতমদু আওরঙ্গজেবকী বন্দি-শঙদা লেনখি।

অদুগা লাইবকথাবী অনি অসিগা য়াম্না মান্নবা মফম অমসু লৈরম্মি। মখোয় অনিমক কবি ওইরম্মি। মুগল যুগকী মহিলা কবিনি।

জাহানাবাগা অইবা পৃম্নমক নিংথজনা থাম্বিরমদে। মা ওইবগী মিৎয়েংনা য়োঙমদবা শোঙলবা নারক্তা শাৎপী লৈরাংগুম অরেম্বদা লৈমায়থক্তা কেনথ্রবনি, অমানিদংদি উৎলি মচি ময়াদা।

জেবুন্নেসাগী কাব্যগী মিচংনা হেন্না পাক্লা শন্দোকই। 'জেব-উল্-মুনশোয়াদা' অশেংবা কাব্য প্রতিভাগী খুদম উবা ফংই। ফাও-রবা পার্শী কাব্যগ্রন্থ 'দওয়ানে মখ্‌ফার' শৈরেংবা ওইনা জেবুন্নেসাবু পল্লি গ্রন্থ কয়ামুক্তা, পণ্ডিতশিংনা হৌজিকমক রাক্ষম অসিদা খর চিংনবা কোংদোক্করবস্তু।

জাহানারানা ঐবু চিংশিল্লিবসি অঙাং ওইরিঙৈদগীনি। ইতিহাস পরিক্ষাগী মমাঙদা সন তারিখনা শৌ শারবা মুগল রারীদু থরায়

হকচাং য়াওনা থেঙলবা অহিং ফাওবা চিনফা পুনবা হোৎনৈ। তুম্মিঙ-বনা মিংসি ইফা ফাজিল্লকই, হকচাংসু ইতন তম্বরকই, কোকসু হাইরং হাইরং তৌরকই। ময়াম অসিগী মরক্তা জাহানারাগী রারী পারগা কল্পনানা মহাক্কী মায়থোং অদু য়েক্লনবা হোৎনরম্মি।

অহানবা পুন্সিগী অয়ুক্তা জাহানারা পাদশাহ বেগমগী ইকাই-খুম্নবা ফংই মপাল নাইদনা। হারেমদা মতোমতনা পাল্লি। অথিংবা লৈতনা শাসন তৌই খু ম্না অনিনা। কন্যাশিংগী মরক্তা মহাক্না ওইরম্মি সাজাহানগী মুংশিথোইরবী। মহাক্কী দমক নিংথৌরেন্না শারম্মি দিল্লীগী জুম্মা মসজিদ, ভারতকী খ্বাইদগী চাউরবা মুস্লিমগী চাফম।

জাহানারাগী মুংশিরবী মীনাই-ন্নবী অমা লৈরম্মি। খঙহৌদনা নোংমদি মহাক্কী ফিজিদা মৈ রায়খ্রে। মৈ অদু মুথৎনবগী দমক সাহ-জাদী মশামকনা হোংনবদা শার্থনা চাক্লম্মি। লৈবাক্কী অতোপ অতোপ্পা মফম কয়াদগী মাইবা লাক্লম্মি, মখল কয়াথোকনা লায়েংলম্মি। অদুবু মহয় অমতা য়ানখিদ্রে। নিংথৌরেনগী মজাইবেম্মগী পুন্সিদা চিংনবা পোক্লক্লে।

লৈতাদ্রবা সাজাহাননা কৌরম্মি সায়েব মাইবা অমবু গ্যাব্রিয়েল বাউটন। সুরাট্টা ইংরেজ কুঠিগী ডাক্তরনি। বাউটননা হায়রম্মি, হিদাক পীগদবা ওইরবদি অনাবী তু ইমিৎমকনা য়েংনিঙডি। তাবদা সভাগী মীয়ামতু তৌফম খঙলমদে। হায়নরম্মি কনদোনি! নিংথৌ। রেনগী মজাইবেম্মগা অতোপ্পগা উন্নহনবা য়াব্রা? অদুবু অরোইবদা মপা ওইবগী মুংশিবনা সমাজগী চংনবীবু জয় তৌরম্মি। সাজাহাননা বাউটনগী রাতু য়ারমই। মুমিং খরদংগী মমুঙদা অনাবা ফরে জাহানারা। মহাক্না হায়জবদা সাজাহাননা বাউটন্দা মহাক্না অপাম্বা মনা পীনিঙলম্মি।

মকোক নোল্লতুনা বাউটননা হায়রম্মি, ইশার্গ দমক্তি করিসু পাম-জদে। কলকাতা মথারোমদা মাইল চাম-নিফু চংলগা বালাশোরদা ইংরেজগী য়ুম অমতং শানবা লম মচেং অমতং নিজরি। লৈবাক অসিদা ইংরেজনা লল্লোনবা য়ানবগী অধিকার অতুমতং পীবিয়ু।

বাউটননা নিজবতু য়াবিরে। মজাতিগী য়াইফনবতা খনবশিংগী

মসুওদা হৌজিক্কী মতমদা অমতং লৈ। মহাক অদু ইহুদী বৈজ্ঞানিক ডক্তর কাইম ভাইজমাননি।

ইং কুমজা ১৯১৬তা অহানবা লাঞ্জাওগী ৱারবা মতম, ইংলওদা বোম শানবগী অ্যাসিটোন য়ামনা ৱাংলবা, মতম অদুদা অ্যাসিটোন য়ামনা শানবগী থবক অদু লৌরম্মি ম্যাঞ্চেষ্টার ইউনিভার্সিটিগী ওঝা অমনা। প্রধান মন্ত্রী লয়েড জর্জনা হায়রম্মি, প্রফেসর, বৃটেন পূমন-মক্কী লাইবক লেপ্পসি নহাক্কী থবক মহয় য়ানবা য়ান্দবদা লৈরে। ঐনা পাম্বদি থবক থুবনি, থুনা মহয় ফংবা।

ওঝাদুনা হায়রম্মি অদুমক ওইসনু।

অহিং স্থংথিল পোথাবা লৈতনা নোমদুনা চয়োল কয়ামরুমগী মনুওদা পুথোক্লম্মি পাম্লিবা অ্যাসিটোনদু। মায়থীবদগী কনবিরম্মি বৃটেনবু বৈজ্ঞানিক, ওজা ভাইজমাননা।

তৌবিমল খওলবা লয়েড জর্জনা মহাকপু কৌদুনা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কী মনা পীবা পাম্লম্মি।

ভাইজমাননা নোল্লুক্না য়ারমদে।

লয়েড জর্জনা অমুক হংলম্মি, ফম পামব্রা? লল থুম পামব্রা?

"করি'মতা নচ্চদে। ঐনা নিজগদবা অমতং লৈজে। ঐগী ইজা-তিগদমক অরেপ্পা লৈবাক অমতং; ইহুদীশিংগী ন্যাশন্যাল হোম।"

মতম থরগী মতুংদা বালফোরনা লাউথোকপদা ইহুদীশিংগীদমক প্যালেষ্টাইনদা লৈফম পীগে। তশেংনমক চেদা লৈনখ্রবনি। অদুবু ওসি ঙাওবা ইহুদীশিংনা মফম অদুদা মশাগী অধিকারদি লৈত্রি। অমরোমদা হৌজিক্কি কনজার্ভেটিভ্‌শিংনা প্যালেষ্টাইনদা আরবশিংবু মপূ ওইহনিংঙি, ময়ায় থংবা নোংপোক লমদা ইংরেজগী প্রভাব কায়দনা থম্নবগীদমক। তৌবিমল খওবা হায়বসি ইংরেজগী ৱাহৈত-দনি, ইংরেজগী লমচত্তা লৈতে।

জাহানারানা হায়জবদা ইংরেজশিংনা ভারতবর্ষদা লল্লোনবা য়ারে, সাম্রাজ্যগী য়ুমফম থোনখি কনাম্থু উহন্দনা। অদুগুম্বী জাহানারাগী

চরিত্রবু মকহন্দুনা ইতিহাস ইরম্মি ইংরেজনা। মসিদা করিসু ওকফম লৈতে। ভারতবর্ষগী পেন্সন্দা ষ্ট্যাফোর্ট মরুমদা য়ুম শাত্নুনা লৈরিবা সিভিলিয়ান অতুনি ভারতপু খ্বাইদগী হেন্না য়েক্লবা ওইরিবা, মরমদি মহাক্কী পোকফম গোরখপুরদনি।

জাহানারাগী পুন্সি লীলাগী অরোইবা দৃশ্যশিংদি থম্মোই শোক-নিঙঙাইনি।

সাজাহানগী মচাশিংগী মনুঙদা দারাশিকোনা মপাগী খ্বাইদগী চাঞ্জবা মচা ওইরম্মি। অতুগা মহাক্তি খৃষ্ট ধর্ম্মদা পুকনিঙ চঙলম্মি। মতু মুস্লিম সমাজদা নুংশিনিঙঙাই ওইরমদে। মপা নাবগী পাউ তাবদা সুজানা লাম্মী তেঙ্গোল পুগুনা দিল্লীরোমদা চংখ্রে। বারাণসীগী লানফমদা দারানা মহাকপু মায়থীবা পীরম্মি। আওরঙ্গজেবনা মতম অতুদা মোরাদতা হায়রম্মি, ওইদবা নমথাক্কী মশক ওইরবা পৃথিবীগী করিগুম্বা পোৎ অমতদা মহাক্কী অপাম্ব লৈত্রে। মখোয় অনিনা দারাবু মায়থীবা পীবা ওয়বা, সাজাহানসু নোঙ্গাথ্রবা আল্লাগী থৌজান্দগী মঙোন্দা অয়েৎপা অমতা লৈররোই—অতু ওইরবদি দিল্লীগী সিংহাসন মহাক্কী ওইরগনি হায়বদি মোরাদকী। য়ুদ্ধা ঙাওরবা মোরাদনা আশা অসিদা নুংঙাইখ্রে। দারা মায়থীবা ফংলত্নুনা পঞ্জাবতা চেনখ্রে, হন্নাও তয়াম্বগী অহিংনা লোইরকপদা য়ু ঙাওরবা মোরাদ বন্দী ওইরম্লে, আওরঙ্গজেব মশামকনা সম্রাট ওইনা লাউথোকখ্রে, মপা সাজাহানবু আগ্রা লানবনগী পিক্লবা কা অমদা বন্দী ওইনা ফাজিন্দুনা থমখ্রে।

আওরঙ্গজেবনা জাহানারাবু বাদশাহ বেগমগী ফম পীনিঙলম্মি। অতবু জাহানারানা মতু য়ারমদে। মশানা য়ানিঙনা সাজাহানগা লোয়ননা বন্দী ওইরম্মি। মপাগী ঙাক শেন্নবগীদমক। মায়কৈ মরিদগী খারবা মিংয়েং, ওমখৈ লৈত্রবা বিশ্বাস ঘাটক্কা শুকনা মমলবা মরক্তা, মতম অতুদা জাহানারা মতোমতনি লেঙদ্রিবা, হাইদ্রিবা, নি ক্লবা মৈরীগী মতৌগুম্না মৈঙাল ওইরিবা। সাজাহানগী অনিশুবী মচানুপী রোসে-নারাদি আওরঙ্গজেবকা মীচঙ ওইথ্রবনিনা মহাক্কসু নুংশিরমই। দিল্লীগী

সিভিল লাইন্দা মহাক্কী ইস্কোল লৈ। মফম অদুদা লিংখৎলম্মি রোসেনারা ক্লব, দিল্লীগী মন্টিকার্লো। পয়েন্টা লুপা তরা থনদুনা ব্রিজ শান্নবগীদমক অরাং ভারগা ফাওই।

নোংমা নোংমা হৌখ্রে, থা-শীং কয়া হৌখ্রে। চক্রগী মতৌগুম লৈরি ঋতুগী খোঙচৎস্তু। কালেন চৎখি মহাক্কী অশাবা মৈচাক পুত্নুনা বর্ষাগী মংলবা নোংনা শাংলবা মমিগা লোয়ননা কুমথরক্লে যমুনাগী মুরবা ঈশিংদা। নোং হাংখিবগী ভৌরুনবা থাবল্লক্কা হরাওরবা য়ুনগী রাহোংশিংনা জগোই শারি দলানগী শূমাঙদা। শরৎকা ভৌরুনবা অয়ুক্তা তোর্বান্দা হম্বুরৈশিংনা হাইবা হৌরক্লে। হেমন্তনা লৈচিল নোংফাই পুরক্লে; নিংথম্মা পী অহংবা শুংশিং। বসন্তদা লৈরাংশিংনা উশাশিংদা হাই হুম্বা হৌরক্লে। চেকপন্না থাজিল্লিবা আগ্রাগী লানবন্দা জাহানারাগী বন্দী পুন্সিদা চহী অমা হাপকংলকই, পুন্সি লীশাংদগী চহী অমা ককশিনখ্রে। থবক লৈতবা অহাঙবা মতমদা শাহজাদনা কবিতা ইজৈ মতোমতগী থম্মোইন্নুংদা।

নোংমগী অহিং অথেঙবদা আওরঙজেবতগী সাজাহানদা থুংলরে য়েংবদা ফজরবা ময়োম অমা। মচানা মপাদা খুদোলপোং থারকপনি। অদু ওইরবদি নিঙমদ—মৈনা চাক্লবা মচানা ভাকপিয়ু হায়রগী অহানবা খুদম্না? লাঙতক্লবনা নিক্লবা খুংনা অহল ওইরবা সাজাহাননা ময়োমচু হাংদোক্লম্মি। মরোল অমগী মথংদা অমা। হাংতোক-হাংতোক্লা অরোইবদা খুত্তগী ওন্থদুনা তারকই সাজাহানগী শুংশিথোইরবা মচা দারাশিকোগী কায়রবা মকোক। সম্রাট রাস্থনা তুরম্মি জাহানারাগী তম্পাক্তা।

সাজাহানগী পুন্সিগী অরোইবা নুমিং ফাওবা জাহানারা মহাক্কা মনাক্তা লৈরম্মি। অহল ওইরবা মপাগী সেবা তৌরম্মি থরায় য়াওনা অমম্থং অথাঙ কনবগা লোয়ননা। মহাক্কা শিরবা মতুংদা দিল্লীদা হল্লক্লম্মি।

মমৈথংদা রমজানগী পুণ তিথি অমদা অশিবগী ঈংলবা চিক্লবা

তম্পাক্তা মুক্তি ফংখি বন্দীনী। মহাক্তা নিঙজবা মতুঙইমা মহাক্কী মশাদু ফুমখি ফকির নিজামুদ্দিন আউলিয়াগী মোংফম মনাক্তা। মোংফম অদুগী মথক্তা মগুপ শাদে, ফিজেৎ লৈতেংদে, মশাগী চিঙ-লেমজবগী মঙাল মচেৎ অমা ফাওবা লৈতে। মশানা লেংজবা শৈরেং অমতংনা মহাক্কী মশাদা কুপ্লি,—

"বেগায়র সবজানা পোশাদ কসে মাজারে মারা
কে কবর পোষে গড়িবান্ হামিন্ গিয়াহ বসস্ত্।"

"নাপী নত্তনা ঐগী মোংফম থক্তা করি'মতা থমবিগনু। ঐগুম্বী তোল্লবী মতিকচাদ্রবীগীদি মসিতনা অথোইবা ফিজেৎনি।"

নিজামুদ্দিন আউলিয়াগী তুংইনবী সাজাহান মমোয়োই জাহানারাগী লেঙদ্রবা পুণ্য শ্লোক অসিনা মতিকচারবা সমাধিনি।

সন্ধ্যা য়াচঙবগী অঙ্গংবা অমস্তং অচিকপসিদা শ্রদ্ধানা থল্লবা থম্মোইগা লোয়ননা অয়েংবা ঐখোয় অহুম লেপ্লরে। কনাগী মচীন্দসু রা অমতা কাঙথোক্লদে, অদুবু থম্মোইদদি পুঙমদ্রবা পোংলুম্লি।

পারবা অমম্বগী মমিনা লৈতেংবিদ্রবা সমাধিদা কুপশিল্লক্লে। শেংলবা অশংবা নোংদোন্দগী অহিং খুদিংগী খিক্লক্লি লিক্লা মকুপ্পা, অয়ক্তা শোক্লি নৌরবা নুমিংকী অহানবা মঙাম্মা, সন্ধ্যাদা চাইনা তাররি নুমিদাংরাইরমগী স্নামচু মাল্লবা মঙাম্মা। চহী চা কয়াগী মমাঙদা কনাগুম্বনা ফংখিবরা অসিগুম্বা সমাধিদা ফজরবা মঙাশা লৈতেংবসি? কনানা ফংখিবগে মহাক্কী ফজরবা হকচা দা ভক্তিনা থল্লবা থম্মোইনা তপ্পা শোকপগী খোঞ্জেল?





অয়ুক্তা খ্বাইদগী হেন্না থুক লাউবা পোকই। মফম অসিগী পাউ চে অমদা থোরক্লে ক্রীপস্ প্রস্তাবকী রা মচও। ঐ ইশামকম্ভু পাউ-সী ওইনা মরোল শুগাইনা ফংফম থোকই। তারে, পাউ অসি ফোঙবদা সরকারস্ভু ইথক থগংনরে। সরকারগী সি, আই, দি, বিভাগকী মকোকশিংনা পাউ অসি থোরকপগী মরীদা থিজিনবা হৌরক্লে

পাউ-শঙদা শাউনবগী মরম ওইরে। মরমদি প্রস্তাবশিং অদুগী মরম খরতা ওইরবস্ভু ঐখোয়দি হৌখিবা সুমিং খরগী মমাঙদগী হৌনা খঙলগনি ফোংদোক্লবতনি, জেন্টল্‌ম্যানস এগ্রীমেণ্ট নিঙশিংনহনা। ইংরেজ অমস্তুং আমেরিকান পুনবা পাউমীশিংনা লৌনরম্মি, ভাইসরয়গী কাউন্সিলগী কনাগুম্বা য়াম্না ইকাই খুম্ননিঙঙাই ওইবা মীশক অমদগী পাউ অসি থোরকপা ওইরমগনি।

মীয়াম্না তানবদি অসিনি, ক্রীপস্‌না লাকপা সুমিং অদুদা, সুং থিলগী সুমিংসুংবা মতুং পুংখায় তাবদগী চাদ থক্লনা ভাইস্‌রয়গী হাউসতা মহাকপু ওক্লবগী দমক ঙাইত্তনা লৈরম্মি ইকাইখুম্নরবা মীশকশিং অসি। ক্রীপস্‌না লাকপদি সুংথিনগী পুং অনিদনি। লর্ড লিন-লিথগোনা রারী শানহল্লম্মি মহাক্কা লোয়ননা পরেং শানা লেপতিন্নরিবা মহাক্কী থবক তৌমিন্নরিবশিং। ক্রীপস্‌না ময়ামদুগা লোয়ননা খুৎ শোক্লরম্মি, চোকথরবা খোঙ্গল্লা হায়রম্মি, "হাউ ডু ইউ ডু?" অনি-শুবা রাহৈ অমা হায়রমদনা মহাক্কা চঙগদবা কা অত্তদা চঙখ্রে।

ময়াম্না আশা তৌনরম্মি লুচিংবশিংগা উন্নড্রিবৈদা ক্রীপস্‌না মহাক্কা প্রস্তাব অত্তু মখোয়গা লোয়ননা খন্নগনি, খঙবা পায়মগনি মখোয়গী রাখল। মাইকৈ অসোমদগীস্ভু নিঙবা কায়রবনি। ক্রীপস্ প্রস্তাবকী মরু ওইবা রাফমদি মখোয়গী মফমদা ফোংদোক্লনা লৈরে। অঙকপা নত্তে, মখোয়না সুংঙাইত্রিবসিস্ভু। এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলর ওইরবস্ভু, মতুদগী হেনবা লীশিং ওইরবস্ভু মীওইবগী হকচাংনি! অস্নুম্না তায়,

মমৈথংদা ভাইসরয়না শীল-লাঙডুনা হৌখিবা অহিংনুদা বড়লাটকী কোন্নুংদা চাক চাবগী সভা অমদা ক্রীপস্‌না মহাক্কী প্রস্তাবকী অশম্বা রারোল খণ্ডহল্লম্মি। ঙসি অয়ুকমন্তদা পাউ-চেগী থৌনা লৈরবা পাউ পীবশিংগী রাহৈশিংতুমক ফোঙদোরক্লে। মৈখুনা চীংগী মৈ পাদম লাকপা ওইথোক্লবদি, মারমগী পাউ-মীশিংগী চিংনবসি পূমলং লংথোকপস্তু অরুবনি।

পাউ হন্দুনা থিবগী অধিকার অসি পাউ-মীশিংগী লৈ। অতুবু মহাক্কীস্থ ইদবগী মাত্রা অমদি লৈ। জাতিগী নত্ৰগা লৈবাক্কী স্বার্থ খরা হেন্না শোকপা ওইরবদি, মফম অতুদা পাউ-মীশিংগী মশাগী রাথন সেন্সর তৌই মাগা কপিনা। এডোয়ার্ড দি এইট্‌থকী মরৈবাক থাদোকপগী রা ময়েক শেংনা নিঙশিংলি। মে থাদগী বৃটেনগী পাউ-চে পূম্নমক খণ্ডি সিম্পসন এডোয়ার্ডকী নুংশি রারী। ফ্লীট স্ট্রীট্‌ চিবোন চিবোন ভানবা য়াম্না তোয়না তারে। কনানস্তু অনম্বা ওইনা ফোংদোক্তে। সরকারনস্তু থিংবা নত্তে, আইনগী মতুং ইন্না থিংবস্তু লৈতে। নোংমদি জার্মাণীগী বিরুদ্ধদা অনিশুবা ফ্রন্ট ওইগনি। কদাইদা, করম্বা মফমদা মিত্রশক্তিনা আক্রমন তৌগদগে হায়বগী রারোল অঠ ষ্টুয়ার্ট গেল্ডার নত্ৰগা ড্রু পিয়ার্সননা খণ্ডলম্বদি য়াই। মখোয়না কদৌঙৈদস্তু পাউ অদু ফোংদোক্লোই, ক্রীপস্‌ প্রস্তাবতগী মতুনা হেন্না হন্দুনা থিবা নত্ৰবস্তু।

রাহং পূম্নমক্কী অথোইবা রাহংদি অতম্বগীনি। ক্রীপস্‌না মম্মুঙদা হায়জবতুদি বৃটেন অমসুং ভারতকা য়াইফ মিংদা খণ্ডহনখ্রবনি। ঐখোয় পূম্নমক্না করিগুম্বা প্রতিবাদ অমতা তৌদনা য়ানিঙবা উৎখ্রবনি। হায়না ফোঙখিবগী মতুংইন্না ভারতকা পাউ পীবশিংনা রাশক অসি থুগাইরম্মি। মরম আসিনা ঐখোয় ভারত্তা লৈবা পূম্নমক ইকাইবা নংলম্মি। ভদ্রলোক্না জার্নেলিষ্ট ওইবা ঙম্নম্লবদি, জার্নেলিষ্টশিংনা ভদ্রলোক ওইবা ঙম্নম্লোইদবা করিগনো?

ভাইসরয়গী হাউসতগী ক্রীপস্‌ লাক্রম্মি নম্বর অহুমগুবা কুইন

ভিক্টোরিয়া রোডতা। এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলরগী অথোইবা মীশক সাব এগ্রুক ক্লোগী বাংলাদা। ক্লোদি আসামগী ওইগদোরিবা গভর্ণরনি। ফম লৌড্রিঙৈদা থা অনি ছুটি লৌহনা মুসৌরী মত্রগা আলামাড়াদা পোত্থাগে খন্দুনা চৎখ্রে।

এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলরশিংগী ময়ুমশিংদি সরকারগীনি। যাম্না ফজে য়েংবদা। মথোল অমতগী দালাননি। হাইফেৎনা শংবানবা মচনি; মমাঙদা প্যাক-চাউরবা শূমাঙনি। অমুক্কী মতিক চাওই মত্নদি মাযকৈ অনিদা গোলপোষ্ট য়ু লগা মোহনবাগান—ইষ্ট বেঙ্গলগী ম্যাচ শান্নবা য়াগনি। অশংবা নাপীনা শূমাঙত্নু কোয়শিল্লি। ময়ায়দা চাউববা লৈগী লৈকোল। মসিবু অমুক কোয়শিল্লি ইলং লংলবা অঙাংবা মুরকাগী লম্বীনা; মোটর লৈবদা মনিঙ হন্দ্রবগ য়াই। কোম্থোঙগী মশাদা নাকল অমদা মিংশেল মখল অমদা চাউরবা ময়েক্লা ইরি য়ুমগী নম্বর। মিংশেনদুগী নাকল অমদা অপিকপা মখুল মচা অমা লৈ। অহিংদা মদুদা থাউমৈ থান্দুনা থম্মি, যাম্না থাপ্লিঙৈদগী হৌনা য়ুমগী নম্বরদু উবা ফংই। দালানগী মমাঙদা পোর্চ, মদুগী মখাদা গাড়ি থম্মি। মাঙ্গোনগী নাকল অনিদা পিল্লবা কা অনিথক লৈ। মফম অদুনা ইকাইখুম্নরবা মেম্বরগী সেক্রেটারী অমসুং ষ্টেনো গ্রাফাবগী অফিসনি।

অয়াম্বা চপ মান্নবা মওং মতৌগী য়ুম তরুকনি। সেক্রেটারিযেটকী মমাঙদগী পাম্থোম অনিগী মতৌগুম্না মাইকৈ অনিদা শন্দোকখ্রি লম্বী অনি—কিং এডরার্ড অমসুং কুইন ভিক্টোরিয়া রোডকী মাযকৈবোমদা। পোকামন্নবা মচিন-মনাও তরুক মতৌগুম্না, ডিয়োনি কুইন্টোপ্লেটসর মচিন মনাওগুম্না। কয়া যাম্না নোক্লিঙঙাই ওইবগে হায়বদু ফনা নিংথিজনা ফজবা পো: ওইরবসু নয়াদল্লীগী শহর থৌরাঙদা উবা ফংই। চপ মান্নবা অমসুং শহর ফজহন্নবা হোৎনবদা ছাচা য়ৈরে, য়ুম শাবদা ব্যারাক ওইরে। তোঙানবা করামরুমগা মরক্তা মরুদি অমতনি হায়বা মিং অাস কোঙদোকনবা হোৎনৈ। গজ,

ফুট নক্সগা ইঙ্কি পূনশিন্দুনা মতিকচাবা নিয়মগী মমিঙ পুথোক্লবা হোৎনৈ। অহানগা তৌরম্বত্তবু হায়নৈ ব্রহ্মা অনিশুবা তৌরকপত্থগী মমিঙ থোল্লি বিশ্বকর্মা। অহানবগীদুনা কলা অকোনবগী দুনা খুৎশা হৈবা"।

মমাঙৈদা নগর লৈখাতাবগী মরুদা লৈরম্মি নিংথৌ। নিংথৌগী লৈরম্বা অমস্যু: অপাম্বা মতুংইন্না শেমগৎলি খোঙ লম্বী, মহাক্কী কোন্নু না ময়োল ওইহুনা আমীর ওমরাহশিংনা শাই ফুরা দলাল, মীচমশিংনা শানৈ লৈফম, লল্লোনবশিংনা দুকান পরেংনা লৈতেংই। নিংথৌ শক্তিনা লৈখা তারকপগা লোয়ননা কোন্নুংগী লাইবক্তা থুংলরে ওন্ন-তৈনবা ; নগর নগরীগী মাঙখিবা নক্সগা হৌগৎলকপা থোরক্লে। আগ্রা আওরঙ্গবাদ অমসুং ফতেপুর সিক্রিদা ঙসিস্যু লৈরি মখোয়গী কাউদ্রবা খুদম।

হৌজিক্কী মতম অসিদা লৈবাক্তগী লল্লোল ইতিক্তনা হেন্না পুক্লিঙ চঙলে। মুপী ডাক্তরশিংগী মপূরোইবগুম্না নিংথৌগী মতিক মগুণস্যু হৌজিক্তি মশাগী মথৌনাদা নত্তে, প্রজাশিংগী লল্লোল-ইতিক শন্দোকপদা লৈরে। হায়রিবসি ভারতবর্ষতদা নত্তে, অতোপ্পা লৈবাক্তস্যু হৌজিক্তি লল্লোলবশিংগী ইকাই খুম্নবা মাঙবদা নিংথৌগী চৈরাক পীবগুমতোরে করিগুম্বদা মশাগী মিংদা করিগুম্বদনা ওইদবা মিংদা। অতুনা হৌজিক্কী যুগগী মহানগরীগী centre of gravity ক্লাইভ স্ট্রীট নক্সগা হর্নবিদ রোডতা। মখোয়গী চিংশিল্লরবগী মরুসি চেম্বার অব প্রিন্সেস নত্তে, চেম্বার অব কমার্স নি। মরম অতুনা রাশিটন্দগী নিউইয়র্কনা হেন্না মরু ওইরিবনি, লক্ষ্ণৌবু কানপূরনা নম্লে, পাটনাবু তুংদা হুন্দোক্লম্লগা টাটানগরনা মাঙ থারক্লে।

হৌজিক্কী ভারতবর্ষদা নয়াদিল্লীসি চুম্নতগী সহর অচৌবা অমা ওইঞ্জবতনি মফম অসিদা ষ্টক একসচেঞ্জগী থোইদোকপা মরু ওইবা মওং উদে। মফম অসি বৈশ্য লৈতে। ব্রাহ্মণস্যু লৈতে। ক্ষত্রিয়তা মরৈ। অওইবমক মখোয়গা স্যু খুৎশূ-খুৎলায়গী অওনবা অমা লাক্লে। হৌজিক্কী ক্ষেত্রিয়শিংদি থাঙ তাদা হিংবা নত্ত্রে, কলমনা হিংলে

মমাঙ্ঙৈগী ক্ষত্রিয়শিংদি থাও ফেঙবদা মথুত্তু পারম্মি। মখোয়গী অখাংকনবা, ফিজেৎ অমসুং য়ুমলৈ কৈরৈ পূন্নমক নিয়মগী মতূঙ-ইন্না তৌই। হৌজিক্কী ক্ষেত্রি অথৌবশিংদি ফাইল ফাকপদা মথুৎ অমসুং মশম অনিমক ঙৌরে, মখোয়সু হান্না তাক্লম্বগী মতুঙ ইনবনি। অদুগা নয়াদিল্লীগী লম্বী, থোং, য়ুম, ইংখোল পূন্নমক করিনো থরদি ইমান মান্নবগুম তৌই। দোকান কৈথেল্দগী হৌর না লম্বী, পার্ক, কোরার্টর, অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা লম্বী দুগী নাকন্দা হৌরিবা জাম পাম্বী পরেং ফাওবা খাকী কোর্টা শেৎপা পল্টনগী মতৌগুম্না সঙ্গীন থিনগৎতুনা লেঙদনা লেপ্পগী ফিভমদা লেপ্তুনা লৈ।

অনৌবা মফমদা ক্রীপস্কী সভা ফমগে মরুপ মপা ঙগা লোয়নননা। অকসফোর্ডকী ওঝা কুপল্যাণ্ড, অমসুং ক্যানাডাগী সমাজতন্ত্রী গ্রেহাম স্প্রাই 'মহাক্কী অফিসতা লৈরম্মি।

কুপল্যাণ্ডগা লোয়নননা বারী অমুক্তং শানখি লণ্ডনগী য়েৎনা সভাদা ভারতবর্ষগী মরীদা মহাক্না লাঙতক্লবা উৎলম্মি, অদুগা কয়া য়াম্না খনবিরমগদগে হায়বদুদি খঙদে।

ক্রীপসকা লোয়নননা উনৈ অমমম ওইনা আজাদ, গান্ধীজি, পণ্ডিত নেহরু অমসুং মিষ্টার জিন্না। আজাদকা লোয়নননা লোন হন্দোকপগী মওংদা কংগ্রেসী মুসলমান অমসু য়াওরম্মি। উকিল মিষ্টার আসফ আলী। আসফ আলীগী পোকফম্না য়ুক্ত প্রদেশ, থবক তৌফমনা দিল্লী, মকুবোক্কী ময়ুমনা বাংলাদা। মহাক্কী মুপী অরুনা আসফ আলীগী মপা মপূগী ফমদি গাঙ্গুলী, য়ামনা নকুবা মরী থোক্লে রবীন্দ্র নাথকী মচানুপী মীরাদেবীগা।

পণ্ডিত জওহরলালগী ইংরেজী জ্ঞানগী মিংচৎসু মহাক্কী মরৈবাক মুংশিবগী মতৌগুম য়ামনা ফাওই। হিংলিবা ইংরেজ সাহিত্যিকশিংগী মনুঙদসু মহাক্কী মতৌগুমনা ইংরেজী ফজনা ইবা য়ামনা তাঙঙি, রাফম অসি ইংরেজ সমালোচক কয়ামরুমনসু য়ানরবনি। গান্ধীজিগী ইংরেজী জওহরলালগী মতৌগুমনা সাহিত্যিক ওইদ্রবসু মহাক্কী মশাগী

ওইজবা অমসুং অলঙ্কার য়াওদনা—চীং-লেম্বা অয়াম্বা মরুমদা বাই-বলগী লোলবু নিংশিংহল্লি। মিষ্টার জিন্না নুমচং য়্যবহারদা য়ামনা মমিঙ চংলম্মি। ইংরাজীদা রাহং হংবদা মহাকী হৈ শিংবসু চাংদম-নিঙগাই লৈতে। ক্রীপস্কা লোয়ননা বারী শাখিবা মী অমতনি—ক্রীপস্কী লোন্দা নত্তে, মশাগী লোন্দা। ইংরেজীদা নত্তে, উর্দুদা। মহাক ইংরেজী চংনবা য়ানা থঙলবসু মহাক্না ঙাং শকপা মী কয়ামরুমনা কয়ারক হল্লা তারবসু। মশাগী ওইজবা অমা লৈঙ্গে মৌলানাগী। মহাকনা ওন্বা ওইসন্নু।

ইংরেজী ঐখোয়গী ইমালোল নত্তে, অদুবু ঐখোয় ইংরেজী তম্বা তাই। মওদা থোইনা অমাঙবা লৈতে। অতোংবদি লৈরবা য়াই। মরৈবাক্কী রাখল থনবা হৌজিক্কা রাখল পরিংদা, ইংরেজীদা মসিবু ন্যাশন্যালইজম, মসিগী অয়াম্বা শরুক্তি ইংরেজী শিক্ষাগী মহয়নি! অদুগা লৈবাক অসিগী বিদ্যা, বুদ্ধি অমসুং থবক ইংখাংগী চাং ওনবসু ইংরেজ ঙাংবা অমসুং ইবা ঙম্বগী মথাপোল্লে। মসিদি নোকনিঙঙাইনি। কলেজ পরিক্ষাগী খাতাদা ইংরেজ নিংথৗনা ইবা অঙাং অদুবু থবক্কী কৈথেলগীনা লুহোংবগী মতিকচারবা কন্না ফাওবগী মমানা লুনা তৌই। লৈবাক অসিগী লুচিংবশিংগী মরীদসু অদুমঙায়, মীরমগী মীশিংনা he speaks faultless English হায়রবদি হরাওবনা লুত্তোন কায়। হায়রিবা পুক্লিঙগী ভাব অসিগী ওন্ন-তৈনবদা থাই-দগী অকনবা প্রতিবাদ তৌরিবদি মৌলানা আজাদকী থৌওংদনি। ক্রীপস্সু ওইসন্নু, ভাইসরয়সু ওইসনু, নত্রগা মশামক জর্জ মঙাগুবসু ওইসনু, ঐহাক্কা রারী শাবদা ঐগী লোল ঙাংনিঙদবা নত্রগা ঙাংবা ঙমদবা ওইরবদি ঐনা মহাক্কা লোল করিগ লোনগনি? মুংঙাইদা!

গান্ধীজিনা ক্রীপস্কী কাদগী থোরকই পুং অহুম্রোম লৈরগা। মহাকপু মাঙ্গোনগী সিড়ি ফাওবা ক্রীপস্না থিন্দোরকই। মিকুপ অমগী মতুঙদা পাউ-মীশিংনা মহাকপু পুমকেয় কোয়শিল্লম্মি। মমিত্তা হংনিঙবা, মচীন্দা লাঙতকবা, ইথক থকপা ইরাঙ লাঙবগী মওংনি।

মোমোন নোক্তুনা লাওতক্করবা মীয়াম অদুবু মহাক্না ওক্লম্মি। রাহে য়াওদনা হংনিংবা রাহং কয়ামরুমদু লোইশিল্লম্মি।

ক্রীপস্কী মতৌম্ব খঙঙি। তুমিন্না হায়রম্মি, গান্ধীজিগী নোকপদু উরগা পাউ-মীশিংনা ক্রীপস্ প্রস্তাবকী গুণ খন্দবা ওইসম্মু। ইমুঙদগী মপাল থোরকপদা নোকমি নোকমি তৌদুনা থোকমিনবসি মহাকনা গান্ধীজিদা তম্বিরকমাল্লে। অসিগুম্বা মুংঙাইবা ৱারী অসিদা মখোল হৌনা নোক্লম্মি।

অদুবু কাশীগী পাণ্ডা, লুহোংবগী ঘটক অমসুং মমা অতোনবীগী চনফি শাবদগীম্ব হেন্না নপশিন্দুনা লৈবা পোং অমসু জগৎ অসিদা লৈরি। মহাক্কী মমিংঙদি রিপোর্টর কৌই। গান্ধীজিনা খন্নখিবদগী মরীদা মখোয়না খঙনিংঙলম্মি। খুদোম্বানা থিন্দুনা ক্রীপস্পু তাক্লগা পাউখুম পীরম্মি মহাত্মানা, "মঙোন্দা হংউ, ঐগীদি করিম্ব হায়নিংঙাই লৈতে।"

"প্রস্তাবতু অসিগুম্বা পোংলা মদুদি, হেক উবদা কোকচাউবী কাগদবা?" হংলম্মি হৈ-শিংলবা পাউ-মী অমনা।

"You naughty boy" হায়রগা হরাওনা নোক্লগা খন্নবদু লোইশিল্লম্মি গাড়িদা তোংখংলগা মথং লোম্নদুনা লৈরবা মীয়ামদুবু খুরুম্লম্মি। চৎখ্রে বিরলা ভৱনলোমদা।

পাউ-ঈ বিভাগকী ক্যাম্পতি মনিংগা কা মচা অমদনি, পাউ-মী-শিংগী খুদোং চাননবা। মকম অদুদা ঐখোয় রিপোর্টারগী কাঙলুপতু তুমিং খুদিংগী অয়ুক্তা, নুমিৎ য়ুংবদা নুংথিন্দা অমসুং সন্ধ্যাদা উননবা মতম পী। অসুম ওইদুনম্ব কদৌঐ করম্বা মতমদা, করম্বা ভারতকী নেতাগা ক্রীপস্কা উন্নখিবগে হায়বা অসিদগা হেন্না করিম্ব খঙননবা উপায় লৈরমদে।

ক্যাম্প অফিসকী মপু জগদীশ নটরাজন ইণ্ডিয়ান সোশ্যাল রিফর্মারগা লুচিংবা বোম্বেগী ফাওরবা পাউ-মী কে, এস, নটরাজনগী মচানুপানি। পাইও নীয়র সম্পাদক শাগৈদগী সরকারদা লাকপনি।

ভারতকী রাজনৈতিক ইতিহাসকী মস্থুঙ হুঞ্জিনবা রা য়াম্না খঙডি, ইংরেজী ঙাংঙি মশাগী ছন্দদা, খোম্থোকতুদা য়াওদে মাদ্রাজীগী তোপ তোপ্পা খোঞ্জেল। নোংমদি মহাক্না য়ুমদা মুমিদাংগী চরা অমা বার্ত্তন তৌরম্মি।

নটরাজনগী তালোয়দ্রু মাদ্রাজী নত্তে,—এঙ্গলো ইণ্ডিয়াননি। মহাক্কী মপাগী শাগৈ বব্ ইমুঙদি মমিঙ চৎলি টেনিস শান্নবদা, মমারোমগী হৌরকফম শাগৈদ বঙ্গদেশতা থিবা ফংগনি। মহাক্না মবেম্বোক ব্যানার্জী কন্যা ওইরাম্মি, অসোমদগী য়েংলুরবদি বল্লাল সেনগী অথোইবা শাগৈনি হায়বগা দাবা লৈ। পিয়ানো খোংবা ঙম্মি অঙকপা ফংনা।

হৌজিক্না য়াম্না চাওখৎলবা বাঙালী ইমুঙদস্থু ভারতকী ওইবা মওংসি য়াম্না মযেক শেংবা নত্রে। য়ুম্বুরেম্বদু মহৈ তানশিল্লম্বা য়াই মারমদগী। অসকফোর্ডতা ইংরেজী, গ্লাসগোদা এঞ্জিনিয়ারিং, এডিন-বাগতা তাক্তারী নত্রগা লিঙ্কনস্ ইনদা উকালতি তম্মুরগা মরৈবাক্তা হল্লক্লগা থবক্না পুন্সিদা চঙডি, শেল তাল্লি হায়রম কয়াদগা। মখোয়গী ফিজেৎনা স্যুট, চাবনা স্থপ অদুগা ফম্বনা চৌকি। মখোয়গী য়ুম্বুরেম্বাশিংনা পার্টিগী; ক্লবতা চৎলি, ব্রিজ শান্নে মুপা মরুপশিংগা চিংনবা লৈতনা। য়ুম অদুদা মনায়শিংবু বয়, মমাশিংনা মেমসাব অদুগা মুপামচাশিনা মিসিবাবা।

বিলাতা চৎলুদবা সায়েব, মখোয়শিং অসিনা অমুক হেন্না শাথিখ্রে। কংগ্রেসতগী লাগতা য়াওখিবা মুসলমানগী মতৌগুমনা, হিরোডপু আউট-হিরোড তৌরে। স্লিপিং পায়জামা শেত্তনা তুম্বা নত্রগা ছুরি কাঁটা য়াওদনা চাববু মখোযনা ময়ায় যুগতা গঙ্গাদা মচা কৎথোকপা নত্রগা সত দাহগী মতৌগুম্না শাথিনা চাওখত্তবনি হায়না খল্ল।

অদুম ওইদুনস্থু রাফম অসিমদি য়াফম থোকই, ইংরেজ নত্রগা এঙ্গলো ইণ্ডিয়ান ল্হো লগা ঐখোয়না ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী মরুদগী তৎলকই হায়বদি নত্তে। বাঙালী য়ুম্বুবেম্বীশিংনা মশম মনাপ থাদোক-সন্নু, চাহৈদ স্থু চাসন্নু, মচু শঙলবা চিনবান্দা চুরুপ চুপ্পগা ফিরিঙ্গী

খোম্থোক্না অরানবা ইংরেজীসু ঙাংসনু সংস্কারদি ooty নত্রগা ম্যাকস্ ফ্যাক্টর তৈরবা উনশাগী মখাদা লৈরি। ঈদদি ইবেম্বোক ইবেনথৌ হোয়গী অমম্বদা থাজবা ঈচেলহু চেল্লি। মরম অদুনা মচানুপীশিংগী লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্পদা গুপ্ত প্রেস পঞ্জিকা থিবা তারকই, মপূরোইবনা নারকপদা লোম্না দেবী থুরুম্মি, মচাগী য়াইফ লম্বীগীদমক ষষ্ঠি মুমিত্তা চরা হেল্লি। মুপাশিংনা হোটেলদা শা-ষণ চানিঙবমখৈ চারবসু, মমা মপাগী শ্রাদ্ধ তৌই গুরু পুরোহিত কৌদুনা হৌনবী মওংদা।

পূন্নমক্তগী লাইবকথৗবদি ভারত অমসুং য়ুরোপকী মপা মমাগী মচাশিংনি। মখোয়দি মপাগী সমাজদগী থাদোক্লবা, মমাগী সমাজদগীসু হুন্দোক্লবনি। মখোয়দি ভারতবর্ষগীসু ইংলণ্ডগীসু অমতা নত্রে। করম্বা লৈবাক্লা মখোয়গী লৈবাক্কি হায়গদগে, করম্বা জাতিদা মুংশিগদগে? মখোয়দি মপাগী মফমদগী মিংগী ফম ফংগনি, মমাগী মফমদী হকচাংগী কুচু, কনাগী মফমদগী ফংগনি পুক্নিঙগী ভাব? মখোয়দি তশেংবা মুকশন্নি চুম্নতগী পোকপদা নত্তে, আকৃতি অমসুং প্রকৃতিদসুনি। ভারত য়ুরোপ লুহোংদুনা পোকপা মচাশিং অসি ঙসি ফাওবদা করিগুম্বা অরাংবা থাক্কী শিল্পী, সাহিত্যিক, বৈজ্ঞানিক নত্রগা ইশৈ নোংমাই খঙবা ওইদ্রি। মখোয়গী লমজেন্দি য়াম্না য়াঙঙি রেলগী অচৌবা সাহেব ওইদ্রবসু টেলীগ্রাফকী ডিরেক্টর।

য়ুরোপকা সমাজদি অয়াম্বা শরুক্না মীয়ামগী ওইনা তৌই। ইংলণ্ড-দগী ইটালী ফাওবা চাউরাক্লা শকফম অমতা ওইনা তৌই। ইরেজ, ফরাসী, চেক, হাঙ্গেরিয়ানগী ফিজেং চাকচা লমচং ব্যবহার চাউরাক্লা অমতনি। য়ুরোপ অপূম্বদা অয়ুক্কী চরা রানবা, চাকলেন, নুমিদাংগী চরা পুংশিং নাইনা চায়, চাবদা ছুরি কাঁটানা চায়। থিয়েটর য়েংবা চৎলি থাঙজগী নুমিদাংদা, নোংমাইজিঙদা গির্জাদা চৎলি। লোনগী খেনবা নত্তনা য়ুরোপকী ঙমখৈ অমদগী ঙমখৈ অমা ফাওবা সামা-জিকতি মফম পূন্নমক্তা মাম্নৈ। লণ্ডনগী ইংরেজ মপূরোইবা অমনা অষ্ট্রীয়ান লোয়নবীবু অতোপ্পা ইংরেজ য়ুম্ব রেম্বী মওাগী মতৈ গুম্না

ইরায় লায়না সমাজগা চুননা লৈবা উই। মপুরোইবা, মচানুপা, নুপীগা লোয়ননা য়ুম পানবদা ইংরেজ ইমুঙ মঙাগা খেন্নবা লৈতে। মচা মশৃশিংহু চাওরকই, অতোপ্পা ডিক, পল নক্ৰগা হ্যারিংটন মচা মশৃগুম্না। তশেংনমক সমস্যা শুকলৈ লৈতবদি নত্তে। হায়রিবা সমস্যাসি নুমিৎ খুদিংগী পুন্সিদা উবদি নত্তে, তৌইগুম্বস্মুং অখন্নবা মিকুপ্তা নুপা নুপীগী পুক্নিঙদা উনবনি। অনুম্না মতুদি লর্ডতা টেষ্ট ম্যাচকী মতমদা ইংরেজ মপুরোইবা অমস্তুং অষ্ট্রেলিয়া লোয়নবীনা করম্বা মাইকৈনা থোইনবগীদমক লাই নিঙনরমগনি? লাঞ্জাওদা, কনানা ঙম্বনা হরাওগনি জার্মান মিষ্টার, করম্বা মাচঙনা মায়থীবদা নিঙবা কায়গদগে মহাক্কী রাশিয়ান নুপীনা?

অদুম ওইতুনস্তু থাপথ্রবা তুংদা করিগুম্বা নুমিত্তা য়ুনাইটেড ষ্টেটস্ ওব য়ুরোপ শেম্নরুবা, লোল অমতা ঙাংনরবা, অদু ওইরবদি খনবদা থোইনা লুরোই মতুদি তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী মরক্তা হেন্না ল্লহোংনরক্কনি। মতম অদুদা স্পেনগী পাখং হামেশানা নরেগী লৈশাবী, হৌজিকমক স্কচশিংগা রেলসকা তৌনরিগা অনুম্না লুহোংনরক্কনি ঐখোয়গীদা কোন্নগরগী কনেবু বরিশালগী বরনা য়ুমদা পুরক্লিবা অসিগুম্না।

ভারতকী অমস্তুং য়ুরোপকী পুন্সিগী অথুপ্পদি তোঙানবনি, সমাজগী শেমগৎলকপস্তু তোপ তোপ্পনি। অপূনবা ইমুঙগী রা তোঙান্না থম্লবস্ত ঐখোয়গী সমাজদি য়ুস্নুরেম্বা অমস্তুং মাগী য়ুন্নুরেম্বী, মচাশিংগী মরক্তা নৈশিন্দুনা লৈতে। মরা-মতা শাগৈ-নাতৈ কয়ামরুমদা মখল মখা কয়ামুক্কী দায়িত্ব অমস্তুং মরা লৈনবনা মহাক্কা প্রভাব অমস্তুং লবুক য়ামনা পাক্না শন্দোকখি। অদুনা নোংপোক অমস্তুং নোংচুপ অনিগী লুহোংবসি মশাগী পুন্সি শংঙাইনবগী ওইরবদি থোইনা অঙকপা নত্তে, অদুগা মতুমকনা করিগুম্বা মতমদা মহাদেশ অনিসিগী সমাজিক তিন্নবদি য়ারোই। য়ুরোপকী নুপীসি ঐখোয়দা অতোপ্পা নুপী ওইনা অদুম লৈ।

নটরাজনগী চাক-কৌবসিদা মারাঠি ব্রাহ্মণ অমা মশক খঙনরে।

চষ্টীদি নিফুগী য়ামনা মথকনি, মকোক্তু, অমুবা শমদগী অঙোবনা য়ামনা হেল্লে, মশা ফৈ, লাইবক পাকই, মনাতোন তুম্মি। পুন্নমক্তপী ঙকপদি মহাক্কী মিৎ অনিদুনি। মিৎ-মৈত্থু য়াম্না শাংই, অবনী থাকুরনা য়েকপা ভারতকী চিত্র কলাগী অর্জুনগী মতৌগুম্মি। মতুদা মপাল নাইদনা চোকথবগী মমি তারি। মিৎয়েংদা বুদ্ধিগী মঙাল য়াওই, অদুবু কুপশিন্দুনা থম্মি ইঙাগী নোং য়াওরবা কুণ্ডলবা লৈচিনগুম্না রাখনগী মমিনা। সাধারণ ওইনা অসিগুম্বা মুপা অসিগী খ্বাইদগী তোপ তোপ্পা মিৎ অসি উথিদ্রি।

অদুগা নয়াদিল্লীগী সোসাইটিদা চারুদত্ত আধারকারগী মিংচত্তি থকপদনি। মীফম অমদা মহাক হুইস্কি পেগ তরা হৈরায় লায়না থক্তোকপা ওম্মি। মমিৎ অমুক ফাওবা কুপ্তে। মতু ওইথোক্তবা নত্তে মী অনি-মরিস্থু মতু ওম্মি। অদুবু আধারকারগী মিংচৎসি চুম্নতা থকপতদা নত্তে, বুদ্ধি লৌশিংস্থ য়াম্না থোকই। মশীং লাকওদনা য়ান-শিম্নদুনা শেম্বা চারুদত্ত খঙডি। ককটেলগী থৌরাংদা মহাক্কী হৈ-শিংবা উৎলি মুমিদাংগী চরাদা পার্টিদা বার্ত্তন তৌরিবী মুপীশিংনা হান্না আধারকারগা ব্রা তাথোক-তাশিন তৌনৈ। মহ ব্লা য়াম্না মুংঙাইনা মত্ত্রনা পী। "কনা কনা লাক্কনি, মী কয়া লাক্কনি? অহুম্নক কোয়গে নিঙ-লবদি, অহানবদা রাম অরেঞ্জ, মথংদা জিন্ অমস্থং লাইম। মতুংদা হুইস্কি। মুপীশিংগীদমক মরক্তা ব্রাণ্ডি পীবা য়াই ডিঙ্গারেলগা য়ান-শিম্নরগা। করি হায়বগে রাম অরেঞ্জ করম্না শেমগনি খঙব্রা। কয়াদা মুংঙাইখিদ্রবনো! ফরে তম্বিরগে। Shaker দা সিকি অমগী শরুক ইটালিয়ান ভারমুথ হাপচিল্লো। ইটালিয়ান লৈত্রে? ফরে লৈত্রবনিনা ফ্রেঞ্চকী হেক্তা হাপ্লো। সিকি অমগী শরুক কমলা স্প্রা মহী য়ানশিল্লো; রম তঙ্খায় অমা হৈজিল্লো। বরফনা য়াম্না, মতুগা দালচিনিগী মহী থজিক্ত্তগা। ব্যস। ফজনা য়াম্নরগা ককটেল প্রাশতা হৈজিল্লো।

নটরাজন মুখু রেম্বীনা হায়রম্মি, "মিনি সাহেব, (ঐগী মিনি সাহেব

হায়বা মিং অসি সেন সাহেবকী ইমুঙদগী শন্দোরক্তুনা তাইব: শিন্থুংনা শনখ্রে মরুপশিংগী লাকতক্কবা মিংগোদা ) অনৌ অনৌবা ককটেল শেমনিঙলবদি মিষ্টাব আধারকারগী বুদ্ধি লৌবিয়ু।

নোককেং তৌরদুনা আধারকারনা হায়রম্মি, "হোয়, থবক্তুগী পোথারগা ঐগী থোং-থাকপগী মখলশিং অসি অমুক্তং ফোঙদোক্কে খল্লি। পাউ-চেশিংদা হাপকনি—If it's a drink, consult আধারকার। য়ুম খুদিংদা মিসেস বিটনগী মতৌগুম্না অনৌবা য়ুম্থ্রেম্বী-শিংগী আলমারীদা লৈগনি আধারকারগী বুক অব ড্রিঙ্কস্।"

অদুগা ঐদি পূন্নমক অসিদগী য়াম্না ঙকপা অম্না থেংনখি। চাবা-থকপগী মতাং লোইরগা অতিথিশিংনা হায়জবদগী আধারকারনা বেহালা খোংদুনা তাহল্লম্মি। দরবারী কনেড়াগী সুর। গং নত্তে, চুম্নতগী আলাপনি। চাউরাক্লা মিনিট কুনলোম য়ামনা নিংথিনা খোংলম্মি। খোংবা লোইরগা ঐঙোন্দা য়েংদুনা হায়রম্মি, "হায়বা ঙমব্রা করি সুর খোংখি, মিনি সাহেব?"

ঙকপনা ঙহাক্তং তুমিন্না লৈরম্মি, পাউখুম পীগনি হায়বা কাউরম্মি। শেংগ্রবা বাংলানি।

"কদোরগে, তুমিন্না লৈরববু?" হন্দকমুকসু বাংলাদা।

রাহং অদুগী পাউখুম পীদনা হায়রম্মি, "অদোমদি অঙকপনি। করম্না বাংলা তম্বিরক্লিবনো?"

"মদুবু রাহং অমরা? নহাক্তি মতৌ করমনা ইংরেজী তম্নকপগে?"

"ঐনা তম্বিবদি পুক্নীদমকনি।"

"ঐনা তম্বিবনা থরায়গীদমক। নত্তে, নত্তে, অমুক রাহং নত্তে curiosity is a feminine vice"

বিদায় লৌথ্রিবগী মমাঙদা থম্মোই শেনা হায়রম্মি, "মিনি সাহেব, "নঙ" হায়বসিদা পিকই হায়না খনব্রা? নহাক্তি চহী মতাংদা য়ামনা নৌরমগনি ঐহাক রটেণ্ডাম রোডকী নম্বর ২২ দা লৈ। লাকউ নোংমা সন্ধ্যাদা, বাংলা ভাংগে, বেহলা তাহনগে, অদুগা টপ-হ্যাট

পীক্লগে। টপ-হ্যাট খঙইদনা? খঙদ্রনে? জিন তঙ্খায় অমা ফ্রেঞ্চ ভারমুথ শিকি মরুম অমা, ইটালিয়ান শিকি মরুম অমা। বিটার্স মরিক অমা, মত্তুগা লোয়না বরফ খরা।"

আধারকারগী ময়ুমদা চৎলম্মি। টপ-হ্যাট পাম্বগী নত্তে, মী অদুগী অঙকপা চিংশিনবত্তুননি। নোংমা চৎলুরে, নি-নি চৎলুরে। অদুগী মতুংদগীদি মুমিৎ খুদিংগী। করিগুম্বদা অয়ুক্কা নত্রগা মুথিন্দা। অয়াম্বা মুমিত্তা অয়ুক্কী চরা রানবদগী হৌরত্তুনা মুমিদাংগী চরা ফাওবা মহাক্কী মফম অদুদা পূম্লোই লোইবা ফাওরা য়াওই। মতম খজিত্তুংগী মনুঙদা অমুক্কী মতিক মনুঙ হুঞ্জিন্না চাম্নখ্রে মত্তুদি, আধার-কারনা মুপা ওইরমত্রবদি ঐগী মিং অসি মিংচৎথীবনা মীনা নিন্দা তৌর্নফম ওইরমগনি। মহাক্কা লুহোংবদা লাম্বা চানবা কন্যা লৈরম্লবদি নয়াদিল্লীগী য়ুম্বুরেম্বীশিংনা ওইগদৌরিবা বর অহুবু কল্পনা তৌবদা মুমিৎ য়ুংবগী তল্লবা মতম অত্ত লেনবা ঙম্লমগনি।

অত্তবু কন্যাদি লায়রত্তুনা, কন্যাগী মমাগী খুদম ফাওবা লৈরমদে লুহোংদ্রিবা আধারকারগী ময়ুমদা। শুপ্পগী চাকর অহুম মরি, বেয়ারা খানসামা মখোয়শিং অসিগা লোয়ননা আধারকারগী হোম গভর্ণমেন্ট মহাক্কী হায়রবু রেভিনিউ ডিপার্টমেন্টকী থবক পূমনমক্কি মাগী মশা-গীনি, লেমহৌরিবা একিসকিউটিভ, লেজিস্‌লেটিভ লোয়ননা জুডিশিয়ারী ফাওবসি চাকরশিংগী মৎত্তুনি। অশেংবা প্রজাতন্ত্রনি। মজাতন্ত্র হায়রবসু করিসু মাঙদে, মীনায়শিংগী মফমদদি।

মরৈ য়েংনৈ, রা খনৈ। রাজনীতি, ধর্ম্ম, লাসগী লালওং, লোয়-ননা সিনেমা ষ্টার ফাওবা করিগুম্বা হীরম অমতা চিথদে। মরক মরক্তা কাব্য আলোচনা তৌই। রবি ঠাকুরগী কবিতা অয়াম্বা অমসুং কবিতাগী শরুক আধারকারগী খনাউদা পকই। মুম্লবা খোঙ্গেন্না থীরকই— মন দেয়া নেয়া অনেক করেছি মরেসি হাজার মরণে, নূপুরের মতো বেজেছি চরণে চরণে। ঐঙোন্দা য়েংলত্তুনা হংলকই, "হায়যু কদাইদা য়াওই?" হায়বা ঙম্লবদি হায়বিয়ু, "সাবাস্! Now you have

earned a drink লৌরো অরেঞ্জ গিম্‌লেট অমা – জিন খরগা অতুগা চন্দ্র কমলা মহীগা। হৈ বয়, পুমনমক্কী—।" করিগুম্বা মুমিত্তস্থ হায়রম্মি, "ঙসিদি পরিক্ষা ! হায়য়ু কদাইদা য়াওই—আমারে যে ডাক দেবে তারে বারংবার এ জীবনে ফিরেছি ডাকিয়া ; সে নারী বিচিত্র বেশে, মৃদু হেসে ঃ খুলিয়াছে দ্বার থাকিয়া থাকিয়া।"

"ঙমত্রবরা ? ফরে মিনিট মঙাগী মতম পীরবনি। অতু ফাওবদা ঙমত্রে, হাঃ হাঃ বাঙ্গালী ওইরগা বাংলা কবিতাগী পোস্থাদা বাঙ্গালী নঙবগী মকমদা মায়র্থীরবা। মীনা তারগা হায়গনি করিনো হৈ ? ফরে হাম্না থোপ্তু শেংদোকখো। বয়, পূরকউ ক্রুক্‌লীনছু। লিক্লি গ্লাস অমদা তম্মায় অমা বরফকী মচেং, খরগা ফ্রেঞ্চষ্টাইল ভারমুথ, ড্রাইজিন খরগা। ফজনা ওৎলগা অরেঞ্জ বিটর্স তু তপ তপ অনি-রক্তং তাহল্লু। ডিলিসস্‌।

নোংমদি হংলম্মি, "মিনি সাহেব, করিগুম্বদা মুংশিলাংদা থুগ্রবরা ?"

"থুখিদ্রি।"

"করিনো-নহৈ হায়রিবদুবো, য়ং ম্যান বিলাত্তা লৈরগা মুংশি-লাংদা থুদবা রা অসিবু কনানা থাজগদগে ?"

"থাজবা য়াবনি। There are more things in heaven and earth."

"অদুবু There are more girls in picoadilly and Leicester Squire মতুস্থ শোইদবনি।"

"অশেংবা রাদি করিনো খঙব্রা ? মুংশি-লাংদা থুরবদি মায়থোংছু পংলি পংলি উই. সিনেমাদা উরে। কিজবনা মনাক্তা চঙশিন্নবগী পাগল লৈতে।"

আধারকারনা হৌনা পোকথায়বমখৈ নোক্লম্মি। পংলি পংলি তৌই, হাঃ, হাঃ, হাঃ just imagine মুংশি-লাংদা থুরোইদবগী মরম। বার্নার্ড শ'না মসিদগী হেন্না ফজনা হায়বা ঙম্লমদে। নহাক্তি genius নি। নত্তে, ঙসিবু নঙোন্দা অনৌবা করিগুম্বা অমা পীবা ঙমত্রবদি

ইজ্জৎ মাঙলে। Try রম ক্রুইয়ট। রম চামচ মরি, লাইম চামচ অমা চিনি রত্তি অমা পেয়ালা তঙ্খায় অমা ব্ল্যাক কফিগা য়ানশিন্নদুনা। রান্দরফুল !"

নোংমা নোংমগী ঙকপা হেনগংলকই। মারাঠা ব্রাহ্মণ অসিগী মায়কৈদা অসুম অসুন চিংশিল্লকই। মহাক্কী পুন্সি অঙকপনি। কাব্যদা, সাহিত্যদা, ইশৈদা, শিল্পদা, মহাক্কা অকনবা পামজবনি, বেহালা খোংবদা খ্বাইগা মান্নদবা হৈশিংবা। শেল য়াম্না তান্ন, খরচ তৌথোকই হেন্না। অয়াম্বা শরুক য়ু থকপদা অমসুং পীথকপদা। অদুগা করিগুম্বা মতমদা চাওখত্তবা লমচত্তি খক উদে। চিং-লেম্মা হায়রম্মি, "মিনি সাহেব, নহোয়গী শরৎ চাটুয্যেনা ইরম্মি,—য়ু থকপা মহাক অদো নোংমা নত্রগা নোংমদি নরক তাবা শোয়দ্রবনি। য়ানিঙদবা মহাক অদু ওইদবা ঙাংলবনি, নত্রবদি য়ুগী মহুৎ্তা ঈশিং থক্লবনি। শরৎ চাটুয্যেনা চারুদত্ত আধারকারবু উখিদে। উরন্নবদি লাইরিক্তুগী পরেং অনি অসি লৌথোক্লমগদবনি।"

আধারকারগী নুপী লৈতে হায়বসি পুম্নমক্তা খঙডি। অদুগা মরী মতা, শাগৈ-নাতৈদি? কনানসু করিগুম্বা অথুপ্পা অমতা খঙদে। নোকতুনা, নুংঙাইদুনা রারী শাদুনা, রারেম ঙাংদুনা ময়াম তিন্নে, মায়য়োকনৈ ময়ুমদা নুমিৎ খুদিংগী লাক্লিবা মকুপ-মপাঙশিংগা। অদুবু মমিত্তা য়েংলবদি খল্লি মসি মপাম্থোংগীনি। করিগুম্বা লূপ্নবা অরাবগী পোৎলুম অমনা রাখন্না থল্লবা মিং অদুগী মরুমদা লৈরোই নিঙডি, মরুপ য়াওদ্রবা পুন্সি অসিগী মরুমদা লৈরি ঙমখৈ নাইদ্রবা চৈনাখোনগী ইতিহাস। তৌইগুম্বসুং লৌশিং তৌদুনা রাহংদু হুন্দোক্লগা থীরকই আধারকারনা,—

ঐগী ইতুঙদা লায়না খঙগনি লীলা কয়াসিগী তাং;

মপান্দা নোকপগী মমি তারিবা মহাক অদুগী মমুঙদা মিৎকী পিরাংনি।

---



·ইংরেজ অনিনা পূল্লবদি ক্লব অমা শেম্মি স্কচ অনিনা পূল্লগা ব্যাঙ্ক অমা হাংই জাপানী অনিনা সিক্রেট সোসাইটি অমা বাঙ্গালী অনিনা পূল্লবদি করি তৌই? কাঙলুপ কাঙলুপ? মদু তৌদি তৌই অদুবু চাং খরা হেন্না তৌবগুম তৌই। অদুগা মদু নত্তবা পোৎ অমসু তৌই। লিংখৎলি কালীবাড়ী অমা। অরাং ভারতকী সহরদদি বাঙ্গালী লৈজরবসু মশীং য়ামদবনা কালীবাড়ি অমা লিংখৎপদা খুদোং চাদে।

হিন্দু লাইরেম্বা-লাইরেম্বীগী মরক্তা কালী মূর্ত্তিসি য়েংবদা নুংঙাইবা নত্তে। বীনা খোংবী সরস্বতীগী নিংথিজবা নত্রগা থম্বালদা শাদোং ওইরিবী লক্ষ্মিগী ফজবদু মহাক্কী পূম্মু মুরবা মশাদুদা য়াওদে। ভগবতী দুর্গাগা মখুৎ তরানি, চপ মান্ননা শাংই। অদুবু কালীমূর্ত্তিগী মফমদদি মহাক অসি য়াম্না ঈংনা অমসুং ফজনা উই। ঙকশমদা মহাক্কী মীকোক পরেং, মখ্বাংদা মাগী তেক্লবা পাম্বোমগী চবুল, মখুৎ অমদা থাংশাং মখুৎ অমদা হাইরি কায়রবা কোক। পাক্লবী মায়থোং অদুগী করিগুম্বা মফম অমতদসু থোৎ-নৌবগী মঙাল মরিক অমা ফাওবা লৈতে, মমিত্তা য়াওদে অথুম্বা মিৎয়েং। লৈতেংদ্রবা হকচাং, ফিজেৎ য়াওদ্রবা দেহ। মতীন তারবা মরৈ। ইরৈবাক্কা ভক্তশিংনা শোল্লি মা ভয়ঙ্করা; ক্যাথারিন মেয়োনা লাইরিক ইবদা হায়, বীভৎস।

অকিবগী মশক ওইরবী মূর্ত্তি অসিবু বাঙ্গালীনা নুংশিজৈ। শ্রীচৈতন্যনা পুরকপা ভক্তি ঈচেল অদুগী খুদমদি অখন্নবা কাঙলুপ অমতদা লৈহৌরে। কালীগী ভক্তশিংদি লৈবাক শীন-থুংনা লৈ। মহাকপু পূজা তৌজবশিং শাক্তশিংগী মনুঙদতা পুনশিন্দুনা, লৈতে। মহাক্কী পূজাদি অখাকপা লৈতনা খুঙ্গংগী লৌ-উবগী খাংপোক্তগীনা ইনাকখুনবগী দলাল ফাওবদা তৌনরি। থাইনা মমাঙঙৈদা কাপালিক-শিংনা শিবা ফাওবা সাধনা তৌই দেবী কালিকাবু, তান্ত্রিকশিংনা আরাধনা তৌই শ্যামা ইমাবু, দুস্যদলনা লুট তৌনবগী ব্রাখন্দা

মীকোকশিবী কালীগী পূজাদা পুক্লিঙ চঙডি। হৌজিক্কী যুগতসু মাগী ওইবা মীশক নারক্লবা মতমদা ফননবগীদমক মমাশিংনা ইমা কালীগী মফমদা নিজৈ, খুঙ্গংদা ফুন-চৈনবা থোরক্লবদা তিংলবা পুক্লিঙনা খুঙ্গংগী মীওই-শিংনা ভক্তিগা লোয়ননা পূজা তৌই। ঠাকুর রামকৃষ্ণনা মহাক্কী ধ্যান তৌরম্মি দক্ষিণেশ্বরদা, মহাকপু ধ্যান তৌরম্মি সাধক রামপ্রসাদ ; লেংলম্মি অঙকপা শ্যামা সঙ্গীত।

বাঙ্গালীগী মফমদা কালী মুংশিবসি অহানবা হেক উবদা থোইদোক্লা অঙকপগী মশক্তি হায়না খনগনি। মহাক্কী হকচাংগী পাঙ্গল অমসুং পুক্লিঙগী মওং অসিনা বাঙ্গালীবু চিংশিনফম থোকই অমেঙবরোমদা অথোৎপরোমদা, ফজবরোমদা,—মসিদা আশা তৌবদি হৌনশানি। অদুবু বাঙ্গালীবু য়াম্না মুন্না খঙবা মখোয়শিং অদুনা খঙতি, মহাক্কী স্বভাবপু মতিকচানা উরবা মখোয়শিং অদুনা খঙডি, অসিগুম্বা ওন্ন-তৈনবা লমচৎ অনিনা পূন্না লৈবসি মহাক্কী চরিত্রগী থোইদোকপা মওং অমনি। লৈরাংগী অথোৎপগা বজ্রগী অকনবগা তঙ্খায় তঙ্খায় ওইনা য়ানশিন্নবা মহাক্কী স্বভাবনি। অদুনা কিগনবগী নিন্দা তৌদুনা য়াম্না শন্দোক্লবগুম্না, অয়োৌবী থাক্কী থৌনাগী মঙ্গলগী চন্দনসু মহাক্কী মরায়বক্তা থিল্লি। ভারতবর্ষগী জাতিয় আন্দোলনগী হাৎন-থিন্নবা অমসুং খৎন-চৈনবা ঙসিসু য়াম্না থোক্লি, থাপ্লবা সমুদ্র হিমাচল ফাওবা শন্দোকখ্রি। মশাগী অধিকার ফংনবগীদমক শা লবা লান-ফম অসিদা য়াওরম্মি জাতিধর্ম্ম খায়দনা প্রদেশ পূন্নমক্কা মীওইশিং। মারাঠি, মাদ্রাজী, গুজরাত্তী, পার্শী অমসুং বেহারী লোয়না লাক্লে। জেল থল্লে অরাবা খাঙলে। তৌইগুম্বসুং স্বাধীন্তাগী থিংঙমদ্রবা লাইনিঙদা বাঙ্গালীতনা সাধন তৌই অগ্নিমন্ত্রগী, দক্ষিণা পীরম্মি, পুন্সি পীথোক্কুনা লমন শিংই ইমা লৈবাক্কা লমন। বাঙ্গলা নত্তুনা ভারতবর্ষগী করম্বা মফমদা স্কুলগী অঙাংনা ফাঁসিগা লেঙ্গোন্নখিবগে, মুপীমচাশিংনা পিস্তল কাপখিবগে, মপোক্লা ঙৌরবী চন্নুশিংনা থবাক লোংনা নোংমৈ গুলী য়াখিবগে?

রিডিং রোডতা লৈরিবা কালী মন্দিরসি পুম্না হোৎনবা অমস্তুং শেল খায়নত্তুনা লিখৎপনি, মত্তুগীদমক নয়াদিল্লীগী বাঙ্গালী সমাজগী চাউথোকচফমগী অধিকার লৈ। মশাবু মশানা হাংচবগী বুদ্ধিনা মাঙনবগী মশক ওইরবা থবক তৌরিবত্তুনা খৎনদ্দুনতা লৈ, খেন্নবতা থোক্লকই, প্রতিষ্টান মাঙহল্লি.—নিন্দা অসিনি বাঙ্গালীগী। মসিগী মরম মুকলৈ লৈতবনি হায়নসু খন্দে। মতোমদা হোৎনজবগীদি বাঙ্গালীগী মপা লৈতে। অদুগা ময়াম তিন্নত্তুনা অচৌবা প্রতিষ্টান অমা লিংখৎপগী মতিকচাবা শক্তিদি উত্তে বাঙ্গালীনা,—রাফম অসি অরাবগা লোয়ননা য়াবা তাই। মরম অসিদগী কালী লাইশঙ অসি উবদা পুক্লিঙ পেল্লি। কনাগুম্বা অচৌ অশাং অমনা তৌবা নত্তে, কনাগুম্বা মরল মথুম লৈবা অমনা মতোমতনা শেল পুথোকত্তুনা তৌবা নত্তে, লৈরিবা বাঙ্গালীশিংনা পীনবা অমস্তুং খোমজিল্লকপা শেনখায়না মন্দির অসি শারিবনি।

সরকারগী অফিসতা থবক তৌদুনা পুন্সি হিংনবগীদমক অরাং ভারতকী চাউরবা শহর অসিদা বাঙ্গালী লাক্লিবনি। মখোয়গী মরক্তা কনানা এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলগী মেম্বর ওইনা শেল য়াম্না লাকই, কনা অমনা অচম্বা কেরাণীগী থবক তৌদুনা তলব খরদং ফংই। মখোয় পূম্নমক পীরকই দান মশানা য়ানিঙনা অমস্তুং থাজনা খরা খরা ওইনা শেল তুঙশিল্লি, থল্লে দেবীগী ভাণ্ডার। থাগৎলি মখোয়বু। মখোয়সি লাইবকফবনি।

মন্দির অদু শাবগী থৌরাং তৌই মফম অদুদা লৈরিবা মী অমনা মহাক্কী মমিঙদি খঙদে, অদুবু থাগৎনিঙঙাইনি লৈতেং য়াওদনা থোইদোক্না য়েক খোৎপা য়াওদনা, ইরাং লায়না ইচম-চম্না শাবগীদমক। কৈথেল অচৌবগী নমথিবা মনম লৈত্রে, আমেরিকা মওংগী হৌজিক মতমগী স্ট্রীমলাইন য়াওদ্রে। অরাপ্পদগী য়েংলকপদা মিং পেল্লি, মনাক্তা চঙশিল্লগা পুক্লিঙসি পুমশেং শেংই।

থাক খরা কাখৎলগা পাক্লবা শূমাঙ, হাইফেং রাংব জালিনা

ফক্লাং খাজিল্লি। ময়ায়দা মন্দির, মায়কৈ মরিমক্তা লম্বীনা কোয়শিল্লি। লম্বী অসিদা লাই খুরুম্বা লাকপশিংনা ইকোয় কোয়শিল্লি থোঙ-জিন্দা য়াল্লিবা শরিক অহু খিঙলগা মন্দিরগী উফুল মকোক্তা হাপ্লি। থম্মেহৈ নুংদা নিজৈ ভক্ত নুপা নুপীশিংনা মান-মানা নিজবহু। আকাশকী মঙাল অমসুং মপানগী নুংশিৎ চঙলকপগী অপনবা করি'মতা লৈতে। মন্দিরগী মনুঙদা মমদে, লৈ অমসুং ধপোমগী শেংদবা মনম নমদে।

মন্দিরগী মাঙ্গোন্দু নিংথিজৈ। মাইকৈ অমরোমদা আরাবল্লা চীং-শাংগী 'রীজ'। মনুঙগী থাক সিমেণ্টনা ফাজিল্লি। অতোপ্পা মায়-কৈদা লম্বী অমসুং রেলিং। মনিঙদা মচি অমদা পুরোহিতকা লৈফম। ক্লাটর মচা অমসু, মন্দির শীল লাঙলিবশিংনা শাবা।

অরাপ্পা লৈবাক্তা দেবীগী নিয়ম নাইনা পূজা তৌনবগীমক পুরো-হিত কোবা অরায়বা নত্তে। বাঙলাদগী কনাগুম্বা অমবু পুরক্লুনা থম্বা তারবদি মহাক্কীদমক চাং নাইনা আয় লাক্কবা থৌরাং তৌবা তাই। মহাক্কী ইমুঙ মনুঙগী মীশিং য়োক থাকপগী অরাবসু লৈহন্দবা তাই। মরম অদুনা মন্দির পুরিবশিংনা পুরোহিতকী থাগী ওইনা অরামন পীননবা হোৎনৈ। মহাক্কীসু থাক লৈ, হৌগৎলকপা লৈ, ছুটিগী থৌরাংসু লৈ। প্রনামী লৈ, মীনা কৎলম্বগী শরুক ফংফম থোকপা লৈ। যুগ অসিদদি লাই মনাইগীসু চাকরিগী ফণ্ডামেণ্ট্যাল রুলস্ ঙাক্লা চৎপা তারি।

মীওইবগী পুন্সিনা চম্লিঙৈ, মতম অদুদদি মহাক্কী অরাৎপসি খজিক্তা মঙায়রম্মি, পোৎচঙগীসু ঙমথৈ নাইরম্মি। মতম অদুদদি ব্রাহ্মণগীসু ললগী মফম লৈরমদে। মহাক্কা বিদ্যা কৎথোক্লম্মি ছাত্রদা, জ্ঞান য়েল্লম্মি শিষ্যদা, ভজন পূজন তৌরম্মি নিঙডাইদনা, মহাক অপাম্বা মশক খঙদে; পুকচেল শেংই, থবক্কী মহয় পায়মদে। অদুগুম্বা মতম অদুদি চৎখ্রে, মতুগা লোয়ননা ব্রাহ্মণসু কাথংলক্লে। হৌজিক্তি পুরোহিতকীসু মীওইনা পানবগী পোৎচঙ কয়া হেনগৎলক্লে। মহাক্কী নুপীগীদমক পেটিকোট, সমিজ অমসুং ব্লাউজ চঙঙি, মচানুপাগীদমক অফবা চিঞ্জাক

মচানুপীগী দমক হেজ্‌লীন স্নো। হৌজিক্কী সমাজ অমস্থং লৈমিম্নরিব-শিংগী মফমদা থৌশাদবা উত্তুনা, যজমানশিংগী তুংগী য়াইফ রাখস্তা তৌরবদি মহাক্কী মশাগী তুংস্থ অমম্বদা লৈখ্রে। মরম অতুনা মন্দিরগী পূজারীগী দমক থম্বা তারকুই ভারা য়াওদবা য়ুম, মতুদা বিজলী থানবা, টৌটি ঈশিং ফংবা, অতুদস্থ নওনা খরা চাউবা বাঙ্গালী ইমুঙ অমগী চম্না স্থংঙাইবা য়াবা মচাকশিং অতুস্থ থম্বা তারকই।

সিঁড়িগী নাকন্দা খোঙঙ্‌প লৌথোক্তুনা থনম্লগা মন্দিরদা কারম্মি। অরিকপা তৌদনা পুরোহিতনা পীরম্মি দেবীগী খুয়া উফুল, নির্মাল্য অমস্থং প্রসাদ

কলিকাতাগী মতৌগুম্না মন্দিরগী মাঙ্গোন্দা স্ট্রট শেৎপা বাঙালী লৈবদা মফম অসিগী সমাজদা নোক্লফম ওইদে। মরমদি ফিজেৎপু মফম অসিদা মীগী শেৎনবনি হায়না লৌই, পুক্লিঙগী মওং ফোঙদোকপনি হায়না লৌদে। মসি ওইরক্লিবসি শহরদা ফিজেৎ মখল কয়াগী মী লৈবগী মহয়নি। মফম অসিদা ব্রাহ্মণ, পঞ্জাবীশিং, মহারাষ্ট্রীয় মাই, বাঙালী লুখ্রাবী লাই খুরুম্বা লাকই। মখোয়গী ফিজেৎ, লৈতেং, করি অমুক হায়গনি শেৎপগী মওং-মতৌ পূম্নমক তোঙাল তোঙাল্লি। মখোয় ভক্তনি, মসিমতনি মখোয়গী অমতা ঙায়রবা পরিচয়, ফিজেৎতি মখোয়গী অঙ্গবা, অশাবা অমস্থং করিস্থ য়াওদ্রবা উনশাবু কুপশিনবতনি।

মন্দিরগী মমাঙদা অহাঙবা লম্পাক্লি। মফম অসিদা শরৎ ঋতুদা ত্রিপালনা কুপ্পা মাঙপ্তা দূর্গা পূজা তৌই য়াম্না চাউনা বাঙালী নুপামচা নুপীমচাশিংগী খুৎনা শাবা পোৎশিং উৎলি। অয়ুক নুংথিন্দা নুপামচা নুপীমচাশিংনা প্রসাদ ফংই, নুমিদাংদা থিয়েটারদা মকোই ফান্দোক্লগা খোঞ্জেল মেঙনা নুপীগী শরুক লৌই পাখং মচাশিংনা

কালী মন্দিরদা থাশি খুদিংগী কালী কীর্ত্তন তৌই। শ্যামাগী মরমদা শকপা ইশৈনি, কীর্ত্তনগী পদ অদু দোহাগা লোয়ননা শকই। শৈরেংদি ভক্তি মূলকনি, স্থরদা খেন্নবা য়াওদে। মতুদা পদাবলীগী পুক্লিঙ হুবা য়াওদে, য়াওদে সাধক্কী অমতা ওইবা ভক্তি নিজবগী পুক্লিঙ লুপ্পা অমস্থং

লাংতরবা। মতু সঙ্গীত শাস্ত্রদা লুপশিল্লি অতুনা ভক্তি তন্ত্রগী মায়কৈ-রোম্নদগীদি কান্নদবনি। মায়কৈ পূন্নমক্তগী করিস্থ কান্নদে। কালীগী মাঙ্গোন্দারাম প্রসাদী স্নুরদা ভক্তগী খোন্থোক্তা—শ্মশান ভালো বাসিস বলে' মোংফম্না থম্মোই ওইরে, অসিগুম্বা জাংকী ইশৈতনা অরোংবা রানি। ইশৈগী সভা অসিদা অহল ওইরবা ভদ্রলোকশিংগী মরক্তা মুন্না খঙনরি-বসি মোহিতকুমার সেনগুপ্তা, মহাক চহী য়াষ্ঠেগী মথক্লি, মশা মউ ফরি, সাধারন বাঙালীনা কুইনা খঙনরক্লবনি অডিট একাউন্টস সার্ভিসকী মীনি। চৈরাক কনবা অফিসারনি হায়না মমিঙ চংলি সরকারগী মফমদা। হৌজিক্তি চথোক চৎশিন বিভাগকী শেল-থুমগী পাউতাক পীবা ওইরি। তলব অমস্নুং ফমগী ইকাইখুম্নবা অনিমক পৃল্লি। মহাক্কী মনাও অনিগী মিংস্নু বাংলা লৈবাক্কী কলেজগী ছাত্র ছাত্রীশিংগী মফমদা ফজ্জনা মশক খঙলবনি। পরিক্ষাগী মমাঙদা এম, সেনগী ইকোনমিকস অমস্নুং মিহির সেনগী সিভিক্স পাদবা ছাত্রশিংদি ইয়াও য়াওরম্লোই। ছাত্র পুন্সিদা সেনগুপ্ত মশাস্নু মতিক চানা মমিঙ লৈরকই। প্রেসিডেন্সী কলেজ ম্যাগাজীনগী মহান্না অনিশুবা ছাত্র সম্পাদকনি।

ভদ্রলোক মৃতদার, ইচম চম্মি অমস্নুং নয়াদিল্লীগী বাঙালী সমাজদা মতিকচানা ইকাইখুম্নে। বাঙালীশিংগী থবক থৌরম পূন্নমক্তা য়াওই। কীর্ত্তনগী সভাদা মহাকসি তঙনা উবা ফংই।

ফ্লীত স্ট্রীটতা পাউ-চে লৈ, মেভিল রোডতা দরজী। নয়াদিল্লীগী রিডি রোডতস্নু অতুম্না মন্দির লৈ। অমতা নত্তে, অনিতা নত্তে, মথং মথং ওইনা অতুম্নি। লম্বী অসিগী মমিঙ টেম্পল স্ট্রীট ওইরবস্নু করিস্নু অমাঙবা লৈরমদে।

শ্রীযুগোলকিশোর বিরলাগী লক্ষ্মী নারায়ন মন্দিরসি হৌজিক্কী শতাব্দী অসিদা শাবা ভারতবর্ষদা খ্বাইদগী অথোইবা লাইশঙনি হায়বা য়াই। চুম্নগী মঙাংতদা নত্তে, শাগৎলিবা মতৌ অমস্নুং শেল য়াম্না চঙই হায়দুনা হায়বস্নু নত্তে। অথাপ অথাপ্পা লমদগী মী লাকই। ভক্তদা নত্তে, য়েংনিঙবনা কাঙতক্লরবস্নুনি। হিন্দু, বৌদ্ধ, শিখ, পারসিক,

খৃষ্টান লৈ। য়ুরোপ অমসুং আমেরিকাগী টুরিষ্ট লাকই অয়ুক্তা, সন্ধ্যাদা, নুমিং য়ুংবদা তোঙানবা মওং কয়াদা, অতোপ্পা মায়কৈ কয়াদগী ফটো লৌই। চাউরাক্লা চহী তরানিথোইরোমগী মমাঙগী ৱানি। মপাগী মমিঙ থম্লবা যুগোল কিশোরনা হিন্দুশিংনতা মনিঙতম্না লৈজবা য়াবা মন্দির অমা শাবা পাম্লম্মি। বিরলাশিংগী হৌরকফমদি জয়পুরদনি, মফম অতুদা মন্দির অসিগী কান্নবদি পঙ্খে নাই। চহীদা মী থরতমক মফম অসিদা চৎলি, মী কয়ানা মফম অহু খঙবিগনি ? মফম থল্লে দিল্লী, ভারতবর্ষগী কোম্নুং,—ঙসিগী ভারতবর্ষ অসিগীতা নত্তে, চহী চা-লীশিং কয়াদগী হৌরদুনা। মফম অসিদা ইন্দ্রপ্রস্থদা পাল্লম্মি মহাভারতকী কুরু পাণ্ডব, লৈরম্মি সংযুক্তা পৃথ্বীরাজ। কোকলেন্দা লৈরম্মি নিংথৌরেল কুতুবুদ্দিন, লাল কিল্লাদা নিংথৌগী চুপ্পি পায়রম্মি বাদশাহ শাজাহান। যমুনাগী তোর্ব্বান অনিদা শন্দোকখ্রিবা লমহাং, আরাবল্লাগী উমংগী লমদম, হৌজিক্তি মাঙখ্রবা মীগী থোঙ্গুলগী উফুল্লক্তা শক হুনদল, পাঠান, মোগোল কয়া দেহে অমতদা মাঙখ্রে। মতুঙদা ওইরক্লদবা ভারতবর্ষগীসু দিল্লীনা ওইগনি নগর ময়ামগী মনি অওইবা অমসু ওইজসনু, নিংতম্বা ভারতকী কোম্নুং রাধাদা ওইরোই।

ইং কুমজা ১৯১২ দা মন্দির শাগৎপগী থবক হৌই। ইঞ্জিনিয়ার কয়া, থবক শুবা কয়া, রাজমিস্ত্রী চামা চামা, পূল্লপ্পা থবক শূবশিংনা চহী তরুক চুপ্পা অরেপ্পা লৈতনা শূরম্মি। ইং কুমজা ১৯৩৮ দা মন্দির মপুং ফারে। লক্ষ্মী নারায়নগী খুকমফম অসিগীদমক মপু বিরলা মচিন-মনাও-শিংবু জনক নিংথৌ হায়রবসু দান হায়বসি বিরলাগী মমিঙদা তপশিনগনি।

মন্দির মশাসি ভারতকী মওং ওইনা য়েংবদা ফজে। অঙাংবা নূংগী মতোল, অরোইবা শরুক্তা অঙৌবা মচু। অঙাংবা ফিবুমদা লৈঙাংগী ফিবাল চেনবগুম মাপ্পি। রাজপথতগী মুঙঙৌগী শাংলবা থাক্লা মথক য়ৌনা কাখৎখ্রি। মতুদগী মন্দির কাখৎলি। ময়ায়দা ফক্লাংদা

মচু মখল* কয়াগী আলিম্পন অমসুং লৈ চরোং য়েকলি। ফক্লাংগী মশানক্তদা মশীং লাকওমদ্রবা ফ্রেস্কো পেইন্টিং। জয়পুর শিল্প বিদ্যালয়গী শিল্পীশিংনা চিত্র পূম্নমক অসি য়েকপনি। মখোয়গী মচাক-মথুম অমসুং য়েক-খোংপগী হৈশিংবা থাগৎনিঙঙাইনি। জয়পুর শিল্পবিদ্যালয়গী ওজা ওইরিবদু—কোশল মুখার্জি মহাক বাঙ্গালীনি; অনৌবা বঙ্গ চিত্রকলাগী লমজিংলিবা নন্দলাল অসিতকুমার, সমরগুপ্ত অসিনচিংবগী কাওলুপসি বিরলা মন্দিরগা থৌরাং তৌরকপদসু বাঙ্গালী অমগী মতিকচাবা শরুক য়াওরি রাকম অসি খঙবদা ঐখোয়গী নুংঙাইনিঙঙাই ওইবা মরমনি।

মন্দিরগী ময়ায়দা লৈরি নুঙভৌগী মূর্ত্তি। নুমিৎ খুদিংগী মশীং থীঙমদ্রবা মুপা নুপীনা কংলবা লৈনা লাইগী মখোঙ অনি অদু য়োমশিল্লি। য়োংনা খাজিনবা মথক্তা লৈরিবা অহোবা অদুদা ভক্তশিংনা প্রণামী থম্মি। মন্দিরগী ওই-থংবা নাকন্দা চাওরবা ধর্ম্মশালা, মদু বিরলা মমাশিংগী নিঙশিংনবনি। ধর্ম্মশালাগা নক্না ইশৈগী মণ্ডপ। মদুদা সন্ধ্যা খুদিংদা মখোল নুংশিরবা ইশৈ শকপশিংনা ইশৈ শকই। মী কয়া কয়া সভা অদুদা নিঙঙায়দনা ইশৈ তাদুনা ফমদোকপা ঙম্মি। মাইক্রোফোনগী মতেঙনা মপান্দা মীয়াম তাবা য়ানবগী থৌরাংসু লৈ। মন্দির চঙদ্রিবৈদগা য়াম্না থাপ্লিবৈদগী হৌনা নাকোংদা তারক্লে—শ্রীরামচন্দ্র কৃপালু ভজ মন হরণ ভব ভয় দারুণম্।

মন্দিরগী মনিঙদা চাউরবা পার্ক অমা লৈ। মসিদি কাইনথংদা শেম্বনি। মীয়ামগী মিৎ চিংশিননিঙঙাইগী মতৌ ওইবা থৌরাং কয়ামরুম পার্ক অসিদা লৈ। নুঙগী চাউরবা শামু, মহাক্কী মনাতোন্দা ইফুৎকী ঈশিং জর জর চেন্থরি। নুঙগী কুমীর মহাক্কী মচিন্দগীসু ঈশিং থোরকই। ঈশিং ঈফুৎশিং, লৈ চরোংশিং, খুৎশেমগী ঈচেল অমসুং চিংনুংহৎ অসিনচিংবসিনা নুপামচা নুপীমচা অমসুং অচৎঅওক কয়াবু চিংশিল্লি। নুমিৎ খুদিংগা নুমিদাংবাইরনদা মখোয়শিংসি ক্রক ক্রক ঈন্না তিল্লি। কনানা পোখাফনদা ফম্মি, কনানা হোরি

বান্দোং হাই, কনা অমনা মায়কৈ অম্যোমদগী অমরোমদা কোয় যুগোলকিশোর শেল তিংবদা পাম্মুদে। লালমমাওগী শেল মমলদ মন্দির অমম্বুং পার্ক শাবদা চাউবাক্রা লুপা লাখ কুনলোম তিংলমগনি

বিরলা ইমুঙগী মী অহুম, পঞ্জাবকী আর্থ প্রতিনিধি সভাগী প্রতিনিধি অহুম অমস্থং মফম অদুগা সনাতন ধর্ম্মসভাদগী মী অহুঃ লৌদুনা ট্রাষ্ট অমা শেম্লে। মখোয়না মন্দিরগী অমস্থং মসিগ শন্নবিবা ইংখোল ধর্ম্মশালা অসিনচিংবা ঙাক শেনবাগী থবক তৌই হৌজক্কী চৎনবী মওং উহ মখোযগী থৌশিলদা। প্রতিনিধিশি অসি চহী অহুম অহুমগী লোইনকপদা অমু-মুক খল্লি। থবক মচ মশূদস্থ হৌজিক মতমগী মনি তাই। মন্দির চঙগ্রিবৈদা খোঙচ্ছুপ লৌথোকতুনা থনম্নবগী থৌরাংদি অঙকপনি। সিঁড়িগী হেক মখোঙ মক্কদা কা মচা অমা লৈ। মতুদা খোঙচ্ছুপ থম্নবগী র‍্যাক লৈ। মফম অতুদা খোঙচ্ছুপ পুন্না থম্বা তাই। মপূদা মশীংইবা টিকেট অমা পী মতুগা চপ মান্নব টিকেট অমা খোঙচ্ছুপ্তা থেৎচিল্লি, মতুনা মী অমগী খুনিঙরাংবী নুপীগী খোঙচ্ছুপ অমগা অতোপ্পা মী অমগী কাবুলী খুদোল খোঙচ্ছুপকা ওন্নখিদনবনি। টিকেটতু হন্না পীরগা মশাগী খোঙচ্ছুপ অহুমক পুরক্লুনা খোঙচ্ছুপ থমফমগী কর্মচারীনা পীবৈ, স্যাভয় গ্রভনর নত্রগা কালকাতাগী গ্রেট ইষ্টার্নিদা টুপী, হ্যাটিন নত্রগা চৈশুগী মতৌগুন্না

৮, কুমজা ১৯৩৮ দা মহাত্মা গান্ধনা মন্দিব অসি শঙ্গাখি। মঙোন্দগী হেয়া মতিকচাবা মী অমা লৈরমদে অনুষ্ঠান অসিগী ব্রাহ্মণ, শূদ্র অমস্থং হারিজন চপ মান্ননা চঙবা যাবগা অধিকার লৈরবা মন্দির অসিগা থোঙবু মহাক্না হাদোক্লনা কনানা হাংগনি? কুনম্থুবা শতাব্দীগী ভারতকী খাইদগী অথোইবা মন্দির অসিগা যুগ অসিগী খাইদগী অথোইবা ওইরবা মীগী আত্মাগী মনিঙগা পূন্না লৈমিন্নহৌরে।

বিরলা মন্দিরগা শম্মনা লৈরিবা লৈমায় মচেৎ অমদা অহুমশুবা মন্দিরদু মরুওইনা বিরলাশিংগী শেলনা শাবনি। মদু বৌদ্ধশিংগীনি।

বাঙ্গালীগী কালী মন্দির অমসুং লক্ষ্মী-নারায়নগী মন্দিরগী মরক্তা পিক্লবা লাইশঙ অসি লৈবসি কনাগী মিংয়েং নাম্থোকফম ওইদে। মন্দির মনুঙদা ভগবান বুদ্ধগী ধ্যানদা লুপ্লবা মূর্তি। লৈঙাং শেংপা ভিক্ষু খরসু লৈ। মখোয়গী মরক্তা অমদি রবীন্দ্রনাথপু পামজবা ওইরম্মি। কবিগী নিঙশিং খুদম ওইনা মন্দিরগী শুমাঙদা বকুল পাম্বী অমা থারম্মি। রবি-বকুল পাম্বীসি থাবদা পুরোহিতকী থবক বাঙ্গালী ঐতিহাসিক অমনা তৌরম্মি। ডাক্তর সুরেন্দ্রনাথ সেন। ভারত সরকারগী দলিল সহীনচিংবা থম্বনি, কিপার অব ইমিপরিয়েল রেকর্ডস।

সেন মহাশয় মতম অমদা কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী ওঝা ওইরম্মি। মহারাষ্ট্র ইতিহাসতা মহাক্কী থিজিন খোংচিনবগী মমলদু ঐতিহাসিক মণ্ডলদা থাজবগা লোয়ননা য়াই। সরকারগী তলব য়াম্না চানুনা নিঙচাইদনা পুন্সি লেল্লবসু, মহাক্কা মশীং য়ামদনা সাহিত্য মীওই খরাগা চর্চা তৌরম্মি অমসুং অক্সফোর্ডকী ডিগ্রি ফংলবা মতুংদসু মহাক্কা মশীং য়ামদনা ঐতিহাসিক খরা বাংলাদা ইতিহাস ইরম্মি, বঙ্গবাণী শেংকশিংগী মরক্তসু শ্রীযুত সেন তোপ-তোপ্পনি। মহাক্কী মপা মপূগী হৌরকফমদি বরিশাল জিলাদনি। রাঙাংদা মহাক্কী মঙাল ফংই।

রিডিং রোডকী নাকল অমদা মন্দির, অমরোমদনা ক্বাটর। সরকারগী কেরাণী অমসুং অতুগুম্বা কর্মচারীশিংগী লৈফমনি। পূমশাং শাংবা ব্যারাক খরনা ইংরেজী ময়েক L গী মতৌগুম্না মায়কৈ অম-রোমদা ভুমগোকখি খরনা E গী মওংনি, ময়ায়গা য়ুম অতুমতং খাইদোক্লগা। মমাঙদা লম্পাক খজিক্তং। মন্দির অমসুং ক্বাটর,— ফজবগা অর্থাবগা অমুক নকনা লৈমিন্নৈ মতুদি ময়ামগী মিংয়েংদু মফম অমতদা চিংশিনদে। ব্যারাক অমমমদা ইমুঙ কুন্থ্রা, নিকু লৈফম্মি। তলব খজিক্তং চাজবা কর্মচারীশিংগীদি নিংথিরবা সরকারগী থৌরাংনি। হায়রিবা মফম অসি নয়াদিল্লীগী নোংপোক্কী চিদাইদনি।

য়েংবদা মুংঙাইত্রবসু লৈবদা হুংঙাইতবদি নত্তে ক্বাটরশিং অসি।

থোইদোক্না তাঙনা ফংবনি খন্দ্রবদি উপায় লৈতে। তলবগী শরুক তরা থোকপগী অমদি ভাড়া ওইনা থাগী অরোইবদা নিয়মগী ওইনা অফিসতা ককহৌরবনি। সেক্রেটারিয়েটকী কেরাণীদা খ্বাইদগী পিকপা তলবসি লুপা হুমফুনি। তৌইগুম্বস্থং য়ুমগী ভাড়াদা পুপা তরুক, তুম্নবা কা অনি, চাক-শঙ অমা, ভাড়াগী অমা। মনুঙদা শুমাঙ খজিক্তং, মপান্দা মাঙ্গোল মচা অমা। ঈশিং কল লৈ, ইরুজফম লৈ, ইলেকত্রিক থাউমৈস্থ লৈ অদুগা—ঙান্দি ঙান্দে,—সিলিং ফ্যান অচৌবা, অমস্থ লৈ। য়ুমদু নুংশা ফংই, নুংশিং চঙডি অদুগা উফুলগী অথিং-বস্থ লৈতে। কলিকাতা শহরদা অসিগুম্বা ভাড়াদা অসিগুম্বা য়ুম মচা অমা লায়না ফংদে

চুমনগী য়ুমত, নত্তে। ইমুঙগী পোৎ-চৈস্থ। লুহোংবদা কন্যাদান তৌবদা অউনপোৎ য়াওবগুমনা সরকারগী য়ুমদস্থ পোৎ-চৈ ফংই। সেনট্রেল পি, ডব্লিউ, ডিগী পোৎ-চৈনি। থাদা লুপা অনি ভাড়া পীরগা কাংথোল অনি, আলমারি অমা টেবিল অমা অমস্থং চৌকি অহুম ফংই।

ব্যারাক অমমমগী মমাঙদা অহাংবা লম্পাক মচাদুদা 'স্কোয়ার' অমমম শেন্মি। অয়াম্বনা ভারত্তা বৃটিশ সাম্রাজ্যনা পাল্লম্বগী মিংদা চাউথোকচনিঙঙাইনি। ক্লাইভ স্কোয়ার লৈরি ইংরেজ ভদ্রলোক অদুগী মমিঙদা মহাক্না পলাশীগী হৈনৌ হৈকোন্দা ভারতবর্ষদা বৃটিশ সাম্রাজ্যগী য়ুমফম শেন্নম্বনি। মহাক চহীগী তলব ওইনা লুপা মরিফু ফংদুনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পাণীগী কেরাণী মচা অমা ওইনা ভারতবর্ষদা লাক্লগা লৈবাক অসিদগী চৎখিবদি খ্বাইদগী হেন্না মরল লৈবা মী অমা ওইনা চৎখি। ইং কুমজা ১৭৪৪ দা মাদ্রাজদা লাকই মিংচৎ য়াওদনা, লল য়াওদবা রবার্ট ক্লাইভ ইং কুমজা ১৭৬০ গী ৯ মেদা লান্মীগী লুচিংবা ওইনা ইংলণ্ডদা হল্লম্মি, জাহাজদগী কুমথরম্মি পোর্টস মাউথ বন্দরদা, মতম অদুদা ইংলণ্ডগী চহীগী রেজিষ্টারদা মহাক্কী মরীদা খন্নরম্মি,—
"কর্ণেল অসিগী মখুত্তা শেল ওইনা চাউরাক্না লুপা কোটি অনিরোম লৈ,

মহাক্কী মুপীগী লৈতেংগী উপুদা মণিমুক্তা য়াওরি লুপা লাক্ষ অনিগী। ইংলণ্ড স্কোটল্যাণ্ড অমসুং আয়র্লণ্ডা মঙোন্দগী হেন্না মরল লৈবা মী লৈতে।"

লর্ড ডালহৌসীগী মিংদা স্কোয়ার লৈ, মহাক্না অমমম ওইনা পঞ্জাব অমসুং ব্রহ্মদেশ ভারত সাম্রাজ্যদা তিনাশিল্লম্মি, নমতুনা দখল তৌরম্মি পেশোয়াশিংগী সাতারা, মুন্দুনা লৌরম্মি ঝাঁসি, নাগপুর, নিজামগী বেরার, নবাব রাজেদ আলীযাগী মফমদগী অযোধ্যা।

রারেন হেস্টিংসকী মিংদা স্কোয়ার, মহাক্না কাশী নরেশ চেৎসিংহগী মফমদগী লুপা য়ামনা লৌরম্মি, অযোধ্যাদা বেগমশিংবু ওৎ-নৈতুনা শেল অমসুং মণিমুক্তা খোমজিল্লম্মি লুপা লাক্ষ অমা মখায়দগী হেন্না। মহাক্কী ফত্তবা শাসন অমসুং ফত্তবা থবক্ক দমক বৃটিশ পার্ল্যামেন্টকী বিচার সভাদা এডমণ্ড বার্কনা মমাঙদা থোকখিদ্রিবা য়াম্না শাংবা রাঙাংগী চৈফু পীখি। অসিগুম্বা মিঃচংথীবা তুংজুলবা বর্ণনা অসি তাবদা পার্ল্যামেন্ট হাউসতা ভাবোক্কা গ্যালারীদা ইংরেজ মহিলা খরা রাম্থহুনা তুখি।

অতুগা সিপাহী লালহৌগী মচা অচৌবা অমসুং ময়ায় ওইবা ইংরেজ সেনাপতিশিংগী মমিঙ লৈরি। হেভলক্ স্কোয়ার, আউটরাম স্কোয়ার উইলসন স্কোয়ার নিকল্সন স্কোয়ার অসিনচিংবা কয়া। স্কোয়ার চুন্ন তগী মেজর জেনারেলগীতা নত্তে হিউয়েটকী মিংদসু, ইং কুমজা ১৮৫৭ কী ৯ মেদা মীরাটকী লান্মী লৈফমদা ভারতকী সিপাহী ৮৫ য়োংকী কল্লবা শম্বল খাজিন্দুনা থম্লগা লান্মী কাঙলুপকী মমাঙদা ইকাইবা পীখি। মতম অতুদা উপায় লৈজদ্রবা ভারতকী সিপাহীশিংনা লেপ্তুনা য়েংখি মখোয়গী মরুপশিংবু ইকাইবা পীবসি। মখোয়গী মচিন্দা প্রতিবাদ তৌরমদে, অতুবু মমিত্তদি ঈ কারম্মি। মৈ অতু ইরায় লায়না মুঃখিদে।

মথংগী নুমিৎতি নোংমাইজিংনি! সন্ধ্যাগী মতম ওইশিল্লক্লে অহিংগী অমম্বনা মীরাটকী য়ুমথক্তা তারক্লে। বৃটিশ লান্মীশিংনা চার্চ প্যারেডকী

থৌরাং তৌরক্লে। ভারতকী লান্মীশিংনা করি তৌরি? পোথারম্বা য়াই। অসিগুম্বা মতম অসিদা খঙহৌদনা মখোশ অমা তারক্লে,—

গুরুম!

খোঙ-মী তেঙ্গোলগী সিপাহীশিংনা খুংলায় পায়দুনা বৃটিশ লান্মী মকোক্কী মরায়বকমক্তদা তমখ্রে। নো:মৈ তেঙ্খল খপখ্রে ক্লিক, ক্লিক। নোংদোল, লমহাং, মচি-ময়া পূম্নমক মখোল অমনা নিকখ্রে গুরুম! গুরুম!! গুরুম!!!

অরাং ভারগ্তা সিপাহী লালহৌগী মসিনা অহৌবনি।

লুচিংবা য়াওদবনা পূন্না চঙমিম্নদ্রবম্ব থৌরাং য়াওদবা থবক ওইর-বম্ব তোঙানবা শরুক্তা অমগা অমগা তিন্নবা অমম্বুং কেন্দ্রদগী তাক-পিনবা রাংপনা অরেপ্পদা তাথ্রবম্ব রাকম অসিমদি ঙসিম্ব য়াফম থোকই মতুদি, ভারতবর্ষদা বৃটিশ শাসন লোইখিনবা অমম্বুং ইরৈবাক শেমগৎনবা ভারতকী ওইবা থৌরাংদি মতুনা অহানবনি।

মীরাটকী মিপাহীশিং শগোল তোংদুনা মথংগী অয়ুক্তা থুংলরে দিল্লীদা। বাদশাহ বাহাদুর শাহনা মতম অন্থদা দিল্লাগী নিংথৌনি। বাবরগী থৌনা, আকবরগী মশাগী গুণ নত্রগা আওরঙ্গজেবকী লাল পাম্বা, হায়রিবা ময়াম অসি অহল ওইরবা মুগল সম্রাট অসিগী চরিত্রদা অমতা য়াওদে। সিপাহীশিংগী থৌনা পাঙ্গল অমম্বুং লাল তৌনিঙবগী ঈরাওদ্র থবক্তা ওন্থোরবগী মহাক্কী মপাঙ্গল লৈরমদে। বৃটিশকী মায়-য়োক্তা মীয়ামগী লালহৌ অতু মহাক্তা মহয় যালহনবা ঙমখিদে।

দিল্লীগী অকোয়বসি মাইল তরেংনি। প্রজাশিং শাউনরে। ইংরেজগী লানবন্দা লাল হৈরবা অমম্বুং ইংরেজ খুংশূ খুংলায়না লৈতেংলবা সিপাহী লিশিং নিফুনা মহাকপু শঙলিবনি। নগর কোয়শিল্লবা চেক-পলগী মথক্তা চাউরবা তপ ১৪ নি। লানবন মগুঙদা খ্বাইদগী চাউরবা খুংলায় থমফম্মি। মতুতম্ব নত্তনা লৈরি অমুকম্ব পিক্তকপা তপ ৬০ থক। লৈরি য়াম্বা হৈ-শিংলবা গোলন্দাজ:—অয়াম্বা শরুক নুমিৎ নিনিগী মমাঙদা বৃটিশ লান্মী ওইরম্বা। মখোয়দ্দি য়ুরোপকী লালোং

নিংথিনা তম্নবা, ফজনা কল্লবা অমসুং লাচিং অমতনা পুন্নবনি। ইংরেজ লাম্মী তেঙ্গোন্দগী হৌজিক্কী ইঞ্জিনিয়ারিং জ্ঞান ফংলবা ভারতকী ইঞ্জিনিয়ারশিংনা দিল্লী লানবনসি ফজনা ঙাকই। দিল্লী লৌবগী পিকথ্রবা আশাগী মঙাল অমা ফাওবা লৈরমদে 'রীজ'দা পূল্লিবা বৃটিশ লাম্মী তেঙ্গোলগী পুক্লিঙদা। লানবন লৈখা তানবগী করিগুম্বা মরম অমতা লৈরমদে

অতুম ওইনমক সিপাহীশিং মায়থিরে। দিল্লী লৌখ্রে ইংরেজনা। ভারত্তা মুস্লিমনা পানবা লোইরে। চহী চামগী মমাংদা শারম্বা সম্রাট সাজাহানগী লাল কিল্লাগী মতোংদা হায়খ্রে বৃটিশকী ফিরাল।

নগর চিদাইদা 'রীজ'গী লানশঙদা লাম্মী মশীং লাশিংতরামরিদগী খিত্তং হেন্না লৈরম্মি। মখোয় পূম্নমক য়ুরোপকী নত্তে। চাউরাক্লা লীশিং মঙা মখায়রোমদি ভারত মচানি লীশিং অনিমখায়রোমনা—হায়বদা লোইরোই, মখোয়সু ভরত মচানি—থারক্লম্মি ইংরেজ পামজবা লৈবাক্কী নিংথৌমচা কাঙলুপ্পা। মখোয়গীদমক ঙসি ফাওবা কুনমাথোই, তরামাথোই, নত্রগা মঙারক তরেংলক তোপ থাননবগী চৎনবী লৈরি।

কর্নালদগী গ্রাণ্ড ট্রাঙ্ক রোডতা বৃটিশ লাম্মী লাক্লনা লানবন শাররে 'রীজ'দা, মফম অসিদা হৌজিক দিল্লী য়ুনিভার্সিটি লৈ। হৌজিক্কী সবজীমণ্ডীদা মতম কয়া চুপ্পা লাল মচেং মচেং থোকখি। ইংরেজ লাম্মীশিংগী তং তাদ্রবা মফম অসিদা মতুঙদদি ভাইসরিগ্যাল লজ শেমখি। মফম অসিদা ফমতুনা হৌজিক্কি বিশ্ববিত্মালয়গী ছাত্রশিংনা, ফিজিকস, কেমিস্ট্রী, নত্রগা ইকনোমিক্সকী নোট শিল্লি। মসিদগী থোইনা লাপ্তনা য়ুম অমদা ইং কুমজা ১৯২৪ দা চয়োল অহুম চরা হেনখি মহাত্মা গান্ধীনা,—দিল্লীগী সাম্প্রদায়িক ফুন-চৈনবগী প্রতিবাদ ওইনা। অহানবা দল পূম্নমক তিন্ননবা হোংনবদা অপুনবা সভা অমা কৌখি পণ্ডিত মালবীয়জিনা।

ইংরেজনা খঙলম্মি, থুনা দিল্লী লৌবা ঙমদ্রবদি ভারতবর্ষদা বৃটিশ

সম্রাজ্য অসি মতমকুইনগী ওইনা উৎ ওইনা মাঙখ্রগনি। মরম অতুনা মখোযনা অবোইর্বা থারম্মি। জয়দি বাদশাহগী মায়থীরিবদি ফকির। ব্রিগেডিয়ার আর্কডেল উইল্‌সন্‌না মতম তন্থুদা বৃটিশ লানবনগী মকোক্সি। মঙোক্পা জয় ওইবগী মরদা আশা লৈবমদে।

কালেন হৌখ্রে, নোংজু-থা লোইখ্রে, শরৎকী অহানবা শরুকস্তু লোইশিল্লক্লে। ইংরেজকী লান্মী তঙ্খাযদগী হেন্না অকম হৌরে, পুক নুংঙাইতবা অমস্তুং অতোপ অতোপ্পা লাইনা-না নারে। পঞ্জাবতগী সেনাপতি লরেন্সনা মথং মথং ওইনা ঙাইঙমদনা চিঠি থাবক্লে,—নুমিৎ কয়ানি রাংলিবগে? দিল্লী জয় তৌগদবা কয়া রাংলিবগে? ভারতবর্ষ অপৃম্বদা হায়বা ইন্না লৈরিবসি পঞ্জাবকী সিপাহীশিংতা মঙায়ববনি, আম্বালাগী লান্মী লৈফমদা অরাবা উদে। অতুবু কুইনদি ঈংনা লৈবা রারগনি। দিল্লী, দিল্লী, দিল্লীগা মথক্তনি ভারতবর্ষদা জন্ কোম্পানীগী লাইবক।

মমৈথংদা সেপ্টেম্বরগী হৌগৎলকপদা ফিরোজপুরদগী শামুদা হাপ্তুনা নোংমৈ মরু অমস্তু অতোপ্পা চাকপা যাবা থুংলায় কয়ামকুম থুংলরে 'রাজ'গী লানশঙদা বৃটিশ লান্মী মকোকশিংগী পুক্লিঙদা অমুক হন্না আশা লাক্লে, পাঙ্গল লাক্লে। সেনাপতি উইল্‌সনবু কান্নবগা লালগী মাল্লোং শান্নবা থবক পুন্নমক জন্ নিকল্‌সন্‌না লৌশল্লে।

সেপ্টেম্বরগী ১৪ নি। অহিংস্তু লোইফাত্রি, নোংমদোদা মঙানগী মবিক উরবস্তু ইংরেজ লান্মী তেঙ্গোলনা দিল্লী লানবন্দা লান্দারক্লে। হৌখিবা নুমিৎ তকাক্লতু অহিং নু থিল চুপ্পা নোংমৈ কাপ্পনা নগরগী চেকপল কায়রক্লে তপ্পা তপ্পা,— মরু ওইবা লাঞ্জঙগা মচীন মেনশিনবগুম্না। কাশ্মীরা গেটলোমদা ইংরেজগী লান্মী মচেৎ-মচেৎ ওইনা কায়তুনা মাযথারে। মায়কৈ অনিমক্কী তোংকা মখোং। অরাপ-অরাপ্পগী যুম যঙ্গোল পুন্নমক নিকখ্রে, মখোয়না মৈ কাপ্পরকপগী ঙাংলবা মঙাল্লা চনুশি গা স্নাগী শমাজরৈগুম্না মচু শঙখ্রে অয়ুক্কা শেলব অতিয়া।

শিবগা শীংনরবা লান অসি পূং কয়া চুপ্পা শোক্লরে। মমৈথঙদা কাশ্মীরী গেটকী থিংলিবা থোঙ অদু কায়তুনা লৈমায়দা তাখ্রে।

ইঞ্জিনিয়ার বিভাগকী পিক্লবা দল অমনা লিনগী মতৌগুম্না চেক-পলতু অমুক শাগৎলে। মৈ পোকখায়হন্দুনা কল্লবা কাশ্মীরী গেট থুগাইরে। মখোয়গী অহনবা লৈতনা হোংনবগী মইয়না ইংরেজনা জয় ওইরে। ইংরেজ ঐতিহাসিকশিংনা য়ারম্মি, দল অসিগী মমুঙদা ভারতকী মী নিপাল য়াওই হায়বসে।

তেক্লবা সনথোঙ অসিদা জয় ওইরবা বৃটিশ লান্মী চঙলক্লে খোঙলৈ থুনা। অতোপ্পা মীচঙলোমদা শরুক অনি হেন্না লান্দারক্লে। মখুত্তা থাঙশাং পায়দুনা সেনাপতি নিকল্‌সননা লান্মী দল অসিগী লাম্বোং শীল্লম্মি। সিপাহী অমনা মহাকপু তম্নকই মিকুপ্তা নাহেত্নুনা লৈমায়দা ওনখ্রে নিকল্‌সন্। গুলীনা পানখ্রে মহাক্কী লাইবক্তা।

মায়থীরবা অহল ওইরবা বাহাদুর লানবন্দগী চেনখ্রে। লোং-লম্মি দিল্লী কোন্নুংদগী মখারোমদ মাইল মরি লাপ্না লৈবা হুমায়ুনগী মোংফম ফুরাদা। মফম অদুদা মুসলমান ফকির অমগী মফমদা চঙজ-ফম লৌরম্মি। মীনা হায়নবদি অসিনি, ফকির অদুমক্না মহাকপু ফাদুনা পীরম্মি ইংরেজগী অরোনবা পাউ বিভাগকী নহা ওইরিবা কর্ম্মচারী হড্‌সনগী মখুত্তা।

হানা আজ দস্তে
গয়েঁর নালা কুনান্দ্‌,
শাদী, আজ দস্তে
খেশ্‌ তান ফরিয়াদ্‌।

মশাগী মখুৎনা মশাগী মখজাইদা খুবাক্না থাজরি, অদুগা, হে শাদী অতোপ্পগী খুত্তগী চৈ চাবগী করিগী অৱাবা ফংগনি।

বন্দী সম্রাটপু হড্‌সন্‌না দোলাইদা হাপ্তুনা দিল্লীদা পুরক্লে। মফম অদুদা মহাক্কী বিচার তৌরে। চৈরাক্তি তাম্থোক্লপা। ব্রহ্মা-দেশতা মফম অদুদা চহী মঙাগী মতুঙদা বন্দীগী অৱাবনা থল্লবা

পুন্সি লোইখি। লাইবকথীরবা বাহাদুরশাহ,—ভারতকী অরোইবা মুশ্লিম সম্রাট!

বাহাদুর শাহ ফাখিবা মফম অতুমক্কুদা হুমায়ুনগী ফুরাদা, মথংগী মুমিত্তা হড্‌সন্‌না মীচেন অহুম অমস্তু ফাখি। বাহাদুর শাহগী মচানুপা অনি অমস্তুং মশূন্নুপা। মখোয় মশানা য়ান্না ফাহনবনি। মখোয়বু থাজহল্লম্মি মতুদি, মখোয়স্তু বাহাদুর শাহগী মতৌগুম্না বিচার তৌগনি।

হড্‌সন্‌না মখোয়বু শগোলগাড়ী অমদা নমশিন্দুনা দিল্লীদা পুরক্লে। দিল্লী গেট য়ৌরকপদা হড্‌সন্‌না গাড়িদু থামহল্লে। নোংমৈ পায়দুনা মশামক্কা বন্দীশিং অদুগী মথবাক্তা মথং মথং ওইনা কাপখি। নিংথৌগী ঈনা দিল্লীগী শরক্তা অতৎ অখম লৈতনা চেন্থখ্রে। অশিবা মশাদু চাঁদনী চক্কী হাওলবা মফমদা ইফোঙ-ফোঙনা উৎপগুম্না মুমিং হুম্নি থমখি। সম্রাট শাগৈগী মশক ওন্থোক্লবা অশিবা মশাদু উবদা তু চুংনরে লম্বী চৎপশিং, পিরাংনা থুমহৎলবা মিংতু তুমিন-তুমিন্না তৈথোকখি।

---

# ৭

মপূরোইবা নিঙবী মুপী, মপানিঙবা মচা, ময়াম্বা মুংশিবা মনাও, অমস্তুং মপূ নিঙজবা সেবক্কী খুদম কয়ামুক লৈরি ঐখোয়গী পুরাণ ইতিহাসতা। জনক্কী মচানুপী সীতা, দশরথকী মচা রামচন্দ্র, সুমিত্রাগী মচা লক্ষ্মন অমস্তুং রামগী মনাই হনুমানগী ৱারী লৈবাক অসিগী মীপূম তিংনা খঙডি। তৌইগুম্বস্তুং মুপী নিঙবা, মপূরোইবগী খুদম খঙ-নিঙলবদি ইহান হানবদা য়েংনিঙঙাই ওইবদি ন মাসিমাগী মরুপ ইন্দুমতী রায়গী বর প্রিয়নাথ বাবুনি। ইন্দুমতী-চরণ-চারণ-চক্রবর্তী শ্রীপ্রিয়-নাথ রায়।

লুহোংগ্রিঙৈগী পুন্সিগী পরিচয়দা ইন্দুমতী ওইরম্মি দাসগুপ্ত। গোখলেদা তম্লম্মি ইংরেজী, সঙ্গীত সম্মিলনীদা তম্মি সেতার। ফুরিৎ খুদাংচোনবী লিৎতুনা মাঘ উৎসবকী মুমিৎতা ব্রাহ্মসমাজগী লাইখুরুম্বদা ইশৈ শকই,—প্রভু নহাক্না ঐখোয়গী ইপানি। মহাক্কী মবুং অমা রেলগী অফিসারনি, অতোপ্পা মপুন্না অমনা উকিলনি।

ইন্দুমতীগী মপাগী উপুদা চান্দী য়াম্না লৈ অতুগা মশাদদি অমতা য়াওদে। অতুনা চহী কয়া আই, সি, এস, বিলাত্তগী হল্লকপা, ডেপুটি অসিনচিংবগীদমক অরেম্বদা ঙাইবদা মমৈদা নহা ওইবগী অরোইবা পম্মৈদা থুংলরবদা অফবা রাকচীং থা অমগী পানখৎলকপা মঙানি পানবদা প্রিয়নাথ বাবুগী ওকশমদা নপশিনবিগ্রে। লুহোংলবা মতুংদা পদবীসু হোংলে, বরগী ফমসু হেনগৎলক্লে। এ্যাসিষ্ট্যাণ্টদগী সুপারিণ্টেণ্ডেণ্ট ওইরে। ঐখোয়গী ইন্দুমতীগী মতিক লৈরম্বা তাই।

প্রিয়নাথ বাবু মহাক্কী মুপীগীনাথদি শোইদনা ওইরে, প্রিয়সু ওইরমগনি। ওইফমসু থোকই। অতুবু ঐঙোন্দদি—। ব্রা অসি লৈখিসনু। ঐদি মাবু ইপূরোইবা ওইরুদে।

মহাদেও রোডতা প্রিয়নাথবাবুগী য়ুমনি। 'বি' টাইপ ক্বাটরনি। নয়াদিল্লীগী কৈথেন্দা য়েরুমদগী হৌরদুনা লৈনবা য়ুম ফাওবা থাক লৈ। এ, বি, সি, ডি অসিনচিংবা। হীরাগী মমলনা অরংবদা ঙাগী মমলনা অকুপ্পদা। সরকারগী থবকতৌবশিংগী মমল লেপ্পি তলবনা। পি, ডব্লিউ, ডিগী খাতাদা তলবকী মতুঙইন্না য়ুম খায়দোকই। লুপা চামঙাদগী চাতরুক ফাওবা থাদা ফংবশিংগীদমক 'এ' টাইপ ক্বাটর, চামরিদগী চামঙা ফংবশিংনা 'বি'। চাতরুক্কী মথক্তা ফংবশিংন্না বাংলা ফংই। মখোয়গীসু থাক খায়দোকই। চুম্নগী শাবা নত্রগা থৌরাংতদা নত্তে, ফিবমদসু। ঠিকানা তাবতদা মী অতুগী তলবকী চাং পীবা ওম্মি। হেস্টিংস রোডতা লৈফম ফংই লীশিং অহুমদগী মরি ফাওবা, তোগলক রোড়তা মতুদগী খরা তাই। লীশিং অমদগী হেন্না ফংদ্রবদি বাংলা ফংদে রাইসিনা রোডতা।

নম্বরগা চানদুনা য়ুমদু থিরে। মাঙ্গোলগী নাকলগী য়ুমদুদা মোজাফুরিং মোত্তক তৌবা অমা লিংলদুনা মীনায় অমনা ইলেকট্রিক ইস্ত্রীনা মঙ্গে মচুগী বেনারসী শাড়ী অমা য়াম্না কন্না তক্লি। হংলম্মি, "মসিবু প্রিয়নাথ বাবুগী য়ুম নত্তবরা?"

"হোয়, মিষ্টার রায়গী য়ুমনি।"

খুমদোরকপদা মুংঙাইতবা অমসুং লাইবক্তা থুপচিল্লিবা ময়ি অদুনা তশেংনা খঙলে বাবু হায়না কৌবা মিংগোদো অতাবগী মফমদা তাবদা মুংঙাইবা ওইরোই। অদুনা অরানবদু চুমথোকপা তারম্মি!

"মিষ্টার রায়দা পাউ অমতং পীবা য়াগদ্রা?"

"ঐমক্তি মিষ্টার রায় হায়বদো।"

গড সেভ দি কিং! মিসেস ইন্দুমতী রায়গী মপূরোইবনা অয়ুক পুং নিপানগী মতমদা শাড়ী ইস্ত্রী তক্লমগনি হায়বসিবু কনানা খল্লু-গদগে? অদুবু হৌজিক্তি হল্লিঙাই উপায় দি লৈত্রে। ন'মাসিমাগী মরীদা মহাক্কী মুপীগা লৈনরিবা মরীদুগী মরমদা ঙাংবা তারম্মি, ইশাগী মরী মখোং শম্লপ্পা পীরে। মিষ্টার রায়না মন্ডদগী নিয়ম মতুঙইন্না য়াথং লৌরুরগা ড্রয়িং রুমদা ফমহল্লম্মি। 'মহাক' ইরুজরি, কুইররোই থোরক্লগনি হায়না থৌগংলম্মি।

ড্রয়িং রুমগী ময়ায়দা সতরঞ্চি থাই, মদুগী মথক্তা অপিকপা মির্জাপুরী কার্পেট। টেবল মথক্তা লৈ য়াওদবা জাপানী লিক্লিগী ফুলগ্লাস। মচি অমদা আরাম চৌকি অমা ফন্দোক্তুনা থাই কোক-লোম থংবগী শরুক্তু থাউ তৈবা কোক্কী মফম্না মোংহল্লে ফক্লাংদা য়েংতুন্না লোনবা নমুনা অনি-অহুমসু থেংলি। লোল্লিবীসিগী মরীদা কনাগুম্বা অয়েংবগী পুক্লিঙদা চিংনদনবা হায়দুনা নাকল অমদা চাউনা চাউনা লোন্দুনা ইরি ইন্দু'। মচি অমদনা অশেম্বা উশা অমা, মদুদা গুলাপ থরা। অমদনা মচু কয়ামুক্লা লাংবা হুই অমা। অঙাংবা, হিগোক, অশংবা, য়াইঙং মচুগী ময়ান তুয়াম্নি; 'ভিবজিওর' হায়রবসু য়াই। হুইদুগী মকোক্তা ইংরেজী ময়েক্লা ইরি,—গড ইজ গুড। মসিদগী খঙলে

য়ুমলৈমসি ধর্ম্ম লৈবীনি। অত্থবু মত্ প্রমাণ তৌনবগীদমক অত্তুম্মা ইবত্থনদি কান্নদে। অসুম্মা খল্লি, ইবদা লানখিবনি। ডগ ইজ গুড হায়গদানি।

প্রিয়নাথবাবুগা ও'হাক রারী শান্নরে। ব্যারী হায়বগী অর্থদি মহাক্কা ওাংবনি, ঐনা তাবনি। অয়াম্বনা 'মহাক'কী রারী। মহাক ফমুঙদা চা অশাবা কপ অমা ফংব্রবদি হৌগৎপা ওমদে। মহাক্কা নুমিৎ খুদিংগা লেপ্লগা পূজারীগী চেঙ, হরাই ওন্দুনা পী। কৈথেল্দা য়োনবা অচা-পোৎ য়ুমদা পুশিল্লকপা য়াদে। নয়াদিল্লীদা বঙ্গ মহিলা সমিটিগী তৌরিবা খর অত্তুম্ মহাক্কনি। লেডী মিত্রদি মহাক য়াওদনা অসিনচিংবা।

ইন্দুমতী রায় চঙলকই। মিঃ রায় হৌগৎলি। মসি ইংরেজী চৎনবীনি।

য়ুম্ব,রেম্বী রায়না ফম-ফম লৌই। অহানবা য়ুম চিনবগী মরীদা শাংনা হায়রম্মি। অত্থবু থা তরুক্কী মতুঙদদি গুরুদ্বোয়ার রোডতা বাংলো ফংবগী আশা লৈ। য়ুম অসিদদি ইনিঙ তম্না ইমুঙ-মনুঙসি লৈতেংবা ওমদ্রে। অতুনা সিমলাদগী পুরকপা পোৎ-চৈশিংসি হৌজিক ফাওবা ময়োম হাংদোকত্রি। ( সিমলাদগী লাকপা থা মঙা ফারে )! চহী চুপ্পসি দিল্লী সিমলা তৌত্থনা লৈরবনি। কালেন থাদা দিল্লীদা মসিনা অহানবনি। হন্দকমুক্তি ভারত সরকারগী চীংদা কোয়বসি থিংগ্রে। অনৌবা কমাগুর-ইন-চীফলা করিনোত্থনা হায়রম্মি, সিমলা চৎলবদি লাল ওস্নদা অপনবা থোক্কনি। তাও কয়াদা নাতৈ চাখিদ্রবা রানো! মসিদগী হেন্না শাররুবদি মহাক্তি সিমলা চত্রবদি ওস্মরোই, অত্তুনা ইবুংঙো, নহোয়না হায়নিঙবতা হায়রো।

বেবী—হায়বদি ন'মাসিমা—হৌজিক কদাইদা লৈবগে? মহাক্কী মচানুপীগী লুহোংবনা কয়া রাংলিবা? মুপামচাত্থনা করি ক্লাসতা তম্লিবা? ঐসু তোয়না চিঠি ইবা ওমদ্রে। মতমসু শংদে। কয়াদা চিনপ্রবনো

য়েংউদো ওসি পূং মরিদা পার্টি অমা লৈ। তারিব্রা, শাড়ীহু ইস্ত্রী তক্কুনা থল্লেকো?—প্রিয়নাথবাবুরোমদা ওনশিন্দুনা।

খুদাং ঘড়িদা য়েংলগা চৎলগে হায়জরে।

চৎলগেরা? হোয়, মুমিংসু থেঙলে মুমিং কয়ানি লৈখিনি? দিল্লীদগী কদাইদা চৎকনি? বিলাত্তা করি তৌরবগে? লাল লেপত্রবদি অমুক চৎপদি য়াদ্রেনে। বম থাদবা মতমদা লগুন্দা লৈরিনে? মফম অতুগী ফিবম কমদৌবগে? কৈথেন্দা ড্রিন স্যাম্পু ফংব্রা? ট্যাঙ্গি লিপ্‌স্টিক? অসিদদি করি'মতা ফংদে! ফরে, চা খজিক্তুংসু থকত্রেদো। মহাক্কীসু অফিসকী মতম ওইরক্লে, ফরে নোংমা অমুক লাক্লগা চাক চরা অমতং চারো-লাউ।

ভদ্রলোক অমগসু উম্নবগী ঙাংনবা লৈখি। লৈফমদি খঙদে। প্রিয়নাথবাবু, কাউথোকখিদুনা, অমুক মিষ্টার রায়দা হংলম্মি,—“জি, আর, ভেঙ্কটশরণগী য়ুম কদায়দনো খঙবিব্রা? করিনো ডিপার্টমেণ্ট অমগী এ্যাসিষ্ট্যান্ট সেক্রেটারী?

“চাউনা পোকখায়রে” হায়দুনা হন্দক মরকসি বাংলা পাউ-চেদা রা অমা ইতত্তুনা উরি। মদু করিনো হায়বদু তশেংনা খঙদ্রি। প্রিয়নাথ রায়গী ফিবম উরগা খরদি ভাবনা খংবা ঙম্লে।

“এ্যাসিষ্ট্যান্ট সেক্রেটারী! ভেঙ্কটশরণ হায়বা? তাংনি তাৎ। অদুম তৌশিন্নদবদগী মাদ্রাজীদুসু চৎখ্রে। খঙব্রা অদোমদি অনৌবা মীনি, খঙবা ঙম্মোই। এ্যাসিষ্ট্যান্ট সেক্রেটারী, হুঃ। রিটায়ার তৌদ্রিঙৈগী চহী অমা'নিগী মমাঙদা ওইরম্বা য়াই মদুদি লাইবক ফবনি। হৌজিক্তি লানগী কৈথেলনি। অদুনা সেকেণ্ড ডিভিশনগী কেরাণীশিং ফাওবা সুপারিণ্টেণ্ডেন্ট ওইরে। নত্রবদি ইবুংঙো, এ্যাসিষ্ট্যান্ট ওইবদা পোক হৌনরিবনি। ঐনা হন্দক সুপারিণ্টেণ্ডেন্ট ওইরিবসে উডহেড সাহেব,—সার জন উডহেড, মতুঙদা বাংলা লৈবাক্কী গভর্ণর ফাওবা হাইগৎলি,—ডেপুটি সেক্রেটারী কৌদুনা হায়রম্মি, “রয়, নহাক্কুম্বা থবক্কী মীসে—।”

য়াম্না নুংঙাইরমদে। নিঙংদনা অমসুং মশাগী খঙজদবনস্থ অতোপ্পা মীগী পুক্লঙ খম থেংনা নুংঙাইতনবগী মরম ওইবা য়াই, মতুমক্কী খুদম্নি।

ভেঙ্কটশরণগী য়ুম লৈ, য়ুম-লৈমা লৈতে। লৈরম্লবদি খুদোংথীবা ওইরমগনি মহাক্না খুনুং ওইরম্লগনা মহাকপু মঙক্কা থৌরী থুরমগদবা, হৌজিক্কী ওইরম্লগনা অহানবদা মপুরোইবগী মরুপকা চেনমিননখিবা অতুগা মতুঙদনা বাংলা সিনেমাগী নায়িকা। য়ু থকপা মপুরোইবগা লোয়ননা য়ুম পানবা য়াই, খংনবা য়াই অতোপ্পা থাখন্দা লুপথবা মপুরোইবগা। তৌইগুম্বসুং সংসারগী লোনচৎ য়াওত্রবা মীগী নুপী ওইবগা মান্ননা লাইবকথীবা জগৎ লৈত্রে। প্রেম হায়বসি ফৈ য়েক্লবনা অরাবনি, অতুগা খ্বাইগী মথক্তা অশিবগা পাংথক ওইবদি ইণ্ডিফারেন্স মতুদি মনাক্তস্থ চিংশিন্দে—লাপ্পস্থ ঈম্হোক্তে—চুম্নতা কাউদুনা লৈবনি।

ভক্তশিংনা হায়নৈ, ধ্যান, জ্ঞান, পূম্নমক ভগবানগীদমক্নি নত্রবদি ঈশ্বর ফংদে। মবুক ফরবা ভেঙ্কটশরণদি ভগবান ফংনবগীদমক অতুক হাক্না লাওতরুদে। অতুগা ভক্তগী অমতা ওইবা অরাধনা তৌই সেক্রেটারিয়েটকীদমক। অফিস, অফিস, অফিস। থবক, থবক, থবক।

অয়ুক্কী পুং মাপনমথাইতা তারিগৈ রাইশিংপনা য়মতু রাই শিংলগা চংখিবতা ঙায়রিগৈদা মহাক লাক্তুনা টেবলদা ফম্লরে। নুংথিনগীনা সন্ধ্যা য়োই, থবক তৌবা অচৌ-মচাশিংনা ময়ুম ময়ুমদা হল্লখ্রে, থবক তৌমিন্নরিবশিংস্থ অমমম ওইনা চংনখ্রে। ভেঙ্কটশরণ মতোমতা থবক শূই রাখল অমা তৌদুনা। ময়ুমদা হল্লকই করিগুম্বদনা পুং নিপান্দা, করিগুম্বনা মতুদগীস্থ থেঙনা। কালেন, নোংজু, নিংথম, বসন্ত, পূম্নমক্তা মসিগী খোঙচংনি। ছুটি লৈতে, ক্যাসুয়েল লীভ লৈতে। নোংমাইজিঙদস্থ অফিসতগী য়াম্না থেঙনা লাকই। ফাইল পুরক্তুনা নোট ই, ফ্লাগ থেৎচিন্দুনা মফম খঙনা থম্মি, "ফ্রেশ রিসিট" নত্রগা "পি, ইউ, সি,—পেপার আণ্ডার কনসিডারেশন"। মরুপ মপাংশিংনা ফাগি তৌদুনা

হায়, ভেঙ্কট, থবক্তা তৌদুনা লৈরে, পুন্সিদুবু মুংঙাইগদগে করম্বা মতমদা ?

ভেঙ্কটশরণ লোকই অদুগা মওক্তু, য়েৎ-ওইদা হাই মপুম্বিগুদদি অসুম্না হায়রি, কয়াদা চাউথোকশ্রবনো ! হরাউ এ ফুল ! মুংঙাইরা ? মুং; থার্ড ডিভিশন কেরাণীদগী সেকেণ্ড, সেকেণ্ডদগী এ্যাসিষ্ট্যান্ট, এ্যাসিষ্ট্যান্টতগী সুপারিণ্টেণ্ডেন্ট, সুপারিণ্টেণ্ডেন্টগী সেক্রেটারী। মথং মথং য়াম্না লৈরিবনি। মুংঙাইনবগীদমক পুন্সি লৈরিবনি। প্রমোশন পাম্মি, চাওথৎপা পাম্মি। চাকরিতনা ঐগী লাইনি।

ভেঙ্কটশরণগী মনাও অমা বিলাতা লৈরম্মি। আই; সি; এস্ ফংনবা। মদুনা তাক্লে। মনাওগী তম্বা থোৎপসিদমু মহাক্কী চরিত্র উই। আশা তৌই, নোংমদি সিভিল লিষ্টকী চেনাদা চাউথোকপগা লোয়ননা মমিং ছাপা নম্মকনি।

ভেঙ্কটশরণগী শাগৈ-নাতৈশিংসি নয়াদিল্লীদা নিংথিনা লৈবনি। ভারত সরকারগী অফিস অহানবদা কলকাতাদা লৈরম্মি। হৌজিক বাংলাগী লাটনা লৈরিবা লালদীঘিগী মনাক্তা লৈরিবা য়ুম অদুদা লৈরম্মি ৱারেন হেষ্টিংসদগীনা লর্ড হার্ডিঞ্জগী মতম ফাওবা। মতম অদুদা সেক্রেটারিয়েট্টা বাঙ্গালী য়াম্না লৈরম্মি। মতুঙদা কোন্নুং হোংলে দিল্লীদা। মতম অদুদগী তৌরতুনা মখোয়গী মশীং হন্থরক্লে। অদুদগীদি পঞ্জাবী, মারাঠী, গুজরাটি জাতি মথল করা তপ্না তপ্না লাক্লে। পায়শিনগ্রে চাকরিগী অয়াম্বা শরুক। খোঙচং অসিদা মাদ্রাজীনা খ্বাইদগী হাল্লি। মখোয়দি থবক য়াম্না তৌই রা খজিক্তা ঙাংই, ফাগী তৌই য়াম্না তাওনা।

নয়াদিল্লীদা মাদ্রাজীশিংগী ক্লব লৈ, মীতিন লৈ, স্কুল লৈ। বোর্ডিং হাউসসু অমদগী হেন্না লৈ। মকম অদুদা স্কুলগী ডেস্ককুম্না টেবল মচা মচা লৈ। মদুগী মথক্তা থাজলাদা চায়। শিকি অমনা ফ ই স্বাথম, কুটু, সম্বর অমসুং আপ্পালম। অন্ধ্রদেশকী মী অমনা চাবা চিঞ্জাক্লি। করিগুম্বা মতমদা মদুগা লোয়ননা ফংই তৈরপত চত্তি

হায়বদি য়ুবী মকুপকা য়াল্লবা যঙ্গোম অফম্বা। নুমিং অতুদি য়াম্না চারবনি

চাবতদা নত্তে, ফিজেত্তসু খা-ভারতকী মতিকচাবা চৎনবী উৎলি। চাদর অমনা অনিথোক্লা খায়দোক্লগা শেৎলি, ইচম-চম্বা ফুরিৎমচা অমা লিৎলি। লেংজুক্লা মমলা অমা খোঙদা সেণ্ডুল জুড়া অমা লোইরে। অফিস নত্তনা মফম পুম্নমক্তা মনিঙতম্না ফিজেং অসিনা কোয়চৎ চৎলি। ওইনিঙবসু ওইসনু, ফিজেংকীদমক মাদ্রাজীনা করিগুম্বা মতমদসু ৱাদে।

মখোয়গী নুপীশিংগী কে-মৌবসু য়ামথ্রে। ফিজেৎকী চাং ওল্লি। তশেংনা মশীংদা। মমলদা নত্তে। অচম্বা ময়ায় ওইরপ তৌকা মাদ্রাজী য়ুমলৈমা অমগী মনাদসু হিরাগী লৈ চিল্লি। মতুগী মমল তাবদা বাঙ্গালী নুপা কয়াদি মমিত্তু ওনথৎকনি। মাদ্রাজী লৈশাবাশিংগী অয়াম্বা শরুক্তি মশক-মতৌ ফজদে, অতুবু রুচিদি লৈ। মখোয়গী ইমুঙ মাঙ্গোন্দু অয়ুক্তা নুমিদাংৱাইদা য়েক খোৎতুনা য়েবদা ফজহল্লি, মখোয়গী শমজিদা থেৎনবা লৈ শেম্মি। অয়াম্বনা ইশৈ পাম্মি।

হন্দক্তা খঙনবা থবক তৌবা মাদ্রাজী অমগী য়ুমদা অয়ুক্কী চাক-লেন কৌরম্মি। ভদ্রলোক অসি থাদা লুপা লীশিং অনি তলব ফংই। অতুগা চান-থক্লবগী থৌরাং অতু উবদি তিন চুংবগী মতুত্তা মিত্তা পি তারক্কদৌই। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী নুপীগা পামজবদি বীণা খোংবদনি। তঙকপা সুর পাল্লম্মি তার যন্ত্রদা। পুকসি চাদনা লৈরবসু তাবদা অতুম থল্লম্মি। পুক্লিঙনা য়ানিঙনা চাকপিরম্মি মহাক্কা শেল চঙদ্রবা চাক্কৌ অদো।

মাদ্রাজীশিংগা পঞ্জাবীশিংগা খেন্নবসি মতাঙ অসিদনি। লমচৎ অমম্বুং চৎনবীদা পঞ্জাবীশিং অসি চুম্না মর্ডন ওইবতা নত্তনা হেল্লিনা মর্ডন ওইবনি। নহা, অহল পুম্নমক পুনশিল্লগা বিলাতাগী মতৌ তম্মি। নুপামচা ওইরবদি থোইনা অমাঙবা লৈতে। নুপীমচাশিংসু শ্লাওরি।

রেস, ক্লব, কার্নিভাল—হৌজিক মতমগী খম থেংবী অহুম অসিদা পঞ্জাবী নুপীশিংনা অথোইবা লমজিংবীনি। মখোয়না মরিরক হল্লা শেরী লোইবসি নোক্কা নোক্কা ঙম্মি। অহিংগী অরোইবা শরুক ফাওবা ফক্সট্রট জগোই শাবা ঙম্মি চোকথদনা মখোয়গী মশাদা ফজবদগী কনবনা হেল্লি। মখোয়দি লুহোংব্রিভৈদা তবা-তবাই, লুহোং-লগা চাউথোরকই। মখোয়গী কুচুদি ভৌই অতুগা মায়থেংদি ফজবা ব্রাংলি। মীনায়-মীনায়নুবীশিংবু ব্রারকপদা মখুৎমক্কা তৌবদা করিস্থু চিংনবা লৈতে। মশাদা অমসুং থম্মোইদা পঞ্জাবী নুপীশিংসি থোৎ নৌজদে।

ভারতবর্ষদা য়ুরোপকী ভাবধারাসি অহানবদা বাংলা লৈবাক্তা চেনশিল্লকপনি। ইংরেজী শিক্ষা অমসুং সভ্যতাবু ইহান হান্না লৌবসি বাঙ্গালীনি। যুগ অতুগী বাঙ্গালীগী প্রাণ শক্তি য়াম্না লৈরম্মি, প্রতি-ভাস্থু লৈরম্মি। ইংরেজীগী সাহিত্য, বিজ্ঞান অমসুং সভ্যতাবু শায়তুনা য়োংশিনবা নত্তে, লৌবতনি। মশাগী ওইজবা থাইনদগী চংনরকপা সংস্কৃতিগী মহাওতবু চুপ্পনি। নোংচুপকী ব্রাখল ঈচেলবু লৌবদি নত্তে, মপানথোংগীতনি মরম অতুন। বাঙ্গালীগী মরক্তা ওইথোক্লিবনি মাইকেল মধুসূদন, বিবেকানন্দ অমসুং চিত্তরঞ্জন দাশ। সাহিত্যদা, শিল্পদা, অমসুং ললিত কলাদা বাংলা লৈবাক্না অনৌবা যুগকী চাওখৎলক্লিবা হীরমশিংদা মুন্না য়েংশিল্লি, পুরক্লম্মি, মরৈবাকপু মশক খঙনবগী অঙকপা ফংলবা ব্রাখল। নহারোন্দা পীরে কিদবা মন্ত্র, চনুশিংদা মশাবু মশক খঙহল্লে। মতম অতুগী ভারত অপূম্বগী লুচিংবীগী ফম-ফমদা ফম্লম্মি বঙ্গজননী

য়ুরোপকা শম্নবসি ইকোন কোনবদা পঞ্জাবনি। বাংলাদা ইংরেজনা শাসন লিংখৎপা চাউরাক্লা চহী চামরোমগী মতুঙদা লর্ড ডালহৌসীনা পঞ্জাব লৌশিনবনি অদুবু য়ুরোপ পঞ্জাবনা ঈ-তোংদা ফংবদি নত্তে, মতৌতম্বনি। মহাক্লা ভারতবর্ষদা কাব্য পীদে, সঙ্গীত পীদে, বিজ্ঞান পীদে। দেশ সেবাগী ফিদমস্থু পীবা ঙমদে। হৌজিক্কী ভারতবর্ষদা

মহাক্কী দান হায়ববু পি, ডব্লিউ, ডি. গী ইঞ্জিনিয়ার দল অমা, লান্মী কাঙলুপ অমগী সুবেদার অমসুং আই এম, এসকী ডাক্তর। লাজপৎ রায় নত্তনা পঞ্জাবকী কনাগুম্বা অমতনা ঙসি ফাওবা কংগ্রেসকী সভাপতি ওইখিদ্রি।

কলকাতাগী লালদীঘিগী ঈশিংদি ঙৌই অদুগা গোলদীঘিগী মওংদি চিথেক মরি নাই। অদুগা মফম অসিগী গোল মার্কেট মহয় য়াল্লবা মিংনি। মসিদি তশেংনা কোইরপ কোয় ! লম্বী মরী ফাংবদা অকোয়গা দ্বীপ অমগী মতৌগুম্না কৈথেল অসি লৈ। দোতলা য়ুম্নি। মথক্তা ফুরিৎ তুবগী দোকান, মখাদা এক্বাং নাপী, ঙা, শা, উহয় অসিনচিংবা। তোঙান তোঙানবা কানি। ইংরেজীদা ইতুনা থম্মি—করম্বনা ঙা, করম্বনা শা। লম্বী চঙফমদু কুপ্পবা জালীগী থোঙনি। স্প্রীং য়াওরি, মদুনা মতোমদা লোনশিনজৈ ঙা য়োনফমদু র.ংগবা সিমেণ্টকী ফম্বাক অমদা ঙা থম্মি। মসিগী মথক্তা ঈশিংগী অহোবা পাইপ মচা চৎখ্রি। অহোবা মখুল অদুদা অতৎপা লৈতমা ঈশিং মরিক মরিক তারক্লি। ফম্বাকতু মশানা অতম চামথোকচরে। মিংশেন চনবা উপুদা ঙাতু থম্মি। তরু তনাল্লি। হয়িংগী ঈরাং লৈত্রে, অমোৎপা ঈশিং খিক্তুনা অরৈবা মীশিংগী মফি মোৎকনি হায়বগী চিংননিঙঙাই লৈতে। কৈথেনগী নাকল অনিদা পুক্লিঙ হুরবা দোকান, অচোইবা য়োনবা অমসুং অথুম অহাউ য়োনবা অসিনচিংবা! বাঙ্গালীগী দোকান খরসু লৈ, মখোয়গী মরক্তা অমদা যগোম অফম্বা অমসুং বাঙ্গালীনা চানবা মখল কয়া মরুম ফংই।

গোল মার্কেটকী লম্বীদা লৈ লেডী হার্ডিঞ্জ কলেজ, ভারতবর্ষদা নুপাগা মরী অমতা লৈনদবা নুপীগী অমতা ঙায়রবা মেডিকেল কলেজ। তম্লিবীশিংগী মরক্তা এ্যাংলোইণ্ডিয়ান, মাদ্রাজী, মারাঠী, আসামী য়াওরি। বাঙ্গালীদি অমা ফাওবা য়াওদে। পঞ্জাবী ওঝা মরুপ অমগী মনাওনুপী ফোর্ড ইয়ারদা তম্মি। ফজৈ। বাংলাগী মপান্দা কলেজ য়ুনিভারসিটিদা নিংথিবী উবা ফংলে। ফজবা রাৎপনা মফম

অসিগী নুপীমচাশিংগী অৱাংবা থাক্কী শিক্ষাগী মরম নত্তে। লাইরিক লাইশু তম্বনা নত্তে লুহোংবা মমাঙগী অহাঙবা মেনবা।

নুপীমচাদু বুদ্ধি লৌশিং লৈ, পরিক্ষাদা মকোক ওই। হায়রম্মি, হিদাক্কগী সর্জরীনা হেন্না পাম্মি। পাশ তৌরগা সর্জন ওইগনি। মাঙলেদনা!

থায়নগী নুপীশিং মখুত্তা নুরা পায়। য়ুময়ায়দগীনা মপূরোইবগী মমাঙ কাওবা মহাক্কী মীচঙ মীখায় নাইদবা ব্যবহারনা সংসারগী খোঙচত্তা চিংনবা লৈতনা চংলি। হৌজিক্কী নুপীশিংগী খুত্তনা ফজরবা ভ্যানিটি বেগ। মদুগী মনুঙদা য়াওরি অথোইবা পোৎ কয়া মশাগী মপূরোইবগী থম্মোইদদি চৈনা পীবা অদুগা অতোপ্পগী মপূরোইবগী থম্মোইদনা ঈরাঙ হৌহন্নবগী মশক ওইবা। কা হেক্লিন্না চাওথংলবী হৌজিক্কী নুপী ওইবীশিংনা ফরসেপস্ লৌরবদি উপায় লৈজদ্রবা নুপাশিংদি মশা ঙাকচনবগীদমক সমিতি লিংখৎপা তারি য়াম্না থুনা!

শানৌদু থোইদোক্না মী নপ্পিনি। মখোল হৌনা নোক্লম্মি।

লেডী হার্ডিঞ্জদা বাঙ্গালী জাত্রী য়াওদ্রবসু ওঝা নুপী অমদি য়াওরি চনু অসিগী মৌপুরা অমা আই, সি, এস, অদুগা অমনা আই, এম, এস, মচিন মনাও অনিমক একাউণ্টস সার্ভিসকী অচৌবা অফিসারনি। মনাওনুপী অমনা শিল্পী। গভর্ণমেণ্ট অব ইণ্ডিয়াগী শিল্প অমসুং বিজ্ঞান হীরমগী ওইবা থাগী চেফোং জার্ণেল অব সাইন্টিফিক অ্যাণ্ড ইণ্ডস্ট্রীয়াল রিসার্চগী লাই য়েকপীনি। অতৈ লৈরিবা মৌপুরা মনাওশিংসু লোইনা মমিঙ চৎলি। মহাক মশামক ডব্লিউ এম, এস, হায়বদি আই, এম, এসকী মহিলা সংস্করণগী মনুঙচনবনি। থাদা তলব য়াম্না ফংই, ডাক্তরী তৌদুনা শেল য়াম্না ফংই, ব্যবহার লমচত্তা লেম্মি রা-ঙাং ফজে, পুকচেল ফজবগী মওংনি লেডী ডাক্তরগী মজম তাদে করিগুম্বা মফমদা। কলেজগা নপ্পনা লৈবা

সরকারগী ক্যটর। মফম অসিদা ইমুঙ-মনুঙ শেম শাদুনা য়ুম-লৈমা অমগী মরু ওইবা লমচৎ ফোঙদোকই।

নয়াদিল্লীদা নুপী ডাক্তর য়াম্না লৈ। যুক্ত প্রদেশতা অমা'নিদং লৈ। লেডী হার্ডিঙ্গগী প্রিন্সিপাল অদু মখারোমগী মীনি। পঞ্জাবী অমা লৈ। মহাক্কী জনকধরমবীর পঞ্জাবতা য়াম্না মশক খঙনবনি মম য়ুরোপকীনি। মখোয় অনিমক মীয়ামগী লুচি বা সুভাষচন্দ্র বসুগী য়াম্না মনুঙ হুঙ্গিনবা মরুপনি। চনুদু বাঙ্গালী অমদা লুহোংই। মখোয় অনিমক ডাক্তরনি। নুপা নুপী অনিমক রাজনীতিক নত্রগা স্কুল ওজা ওইবদগী হেন্না ফৈ। পলিটিকেল ইকোনমিগী মতৌ গুম্না মতৌ-মনাওগীসু থবক খায়দোকনৈ। নুপীগী শরুক্না রা ভাংবা ওইবা মতমদা নুপাগী শরুক্না তাবা। মখোয় অনিমক্না রা ভাংনরকপা মতমদা য়ুম পানবগী সুংভাইবদু শোয়দনা থুদোংথীবা থোকই।

কনটপ্লেসপু হায়বা য়াই দিল্লীগী চৌরঙ্গী সাহেবী অমসুং সাহেবী মওংগী দোকান ফম্মি, মফমদুদা। স্যুট তূনবা দর্জী, ফটো নম্বা ষ্টুডিও, প্রভিসনগী ষ্টোর, শমদা ঈথক হৌহনবা বিউটি পার্লার, লঞ্চ চানবা হোটেল, সিনেমা য়েংনবা হোল, পূম্নমক অসি কনটপ্লেসতা লৈ। চুম্নতগী চৌরঙ্গী নত্তে, ক্লাইভ স্ট্রীটসু। ব্যাঙ্ক অমসুং অফিস লৈফমসু মসিদনি। বার্ড কোম্পাণীগী পেটেন্ট ষ্টোন, মার্টিনগী টাইলস ডালমিয়াগী সিমেন্ট লৈবা তারবদি কনটপ্লেসকা মচি ময়াদা লাকপা তাই।

কনটপ্লেসকী মিং থোনবসি নিংথৌ মঙাশুবা জর্জগী মপল স্বর্গীয় ডিউক অব কনটকী মিং লোৎনা থোনবনি। মন্টেগু চেম্সফোর্ড রিফর্মস্গী মহয়না কেন্দ্রীয় পরিষদ শেমলবদা মত্ত সংগানবা মহাক ভারতা লাকখি। জালীনবালাবাগকী মীহাৎতুগী সুংশিহৈতবদু মতমতুদা ভারতমচাশিংগী থম্মোইদা ময়েক শেংনা তারকখি। অহল ওইরবা ডিউকী রাঙাংদা মসিগী মমি তারম্মি, থম্মোইশুংগী খোঙ্গেলসু য়াওরম্মি,—"নাকল অনিমক্কা অরানবা রাখন্দগী থোকখিবনি। হৌজিক্কি

মচু অমুক খম্নবদা কান্নব্রে লাকপিয় ঐখোয় পুম্নমক হৌগ্রবা রা কাউনরসি, অমগা অমগা ঙাক্লরসি। ফরগিভ এ্যণ্ড ফরগেট।"

তৌইগুম্বস্তুং অকাউবা হায়বসিদি চপ চপ মান্নবা চংলি। শাসক-শাসিতগী মরকতা মসিনা লৈবসিদি থম্না'থক্কী ঈশিংগুম্না মিকুপকীনি। মিকুপ খুদিংগী নৌহৌনা নিংশিংনবা মরম লাকই মাইকৈ অমগী পাঙ্গল লৈবগী চাউথোকপা উংলকপা অদুগা অতোপ্পা মায়কৈগী উপায় লৈতনা তেংথারক্পদা। জালীনরালাবাগ কাউরম কাউফাব্রিগঙনা লাকই হিজলী, মহাক্কী নিঙশিংবসি মাঙদ্রিঙৈদা থোক্লককই চেকপল নত্রগা নারক।

কনটপ্লেসকী মওংমু অকোয়বনি। অকোববসিগী মনুঙলোমদা মমায় ওনশিন্দুনা দলান পরেং অমা। মসিগী মতুঙদা মান্নবা পরেং অমা। মখোয়গী মমায়না মপাল্লোমদা ওগ্নি। মদুগী মমিঙনা কনট সার্কাস কোই। রোমাননা পানবগী মতৌগুম্না চাউরবা থামগী মথক্তা মাঙ্গোল শন্দোকখ্রি। মদুদা মুংথিন্দা ফিজেৎ নিংথিনা শেৎলবা মুপা মুপী ক্রিক ক্রিক ঈম্নবা তিল্লি, অকে-অমৌ লৈবা মীশিংনা পোৎ লৈ, মিংশেল চনবা উপুদা ফজবা পোৎশিং উবা ফংই লাঙতক্লরবা মী-য়ামনা।

দালানগী হেক মনিঙমক্তদা পাক্লবা রাজপথ। মদুগী ময়ায়মক্তদা অঙৌবা মচু য়েক্তুনা লমখায় উৎলি, মফম অদুদা লৈগনি মোটরকার নত্রগা টাঙ্গা ঙাইবশিংনা। নাকল অনিদা খোঙলনীনি। লম্বীগী নাকল অমরোমদা পাক্লবা পার্ক। য়োংনা খাজিদুনা খোঙ লম্বীদগী তোঙান্না তারি। মদুদা পোত্থানিঙবশিংগীদমক বেঞ্চ লৈ, শান্ননিঙবা অঙাংশিংগীদমক তিংথৌনা কুপ্লবা লম্পাক লৈ অদুগা লৈ পামজবী-শিংগীদমক মশীং থীঙমদনা লৈগী থৌরাংনি।

নাপী হায়বা পোৎ অসিগী মমল কয়ানো হায়বসি বাংলা লৈবাক্তা খঙনদে, মুমিং নিনিদং চৎলুদ্রবা মফম অদু নাপীনা খুকউ য়োই। কান্নদ্রগা মীবু নাপী চাও হায়বদা মখাজাইদা খুবাক্লা থাননবগী উপায়

লৈতে অরাং ভারস্তা। চাক্তগী মসিনা য়ামনা হেন্না তাওই। কালেদা মুমিৎকী মৈশা চামা তরাহুমদোই ডিগ্রি য়োবা মফম অংগা চহীচুপ্পদা নোং ইকি কুপ্পমক তাবা লৈবাক, অতুগুম্বা লৈবাক অতুদা নাপী তৌহন্নহগী থোৌরাং তৌবা তাই। নয়াদিল্লীগী কনটপ্লেসকী নাপী খুদিংমক খুৎনা থাবনি অতুগা খুৎনা শেমরনি। মতুগীদমক সরকারগী হর্টিকলচর ডিপার্ট-মেন্টগী যত্ন তৌনবা, ঈশিং অমসুং শেল খরচ তৌরিবা, হিসাব অতু করিগুম্বা নিতিগী ফোঙবা চে-ফোঙ অমগী সম্পাদকী মৈহৌবা য়াবা খুৎই অমদি ওইবা য়াই।

লৈগী মরীদদি ঐখোয় ভারতসি, থোইদোক্না বাঙ্গালীশিংনা হেন্না রাখল লৈতে। লৈ অমসুং থাবলনা কলেজ মেগাজিনদা শারী শানৌশিংগী অহানবা শৈরেং ইবদা শিজিন্নবা নত্তনা করিগুম্বা থরক অমতদা ক্যান্নে হায়বসি খঙনদে! আর্টিস্টিক জাতিনি হায়রনা বাঙ্গা-লীগী থম্মোইদা চাওথোকচবা অমা লৈরিবতুগা মরৈ য়েংনবদি য়াই, অতুগা ফলদি ফংলোই। ময়ায ওইবা ইংরেজ ইমুঙদস্ত চাননবা টেবলদা নত্রগা ফম্নবা কাদা লৈ খজিক্তা ওইরবস্ত উবা শোয়দবনি। য়াম্না শেংলবা বাঙ্গালীগী য়ুমদা লৈ চরোংগী খুদম উই য়াম্না তাওনা। শেলগী রাফম নত্তে, কাম্নবগী রাফম্নি। অয়াম্বা বাঙ্গালী ইমুঙদা লৈনা চঙবসি পুন্সিদা অনিরক্তনি—ফুলশয্যাগী অহিংদা অমসুং অশি-বগী কুদা।

থায়ন মমাংচৈঙদদি য়ুমদা লাই পুজাগী চংনবাসি লৈরম্মি। মতুগী-দমক মনম নম্বা লৈ চঙলম্মি। য়ুমদা লৈ পাগী অমানি থারম্মি। হৌজিক্কী মতমদদি য়ুমগী লাইগী মফম লৈত্রে। পুজামক তৌবা তার-বস্তু, মুংগী ঠাকুরদগী ঈ-তোংগী লাইশিংবু পেনহনবনা হেন্না বুদ্ধি লৈবা থরক ওইরে। হৌজিক হৌজিকমক মহয় ফংলে অতুগা য়ুগ অসিদা ঐখোয়না ভজন পূজা তৌরি অফিসকী অচৌবা সাহেব জেলার, ম্যাজিস্ট্রেট অমসুং রাষ্ট্রনৈতিক নেতাশিংবু। ঐখোয়গী ঠাকুর লৈফমতু ড্রোয়িং রুমনা মুনখ্রে অতুগা জবা, দোপাটি অমসুং

নাগকেশরগী মফমদি কার্নেশন, ডালিয়া, নত্রগা গ্ল্যাডিওলাস লাকতুনা মেনখৎপাদি তৌদ্রে। সখীনা কোয়শিল্লবী হৌজিক্কী শকুন্তলানা লৈখোঙ-শিংদা ঈশিং চাইবা উবা ওইথোকত্রে! মহাকপু য়েংজনিংবা যুগ অসিগী দুষ্মন্তনা চৎপা তাই লাইট হাউস সিনেমাদা, নত্রগা লেক্তা। কলকাতাদা ময়ুমদা লৈ থম্বা মী অদুদি শোইদনমক ফুলবাবুনি।

শহর অসিদা লৈগী অরাৎপা লৈতে। লম্বীগী নাকল অনিদা লৈরিবা সরকারগী বাংলাশিংগী পাক্লবা শৃমাঙদু লৈ চরোংনা পিক থল্লি। লম্বীচৎপা মীশিংগী শুমহৎনিঙঙাইনি। লম্লোং মরি ফাংবদা কোয়না লৈরিবা পার্কশিংদা লৈকোল। কনটপ্লেসতা লৈ 'ক্যানা' চবুল। নিংথম থাদা মখোয়গী লৈগী ফিজেৎ কয়া য়ামগদগে হায়বদু লেপ্পা য়াই কাল্লেনগী অরোইবা শরুক য়েংলগা।

নয়াদিল্লীগী আকাশতা লম্বোইবগী মিৎয়েংনি, নুংশিত্তা নুংশা-স্বর মপী; লৈমাইদা লাইনিঙবীগী অচেৎপা পুকচেল অদুবু মহাক্কী লম্বী নাকন্দা চেকশিন্না থারবা উ পরেংনা লম্বী চৎপশিংগী দমক শন্দোরক্লি পেগী উরুম, মহাক্কী শংবানবা তিংথৌনা কোয়শিল্লবা পার্কনা থম্মোই ফাওবা শংবানহল্লি, মহাক্কী মচু মথল মথেনগী লৈরাংশিংনা থাবা ঙমত্রবা ইন্দ্রজালগী মতৌনি। নুংশিনবী শাবী শানৌশিংগী মফমদা খ্বাইদগী হেন্না খুদোংচাবা পূমনমক্লা নয়াদিল্লীদা কোয়শিন্দুনা লৈ। সন্ধ্যাগী তবুম তবুম মমলকপা মীশক মীশা খঙনরকত্রবা মতমদা, নিল খোংবা য়াওদ্রবা মনমনা চুরবা লম্বীদা ঙাথু-থেংথু চৎমিৎনদুনা নৌনা লুহোংলিবা শাবী শানৌগী থম্মোইদা ঈরাং হৌনৈ, খোঞ্জেল লিক্লা থোকই, নাপচিক্লা ঙাংনিঙঙি করিসু লৈতবা রাস্থ, অর্থ য়াওদবা, মরীসু লৈনদবা, কান্নবসু নত্তবা। অদুগা চিক্লবা সন্ধ্যা সিদা না-য়ানবী য়াল্লিবী নাকোং অমগী ময়া অসুক নক্লা মী অমগী মায়থোং নকশিল্লক্লবদি অমুক অনিরক য়েংনবা হায়বসিসু অঙকপা নত্তে।

---




অয়ুক্তা মুপী অমগী লাউ খোংবনা তুম্বা য়াহন্রে। ঙসি নোং-মতা নওে, মুমিৎ খুদিংগী থুগাইরিবনি। ঐতনা লাউ-খোংবা হায়বনি। শানৌগী পলেমনদি ইশৈনি হায়জরিবনি। শানৌদু ইশৈ তম্লিবনি।

পৃথিবীদা ইশৈ হায়বসি কনানা হৌদোক্লম্বনো খঙদে। অদুবু অমুক কুইবসি মসি'মতংদি থাজে, অমনসু ওইসনু মহাক্কী পুক্নিংদা মুংশি-হৈতবগী য়াথঙ্দি লৈরমদে। অদুবু য়াখল অসি থম্বসি অসুম অসুম লুরক্লে।

শানৌদুগী খনাউদা সুর মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদে, অমরোমদা পাঙ্গন্দি লৈ সুর চাদবগী মসিনা অমুকহেন্না শাথিগ্রে। অমুক পুং মঙার্দগী তরেৎ ফাওবা,—পুং অনি চুপ্পা মুমিৎ খুদিংগী মহাক্না ইশৈ ওৈরাই। তরেৎশুবা সুরগা য়ৈনবনি হায়বনা মতিক চায়। য়ুরোপ কৈরোন্নবশিংনা হৌজিক ফাওবা নন ভায়োলেন্ট ওইদুনা লৈরিবসি গান্ধীজিগী শিক্ষানা নওে, উপায় লৈমন্দ্রদুনা তৌবনি সভ্যতাগী দণ্ড কয়ামরুম লৈ। মখোয়গী মরক্তা মসিসু অমনি।

য়ুরোপ্পা ঐখোয়দা ফত্তবা পোৎ কয়ামরুম পীরম্মি। মখোয়শিং অদুগী মনুঙদা করম্বনা খ্বাইদগী ফত্তবনো হায়বগী হাঁরমদদি খেন্নবা মত কয়ামরুম লৈ। ডাক্তরশিংনা হায় সিফিলিস, অহল লমন্না হায় ফ্রি-লভ অদুগা গান্ধীজিনা হায়রম্মি কলকারখানা। ঐগী পুক্নিঙদদি ভারতবর্ষদা য়ুরোপ্পুগী পুরকপা খ্বাইদগী মাঙনবগী মশক ওইবা পোত্তি হারমোনিয়মনি। মী ওইবগী মরী মতাঙদা মুংশিহৈতনা ওৎপগী অসিগুম্বা অনিশুবা যন্ত্র অমা লৈত্রে অঙকপা নত্তে মদুদি, পণ্ডিত জবাহরলালনা হায়রম্মি, মীয়াম তিনবদা ওকচ-রাতৈ পাদ্রিভৈগী মমাঙদা কনাগুম্বনা হারমোনিয়ম খোংদুনা শৈহৌ ইশৈ শক্লবদি মতম অদুমক্তদা মহাক্কী থিংঙমদ্রবা য়াখল লাকই, মীয়ামগী ময়ায়দা চোংশিন্দুনা খোং-লিবা যন্ত্রদু খোংপাক্লা কাওদুনা মচেং-মচেৎ তানা মাঙহন্নিঙবগী।

অকনবা পর্দাগী শুদোং চাবা অমস্তু লৈ। অথাঙ কনবগী পাঙ্গল য়াম্না লৈ। মহাক্তি য়েক্লবগী থবক তৌদে। নোংমগী মতুঙদা নোংমা পূং অনিচুপ্পা স্থর চাদনা লাউ খোংবগা লোয়ননা মখোল থোরকপা ঙম্বসি হারমোনিয়মগী শরুক্তনা ঙম্বনি। হৌখিবা মুমিৎ তরানিসি স্থর অদুমতনি—'বঁধু, তুমি যে চলে গেলে, ফিরে তো নাই এলে' (মরুপ, নহাক চংথ্রেদো, অমুক্তি হন্না লাকত্রেদো)। মরুপ অদু কনানো, তাং-দাংনা খঙদে। অওইব'মস্থ ওইজসমু, অপঙবীস্তুগী ফিবম কল্পনা-না খঙবা ঙম্লে। শানৌদুগা ৱারী শানরম্লবদি ইথুৎ লোন-নদুনা হায়জরমগনি,—ইবেম্মা চংথ্রবা মহাক অদু, তশেংনা মথরায়না য়ানা চংথ্রবনি' অদুগা নহাক্কী ইশৈদু লেপত্রবদি মহাক অমুক লাক্তবস্থ শোয়দ্রবনি। প্রেম হায়বসি য়াম্নস্থ অয়ৌবী ওইসনু প্রাণগী মায়ানি, হায়বদি নাকোংগী ময়াদগী হেন্না লুম্বা নত্তে।

শানৌদুগী মরাল লৈতে। পলেমদা দোষ পীশিনবস্থ অরেম্বনি। মহাক্না খঙন্তি মচানুপী লুহোংবিগনি হায়বসে। বরগী মায়কৈরোমদগী কন্যা য়েংবা লাক্লবদি ইশৈগী পরিক্ষাদি শোইদনা লৈরে। মরম অদুনা মদুগীদমক শেম শাবা তাই। অদুনা হারমোনিয়ম লৈবা তারকই, ইশৈগী ওজা থম্বা তাই, মচানুপী থরায় তৎপা ফাওবা শাজেন তৌবা তাই খনাউগী মরী।

লৈবাক অসিদা গুণ খিবিক্লা লৈতেং ওইবগী দ্যবী শানৌশিংগী মথক্তা তাররি। লুহোংবদা মতিক চাবী কন্যাস্থ ওইহনবা তাই লাইরিক লাইশু হৈবী, কলাবতী, বুদ্ধি লৌশিং ফবী অমস্তুং য়ুমপানবগী থবক্তা হৈরবী। ফিজিক্সতা অনার্স লৌদুনা বি, এ, সি, পাশ তৌরবা লৈশাবীস্থ কার্পেট্টা লৈ শেম্বা তম্বা তাই, বড়ি মতুম থাক্তুনা মোচা ঘণ্ট থোংবা হৈগদবনি অদুগা য়ারবদি বরগী মরুপাশিংগী মমাঙদা মৌ অনৌবী য়েংবা মতমদা মহাত্মা গান্ধীগী য়াম্না খঙনরবা ফটো অমদা ফম্লিবা ফমফম অদুদা মহাকস্থ ফক অমদা ফম্লগা হারমোনিয়ম খোংদুনা ইশৈ শকপা তাই,—'যে ছিল আমার স্বপ্ন চারিনী তারে' (মহাক অদু ঐগী মঙলানগী লোয়ননা ওইরম্মি মহাকপু) অসিনচিংবা।

লুহোংবগী দরবারদা লুপাগী মরীদা খন্নবসি খরা রাংলি। ডাক্তর বর অমগী মহাক্কী থা অমদা ফংলিবা তলব অতুতা খঙলগা লুপীগী মমানা অতুম পেল্লি, মহাক্কী শান্নবদা হৈ-শিংবা, অভিনয়দা য়াম্না খঙবা নত্রগা বক্তৃতা-শক্তিগী মরীদা ক'রম্নু খল্লুদে' লুপাশিংদি অমতনি তৌগদবা। লাইব্রিক লাইগু, নত্রগা ফুটবল, নত্রগা ইন্-কেলাব জিন্দাবাদ। শানৌ ওইবীশিংগী রাখন্দি করিগুম্বা অকক্কবা থবক অমতদা নত্তে, লোইন্মক খরা খরা য়ানশিন্নবনি। মখোয়গী মমন্দি অহানবদা শক-চু, মতুঙদা মহৈ-মশিং, ইশৈদা, জগোইদা, য়েৎতুমগী থবক্তা অতুগা অয়াম্বা শরুক্কা মপা মপূগী ব্যাঙ্ক ব্যালান্সকী চাং ওনবদা।

থায়নঙৈদা রাজকন্যাশিংনা মশানা মপূরোইবা খণ্ডরম্মি। লুপাশিংগী পরিক্ষা তৌরম্মি। থৌনা ফবগী পরিক্ষা। লুপাশিংনা মতম অতুদা স্বয়ম্বর সভাদা কন্যাগী বরমাল্য হুকপদা মতিকচাবা ওইজনবা হায়দুনা লাই নিঙনরম্মি। হৌজিক্তি লৈশাবীশিংসি লায়মা ফংলে। মখোয়গী-দমক হরধনু থুদেকত্রবসু য়ারে, মমিদা য়েংলগা ঙা চক্র কক্লিঙঙাই ওইদ্রে। মখোয়গী হায়ববু থা অমদা লেঙদনা লাকপা আয়গা থবক অমা ফংবনা মতিক চারবনি। হৌজিক্কী নিংথৌ মচানা অঙম অথৌগী কুচুঙৌবী কন্যা থিবগীদমক ময়ুম থাদোক্তুনা মীরৈবাক্তা চত্রে। ষঙ্গোমগী লাইজনুংদা লুপাগী কৌটাদা ভোমরাগী মনুংদা লৈরিবা হিংচাবগী থরাইদু মহাক্কা থিনিঙঙাই ওইদ্রে। স্নাগী চৈনা শোক্তুনা পাতালগী রাজকন্যাবু য়াকাইনিঙঙাই ওইদ্রে। সরকারগী অফিসতা অফিসারশিংগী থোঙদা থৌনাফনা লাক্লগা প্রজাপতি ঋষিবু থোঙ-জিনমক্তা পুরক্লগা হায়ররে—লৌবিরো নিপুণিকা চতুরিকা, মাল বিকাগী দল। নহাক্কী রেণুকা সেন, মাধুরী রায়, ডলিদগু নত্রগা অরুন্ধতী চাটার্জী হোয়! হৌজিক্কা কেশবতী রাজকন্যাশিংদি স্না মোহর মরিফুতরা অতুগা মখোল অহুম রা লবা অউনপোৎ কয়া হিদা হাপ্তুনা মশামক লাক্তুনা কাখৎলরে য়াওং-শঙগী হিথাঙফমদা। পীগদবা

শেলত্থগী করেন্সী নোটকী পরেংনা বরগী ওকশমদা শিবিরগা হায়রম্মি, নহাক্কী থম্মোইনা লৈবা মকম অহুদা ঐগী থম্মোইগীম্ম লৈকম্নি।

ঐগী নাকোং শেগাইহল্লিবী ইশৈ পামজবী শানৌম্ব ইমিংনা উৎবদি নত্তে। তায় য়াম্নমক থীবদি নত্তে। লাইরিক লাইগুম্ম কৈ। মওম্ম ওইসম্ম। মহাকম্ম ইশৈদি তম্বা তাই। ঐখোয়সি লাইবকপীরবা য়ুম্মোরবনি,—ঐখোয়গী লাইবক্তা অরাবদি লৈরবনি ৱোকপিগদবা কন্নানো?

স্বর মপী হোন্দুনা নাকল অমরোমদা ওম্মোক্লগা অম্মক তুম্মথনবা হোংনরম্মি। কান্নদ্রে। হুন্দকমুক্তি ইশৈ নত্তে, কার্ড। উম্নগে হায়রি-বসি ভদ্রলোক অমনি। কার্ড অতুগী মথক্তা নম্মি—পি, সি, সমাদ্দার বি এ, ডেপুটি এ্যাসিস্টেন্ট কন্ট্রোলার। ভদ্রলোকসি ওসি অয়ুক্তা লাকনিবুদি হায়নৈ। অদুবু অয়ুক হায়বদি, পুং তরুক মথায়দা লাকনি হায়বসিদি খল্লুদে।

সিনিনে, নমস্কার। তুম্নিবরা করিনো? য়াম্না লাল্লে অদু ওইরবদি। ঐবুরো? ঐদি পুং মঙা চপ-চানা হৌগংলগা ওহাকম্ম কোয়থোকলুরে। বারখাম্বাদগী ফিরোজ শা রোড, ইউগুসরপ্লেস, কুইনসৱেরোমদা লাক্লগা য়ুম য়োৌবদা মাইল অনিরোম্মি। খরদি মুংঙাইরে! ডিসপেপ‌সিয়াসি য়াম্না কম্না লৈখ্রে। চা? হোয় কপ অমতং পীবিয়ু, অমদি থক্লে। অদোমগীদি হৌজিক ফাওবা থকত্রিব্রে? পুং তরেংকী মমাঙদদি হৌগংপিদে? মুংঙাইনা লৈবিখ্রে। পুং তরাদা তরুক্তা অফিস কাগদবা লৈতে, কনাগীম্ম তকশিল্লকপা লৈতে! সাইকলদা চংপসি ৱাখ্রে। হোয়, মুংঙাইজরে, হংবিরব্রা নেহরুদা ডিয়ারনেস এলাউয়েন্সকী ৱাহ্ন।

নেহরু হায়বদি বি, কে, নেহরুনি। শেল-থুম বিভাগকী অণ্ডর সেক্রেটরি। পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুগা মরী মতা থোকই ভদ্রলোক মশামক আই, সি, এস, অদুগা মুপীদি মীরৈবাক্কীনি, অদুবু ভারত বর্ষরোমদা অনিমক পুক্রিঙ চিংশিল্লি।

মুংঙাইতবা ফোঙদোকপা তারম্মি। নিঙশিংহৌদ্রে। অদুবু মহাক্কি

লিঙবা কায়ছনা হনবা মীতাদি নত্তে। হায়রন্মি, ভসিদি খরা নিঙ-শিংবিয়ু। তারি চামদা তরাতরেৎ মথায় হাপ্নগী রা। অদুবু মরু ওইবা রাক্ষমদি থাদা কয়া ফংবা মীওই ফাওবা এলাউয়েন্স অদু পীগ-দগে অসিনি। লুপা চামঙাগী মথকমথৈদি পীরোই হায়নসু কনা কনা-গুম্বনা হায়নৈ। য়েংবিয়ু হায়বা, চুমদবসে। করিগীনো ঐখোয়গী ইরাল করিনো? পোৎ-চৈগী মমলদি লুপা চামঙাগী মথাদা লৈরিবশিং অদুগীতা হেনগৎপা নত্তে। ষণ্ডোমগী মমলদি লুপা অমদা সের তরুক্কী মহুত্তা সের অমতা লৌবা তারি। হায়য়ুনে চুমদ্রনে? অদুওই-রবদি ডিয়ারনেস এলাউয়েন্সকী মতমদা ঐখোয়বু করিগীদমক হুন্দোক-লমগদৌরিবনো? অসিগুম্বা চুমদবা ময়ামসিগীদমক সরকারগী থবক্তা তুক্কচনরিবনি। গান্ধী মহারাজনা অসিগুম্বা শয়তাণী সরকার লিংখৎলু হায়রবা?

গান্ধীভক্তবু নোল্লুক্না নিঙশিংজবা তারি মদুদি; গান্ধীজিনা লুপা চামঙাদগী হেন্না পীবসি পামদবরা।

নত্তে, নত্তে, মদুদি চুমদে ইবুংঙো। মহাক্তি মহাত্মানি, মহাকী রাদি অতোপ্পনি। ঋষিগা মান্নরবা মানি। হামেং মখোম খজিক্তুং ফংলগ। য়াবা মীনি। অদুগা মী মঙাগীদি মদু য়াদে। ঐগী রাখল খন্দুনা য়েংবিয়ু। অদোমদি ঐগী ইমুঙগুম্বনি, অদোমদবু করি অমুক হায়নিঙ-ঙাই লৈরিবগে? লুপা চানিপাল ফংই। ইনকম টেক্স, প্রভিডেন্ট ফণ্ড ককথ্রগা খুত্তা চাতরেৎ তরাহুমদোই শিকি পৈশা মরি লেম-হৌই। থাগী অরোইবদা ফি পীবদা চিংথোক চিংশিন তৌনরে। করম্বনা তৌদবা য়াদবনো? গাড়ি লৈরি, ইচান্নুপীগী লুহোংবা তাই, ইচান্নুপাবু বিলাত্তা থাবা তাই। লুপা চামঙাগী পঙ্খৈসিদি করিস্তু তৌবা য়াদে। ষ্টাণ্ডার্ড অব লিভিং হেনগৎলকপা তাই, নত্রবদি ভারতবর্ষগী চাওখৎপা য়াদে। য়েংউনে বিলাত্তা, আমেরিকাদা। হোয় সাহেবশিংবু তাম্নোকপ্রে। মখোয়না করি তৌরি? সম্ভি খরা তৌবা। ইবা পাবা অয়াম্বা ঐখোয়না তৌরিবনি। অদুগা চামঙাগী মথক্তা থাগী

তলব ওইদ্রবদি, চাপরাশীগী তলবতি থাদা মখায় ওইরগনি! ওই-রোইদ্রনে? হৌজিক্তগী অমুকম্নু হেনগৎলকখিগদ্রা? তুমিন্না লৈবিরে ইবুংঙো! কনা-না খঙগনি; অদোমগী কংগ্রেসীশিংনা করি ব্রাখল খল্লিবনো হায়বদু অদোমহোয়না খঙবিরিনি।

কংগ্রেসীগী ব্রাখল বুদ্ধি শন্দোরা খন্নবগী পাঙ্গল নত্রগা মতম অনিমক্তা লৈরমদে। ব্রারীদু অমরোমদা ওস্তোক্লবা ক্রীপস্ আলোচনাগী রা হোদোক্লম্মি। মতুদম্নু খঙনিঙবগী চাং রাক্তে হায়বা উরে। হংলম্মি, করিগুম্বা খরা ওইগনি হায়না খনব্রা? ওইবু ওইরবদি ফরে ইবুংঙো। ইংরেজ মীশিংসি তম্বিবা ফজনা হৈগ্রে। হান্নদি সাহেবশিং অসি মবুক মপাউ য়াম্না তিংবগুম তৌরম্মি। ইপা ইমাদোনা হেক তৌরম্মি। ঐনা ইহান হান্না সেক্রেটারিয়েট্টা চঙবা মতম অদুদা ঐখোয়গী সুপা-রিণ্টেডেণ্ট মহাতপবাবুনা ওইরম্মি মহাতপঘোষ, ইগী য়ুমদা লৈ। অহল ওইরে, চহী মরিফুতরেংকী নকয়ানি। সার্ভিস বুক্তদি চহী নিফুনিপাল ইরি। পেন্সনগী চহী তরেৎ রাংলি। মমিৎতু শুকউ উদ্রে, ইবদা মখুৎ নিক্রে। নোংমদি ফাইলদা তাইপ তৌরবা চে অমদা সহি তৌতুনা ফম্লম্মি! ঐখোয় লোইনা কিনরে। ঙসিদি হিংফম লৈত্রে। ফুরে,—সার অ্যালেকজেণ্ডার ফুরে—সাহেবনা ঐখোয়গী সেক্রেটারী ওইরম্মি। কৌরগা হায়রম্মি, মহাটপ, নচাদু ম্যাট্রিক পাশ তৌবত্রা? তৌত্রবম্নু করিম্নু কায়দে। হয়েংদি পুরক্লো থবক তৌহল্লগে। নহাক অমুক পোত্থারো। য়াম্না নোম্লে, হৌজিক্তি নিং-থিনা পোথারো। অদুগা হৌজিক ইবুংঙো, ঐগী ইশেন-মুপা য়াইমচু কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী গ্রেজুয়েটনি। চহী অনি হোৎনদুনম্নু চঙহনবা ঙমদ্রে।

ইশেন য়াইমগী থবক ফংদবগীতা নত্তে। ইশাগী ফম কাবগী মরীদম্নু ঙাংনরিবনি।

ইনিঙ তমদ্রবদি থবক তৌবদা মুংঙাইত্রে ইবুংঙো। ইংরেজ মীশিং অসিগী মফমদা মুসলমানশিং অসি কয়াদা মুংশিবিগ্রবনো। মথোয়গীনা

পৌরা তরানিথোইনি। থবক খগুলবস্থ খগুত্রবস্থ, মকোক্তা টুপী য়াওরগা লোইরে। মবুক্তা বোম্না থারবস্থ মচীন্দা অচুম্বা ইংরেজী রাহৈ অমা ফাওবা থোরকত্রবা অতুগুম্বা মীশিং অতুনা অফিসার ওইদুনা লাক্লে। কয়াদা পণ্ডথ্রবা। নোংমা ফাইল অমদা রেফরেন্স ইবদা 'R' অনি ইরগা ফমদুনা লৈরম্মি। হৌখিবা থাদা চহী অনিগী মথা ওইবা মুসলমান অমনা ঐখোয় মরীবু কান্দুনা ডিপুটি চীফ ওইথ্রে। অসিগুম্বা রাখল য়াওদবা অসিবু মতম পুম্নমক্তা খাণ্ডুনা লৈরগত্রা? ইংরেজগী মতমসি কুইদি কুইররোই। অদুগা, হোয়, মসিমস্থ হায়গে, করিগীস্থ ওইরোই? মুসলমানশিংগীদি ফেলো-ফিলি লৈ। থবক্কীদমক ফম কাবগীদমক মথোয়গী লুচিংবশিংনা মতম পুম্নমক্তা নোম্মি পানদগী গুম্মু থেত্তোকপ্রা, এসেম্বলীদা মুসলমান মণ্ডানা রাহং মণ্ডা তৌরক্কনি, উইল দি অনরেবল মেম্বর বি প্লিজড টু ষ্টেট মুসলমান চাপরাশী অমতংবু করিগুম্বা খরা হায়রুরবদি মিনিষ্টরশিংনা কৈফিয়ৎ তাল্লক্কনি। অদুগা ঐখোয়গী হিন্দুশিংদি? পুম্নমক কংগ্রেসী। মখোয়দি রাজাওতা ভাংদুনা লৈথ্রে। স্বরাজ, স্বধীনতা, কমপ্লিট ইণ্ডিপেণ্ডেন্স। ওস্থোকপনি থবক ইনখাং পুম্নমক অতোপ্পগী মখুত্তা চংথ্রবদি স্বরাজ লৌদুনা করি তৌরগা চাগনি? ঐ অশেংবা রা হায়গে ইবুংঙো, ঐখোয়গী কংগ্রেসকী লুচিংবশিংসি প্রাকটিকেল পলিটিকস স্থকখণ্ড খণ্ডদে। অদুনি পুন্সি লেল্লিবা জেলখানাতদা।

ভদ্রলোকপু খাম্বগী কান্নত্রে মরৈ য়েৎনবগীস্থ কান্নদে। ময়ায় ওইবা বাঙ্গালী ইমুণ্ডগী মুংশিং মুন্না খণ্ডলবা মীনি। চাকরিবু পুন্সি হিংনবা তণ্ডাইফত্রবনি খনবা, সরকারগী থবকপু খৌরাংনা ভাইবনি। মহাক্কী ধ্যান, চিন্তা অমস্থং মণ্ড পুম্নমক চাকরিতনা কেন্দ্র ওইরবা! কেরেক্টার রোলগা লোয়ননা হৌরকপনা, পেন্সন লৌবদা মহাক্কী অরোইবনি। অদুগা অহৌবা অমস্থং অরোইবসিগী মরক্তা ফম কাবনা নৈনযম্নি।

অফিসকী মতম ওইশিল্লক্লে। সমাদ্দারবাবু হৌগৎলক্লে ফরে,

হৌজিক হৌগৎলগে। অফিস লৈ। ঙসিদি থাসিগী ষ্টেটমেণ্ট থাবা তারি। মুমিদাংরাইরম অমা অমুক লাক্কে। মুমিদাংরাই য়ুমদা লৈরি-দব্রা? অদু ওইরগনা অমুক্তা লাক্কে। ফরে, হৌজিক চৎলগে। ডিয়ারনেস এলাউয়েন্সকী ৱাদো ঙসিদি চানবিদুনা অমুক্তং—।

মুংথিন্দা চাগী বার্তন লৈরম্মি। নয়াদিল্লীগী প্রেস ক্লবনা টি-পার্টি পীবনি সার ষ্ট্যাফোর্ড ক্রীপস্‌পু। ক্রীপস্ চা, চাকলেন অমসুং মুমিদাং চরাগী বার্তন য়াম্না ফংলম্মি অদুবু প্রেস ক্লব নত্তনা কনাগীসু করি-গুম্বা অমতা মহাক লৌদে। হায়রম্মি, মঙোন্দা ভারতকী পাউ-মীশিংগী মরুপ মপাঙ ওইবগী ব্যবহারদা মহাক য়াম্না তৌবিমল খঙজে অমসুং তৌবিমল খঙবদু ফোংদোকপা ওইনা চাগী বার্তন অসিদা মহাক য়াওবা য়ারিবনি

সেক্রেটারিয়েটকী সাউথ ব্লোক্কী মাঙ্গোন্দা চা পার্টিগী থৌরাং তৌরি ইরৈবাক অমসুং ম রৈবাক্কী পাউ-মীশিং পুল্লগা বার্তন তৌবা মী চাম-য়াঙ্খিরোমনি। মুপী খরসু য়াওই। তশেংবা মখোয় মী রৈ-বাক্কী মীনি।

প্রেস ক্লবকী সভাপতি বাঙ্গালীনি উষানাথ সেন। ভারত্তা পাউ মীশিংগী গুরু ওইরবা অমসুং এসোসিয়েটেড প্রেস লিংখৎ-লম্বা স্বর্গীয় কে, সি, রায়গা থবক তৌমিন্নরা মী ওইরম্মি। হৌজিক্কী এসোসিয়েটেড প্রেসকী মরু ওইনা থবক পুরি, দিল্লী অফিসকী থবক শীল্লি চহী হুমফুরোমগী মথক্কি, মশা মউ ফৈ। মকোক তাঙজি, মনাতোন তুম্মি, মমিং লংই। রা-ঙাং শা-ঙাং শাক্তং লমচৎ, অমসুং ফিজেৎ চাকচা য়েংবদা য়াম্না হৈ-শিংবা মাল্লি। ভদ্রলোকসি লুহোংদ্রি। নয়াদিল্লীদা করিগুম্বা মতমদা কুইনা ময়ুম পান্দবগী সভা ফম্লবদি মহাক্কা সভা অদুগী খ্বাইনা য়ানরবা লেঙদ্রবা প্রেসিডেণ্ট ওইগনি।

টি পার্টি লোইরগা পাউগী সভানি। নয়াদিল্লাগী সরকারী অমসুং সরকারী নত্তবা ইতিহাসতা মসিনা খ্বাইদগী চাউবা প্রেস কনফরেন্সনি। সাউথ ব্লোক্কা কমিতি ওইনা লৈনবা মফম মচেং অমা ফাওবা লৈতে।

কনফরেন্স অসিদা ক্রীপস্না মহাক্কী থৌরাংতু ইহান হান্না ময়ামগী মফমদা ফোঙদোক্লম্মি। পূং অমা মখায়রোম চুপ্পা তোঙান তোঙানবা পাউ-মীশিংগী চামদগী হেনবা রাহংগী পাউখুম পীরম্মি। মহাক্কী রাঙাং মতাক্কী হরাও হরাও তৌবা মওং মহাক্কী চোকথবা লৈতবা হোংনবতু উবদা তিল্লিবা পাউমীশিং পূম্নমক্কী থাগৎনিঙঙাই ওইরম্মি। ফাগিস্তু হৈ। মরক্তা খঙহৌদনা হায়রকই ঙাইখো। মতুংদা কোট লৌ থোক্লগা ফুরিং খুদাং তাখংলগা হায়রকই, লাকপিরো। কনফরেন্স অতু পোকথায়গদৌগুম নোকই।

সার ষ্টাফোর্ড বিলাতকা মমিঙ চৎলবা ব্যবহার তৌনবশিংগী মরক্তা অথোইবনি আইন ললোনবগী কাঙলুপ্তা মহাক্কা চহীগী তাল্লিগা চা অতু মী অয়াম্বগী কল্লকনিঙঙাইনি। পাউ-মীগী মীফম অসিদা মহাক্কী রাঙংগী হৈ-শিংবনা ব্যারিষ্টর ক্রীপস্কী খ্বাইগা মান্নবা হৈ-শিংবতু অমুক্কা নোহোনা প্রমাণ তৌরে।

তৌইগুংস্তুং মী ওইবগী খাঙবগী ঙমখৈ লৈরি। রাফম অসি হায়দবা য়াদতুনা ক্রীপস্না পাউমীশিংদা নিংশিঙহনবা তারম্মি। তিল্লিবা পাউমীশিংনা লেমজদবা রাহং অমগী অরোইবদা কন্না হায়খ,— লৈবাক মচা তারবশিং এগাক্ক অথাঙ কনবসি খ্বাইগা মান্নদে, অতুবু মতুগী ঙমখৈ লৈ! বৃটিশ মন্ত্রিসভাগী মরীদা করিগুম্বা লৈবাকচা তাদবগী রাফমদি এগাক খাঙবা ঙম্মাই

ভারতকী পাউমীশিংগী থোইদোক্লা রিপোর্টরশিংগী বুদ্ধি লৈ. পাগল লৈ, থবক তৌবগী পানস্তু তাবা নত্তে। অতুবু মখোয়দা তাঙ্গা, মফম খঙদবা অমা লৈ। মখোয়সি রাজনৈতিক নত্তে হায়বা রাফমস করিগুম্বা মতমদতা নিঙশিংই। প্রেস নত্রবদ পলিটিকস হিংদে, অদুগা পলিটিকস নত্রাস্ত প্রেস হিংবা য়াদে। মত্তাদ—হরিজন। লৈবাক অসিগী পাউ-মীশিংনা অহানগী থাক্কী রিপোর্টরতা ওইরগা পেন্দুনা লৈবা পামদে, অহানবা থাক্কী পলিটিসিয়ানস্ত ওইবা পাম্মি। অতুনা অয়াম্বা মতমদা নুংঙাইতবা ফিবম কয়া থোরকই। মখোয়গী এরাল লৈতে.

স্পেসিয়েলাইজেশনদা লৈবাক অসিনা থাজদে। মফম অসিদদি অরুম য়েংবা ডাক্তর অতুনা, অপোম্বস্থু থাঙ থাই অদুগা য়ারকত্রবদি য়াম্থু শংলি।

ক্রীপস্‌কী রারোলশিং অসি লৌবা য়াত্রা য়াদত্রা হায়বসিগী মরীদা পাউমীশিংগী মরক্তা মত খেন্নবা উৎলক্লে। রারোল অসিগী মরু ওইবা পূম্নমক্কি ভুংগীনি। মীয়ামনা তাবদি অসিনি মতুদি. গান্ধীজিনা ক্রীপস্‌কা লোয়ননা অহানবা উনবা মুমিঙা রারোল অসিগী মরীদা হায়রম্মি,—a host dated cheque. য়ামনা থৌনা লৈবা কনা কনা গুম্বা পাউ-মীনা মসিগা লোয়ননা মশাগী রা নপশিল্লম্মি, on a crashing bank। তোপশিল্লিবা শরুক অসিস্থু গান্ধীজিনা হায়খিবা অতুনি হায়না হায়নবা হৌরক্লে। নঙনবু ওইরবস্থু নত্রগা নিঙদনবু ওইরবস্থু অচুম্বগী মশক ওস্থোকপসিগী তসিগুম্বা খুদম কয়ামুক ঐখোয়গী রাজনৈতিক ইতিহাসতা উবা ফংই।

মুমিং অদুগী সন্ধ্যাদা মরুপ অনি পুম্বনা ক্লব অমদা চৎলুই

নয়াদিল্লীগী খ্বা দগী ফাওরবা ক্লব আই. ডি জি। ইম্পিরিয়েল দিল্লী নিংথৌকোন্নি। ক্লব অসি বর্ণাশ্রমগী অথোইবা মফমনি। চঙবা য়াবগী মওং য়ামদে। খরচ য়াম্না তৌরগতা য়াবা নঙে, ইতুনা চঙবগী নিয়ম্নি। মিংজন শেল অমস্তুং থাগী শেনখায় অনিমক য়াম্মি। মতুদস্থু নত্তুনা আই, সি, এস, ; আই, পি, ; অডিট একাউন্টস, অসিনচিংবা অহানবা থাক্কী থবক তৌবা মী নত্তুনা সারকারগা মী কনা'মতা আই, ডি, জিগী সদস্য ওইবগী উপায় লৈতে। সরকারগী নত্তবা ডাক্তর, জার্নেলিষ্ট, ব্যারিষ্টারশিংগী মফমদা মসিমক্কা অথিবা লৈত্রবস্থু অনৌবা সদস্য লৌশিনবা মতমদা ক্লব থৌবু ওইরিবশিংনা মতিকচানা য়েংই মতুদি মখোয়গী মেম্বর ওইবা য়াবা মীতাসি শেনগী ফিভম অমস্থুং সামাজিক ইকাই খুম্নবনা লৈতেং ওইত্রা, ইংরেজীদা মসিবু এ-রান হায়। ক্লবকী মিংচং থীহন্দনবা থৌবুরেনশিংনা য়াঙা চেকশিন্না য়েংশিল্লি

ক্লবকী টেনিস লন, সুইমিং পুল, ব্যাণ্ড লৈ। পাম্নবদি ধোবা

ফাওবা। নয়াদিল্লীদা থকপা, চাবা, অশংবা মতমদা নুংঙাইফম ওইবতা নত্তনা, লৈনবগী থৌরাং লৈবা ক্লবসি অসিমতনি। আই, ডি, জি, অসি শাম্নবা নত্রগা লাঙফমগী মফনদা নত্তে, মসি চপচাবা ক্লব অমনি।

নম্বর অনিগুবা ক্লব, চেমসফোর্ড সেক্রেটারিয়েটকী মনাক্তা রাই-সিনা অমস্তুং কুইন ভিক্টোরিয়া রোডকী লমফাওদা ক্লব অসি পূন্নমক্তগী চওথোক চওশিন নুংঙাইবা মফম্নি। অহানবদা মসিগী দক্ষিণা অতুক য়াম্না শাথিদে, অনি গুবদা মসিনা লৈরিবা মফমসি য়াম্না খুদোং চায় অতুগা অহুমগুবদা মফম অসিদা ভারতীয় নত্তবা য়ামদে। সদস্য লৌবদস্তু অতুক য়াম্না চেকশিনবা নিয়ম লৈতে। চেমসফোর্ডকী স্নুইমিং পুলগী ফী চহীগী ওইনা পী লৈপাকপোকপা খুদিংগী নুমিদাংদা জগোই শাই। নিংথমথাদনা ইমুওদা, কালেন্দনা মপান্দা। মপান্দু উপাক্কী ফর্ম্বাক নত্তে, চেক্লা চনবনি। বাগবাজারগী রসগোল্লাগী মতৌ-গুম্না চেমসফোর্ড ক্লবকী পকৌড়া হায়বদি ফুলুরিগীস্তু মমিঙ লৈ।

মফম অসিদা নুপীশিংগী শেনখায় তোঙাম্না পীদে। মপূরোইবগী মতুঙইল্লক্লিবীশিংনা মশানা অপাম্বা খল্লগা নুপা মরুপশিংনা শানরিবা তাসকী টেবিলদা চওদুনা ফম্মি। অহৈবা মীচও ফংলবদি শেল তোংই। ফংদ্রগা মচু অহুমগী অনার্স কার্ড অহুম পায়রগা য়াক্লবা খোঞ্জেল্লা লাউই,—টু নো-ট্রাম্পস্। শেন্দোনগী শেন্দোয় হেনগৎ-লকপগুম্না অমাঙবগী মাঙবস্তু হেনগংলকই জর জর। শাম্নবা লোইরগা খাতাদা সহি তৌরম্লগা নিঙঙায়দনা হল্লকই থাগী অরোইবদা করিস্তু খঙজদবা মপূরোইবদুনা থম্মোই নিক্লা মমায় খুমজিন্দুনা চেক ইরগা পিথি অতুগা তৌবদি মপুক্লিঙদা ঈশ্বরবু নিঙশিংই।

জাতিধর্ম্ম তোঙাল্লবস্তু অয়াম্বা শরুক্লা ভারতীয় অফিসারশিংনা চেমসফোর্ডগী সদস্যনি। পঞ্জাব সিন্ধু, গুজরাট, মারাঠা দ্রাবিড়, উৎকল, বঙ্গ,—করিগুম্বা লৈবাক অমতা চিংথহৌদ্রে। অতুবু লৈরিবশিং অতুদা য়েংলবদি পঞ্জাবীশিংনা অথোইবনি। থোইদোক্লা শিখ। মখোয়না নুংথিন্দা লাক্লগা টেনিস সেট অহুম শানৈ, সন্ধ্যাদা রাবার

ব্রিজ মঙা। হুইস্কি পেগ অহুম অমস্থং কোর্স মরিগী মুমিদাংগী চরা চারগা ময়ূমদা হনবা মতমদদি, মহুগী মমাঙদনা ইংরেজী ক্যালেণ্ডারগী তারিখ ওক্টোক্লম্রে। মখোয়গী য়ুমলৈমশিংস্থ তুংদা শোখনা লৈহৌবা মীতা নত্তে। ক্লবতা পঞ্জাবী মতৈ মনাও উরবদি সহধর্ম্মিণী হায়বা রাহৈ আসগী অর্থ খঙবদা রাদে।

মরুপশিংগী ক্লবনা শহরগী অতোপ্পা চিদাই অমদনি। মসিগী শেনখায়দি য়ামদে, মেম্বর মশীংস্থ য়ামদে। বাঙ্গালী, মাদ্রাজী, আসামী অমস্থং অতোপ্পা প্রদেশক মাস্থ য়াওরি। মসিস্থ নুপা অমস্থং নুপী অনিমক্কী অপূনবা ক্লবনি। নুপীশিংগী মনুঙদা অয়াম্বনা খৃষ্টিয় সমাজগীনি।

ক্লবকী খাতাদা ওইনিঙবা ওইরবস্থ ইমুংদদি নুপীমচাশিংগী মশীংনা য়াম্বোই তৌই। আনা তরামঙাগী কুমারা ওইনা তৌই। মশাগী কুচু মুই, খুজিল ঙাংই, খজাইগা মচুনা ইরং লংই। হায়ত্না কাম্নদে অকোনবগী অনিসিদি ভগবান-না পীরকপা নত্তে। মসিগী মরুমদা বিলাতী কোম্পাণীগী খুংশেম য়াওরি। অঙকপা ফি-রোল, অমুকস্থ হেন্না ঙকপা ফিজেৎ। নুপী অমনা গুলাপী মচুগী পেটিকোট অমগা মথক্তা কাংখনগী শাড়ি অমা শেংলি, মত্তদা সাটিগী মপাল হাপ্নি। অত্নগা অমগীনা লেস্ য়াওব ব্লাউজদা লংনা অস্থক্কা মতিক কুংনা লোনখ্রে মত্তুদি, মদোমদা মিৎ হেক য়েংলুবদা না'সি ঙাংশং ঙাংই।

অয়াম্বনা চহী কুন্থ্রাগী মথক্তি। কনাগী মশাদনা ইউক্লিডকী অচুম্বা লৈই, কনাম্বগনা অঙ্ক শাস্ত্রগী ইলিপস্। ঐখোয়গী নুপীমচা-শিংগী ভূগোলদা নিথম কালেনগী মফম লৈতে।— অরাং মেরু, নত্রগনা খা কনানা মাষ্টারী তৌই, কনানা নর্স, কনা অমনা ষ্টেনোগ্রাফার।

ক্লবতা ব্যাডমিন্টন, কেরোম, পিং পং লৈ। অত্তুবু শান্নবদগী কেবনা হোল্ল অত্নগা রারী শানবদগী মখোগ থোক্তনা ঙাংবনা হেল্লি। চহী কুন্থামঙা শুরবী মপুং মরৈ ফারবী নুপী অমনা করিগুম্বা তেংবাং শো অমগীদমক টিকেট য়োম্নবা হোংনরম্মি। মহাক্কা রা-ঙাং শা-ঙাং

অমসুং মওং নতৌ য়েংলগা হন্না হন্না নিঙলম্মি, ইবেম্মা নহাক্নাদ শোয়দনা নিঙলমগনি, নহাক্কী চহীদি হৌজিক ফাওবা তল্লাতরুকতগী হেন্রি হায়না। তৌইগুম্বসুং অদোমদি নিঙবিরিবত্নুদগী চহী কুন হেন-থ্রবনি হায়বসে অদোমদা নিঙশিংজনিঙঙি।

খঙঙি, মখোয়গী মথক্তা শাউরুবগী কান্নবা লৈতে। ঈশ্বরনা মখোয়গী রুপ পীবিরমদে, লাইবক্না লল-থুমসু পীবিরমদে মখোয়গী মপা মপূ শাগে হৌরকফমগী মিংচত্তা লেমজনিঙঙাই নত্রে। চহী য়াম-শিল্লক্লে, নহা ওইবগী শরুক লোইশিল্লক্লে। মাইকৈ অদোমদগী থিজিন্দুনা য়েংলবদি অহল লমনশিংনা বর লেপ্পগী মতম হেনগ্রে। স্কুলদা ছাত্রী-শিংদা জিরাণ্ডিয়েল ইন্‌ফিনিটিভ্‌ চিনফা পুহনবদা থরায় হকচাং চোকথরবনি, অহিং মিশেন খাঙদুনা মরী মতা নত্তবা অনাববু থার্মো-মিটার অমসুং আইসব্যাগ পীবগী থবক্তা পুক্নিঙ পেল্লকত্রে অফিসতা "উইথ রেফারেন্স টু ইয়োর লেটর নম্বর" হায়বসি টাইপ তৌবদা পুন্সি কংশিল্লক্লে। নুংশিজরবা অমসুং মহাক্কী ওইজবা মীশিংগা লোয়-ননা ময়ুম মকৈ পান্দুনা লৈজনিঙবা হায়বসি নুপী ওইবীশিংগী ঈ-তোংদা মতম কুইনদগী চেল্লক্লবনি। য়ুম মচা অমা, নুংশিজবা মপূ-রোইবা অমা অমসুং মশা ফবা মচা অমা নি—রাখল অসি যুগ কয়া চুপ্পা মমাগী মফমদগী ফংলক্লবনি, মবেম্বোক্কী মফমদগী, জগৎকী অহানবা নুপী অদমগী নুপী ইভকী মফমদগী। রাখল অসি অচুম্বা ওইহনবা ঙমদ্রে, নিঙজবসু মহয় য়াদ্রে। থুংবা ঙমদ্রবা নিঙজবা কয়াগী মৈরাবু থম্মোইনুংদা পুত্থনা মহাক্না অরেম্বদা ঙাইরক্লি মতম অসুক কুইবসি। মহাক্কী মশাদা মতম অমদদি ফজবা শকওং য়াওরমদ্রবসু মশা ফবদি য়াওরম্মি। অত্তবু ঙসিদি মহাক্কী ফজবা মাঙগ্রে হৈনিঙবা পুম্নমক থাপ্না চেনগ্রে অত্তগা নুপীগী খ্বাইদপী অথোইবা ফিজেৎ ইকাইথীবা হায়বত্তু মাঙগ্রে। মমৈথংদা থাদোকখ্রবা থম্মোইগী মপাল নাইদ্রবা অরাববু কুপশিন্নবা থরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা মখল মখা কয়াথোক্না হোংনৈ। কনানা মহিলা সমিটি লিংখংলি, কনানা রেডিওদা রা ঙাংই অত্তগা

কনা অমনা মুমিং খুদিংগী পাউডার অমসুং লিপষ্টিক তৈত্তুনা ইকাইবা খঙদনা মুপাদা হৌরি।

ক্লবকী মুপা সদস্যশিংগী মরক্তা কলেজগী ছাত্র য়াওরি, সেক্রে-টারিয়েটকী থবক তৌবা য়াওরি, ইন্স্যোরেন্সকী মীওই য়াওরি, ডাক্তর য়াওরি। অয়াম্বনা নহানি। লুহোংলবা সদস্যশিংগী অয়াম্বা শরুক্তা খৃষ্টান অত্তুগা লুহোংদ্রিবা মেম্বরগী অয়াম্বনা হিন্দু। মরমত্তু তশেংলে।

নোংচুপকী শিক্ষা, সভ্যতা অমসুং রাখল ঈচেম্মা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা পুরক্লে অনৌবা মওং কয়া। মত্তুগী মহয়না খলহৈদবা অওনবা থোক্লক্লে ঐখোয়গী থবক্তা অমসুং রাখন্দা। ঐখোয়গী চাক-চা ফিজেৎ ওনখ্রে। ওনখ্রে রীতি, নীতি ধ্যান ধারনা। মতম অসুক কুইবাসি মুপীবু ঐখোয়না মুপাগী মরী মতা ওইনতা উরম্মি। মচাকপু ঐখোয়গী ইবেনধৌ, ইন্দোন, অরোক, ইনে, ইচে, ইতৈমা নত্রগা ইনাওমুপী। তৌইগুম্বসুং ইমা, ইচা, অমসুং ইচন নত্তবা মুপীগী অতোপ্পা অনৌবা পরিচয় অমা লৈরে, মত্তুগী মরীদা ঐখোয় হৌজিক্তি ভাব তারে। মত্তুগী মমিঙ মরুপ।

থরায় পানবশিংগী জগত্তা তৌবগুম্মা পুক্লিঙগী জগত্তসু অওনবা লৈ। মত্তুগী মহয়না অতোপ অতোপ্পা পোং পী নত্রগা নীতিগী মমলগী মরীদ ঐখোয়গী পুক্লিঙগী ভাবসু হোংই। মুপীগী মমন্দসু যুগ যুগতা মসিগা মান্নবা থোকই।

মতম অমদদি সমাজদা মমাগী মফমসি খ্বাইদগী অথোইবা ওইরম্মি। মতম অত্তুদা ইমুঙ মনুঙ শীল লাঙবদগী শাগৈ পরিচয় অমসুং উত্তরা-ধিকার পীবা ফাওবা মমাগী খুদোম্বীনা থিনবদা, মরী মতা থোক্লবা উত্তুনা। মতমগী মত্তুঙইম্না ম্যাট্রিয়ার্কেল ফেমিলী মাঙখ্রে রাজমাতা দগী রাজরাণীগী ইকাইখুম্নবনা হেল্লে। খ্বাইগী ইমুঙদসু হোলে। সংসারগী চুপ্পী পায়রিবীসি মমা নত্রে মৌ ওইরে। মুপাশিংনা মমাগী মতম্বাক থাদোক্তুনা মুপীগী মশদা মশাবু কখোকচরে।

হায়ত্তুনা কান্নদে, অসুম্মা খুৎশিন্নখিবসিদা মমাশি সি মুংঙাইরমদে।

রুনা কনাগুম্বনা অধিকার ওাক্লবগীদমক লাল তৌনবা তারম্মি। করিম্ব কান্নদে। মখোয়না মায়থীব ফংই। অহোইনদুম মমৌ খংনগনবী মনেম হায়দুনা মমিং চংলি লিলাদা, উপন্যাসতা মখোয়বু নিন্দা তৌই। বুদ্ধি লৈবশিং অত্তুনা মতমগী খোংলৈ মতুং ইন্না জগোই শাই, ওল্লক্লিবা নিয়মদু য়াই। তুমিন্না,—অদুবু হরাওনদি নত্তে। জগৎকী শাউনিঙলবা মমা শাগে পুন্নমক্কা ফোংদোক্তনা রাফম অসি ওসিস্ম মৌনা পানবা য়ুমশিংগী বিরুদ্ধদা হায়রি। য়ুরোপ অমসুং অমেরিকাগী সমাজদা নুপীনা য়ুম্বুরেম্বী ওইবসি মপুংফানা য়ানরে লুহোংলবা মতুঙদা মচাগী সংসারদা মমাগী মফম লৈত্রে, করিগুম্বা লৈরবস্ত্র মতম অদু পনবদা মতিক চাদ্রে! সংস্কৃত ব্যাকরণগী মাঙখিবা অকারগী খুদমগী মতৌ-গুম্নদি লৈ, থোইনদি মরু ওইদ্রে।

অত্তুগা নুপী হায়রগা মতম অত্তুদা খন্নরম্মি মচাবু গর্ভদা পুবী নত্রগা য়ুমগী মবেম্মা হায়নতা, অত্তুগুম্বা মতম অদুস্ত্র হৌথ্রে। নুপীগী মশাদা ওইহন্নিঙঙি জ্ঞান তাবী মরুপ নুংশিরবী শিষ্যা কে-মৌবা হৈবী। অদুবু মী অমগী মশাদা অশক য়াম্না খল্লুগদি কালিদাসকী কাব্যতদা ফজবা ফংগনি, মিৎনা উবা মফমদদি নত্রে।

হৌজিক্কী যুগকী নুপাশিংদি ইমুঙদা লৈবদগী মপান থোকপনা য়াম্মি। মহাক্তি পু তরাদগী মঙা ফাওবা অফিসতা কারখানাদা শূই, চংলি, শেয়ার মার্কেট্টা কোয়। মত্তুদগী টেনিস, পোথাবা নত্রগা মিটিং। নুংদাংদা ক্লব নত্রগা সিনেমা। মসিগী মরক্তা য়ুমগী মফম লৈতে, য়ুম-লৈমগীস্থ কান্নবা লৈতে। মমাঙঙৈদদি মাগী তালোয়গা লোয়ননা ধর্ম্মগী থবক তৌরম্মি। যাগ-যজ্ঞ, ব্রত-পার্বণদা লোয়নবীগী মথৌ লৈরম্মি। তৌইগুম্বসুং ধর্ম্ম হায়বসি হৌজিক্তি ইলেকশনগী ভোট খোম্বা নত্তনা ভারতবর্ষ অপুম্বদা করিগুম্বা আচৌবা থবক অমদা শিজিন-নত্রে। মরম অদুনা যুগ অসিদদি সহধর্ম্মিনীদগী সহকর্ম্মিনীনা হেন্না মরু ওইরক্লে।

নুপাগী পুন্সিদা হৌজিক্তি য়ুম অমসুং য়ুম-লৈমগী কান্নবসি

খজিক্তনি। মহাক্কী চাকমগীদমক লৈরে রেস্তোরা, তুমফমগীদমক হোটেল, অনাবা য়েংনবগীদমক হোসপিতাল অমসুং নর্স। মচা মপু য়োক-থারুবগীদমক অমসুং শিক্ষাগীদমক মুপীশিংগী থাদোকপা য়াদবা মখো ওইরম্বদু বোর্ডিং স্কুল অমসুং চিলড্রেনস্ হোম লৈরকপদগী মতুমসু লোইরে। অতুনা মুপীগী প্রভাবসি অসুম অসুম হস্থরকপনা লোয়ন বীদা তারমই। মহাক্তি মো ওইবদগীদি মরুপ ওইবনা হেল্লে। মহাক মপুসু নত্তে, চায়োকপীসু নত্রে,—মহাক লোয়নবী ওইরে!

মুপীগী মাইকৈদসু মপূরোইবগী মরীসি হৌজিক্তি মমাঙগৈগী মতৌগুম্না চেংশিন্দ্রে। মতম অমদদি মপূরোইবগী দরকার ওইরম্মি মরম্ম ওইনা ফিজেৎ থোনবা, য়োকপিবা অমসুং ভাকপিনবগীদমক। অতুবু যুগ অসিগী মুপীশিংদি মপূরোইবতদা তাংজবী ওইদ্রে। মখোয়সু দরকার ওইরবদি অফিসতা থবক তৌরে শেল লুররুবা। অতুনা মপূরোইবগী মমনসি হৌজিক্তি মরুম্ম ওইনা য়োকপিবগী মৎং নত্রে, মরুপকী মওংনি।

ভারতবর্ষদসু অনৌবা রাখল ঈচেলগী ঈথক অসিদগী নাথৈতুনা লৈবা ঙমদ্রে। ঈথক লাক্তুন য়ৈররে সমাজগী তোর্ব্বান্দা। ঐখোয়গীসু ইমুঙসি অসুম অসুম পিকশিল্লক্লে, মরী মতাগী মরীসি কোমথোরক্লে। খুঙ্গংগী সভ্যতাগী খুমফম কায়থ্রে, কলকারখানা কেন্দ্র ওইতুনা সহর মচা অচৌবা তপ্না তপ্না শন্দোরক্লে। মতুগা লোয়ননা অনৌবা সভ্যতা অনৌবা মিংয়েং, অনৌবা পুন্সি ধর্ম্ম থোরকপা শোয়দবনি।

লৈবাক অসিদসু মুপাগী পুন্সিদা অমুক লৈতেংলরে সখীনা; মুপীগী পুন্সিদনা সখা। মসিগী অফ-ফত্ত য়েংনবা য়াই, পুক্নিঙ চংনা থাগী চে-ফোঙদা প্রবন্ধ ইবা য়াই। অতুগা মসিবু হন্দোকপদি ঙম্মরোই।

মুপী মুপাগী পুন্সিদা সখা সখীগী য়াম্ম চৎনরক্লিবসিগী দরকারগী মরীদা ঐখোয়গী সমাজগী হিনাউ শাবিরিবশিংনা থৌশাদবসু নত্তে। তৌইগুম্বসুং মপূরোইববু অথোইবা গুরু অতুগা মুপীবু সেবীকা ওইহন্দুনা

লৈরিবা মতে মনাও অত্থুনা সথী ওইবগী মতৌ অত্থু থম্মা ওন্নক্কে। ট্রাস্সফারড এপিথেটকী মতৌওন্না মুপাগী মফমদা ইতৈমা অত্থুগা মুপীগী মফমদনা মনাওমুপাগী মথক্তা তারয়ে। পৃথিবী'সিদা মসিদগী হেন্না মুংশিবা মরী অমা লৈ হায়বসি ঐদি খঙদে।

সীতাগী মরুপ লক্ষ্মণ লৈরম্মি, মহাক নত্তবা মরুপ অমতা দরকার ওইরমদে। অহল ওইরবস্থু ঋষি বাল্মীকিন রাফম অসি খঙলম্মি। পঞ্চালীগী মপূরোইবা মঙা লৈত্থুনস্থু মনাও মুপা অমা হাংপদুদি মেনখৎপা ঙমদে। মরম অত্থুনা বেদব্যাসনা পুরকপা তাখি,—শ্রীকৃষ্ণ! মহাক দ্রৌপদীগী সথানি,—খুদোংথীরবদা ঙাকপিবা, মুংঙাইরবদা নিঙশিংনিঙঙাই ওইবা।

যুগ অসিগী পুন্সি খোঙচৎকী ইকাইখুম্নবসি মথল য়ামগ্রে অমস্থুং খরচ তৌরা ওম্বগী মথা পোল্লে। লুপা চনি ফংবা মী অত্থুগী মফমদা মাগী তালোইবু মনাক্তা থম্বসি লুরবনি, মতৈমদি লায়রব্রহুনা। মুপীশিংস্থু খঙ্জি, কাগোক হাংবগী লুপা অমস্থুং স্না পরেং য়াওব্রবদি অয়াম্বনা বর ফংলোই, মনাওমুপাদি কোম্নগী ব্রানি। অত্থুনা হৌজিক্কী মুপীশিংন থরায় হকচাং য়াওনা য়ানরে মত্থুদি, আশা য়াম্না তৌরুবগী কান্নবা লৈতে। তাঞ্জবা য়াবা থম্মোইগী মরুপ অমবু ফংলবদি লাই-বক ফবনি। হৌজিক্কী মুপানস্থু বুদ্ধি তৌগ্রনা মুন্না খঙলে মত্থুদি য়ামনা পামশিন্নুরগী কান্নবা লৈতে, মত্থুগী মহুত্তা পাম্মি মুপী মরুপ অমতং। মুংশিরবী মুপী মরুপ।

তৌইওম্বস্থুং অয়াম্বা হিন্দু ইমুঙদা মরী থোক্লদবা মুপী মুপাগী মরুপ ওইবগ্রী লম্বাসি পূমহাং হাংদোকপা নত্রি। অয়াম্বা মুসলমান ইমুঙগ্রস্থু তৌদ্রি। মফম অত্থুদদি মরুপকী ভাব অসি সুকয়া য়াদে। মফম অত্থুদদি মুপাগী পুক্লিদা মরীমতা নত্তবা ইহান হান্না মনাক নক-লুবা মুপীদু, মশাগী তালোয়্নি। অত্থুনা ক্লবতা, পার্টিদা বিলাত্ত হল্লকপা অমস্থুং অটোবা ড্রিংক ক্লমদা নহাগী দল লাক্লিবনি। কনাবু

কোই ললিতাদি, কনাবু অমুক হায় বীণাবউদি, কনা অমবু অমুক মিংথোলগী মমাঙদা 'মিস্' নত্রগা 'মিসেস' হাপ্তনা কোই— মিস্ গুপ্ত, মিস্ আয়েঙ্গার মত্রগা মিসেস্ সোনেরা জাহীর।

---

## ৯

মার্চকী তাং কুন্থ,দা সন্ধ্যাদা ফিরোজ শাহ কোটলাদা থাবল পিকনিক্কী শীল-লাওলিবী অদু আইডিয়েল হোস্টেসনি হায়রুনা নয়াদিল্লীগী সোসাইটিদা মমিঙ চৎলি। চগুদু য়েংবদা ফজে, হৈ-শিংই অমসুং রা ঙাংবদা সুংশি। মরুপ মপাঙ পূনবদা সুংঙাইবা ফংবা অমসুং নুংঙাইবা পীবদা মহাক্কী অথোইবা পাঙ্গল লৈ।

ফিরোজশাহ কোটলা দিল্লিগী মঙাশুবা শহরগী কায়থিবা লেমহৌবনি। ভারতকী অরোইবা হিন্দু নিংথৌরেল পৃথ্বিরাজগী মতমদা দিল্লী নগরী লৈরম্মি হৌজিক্কী কুতুবকী মনাক্তা লৈবা মেহরৌলীদা। মমাঙঙৈগী ইতিহাসকী শরুক খরদা মতম খরগী মমাঙদা কোনুং অসিগী নগর চেকপল মন্থুঙ চল্লম্বদগী শরুক খরা অমুক হন্দোক্লম্মি। মীনা হায়নবদি অসিনি মতুদি, মহাক্কী সুংশিজরবী মচানুপীগী যমুনা য়েংনিঙবগী খৌরাংবদু কোক্লবা পৃথ্বিরাজমক্লা শারম্বনি কুতুব মিনারসি। সুমিৎ খুদিংগী নুংথিন্দা লাইখুরুম্বা লোইরগা মজাইবেম্মনা কাখৎলি মতুংগী মতোন্দা, য়েংথরকই অরাপ্পা যমুনাগী ঈচেল। অদুবু ঐতিহাসিকশিংনা রারী অসি থাজদে মখোয়গী মত্তি, পাঠান সম্রাট কুতুবুদ্দিন আইবেকনা শাবা হৌগংলম্বা অদুগা আলতামসনা লোইশিল্লম্বা পৃথিবীগী খ্বাইদগী রাংবা বিজয় স্মৃতি মিনার অসিনি।

অনিশুবা দিল্লী শহর শেমগংলম্মি সুলতান আলাউদ্দিন খিলি-

জীনা। মহাক্কা পাল্লিদৌদা লাকওমদ্রবা মুঘল দস্যুদলনা ভারতবর্ষদা আক্রমণ তৌরম্মি, মীহাৎ মীপুন অমসুং লুট তৌদুনা শহর মচা অচৌবা কয়া থুগাইগ্রগা দি দা চণ্ডলকই। দিল্লীগী লৈতেম মাঙ্গরবা লৈমায়দা মথোয়বু থিংবা অরায়বা নত্তে সম্রাট চেনখিরম্মি কুতুবতা। মুঘল-শিংনা দিল্লীগী মনাক্তা লৈবা লমশিং লৌশিল্লগা আমীর ওমরাহশিংগী লন-থুম লুট তৌরম্মি অমসুং মীচম লৌউবশিংগী মহয় মরোংগী লবুক মাঙহল্লম্মি। মমৈথংদা দিল্লীগী খাওঙমদ্রবা কালেনগী মৈশাদা চোক-থরদুনা অমসুং নাৱল্লতুনা দস্যুদল দিল্লী থাদোকখ্রে। দস্যুদলনা অমুক আক্রমণ তৌরকপদা থিংনবা হায়দুনা আলাউদ্দিননা শারম্মি কল্লবা চেকপম্না কোয়শিনবা অনৌবা নগরী, মমিঙ থোল্লম্মি সিরি। শহর অসিদা সুলতাননা শারম্মি মশাগীদমক চাউরবা কোন্নুং অমা, মতুগী যুম্বী মশীংদি ,চামনি। ঙসিদি কোন্নুং অ গী খুদম ফাওবা লৈত্রে।

আলাউদ্দিন খিলিজীসি লান্দা মপা লৈতনা থোনা ফবা লাম্মী ওইরম্মি। লৈবাক জয় তৌবগী নেশা মহাক্কী ঈদা চেল্লম্মি। মহাক্কা রাজপুতশিংবু মায়থীবা পীদুনা চিতোর লৌশিল্লম্মি। দক্ষিণাত্যদা অহানবা মুস্লিম অধিকার লিংখৎলম্বসু মহাক্কি। অদুগুম্বা লানঙম্বগী লেমজবতু মতমকুইনা নিঙশিংনবগীদমক শাবা হৌরম্মি অনিগুবা কুতুব। অহানবা কুতুবকী মনাকমক্তদা। অহানবা কুতুবতগী মসিগী মওংনা শরুক অনি ওইহনগনি,—রাখল অসিনি সুলতানগী পুক্নিঙদা নিঙজবা। অদুবু হৌগৎলম্বা থবক অসি লোইশিন্নবগী পুন্সিগী মতাঙ অদু মঙোন্দা লৈখিদ্রে। তত্থায় চনশিল্লবা অনৌবা থৌরাংগী কুতুবকী খুদম অসি ঙসিসু অয়েংবা মী কয়াদা অঙকপা পোকহল্লি। হৌজিক সিরিগী নিঙশিংবা হায়ববু থাইনগী ইতিহাস থিজিন খোংচিনবা অদুগা চাউ-রবা নগর অদুগী শরুক খরদং অকাই অতোই মরক্তা লৈরিবা অসি-মঙায়রে।

ফিরোজবাদ শেমগৎলম্বনা সুলতান ফিরোজশাহ তোগলকনি। নিংথৌ অসিগী মমিঙদা কোন্নুং অ সগী মরী মখোঙ মুস্লিমনা পাল্লি-

থৌনী ইতিহাস অভকপা নত্তে। তরামহিন্তুবা শতাব্দীগী ভারতকী মুস্লিম নিংথৌশিংগী মরক্তা ফিরোজশাহ তোগলক খ্বাইদগী অথোই-বনি। শ্যাংলবা হৃচী ৩৭ চুপ্পা মহাক্না মতিক মঙাল লৈনা নিংথৌগী রায়েন চৈরাক তৌরম্মি। দিল্লীগী মুস্লিম বাদশাহশিংগী মরক্তা আও-রঙ্গজেব নত্তনা অতৈ পূর্ণমক্তগী চহী য়াম্না পানখিবসি মহাক্তনি। মহম্মদ তোগলক্না শিরবা তুংদা সিংহাসনদা কায়ক্লিবা মহাক অদুগী চহী মতম অশুমক্তদা হুম্ফুদগী হেন্নে।

ইতিহাসতা মহম্মদ বিন্ তোগলককী মিংসি পুকচেল লেপ্তবা অমসুং রাখল থেনবা নিংথৌগী খুদম ওইনা মিংচং খী। অদুবু রাফম অসি-মদি য়াদবা য়ারোই মদুদি, মহাক্কী লমচঙা নিংথৌগী মতিকচাবা অফবা গুণশিংগীসু তুংনফন ওইখি। মহম্মদ লোল য়াম্না খঙ্জি, কবিনি, অঙ্ক হৈ অমসুং হৈ-শিংবা লাইয়েকপা ওইরম্মি। থৌনা লৈবা লাম্মী, থৌজাল হৈবা মীনি হায়নসু অফবা মিংচং লৈ। অমুকসু তমথীবগীদমক নিন্দাগীসু রাক্তে। ফাওরবা আরবী লম কোয়বা ইবন্ বতুতাগী মশাগী চরিত্রদা সম্রাট মহম্মদকী তেন্দি তেনবা অদুগা মতিক চানা বর্ণনা তৌবা অমা য়াওরি।

"দান তৌবা অমসুং হাংপা থবক অনি অসিদা নিংথৌ মহম্মদকা চাংদমবা য়াবা অনিশুবা মীওই লৈতে। মহাক্না চৎলিবা লম্বী অদুদা কমাগুম্বা য়াম্না লাইরবা অমা লৈরম্বদা মহাক্না ইনাক খুলহল্লম্মি, কনা-গুম্বা মী অমা নত্রগা অমসু হাত্তোক্লম্মি মহাক্কী মী-মুংশি খঙবা অমসুং মুংশিহৈতবগী রারী চাম-চামা মীগী মচীন্দা ওাংনৈ।"

ইবন্ বতুতা মশামক মহম্মদকী মখাদা চহী কয়ামুক দিল্লীগী কাজী হায়বদি অথোইবা বিচারক ওইনা লৈরম্মি।

মহম্মদকী অনৌবা মঙাল থোরক্কবা বুদ্ধি লৈরম্মি. তৌইগুমসুং সাধারণ কাওজ্ঞানদি রাৎলি। হীরম কয়াদা চাং য়েংনিঙবগী মহাক্কী পামজবা লৈরম্মি অয়াম্না শরুক্না চাংয়েংবদা মাঙনবগী মশক ওইরবা লাল থোকখি। অরাং ভারতগী খা ভারত্তা কোপুং হোংবা, দিল্লী

অমস্থং দৌলতাবাদকী মরক্তা কোম্নুংগী অখিবাসী পুম্নমক চংথিবা অমস্থং হল্লকপা, লুপাগী শেল মহুত্তা কোরিগী শেল চংহনবা, চীন জয়গী শেম-শাবা অসিনচিংবা মহম্মদকী পূম্মাঙ মাঙনবগী থৌশিলগী রারী কয়ামরুম স্কুলদা তম্নবা ইতিহাসতগী অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঐখোয়না তম্নক্লে।

পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা মহম্মদ মশানা লাম্মী তেঙ্গোল পুতুনা হৌজিক্কী করাচীগী মনাক্তা থাট্রাদা লানবন অমা কোয়শিল্লম্মী। নোংমদি মফম অতুদা ঙাফাবা অমনা সিন্ধু তুরেন্দা খঙহৌদনা অঙকপা ঙা অমা ফারম্মী। ঙা অসি নিংথৌগী মমাঙদা পুরক্লে। মশক স্নকখঙ খঙদবা মওংগী ঙা অসি চাবদা হাউরমগদ্রা হায়বসিগী চাং য়ে নিঙবগী ঈরাং অমা মহম্মদতা ফাওরক্লে। অঙম অথৌশিংগী হায়জবা অথিংবা পূম্নমক লৌদনা সম্রাটনা চারম্মী। হন্দক্কী মপোক অসিদদি মতুনা মহাক্কী অরোইবা চা য়ে নি নুমিং অতুমক্তদা মহাক্কী পুন্সি পন্দোল লোমখ্রে।

মহম্মদকী প্রতিভা লৈরম্মী। মতম অতুদা আলাউদ্দিন খিলিজীগী কোন্নুং শিরি অমস্থং লিরবা মেহরৌলীগী মরক্তা দিল্লীগী মরল মথুম লৈবা মীওইশিংগী ফুরা দলাল অমস্থং নুংঙাইফম লম্পাক কয়ামরুম তপ্না তপ্না শেমগংনরকখি। অতুবু মতিকচানা ঙাক শেনবগী থৌরাং রাৎপদগী মুঘল দস্যুদলনা লান্দারকপদা মখোয়শিং অত নাম্থোকপা ঙমলমদে। মহম্মদনা মহাক মশাগী কোম্নুং শেল্লম্মী মফম অতুদা থুগাইবা ঙমদ্রবা চেকপম্না কোইশিল্লম্মী শিরিদগী মেহরৌলী ফওবা। অনৌবা শহর অশিগী মমিঙ 'জাহ নপন্না'—বাংলা লোন্দা হায়রগা জগৎকী চঙজফম। কোম্নুংগা তাইননা অচৌবা পাং তৌরম্মী থক্লবা ঈশিংগীদমক কুতুবতগী থাপ্পনা হৌজিক্কা খিরকী হায়বা থুন অসিদা ঙসিস্থু উরি চেকপল অসিগী নিঙখায়খিবা শরুক খরা। মসিদা পাত্তা ঈশিং চঙহল্লক্লবগী থৌরাংগী খুদমতু লৈরি।

হৌজিক্কী কুতুব রোডকী মনাক্তা সরকারগী থায়নগী ইতিহাস

থিজিন খোংচিনবগী বিভাগনা তৌথোক্তুনা য়েংবদা ফংলে মহম্মদকী ইরুক্সফম, মহাক্কী রাগী লৈফম অমসুং ফাওরবা মঞ্চ, মতুদা ফম্লগা মুমিৎ থুদিংগী মহাক্না মহাক্কী লাম্মী তেঙ্গোলগী কাওয়াক্স য়েংলম্মী। আলউদ্দিনগী য়ুম্বী চামগী য়ুমগুম্না মহাক্কী চাওরবা য়ুম অমা শারম্মী, মতুগী থুদম খরা খরা ঙসিসু লাৎতরুবা অয়েংবাশিংবু ঙকহল্লি।

মহম্মদনা শিরবা তুংদা ফিরোজশাহ তোগলকনা সম্রাট ওইরম্মী। মহাক মহম্মদকী মরী মতানি অতুগীদমক্তা লাম্মী মকোকসু ওইরম্মী সিন্ধুদগী খোঙমী লাম্মা পুহনা মহাক দিল্লীদা হল্লক্নম্মী। লৈবাক্কী শেমগৎ শাগৎপদা থুনমক পুক্নিং চঙলম্মী! অয়াম্বনা খঙনরমদবা য়াম মতুদি, ফিরোজশাহমকসি ভারতকী ইহান হানবা নিংথৌরোন্নি, মহাক্কী মথাদা হিন্দু অমসুং মুসলমানগী ঈসি অমত্তা ওইনা তিন্নখিবা। মহাক্কী মমাইবেম্মতু রাজপুত নিঙোন্নি।

তোঙানবা ধর্ম্ম অনিগী তিন্নবগী মমি মহাক্কী চরিত্রদা থোইদোক্না তাবা উই। লাইরিক হৈবা অমসুং ধর্ম্মদা মাই ওনশিনবনি হায়না মমিঙ চৎলি অতুগা প্রজাগী য়াইফনবগীদমক মথম্মোয়দা নিজরম্মী। হৌজিক্কী রেস্টার্ন যমুনা ক্যানেল হায়না ফাওরিবা খোং অসি মহাকমক্না তোরম্বী। কর্ন্নালাগী মনাক্তা লৈবা যমুনাগী ঈচেল মরুদগী লোঙথোরক্তুনা মশা অমা দিল্লীদা চঙলকই, অতোপ্পা মশা অমনা হিসাদা চঙখি। ফিরোজশাহগী মতমদা খোং অসিগী অকোইবতু পাক চাউরম্মী। সম্রাট শাহজাহানগী য়াথং মতুং ইন্না নতম অতুগী লৈবাক্কীদমক পুথ্রিনচিংবা তৌবা বিভাগকী মকোক ওইরিবা আলী মর্দান খাঁনা খোং অসি অমুক শেমজিনখি। মফম অসিদা পনবদা মতিক চাই মতুদি সম্রাট শাজাহানগী ঈদসু হিন্দুগী প্রভাব লৈরম্মী মহাক্না মমাইবেম্মা যোধপুরী বেগমসু রাজপুত নিঙোলনি। আহম্মদশাহ আব্দালীনা দিল্লীদা লান্দারকপা মতমদা খোং অসি অনিরকশুবা ওইনা মাঙহল্লমই মতুংগী যুগতা ইংরেজ শাসকশিংগী হোৎনবনা অমুক শেমগৎলকখি।

ফুড়া শাবদা ফিরোজ শাহস্থ থরায় য়াম্না য়াওজৈ। হীরম অসোমদস্থ সম্রাট সাজাহানগী চরিত্রগা মগাক্কা চূনৈ। কুতুব মিনারগী খ্বাইদগী ৱাংবা মথোল অনি নুংঙৌনা শারম্বদু ফিরোজ শাহগী মিংচংনি। য়ুহারাবদা কুতুবকী অতেক-অকায় থোকপদুস্থ মহাহাক্কা শেমজিল্লম্মি। দিল্লীগী হিন্দুশিংগীস্থ হাসপাতালগা নপ্পনা 'রীজ' দা হৌজিক ফাওবা মহাক্কা শারম্বা শাদান শঙগী অকায়বা মচেৎ লৈরি।

সিরি বিজয়মণ্ডল অমস্থং কুতুবতা শহর অহুম লৈরবস্থ ফিরোজশাহনা যমুনাগী মপান্দা অনৌবা শহর অমগী য়ুমফম অমুক থোল্লম্মি। যমুনামক্তদা শারম্মি রাজপুরী ফিরোজ শাহ-কোটলা ঙসিস্থ সনথোঙ হেক লানশিল্লগা ওইরোমদা য়েংথোকখিবদা উরি পাক শম্না তিংথৌনা কুপ্লবা লম্পাক। মতম অমদা মফম অসিদা লৈরম্মি ফিরোজ শাহগী দরবার শঙ। ঙসি ঐথোয়গী পার্টিগী সভা মফম অসিদা ফম্লম্মি।

দলদু অপিকপা নত্তে। অঙাং-নুবী য়াওরগা চাউরাক্লা মী তরানিথোইরোমনি। তোইগুম্বস্থং লুচিংবীদুনা পুরক্লিবা চান-থরুবদুনা লৈরিবা মীশিং অদুগী শরুক অনি ওইরবস্থ ইরায় লায়না কোম্নগনি। পিকনিকতা খ্বাইদগী থরায় য়াওবসি মিষ্টার খোশ্‌লানি। য়াম্না মশক খঙনবা মীনি। থোইদোক্লা চম্নুশিংগী মফমদা। চম্নুশিংনা মেলা তৌই, থোঙদা কনা শঙই? মিষ্টার খোশলা। মহিলা সমিতিনা দামোদর ঈচাওগী মতেঙগীদমক শেল থায়। নুপীশিংগা লোয়ননা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙদা কোয়দুনা কনা-না চাঁদা থায়? মিষ্টার খোশ্‌লা চাঁদনী চক্‌তগী মিসেস মুখর্জীগী শামদু লৈদুনা পুবিরকই, মিসেস স্বামীনাথনগীদমক দোকান মঙা কোয়দুনা পণ্ডস্ ক্রীম থিরকই। পূম্নমক মিষ্টার খোশ্‌লানা। নয়াদিল্লীদা নুপী লৈদ্রি লৈ অদুম ওইনমক মিষ্টার খোশ্‌লা য়াওদবা অদুগুম্বা সভা, সমিতি, পার্টি, পিক্‌নিক্ কমা'মতা থেংনরোই।

সাধারণ পঞ্জাবীগা চাংদম্নবদা নুপা'সিগী মায়থোংসি য়াম্নস্থ কোয়দে য়াম্নস্থ শাংদে। কোক্কী শমদু ব্যাকব্রাশ তৌবনি। ৱাঙাংদ্রিঙৈগী সিনেমাদা অভিনেতা ডগলাস ফেয়ার ব্যাঙ্কসকী মতৌ তমদুনা শাংলবা

চুবাগী শম্না খজ ইগী ময়ায় ফাওবা তারক্লি। কোইখাকস্থু হিটলারগী মতৌনি। ফিজেৎনা রাউ-থাংনবা মচুগী কর্ডরয়েগী খোঙগ্রাও, খুজেং-লোমদা খুজিনবা। খোঙগ্রাওগী তুংদা হিপ-পকেট। মতুদা য়েক-খোংলবা ফজরবা লুপাগী সিগারেট কেস্. মনুংদা চাওরাক্লা চুরুট য়াঙ্খৈরোম হাপ্পা য়াবা। মশাদা গ্যাবাডিনগী কোট। শাংতক তৌবা মখাগী পোকেট অনিদু ঈদকী থাজগী মওংদা ককই। মুগাগী সার্ট। ইরং লংবা অঙাংবা টাই, মতুদা অশংবা মচুগী উনা রানাগী ছাপা নম্মি। মকোক্তা অশংবা ফেটকী টুপি. মখারোমদা চিংথরপ তৌনা। মখোঙদা করিগুম্বদা ক-িনেসন খোঙউপ, করিগুম্বদনা বাক-লস্ ফাবা সুয়েডেরগী খোঙউপ। মুংথিন্দা মমিগ্না অঙৌবা অচৌবা ফ্রেম চনবা সন গ্লাস অমা। মুংশা শারবস্থু শাদ্রবস্থু। মুপীশিংগী খুদাংদা খুদাংঘড়ীগী মতৌগুম মিষ্টার খোশ্লাগী গগলস্থু দরকারগী মতুঙইন্না নত্তে, ফজবগীদমক্লি।

মিষ্টার খোশ্লাগী মশাগী শিনফম করিনো হায়বসিদা খেন্নবা মত কয়ামরুম লৈ। কনাগুম্বনা হায় মহাক ঠিকাদারনি, কনানা হায় মহাক এরোপ্লেন কোম্পাণী অনি অহুমগী এজেণ্টনি, অদুগা কনা অমনা অমুক অস্থুন্না হায় মদু ইংরেজীদা হায়বা তারগনা,—সেফ্ লোফার। মহাক মশাগী কার্ডকী মমৈদা রাহৈ অমখক্তং ই মতুনা নলিনীরঞ্জন সরকার-দগী হৌরতুনা বাবুগঞ্জগী কৈথেল মচাদা ফি য়োনবা পতিপাবন সাহা ফাওবা থঙনবা য়াবা। মার্চেণ্ট। অতুবু মহাক্কী শিনফমতু ওইনিঙবস্থু ওইজসনু, চিনবদি তোক্তে। রারবা পেট্রোল রেশনিংগী মতম অসিদস্থু মুমিংচুপ্পা উই মহাক্লা মাগী মচানুগী অস্টিন পুতুনা য়াম্না চিন্না শহরগী চিদাই অমদগী অমা ফাওবা কোয়চং চংলি। লম্বীদা কনাগুম্বা খঙ নবমী উন্নরগা মিনিট অমতং রা ঙাংনরগা হায়রম্মি, "ফরে মরুপ, হৌজিক্তি য়াম্না চিন্নে। অমুক উন্নসি, শ্যাল সি ইউ এগেন।"

পিকনিকতা খোশ্লা য়াম্না হৈনিঙনা মুপীশিংগী চান থক্লবা য়েল্লি। স্তুঙ্ইচকী প্লেট পুতুনা চেনবদা নাম্থদে হায়বদা থাকই। সন্দেশকী

পুখম পুত্থনা কোয়লাও লাওণ্ডি, কনাগুম্বা মহিলাদা "প্লিজ", কনাগুম্বা মহিলাদনা "ফর মাইসেক্ হায়ত্থনা প্রেস্ত্রী অনিদং হেন্না পীজে। লৈশাবী অমনা কনাগুম্বী অমদা ঈশিং খজিক্তং পাম্মি হায়রম্মি। মনাক্তা চৎলম্মি মিষ্টার খোশ্‌লাস্থ। মহাক্কী নাকোং ময়াদা চৎপদা' ঈশিং, ঈশিং, মিস্ উপাধ্যায়গী ঈশিং হায়ত্থনা অসুক্কী মতিক ণাওনা ঈশিং খিবা চেল্লকই মত্থদি, অসুমনা খল্লি, করিগুম্বা মফমদস্থ ঈশিং ফংত্রবদি ভদ্রী-রথকী মতৌগুম্না গঙ্গা পুরক্লবগীদমক মহাক কৈলাসনা চেনখিগনি।

শ্রীমতি সুবা রাওনা হৌদোরকই মাইকৈ মরি কোয়ত্থনা য়েংনবা। য়েংউবশিংগী মনুংদা ফিরোজশাহনা শারম্বা মসজিদ অমনি। সুল-তাননা অওম অথৌ পুংনা জুম্মাগী থুমিত্তা মফম অসিদা লাইথুক্লম্বা লাকই। অসুম্না খনবদা অরানবা ওইরোই মত্থদি, মতম অত্থদা মসজিদ অসিগী মমল য়াম্লম্মি, ওসিদি মহাক্কী অকায় অতোয়গী ফিবম অসি উবদা মহাক্কী হৌখিবা ফজবশিংত্থ খণ্ডনবগী পাম্বৈ লৈত্রবস্থ। অত্থবু মহাক্কী শারিবা মশাত্থদি য়েংবদা মতিক চায়। ইংরেজীদা মসিবু হায়নৈ প্রোপোরশন,—ফিরোজশাহ কোটলাগী মসজিদ অমসুং অতোপ অতোপ্পা ফুড়া নিঙখায়খিবগী লেমহৌরিবত্থ থোইদোক্লা হৌজিক্কী মাল্লি।

ফিরোজশাহগী মতমদা খ্বাইদগী ইহান হানবা ভারতকী ওইনা হিন্দু অমসুং মুস্লিম অনিগী সিনথেসিস পোকখি। মুস্লিম যুগকী মমাংদা অরাং ভারতকী হিন্দুনা পাল্লম্বসি ইতোপ তোপ্পা মওংগীনি। য়াম্না লিরবা হিন্দু মন্দিরদা হৌজিক ফাওবা মত্থগী খুদম লৈরি। হৌজিক-মক জৈন খুভমগী মিংদা খণ্ডনরিবা খুভমশিংগী খ্বাইদগী অথোইবা য়েংবা য়াবদি রাজপূতনাগী মাউন্ট আবু চীংদোন্দা মমিং চৎলবা মহাবীর মন্দিরত্থনি হায়না খল্লি।

মতম অত্থগী হিন্দুনা শারম্বশিংদা আর্চ—তম্খায় কোয়বগী মওং য়াওরমদে। মহোয়গী তোপ-তোপ্পদি চিথেক মরি নাইবা য়ুম্বীনি। য়ুম্বীশিংসি হৎত্থনা লৈতেংই। অমদনা লাইগী মূর্ত্তি, অমদনা লৈ-শূ, অমদনা পুং নত্রগা উ, অসুম্না লৈতেংই। নুংদা হৎত্থনা শেল্লিবা য়ুম্বী-

শিংবু লৈতেংবগী মনুঙদা মমি তাই মতম অদুগী রাজমিস্ত্রীশিংগী লৈতেংদা হৈ-শিংবগী পরিচয়। মতম অদুগী তুংশাদা গম্বুজ য়াওনরমদে চিথেক মরি নাইবা য়ুম্বীশিংগী মথক্তা অপাকপা লৈতেম মান্নবা মুংশিং মথং মথং লোনখৎনন্থনা শেম্লগা মাইকৈ অনিদগী পুশিল্লক্কনা ময়ায়দা শমজিন্নহন্নি। হোজঙ স্ন-থোঙ অমসুং চঙকম লম্বীগী মথক্তা আর্চকী মচুত্তা মসিগী মশাসিনা নুং কক্কনা থাক নাইনা সিঁড়ি চনবা মান্নি। আর্চকী অরুম্বা পুনবা পাঙ্গলদি য়াম্না লৈ অদুগা মসিগী শিজিন্নবদি য়ুরোপ অমসুং ময়ায় থংবা এশিয়াদা চৎনরম্মি।

অসুম্না লৈরম্বসিদগী ইহান হান্না ওন্নকপসি তরানিথোইশুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তনি। দাশ শাগৈগী কুতুবুদ্দিন আইবেকনা দিল্লীদা লাক্লগা ইহান হান্না শানিঙলম্মি মসজিদ অমা মদুদা ফম্লগা মহাক্না আল্লাগী মফমদা লন থুম য়ামনা থাবা ওমনবা, মতিক মঙাল হেন্না পীরক্লবা অমসুং অথোইবা শাস্তিগী থবক তৌনবা মুমিৎ খুদিংগী নিজবা হায়দুনা লোইরোই মহাক্কী পোক্লফম লমদম আফাগানিস্থানদা মহাক্না অঙাং পিশক ওইরিঙৈদগী খঙলক্লবা অদুগী মওংমক্তদা পীজ পীথক্কী শঙ অমা শাবা হায়বসি মহাক্কী নিঙজবনি। মসজিদ অদু অতুম্বা আর্চকীনি, অয়াম্বনা অঙ্কগী অনিশুবা ব্রেকেটকী খুদমগী মতৌগুমনা উখোঙগী মথক্তা শেম্মি।

রোমানশিংনা শিজিন্নৈ কোইরপ কোয়বা আর্চ। আরবীশিংনা পাম্মি অতুম্বা আর্চ। পণ্ডিতশিংনা লেপ্লম্মি মচুদি, অতুম্বা আর্চনা শৌগৎতুনা শাগৎপগী অহানবা উবসি তরুকশুবা শতাব্দীদা শাখিবা ইরাক্কী মনুঙ চনবা সামারবার মসজিদনি। হিন্দু মিস্ত্রীশিংনা মসি শাবগী লৌশিং খঙলমদে। কাবুল কান্দাহারদগী খুৎ-হৈবা মুস্লিম খুৎহৈবগা তিন্নদুনা থোকপা নত্তে, নমদুনা তিন্নবনি। কুতুব মিনাগী মনাক্তা লৈরিবা মসজিদতা ওসিম্ন মদুগী প্রমাণ লৈরি। মসজিদকী মাঙ্গোন্দা অমসুং হোজঙদা কালোক কোনবগী খুৎশাদু উখোঙ মথক্তা নত্তে। মদুদা 'কী-ষ্টোন' য়াওদে।

মুস্লিমগী খুৎশাদা লাই-তিনগী মূর্তি নত্রগা লৈ অমসুং উরী ৱারী [illegible]পাগী চৎনবীসি লৈরমদে। কোরাণগী ৱাহৈশিং হৃৎলম্মি মসজিদকী ফক্লাং মশাদা অমসুং কালোক্কী মথক্তা। আরবী ময়েক অমসুং কোরাণগী রচনাগী মরীদা কুতুবুদ্দিনগী মসজিদ শাবা ভারতকী রাজমিস্ত্রীশিংগী জ্ঞান খজিক্তা লৈরম্মি। মরম অদুনা কোল্লিবা কালোক অদুগী মথক্তা মখোয়না উ য়েক্লগা মতুগী অকোয়দা আরবী ৱাহৈ হৃৎনবা হোৎনৈ তঙায়ফদনা হিন্দু খুৎশাগী খুদমদি মসজিদকা শমজিন্নবা মণ্ডপতা হায়বসিদা চিংননিঙঙায় লৈতে। অমুক্কা হেন্না নকশিন্নে। মহাক্কী য়ুম্বীশিংসি করি গুম্বা হিন্দু মন্দিরদগী খোমজিনবনি মতম অদুগী মুস্লিম নিংথৌশিংনা লুটপু অচোপ্পনি হায়না খন্নরমদে। অহোইনদুম লৌশিল্লক্লিবা পোংশিং অদু ফোংনা শিজিন্নদুনা মখোয়না বিজয়-য়ুম্বী য়ুংখৎলি তুংগী শিন্দ্রবা মিংচং থনম্নবা।

সুলতান আলতামাস কুতুবুদ্দিননা থৌরাং তৌরিবা মসজিদ শানবগীদমক গজনীদগী পুরক্লম্মি মুস্লিম মিস্ত্রী অমসুং খুৎশা হৈবা। মখোয়না জ্যামিতিক ওইনা মুস্লিমগী লৈতেংবা মওং অদু ভারতবর্ষদা চৎনহল্লম্মি। খিলজী খুগতা আফগান্দগী মুস্লিম রাজমিস্ত্রী মশীং য়ামনা লাকখি। মখোয়না ওন্থোক্লম্মি চিথেক মরি নাইবা য়ুম্বীগী মহুত্তা 'কীস্তোন' য়াওবা কালোক, লৈতেম মান্নবা য়ুমথক্কী মহুত্তা গম্বুজগী চৎনবী লোন্দা মসিবু শিকারা অদুগা পূং, লৈ, উ পাম্বী অসিনচিংবগী মহুত্তা জ্যামিতিগী য়েক খোংপনা লৈতেংবা। ভারত্তা মপূং ফানা মুস্লিমগী খুৎশাসি লৈরে। কুতুবকা নপশিন্ননা লৈরিবা আলাইদরওয়াজা অমসুং নিজামুদ্দিনগী জামাতখানা মসজিদ অসি মতম অদুগী হিন্দু প্রভাব য়াওদ্রবা তশেংনা মুস্লিমতগী ওইরবা খুৎশাগী খুদম্মি।

তোগলোকনা পানবা মতমদা, থোইদোক্না ফিরোজ শাহনা শারম্বা কোম্নুং, লানবন অমসুং অতৈ অতোপ্পা দলালদা হিন্দুগী খুৎশাদু অমুক হন্না শিজিন্নবা উই। য়ুগ অদুগী খুৎশাদা অহানবা থোইদোকপা মওংদি লৈতে অমসুং মখল মখা কয়ামরুম থোক্না শাগৎলকপনি।

অচম্বা নুং অমম্বুং শুনু মুরকি তরুগা শাবা,—খিলিজীগী মতম অমম্বুং মতুংগী মুঘল যুগতা শিজিন্নবা অঙাংবা নত্রগা অতৌবা নুংগী খুদম য়াম্না লৈতে অসুম্না ওইরম্বা য়াই মুঘল দস্যুশিংগী লান্দারকপা থিংনবা থৌরাংদা অমম্বুং দাক্ষিণাত্য খোঙচৎ অসিনচিংবদা ফিরোজ শাহগী মমাঙগী নিংথৌ পুরক্কে কংখিত্নুনা শেল য়ামনা খরচ তৌবদু ওইথোক্কবা। মহম্মদ তোগলককী থৌশিন্দগী দিল্লীগী প্রজাশিং মকম হোংবগী মহয়না নুংগী থবক্তা হৈ-শিংনা রাজমিস্ত্রীগী অরাৎপা থোরকপত্নু অঙকপা নত্তে।

ফিরোজশাহগী ফুড়াশিংদা খ্বাইদগী হেন্না পনবদা মতিকচাবদি, চিথেক মরি নাইবা য়ুম্বী শিজিন্নবনি হোজঙদা অমম্বুং মাঙ্গোন্দা কালোকী মছুত্তা হিন্দু খুৎশাগী মওংদা শাগৎপা অমম্বুং অশাৎপা থম্বাল হৎতুনা ফক্লাং লৈতেংবনি। ফিরোজশাহনা শারম্বা হাউজ খস্কী মনিঙথংবা শরুকশিংদা লৈরি মসিগী শেংলবা পরিচয়।

মসজিদকী মনুঙ চল্লিবা দলাল অমগী মথক্তা লৈরিবা অশোক য়ুম্বী য়ৌনবা কাখৎলিবা লম্বীদু য়াম্না রাবদি নত্তে। সিঁড়িগী থাক-শিংদু খরদি রাংই চিংননিঙঙাই লৈতে। অদুবু ঐখোয়গা লোয়ন-রিবা মুপীগী শাদোং মিষ্টার খোশ্‌লা লৈরিঙৈদা মুপীশিংনা রানিঙঙাই লৈতে। মুপী খুদিংমক অশোয় অঙাম য়াওদনা মথক্তা কাখত্রিবা ফাওবা মহাক্না মখাদা লেপ্তুনা শঙলম্মি। খরা হেন্না খঙনবীশিংগীনা মখুৎ পায়বিত্নুনা কাখৎপত্নু মতেং পাংবি, অদুগা খর খঙনদবশিং অদুদনা মখুং তিংথোকতুনা হায়রম্মি, "মে আই— !"

আশোক য়ুম্বীদু ফিরোজশাহগী কোপুং মনুঙগী মনুঙথংবা শরুক্তা য়ুংই হায়নৈ। য়ুম্বীদু চাউনা শাই। আম্বালাগী মনাক্তা খুল অমদা সম্রাট অশোকনা য়ুম্বী অসি য়ুংহনখি খৃষ্টনা পোকত্রিঙৈগী চাওরাকনা চহী চামায়াঙ্খিরোমগী মমাঙদা। নোংমা শাদানবা হল্লকপদা য়ুম্বীদু ফিরোজশাহনা উরুরে। থাইনগী মিংচত্তা ফিরোজশাহগী য়াম্ন খৌরাংজবা অমঃং পামজবা লৈরম্মি। মকম অদুদগী য়ুম্বীদু ফুক্তোক্লগা দিল্লীদা পুরক্লম্মি, মহাক্কী কোনুংদি ফিরোজশাহ কোটলাদনি।

মখোঙ নিফুনিথোই পানবা গাড়ীদা হাপকৎতুনা থবক শূবা মী চাম চামনা চিংডুনা পুন্নরক্লম্মি য়ুম্বী অসি। য়ুম্বীগী মতোন্দা স্মাগী থাকন অমনা কুপশিল্লি। মতুংগী যুগতা জাঠ দস্যুশিংনা দিল্লী লুট তৌবা মতমদা মদু হুক্তোকতুনা পুখি। চহী কল্লাগী মতুঙদা য়ুম্বী অসিগী মশাদা পালিলোলদা হৎপা ময়েক্লা পাবা থোকনবা ইশ্রে। অহিংসা অমসুং জীব পূন্নমক্তা থৌজাল উৎপগী হায়জবা খণ্ডহন্দুনা ভগবান বুদ্ধগী তুংইঞ্জবা সম্রাট আশোক্না ভারতবর্ষ অপূম্বদা প্রচার তৌহল্লম্মি, হায়বসিগী অমতা ভায়রব সাক্ষিদি য়ুম্বীসিনা ওইরি।

আশোক য়ুম্বীগী মনাক্তা লেপ্লগা উবা ফংই লাপ্তনা যমুনাগী ঈচেল। ফিরোজ শাহগী মতমদা যমুনাগী ঈচেল কোটলাগী মখোঙ শোকতুনা চেল্লি রাকম অসি খণ্ডবদা ভসিণ্ড করিমতা রানিঙ্ডাই লৈতে।

মখাদা কুমথরক্লগা ঐখোয় পূন্নমক অহাঙবা লম্পাক্তা ফম্লে। ময়াদা ঈশিং তুঙফম মচা অমতং লৈ। মফম অতুগী মীনা হায়, বাউলী য়াম্না শাবা মতমদা সুলতাননা ঈশিং অসিদা পোত্থায় মসিগী মপান্দা লৈবা নুংফান্দা।

কনামো অমনা হায়রকই, "তাস য়াওরক্লবদি অমুক্তং শাম্নবা য়াগদবা।"

ঐখোয়গী লুচিংলিবীত্তনা মহাক্কী উপুদগী অতুম পুথোরক্লে ফজরবা ইরং লংলবা তাস মপূ অনি, নম্বর ইনবা ছাপা নম্বা প্যাড অমসুং পেন্সিল।

পূন্নমক্লা জয়ধবনি লাউদ্রুনা হায়রম্মি—"মসিবু তুংগী পোরম উবা কোই। মতম পূন্নমক্তা মখল পূন্নমক্কী পোৎচঙগী রা মমাঙদগী হৌনা খন্দুনা থম্বা, মহাক্কী মমিঙবু কৌরুদনা লাকপা বিধাতা কৌই।

ডাক্তর অধিকারী ঐখোয়গী মরক্তা থ্বাইদগী চহী অহল্লি। আর্মিদা লেফ্‌টেনেন্ট কর্নেলনি য়াম্না মুংঙাইবা মীতানি। মকোক্কী মুংবা শাম্না পুক্লিঙগী শংলবা ভাবপু কুপ্পুনা থম্লম্মি। মাইল তরারোম লাপ্না ক্যান্টনমেণ্টগী লাক্তুনা পিকনিক্ য়াওররিবনি। কন্ট্র্যাক ব্রিজদা মহাক য়ামনা চোকথরবনি। মুংঙাইনা হায়রম্মি, "ক্রীপস্ আলোচনা চথরি।

ইনিঙ তম্লবদি ঐখোয়না মহাকপু প্রেসিডেন্ট ওইহনগনি। মনিঙ-তম্লবা ভারতকী অহানবা নুপী প্রেসিডেন্ট, মিসেস বিজয়া ব্যানার্জি। বিজয়া ব্যানার্জি হায়বা—”

পূমনমক খোঙ্গেল অমতা ওইনা লাউনা লাউখি “জয়”।

মরক থংলগা হায়রম্মি “কর্নেল, প্রেসিডেন্ট হায়বসিদা অঙোবা শম, নহাগী মতম লোইশ্রবা অহংনি হায়না খল্লমাল্লে। মহুগী মহুত্তা হায়বিয়ু মহারাণী।”

কর্নেলনা খুদক অদুমক্তদা য়ারম্মি; “অচুম্বনি ভায়া। মহারাণীনা হেন্না ফৈ। দিল্লাগী অনিশুবী সম্রাজ্ঞী। সুলতানা রিজিয়াগী মথংদা বিজয়া। জয় মহারাণী বিজয়াকী জয়। বন্দে মাতরম্, আল্লা হো আকবর, হিপ্ হিপ্ হুররে।

ওইগদৌরিবী সুলতানানা লোক্লদুনা হংলম্মি, ”অমুক্তদা অহুম পূন্না হায়বিরিবসিবু করিগীনো?”

তৌগদবনি। গান্ধী মহারাজ, জনাব জিন্না অমসুং বৃটিশ সরকার পেলহনবা তাই ঐদি শক্তি পায়রিবা দল অদুদা য়াওরি। ফিভম মতুঙইন্না হেক ঙম্মখৈ থুনা মত ওনবা ঙম্বা মহাক অদুবু ইংরেজীদা কৌই য়ামনা প্রগেসিভ ওইবা।

মিষ্টার জুবেরী হন্দক্তা আই, সি, এস, ওইরক্লি। বিলাত্তা লণ্ডন স্কুল অব ইকনমিকসতা মতম খরা তম্লম্মি। শোসেলিজমদা হৌজিক ফাওবা থাজরি। হায়রম্মি, “মহারাণীদি মনার্কিজমনি। ডেমোক্রি-সিগী যুগতদি মদু চংনররোই।”

কর্নেলনা হারম্মি, “য়ামনা চংনগনি। য়ুম য়ুমদা মনার্কিজম চংনরি, অদুগা ইমুঙগী মপান্দদি চংনরোইদ্রা? হৈ, ভায়া নহাক চহী য়ামদ্রি, হৌজিকসু তমগদবা য়ামনা রাংলি। ডেমোক্রেসি হায়বা পোং অসিদি হ্যারল্ড ল্যাস্কিগী লাইরিক্তদা য়াওবনি। ঐখোয়গী মিষ্টার ব্যানার্জিদা হংউ, মহাক্কী য়ুমগী মিহুৎথোঙগী পর্দাদু হিগোক নত্রগা অশংবা ওই-গদ্রা, অয়ুক্তা করি এঙ্খাং থোংগদগে—হায়রিবা পূমনমক অসিদা ব্যানার্জিগী

ভোটনা লেপ্পা য়াগদ্রা, নপ্রগা মহারাণীগী হুকুমনা চৎকদ্রা ? নুহোংলবদি নশানা খঙজবা ওমগনি মত্তুদি, হার মেজেস্টিস্ সরকারদা লৈনিঙবস্তু লৈজসনু লীডার অমদি অপোজিশন লৈতে।"

ইকাই খুংশি য়াম্নরবা রাহৈনা থাগৎলকপদা মুপীগী ঙোরবা কুচুহু ঙাংলপতৌবা ঈ মচু মাল্লক্লে রারীসি নমথখিনবা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রম্মি, "রা মথা তানরনোইসি। চঙবিরক্লো শান্নরসি।"

খুৎলোম্নত্থনা হায়রম্মি, "ঙাকপিয়ু বিদ্যা অত্থ ঐ মূকথঙ খঙজদে "

"হায়রিত্থবু করিনো ? ফরে অত্থ ওইরবদি শান্নরনোইসি ইশৈ শকপিরে।"

"ইস্ মাঙলেদনা! মত্থদগীদি কুতুব মিনারগী মথক্তগী চোংথো হায়বিয়ু য়াত্ত্বগা অদোমগীদমক য়েংত্থনা হোৎনত্থনা য়েংজগে ইশৈ শক্লবদি শোইদনমক চোংনিঙবগী রাখলসি অদোমগী ওইগনি।"

ব্যানার্জিনা হায়রম্মি "অত্থ ওইরবদি শৈরেং তাহনবিয়ু রবি ঠাকুরগী কবিতা।"

পাউথুমদা হায়রম্মি, "পিক্লিঙৈদা সংস্কৃত শব্দরূপ অত্থগা চাউরক্লগা জুরিস্ প্রুডেন্সকী ধারা চিনফা পুবদা নিঙশিংনবগী মতমক দাইদগী ফংলুগদগে ?"

মিসেস্না হায়রম্মি, "ফরে অত্থ ওইরবদি রারী লীবিরো।"

ডাক্তর অধিকারীনা এমেণ্ডমেন্ট হাপচিল্লকই,—"মুংশি রারী"।

নোক্তুনা হায়রম্মি, "কর্নেল, মুংশি রারী ওইরবদি মত্থ অসিগুম্বা ওইরমগনি, অচুম্বদি ওইররোই, মত্থদি খঙনরবা রাফম্মি। অত্থবু রারী অত্থদি ঐহাক খঙদে। পাম্বিরবদি ভূটকী রারী লীবস্থ য়াই। জব খঙবিবরা, বাউলীসিগী মপান্দা, অদোমগী য়েংথংবদা মিসেস্ মিত্রনা ফম্লিবা মফম অত্থমক্তদা, নিংথৌ ঈগী মফম লৈত্রা ? সম্রাট অনিশুবা আলমগীরবু মফম অসিদা হাৎখি।

"ইমা!"—হায়ত্থনা ফল লাউনা চোংলকপনা ময়ামগী ময়ায়মক্তদা তাত্থনা ফম্নরে মিসেস্ মিত্রত্থ! হন্না হন্না মশাগী শাড়িরোমদা পরীক্ষা

তৌবগুম্মা য়েংবা হৌরক্লে, তশেংনা ঈগী মরিক অমা'নি মহাক্কী ফিদা চোংথ্রবরা হায়বগী চিংনবনা। ময়াম পুম্নমক ওহাক্তং নোক্লে। অক্তুগা অতৈ য়াওরিবী চনুশিংদুম্তু করি'মতা ফাওদবদি নত্তে।

মিষ্টার খোশ্‌লা মিসেস্ মিত্রগীদমক য়াম্না মিপাইরম্মি। হন্না হন্না হায়বা হৌরকখি অদুমতৌদুনা চনুশি দা কিহনবা ফত্তে। খঙহৌদনা কিবদগী য়াম্থ্রবদি য়াম্না খুদোং চারোই অসিনচিংবা।

লুচিংবীদু নমথবা য়াবা মীতা নত্তে। হায়রম্মি, "ফরে, লীবিরো ভূতকী রারী। অশেংবা ভূত ওইবা পাম্মি। শাশিন্নবা নত্তবা।"

"মিসেস্ ব্যানার্জী, ভূত হায়বসি মতম পুম্বদা শাবনি। ভূতকী রারীদি থম্ব, থমখো অদুগা লাইবক থীবগী হীরমস্তু ঐ খঙদবা নত্তে।"

চপ্তুনা মঙক কম্না হাইরদুনা হায়রম্মি, "নত্তে, নত্তে, অদোমনা ফাগিতা তৌবিরে। তাসম্তু শান্নদ্রে, ইশৈস্তু শক্তে, রারীস্তু লীদ্রে। করিনো অমদি তৌবিয়ু।

কর্নেলনা হায়রম্মি, "অদুননি হৈ, নহাক্কী কেস ফংত্রিবা। নহাক্না করিগুম্বা অমতং ঙমদ্রবদি মহারাণীগী সরকারদা নঙগী মফম লৈররোই"

চনুদুনা হায়রম্মি, "অচুম্বনি। অদোমবু করি তৌনগদগে? ইশৈ হৈতে হায়বিরে, তাল চারোই হায়দুনা! শৈরেং থীবা ঙম্মোই সভা-পণ্ডিতকী চাকরি পীগনি হায়দুনা। রারী লীবা ঙম্মোই মদুদি রা য়াম্না ওাংগ'ন হায়দুনা। থবক করি'মতা হৈতবা অদোমনা, করি ওইগনি?"

মপাচানা হায়রম্মি, "ঐহাক অদু ওইরবদি লৈকোলগী মালী ওইজরগে।"

য়ামনা নোকখি।

---

# ১৩

ফরকপগী আশা উত্ত্ববা শিবগী নকয়া য়াম্না নক্লবনি হায়বা খণ্ড-লবা মতুংডা মহাক্কী তৌকমথোকপনি হায়না খন্দুনা ডাক্তরনা হিদাক মমিং ইতুনা চৎখি, ক্রীপস্ আলোচনাগী মরীদস্তু হৌজিক ঐখোয়গী পুক্লিংডা লৈরিবা ভাবসি মদুনি। মসিগী কান্নদবগী মরীদা নয়া দিল্লীদা তিল্লিবা জর্নেলিষ্টশিংগী পুক্লিংডা হৌজিক্তি করিস্তু চিংনজে। মরমদি হৌজিক অরোইবা মিকুপ্তা খণ্ডহৌদনা করিগুম্বা খণ্ডদবা অমতা থোরক্লরোই, মরু ওইরিবা ৱাফমদি খন্নবগী কান্নদবতু সরকারগী ওইনা কদৌঙৈ লাউথোরকদগে অসিনি।

অতুগা চরোল অনিগী মমাংডা ক্রীপস্ মিশন্দগী অস্তুম্বা ওন্থোরক-কনি হায়বগী চিংননিংঙাই মরম করিস্তু লৈতে। অমরোম্দা রাজ-নৈতিক আলোচনা অসিগী পাম্বৈনা য়াম্না থুনা ভারতবর্ষ অমস্তুং বৃটেনগী মরক্তা ইকাইখুম্নফম ওইবা লেপ্পবা অমগী মহয়না ভারত্তা জাতিগী ওইবা সরকার লিংখৎলগনি, আশা অসিদা অয়াম্বা মীনা য়ানবনি।

ইং কুমজা ১৯৪১ গী ডিসেম্বর থাদা জাপাননা বৃটেন অমস্তুং আমেরিকাগী মায়য়োক্তা লাল তৌরগনি হায়না লাউথোরক্লে। অহানবা সুমিক্তা পার্ল হারবার থুগায়রে। সুমিৎ হুন্নিগী মতুংডা বৃটিশ ঈশিং লান্মীগী খ্বাইদগী চাউথোকচফম অমস্তুং পাঙ্গল ওইরবা জাহাজ প্রিন্স অব রেলস অমস্তুং রিপালস্ জাপানী বোম থাদনা প্রশান্ত মহাসাগরগী ঈস্নুংডা শেংলবা সমাধি ফংখ্রে। উনা উনা হংকং অমস্তুং মালয় জাপানীশিংনা লৌখ্রে। ১৫ ফেব্রুয়ারীদা থাপ্পবা নোংপোক্তা লৈরিবা বৃট্রিশকী অখোইবা এরোপ্লেন তাফম থুগাইবা ওস্নোই হায়না ময়াম্বা থাজনরম্বা সিঙ্গাপুর লৈখা তাখ্রে।

চহী চনিগী বৃটিশ শাশন মতমদা মসিনা অহানবা ঈশিং অমস্তুং কংক্লাল লম্বীদা ভারতবর্ষদা য়েক্লবনা লান্দারকপগী মায়য়োক্লবনি।

লৈবাক ঙাক্লিবশিংগী মফমদা লাণ্ডতক্লরক্লে, মীচমগী পুরিংগুদা অকিবা পোক্লক্লে অমসুং থাজবা লায়না মাঙলক্লে খঙদবশিংগী মফমদা তোকঙা কয়ামরুম শন্দোক্লরক্লে।

অসিগুম্বা ফিবমসিগী মায়য়োক্তা লেপ্তুনা হাউস অব কমন্সতা প্রধানমন্ত্রী চার্চিলনা লাউথোক্লম্মি রার কেবিনেটনা মত অমতা ওইনা য়ানরতুনা ভারতবর্ষগী হৌজিক্কী অমসু তুংগী সমস্যাগী মরীদা আইন্না য়াবা অমসুং অরোইবা রাফম—জষ্ট এণ্ড ফাইনেল সলিউশন—অমা লেপলে অমসুং লর্ড প্রিভি-সীল সার ষ্টাফোর্ড ক্রীপস্ মশামক ভারতকী লুচিংবশিংগী য়াবা য়াদবা মত লৌনবগীদমক ৱারোল অদু পুতুনা ভারত্তা লাকপনি।

লাল হৌখিবা মতুঙদগী হন্না হন্না য়াখিত্রবনি জাতীয়তাবাদী ভারতকী দাবী, হন্না হন্না মায়থীবা ফংলবনি কংগ্রেসকী অপুনবা প্রস্তাব। থা খরগী মমাঙদা মার্শাল চিয়াং কাইসেক অমসুং মাদাম লাক্লম্মি ভারতবর্ষদা। মখোয়না অফোঙবা ৱাঙা দা বৃটেনবু হেক য়ারিবমখৈ থুনা ভারতবাসীশিংগী মখুত্তা রাজনৈতিক পাঙ্গল পীথোক্লবা হায়জরম্মি। প্রেসিডেন্ট রুজভেল্টনা মতুগী মতুঙদা শেংলবা লোন্দা হায়খি, অ্যাটলান্টিক চার্টার পৃথিবী অপূম্বগীনি, কনা'মতসু মদু ফংহল্দবা য়ারোই। অদুগা হায়রিবশিং অসিগা লোয়ন লোয়ননা অষ্ট্রেলিয়াগী মপান বিভাগকী মন্ত্রী এভাটনা মফম অদুগী পালিয়ামেণ্টা ভারতকী মনিঙতম্বগী দাবীবু অচুম্বনি হায়না য়ারম্মি অমসুং দাবী অসি অষ্ট্রেলিয়ানশিংনা মপুংফানা শৌগৎলি।

ভারতবর্ষদা স্বাধিনতাগী অনৌবা ইহৌলাকপদা পূনশিল্লক্লিবা জাতিশিংনা অমগা অমগা পুকচেল মান্নরকপা অমসুং অফোঙবা ৱাঙাংগী মতেংনা বৃটেনগী লৈবাক ঙাক্লিবা কাঙবুশিং চমন্নরম্মি হায়বসি চিংননিঙঙায় লৈতে। অদুবু মসিদগী হেন্না লুবা মরমদি প্রধানমন্ত্রীগী লাউথোকপদুনি। মদু মীনুংশি খঙবগী নত্তে, হায়জবা সুংঙাইতবা নত্রগা পাউতাক পীবা নত্তে। মরমদি তমথীরবা থৌদোক থোক্লকপ-

দগীনি মার্চকী ৮ দা রেঙ্গুন লৈখা তাগ্রে, ব্রহ্মাদা বৃটিশ শাসন লোইরে। ভারতবর্ষগী লাঙতক্লরবা মীয়ামগী মতপু ঈংহনবা অমসুং ইংরেজগী মতেং পাংবগী রাফম অসি মসিগী মমাঙদদি ফাওখিদ্রি। মার্চকী ১১ দা চার্চিলনা ক্রীপস্ মিশনগী রাফম লাউথোক্লম্মি।

অদুম ওইনমক রাফম অসিমদি য়াফম থোকই মহুদি, প্রধানমন্ত্রীনা লাউথোকলিবসি ভারতবর্ষদা অঙকপা ফংনা পুক্লিং থৌগৎলম্মি। লৈবাক অসিগী পাউ-চে অমসুং মীয়ামনা বৃটিশ রার কেবিনেটকী নৌনা হোৎনরকপা অসিবু ওক্লম্মি। অসুম্না খল্লি অসুক কুইরবগী তুংদা তশেং তশেংনমক বৃটেন্না ভারতকী সমস্যা অসি কোকহন্নিঙলে। শক্তি শিন্নবদা য়ানিঙলে।

ভরত্তা মতেঙ অসিগী রাখল খনবা মন্ত্রীসভাগী দায়ীত্ব লৈরবা মীশিংগী মফর্মদা ভারতবর্ষগী থাজবা লৈরম্মি। সার ষ্ট্যাফোর্ড ক্রীপস্ হৌজিক্কী শতাব্দীদা ভারতকীদমক য়াইফ-রাখল খল্লিবা মী থুজোক অমগী মনুঙদা অথোইবনি হায়না খন্নে ক্রীপস্ মসিগী মমাঙদা ভারতবর্ষদা অনিরক লাক্লম্লে। কংগ্রেসকী নীতি অমসুং থবক থৌরমগী মরীদা মহাক মপুংফানা খঙলবনি। মহাক পণ্ডিত জওহরলাল নেহরুগী য়াম্না চান্নবা মরুপ্নি ভারত্তা ইংরেজ সাসনসি য়াম্না থুনা লোই-খিনবা মহাক্না কয়ারক হন্না ইরম্মি ইকুই কুইদ্রি, য়ুরোপতা লাল হৌখিবা চয়োল তরেৎকী মতুঙদা হাউস অব কমন্সতা লেপ্তুনা অকনবা রাঙাংনা ক্রীপস্না হায়খ, "কংগ্রেসকী নত্তে, বৃটিশ সরকারগী থৌওইদবা রাখল্না ভারতকী চুম্নবা স্বাধিনতাগী দাবী ঙসি ফাওবা মপুং ফাদনা লৈরি বনি। সম্প্রদায়গী খৎনবা অসিনা মরু নত্তে!"

ক্রীপস্কী তাইশিন্নবগী আলোচনা অদু অরেংদা তারম্মি। মত খেন্নবনা লৈবাক ঙাকপগী রাফম ওইরক্লে বৃটিশ সরকারগী প্রস্তাব মতুঙইন্না লৈবাক ঙাকপগী থৌদাং অথোইবা সেনাপতি অমগী মখুত্তদা থম্বা তাখি। কংগ্রেসকী দাবীনা লৈবাক ঙাকপগী থৌদাং লৈবাক্কা প্রজাদনি। হায়রিবা থৌদাং অসি ঙাক্লবগীদমক মীয়ামগী মরক্তা

খণ্ডহনবা তাই, মতদি ভারতকী লৈবাক ঙাক্লিবা মন্ত্রিশিংনতা ওইথোক-কনি, মীরমগী কমাণ্ডর-ইন-চীফকী নত্তে।

লাল থৌশিনগী মরু ওইবা পোৎলুম কংগ্রেসকী প্রধান সেনাপতিগী মথুক্তা শিন্নবসি য়ারম্মি। থবক অসিদা মঙোন্দা করিʼমত্তা অপনবা পীদবা হায়বসিদা কংগ্রেসকী আপত্তি লৈরমদে। তৌইগুম্বস্নুং লৈবাক ঙাকপগী মরু ওইবা দায়িত্ব ভারতকী লৈবাক ঙাকপা মন্ত্রিগী মথুক্তা লৈত্রবদি নিঙতম্বা ফংবগী অর্থ থোক্তে। থোইদোক্না লালগী মতমদা লৈবাক্কী সমস্যা মথল মখা কয়ামরুম অমস্নুং থৌরাংনা লৈবাক ঙাকপদগী হেন্না চাউবা রাফম ওইনা থোরকই। অশেংবা দায়ীত্ব অমস্নুং স্বাধিনতা ফংবগী চাং ওনবগীদি লৈবাক ঙাকপগী অধিকার পিথোকপদা লৈরে।

রাফম অসিগী অচুম্বসি ক্রীপস্না য়াদনবগী পাঙ্গল লৈরমদে, মরম অদুনা মহাক্না অতোপ্পা প্রস্তাব অমা থাঙ্গংলম্মি, প্রধান সেনা-পতিনা লালগী মন্ত্রি মওংদা লাম্না শীল লাঙবগী দায়িত্ব পূ:নক লৌবা অদুগা লৈবাক ঙাকপা মন্ত্রি য়াওনা মীয়ামগী মীহুৎ অমা লৌরগা লৈবাক ঙাকপগী থৌরাংদা য়াওবা।

অফবা রানি। অদুবু মী অনি অসিগী থবক্তি করম্না য়েন্থোক্ল-গনি? ক্রীপসনা তৌরক্লিবা প্রস্তাব অনৌবা লৈঙাক মন্ত্রিগী মথৌগী তালিকা অমা পীরম্মি। তালিকা অদুদা য়াওরি, (১) পেট্রোল পুথোক পুশিল; (২) স্টেশনারী হায়বদি চে, পেন্সিল, কলম মচীন, মুক, কলম লৈবা, থম্বগী থবক, ফর্ম ছাপা নম্বা; (৩) ক্যান্টিন শীল-লাঙবা অসিনচিংবা। চীং লোম্না তালিকা অসি পাবদা য়াম্না লুই। লৈবাক অসিগী মুপীশিংনা পানবদা মোরোক মশিঙ্গা, লুচিগী মনুঙদা ফদি মচেৎ হাপচিনবা অমস্নুং সরবত্তা চিনিগী মহুক্তা থুম য়ানশিনবা অসিনচিংবা ময়ামুপা লক্লবসি থায়নগী মুপীগী হৌনশা ওইবা নোক্লিঙ-রা তায়। অদুবু মুপী মুপা পূম্না কোটি নিফুগী লাইবক্কী মরীদা লৈবাক অনিগী লুচিংবশিংগী মরক্তা অয়োবী থাক্তা থম্নরিবা মফম

অতুদা ফিদাগী মথাদা ইশ. থমজিল্লগা নাম্থ্রহন্দুনা ফাগি তৌবদি তশেংনমক কনানম্ব পাম্লম্লাই।

মুংথিন্দা ইম্পিরিয়েল হোটেলদা পাউ-মী মরুপ অমগী চাগী বার্ত্তন লৈরম্মি। মরুপ অসি কংগ্রেসপু য়াবা মী নত্তে, গান্ধীজিবু মহাক্না সংসারগী বুদ্ধি য়াওদব মওদা শুংঙাইবা মীনি— অনপ্র্যাক্‌টিকেল আইডিয়েলিষ্ট—অমুন্না খল্লি। ভারতকী মী নত্তে। আমিরিকানসু নত্তে, ইংরেজ। মহাক্না য়ামনা শু ঙাইতনা হায়রম্মি, "বৃটেনগী য়েক্লবনা তালিক অসি শেমদুনা করম্না ক্রাপস্‌কী মখুত্তা পীরিবনো? জপানীশিংগী শেল চাবা অসিগুম্বা কনাগুম্বা ফিফথ্‌ কলামিষ্ট নওনা?"

ওইথোক্তবা নত্তে!

মরুপ্পু শাউবা হৌনবীগী মতুঙইন্না শাউরম্মি। হায়রম্মি, "পেট্রোল, ষ্টেশনরী; ক্যান্টিন! শুমজিংথোক অমসুং য়াথিন পায়া নত্রিবা করিগীনো—হরাই নোট ক্রমস্টিকস্‌ এণ্ড টুথ পিকস্‌?"

ভারতবর্ষগী অহানবা লৈঙাক মন্ত্রি পণ্ডিত জওহরলাল নেহরুনা ওইগনি, রাফম অসি হৌথিবা চয়োল অমা চুপ্পা মওং কয়ামরুম থোক্লা খন্নরবনি। অমুক্তং কল্লনা তৌদুনা য়েংসি জাপাননা লান্দারকপা থিংনবগীদমক লৈবাক্কী মীয়াম পুম্নমকপু খঙহন্দুনা পণ্ডিত নেহরুনা মাগী মপা লৈত্রবা লোন্দা রেডিওদা হায়জখি মতুগা লোয়ননা পাদুনা তাহনখি থবক্কী তালিকা—"পেট্রোল, পেন্সিল, কলম মচীন, আলপিন।" পৃথিবীদা পোং পুম্নমক্কী চাংলৈ। বুদ্ধি য়াওদবশিংগীতা লৈতবরা? নোক্লবগীরা?

বৃটিশকী খুজি পায়বশিংগী হায়নিঙঙাইদি অসিনি,—লালগী মতমদা লৈবাক্কী দায়িত্বদ বৃটেনগীনি। দায়িত্ব অসি চুম্নতগী ভারতকী মশীং থাঁভমদ্রবা মীয়ামগীতা নত্তে, দায়িত্ব অসি অপূনবা জাতিগীসুনি, হায়বদি বৃটেনগী মীচঙ ওইমিন্নদুনা অতোপ্পা অপুনবা শক্তি অমগী মায়য়োক্তা লাল থেংনরিবা হায়রিবা দায়িত্ব অসি মখোয়না থাদোকপা ঙমলমদে।

লৈঙাক্কী রাফম অসি ভারতবর্ষগী মায়কৈরোমদদি হৌরম

কয়ামরুমলোদগী য়েংলুবগা চয়েংনানি। ইংরেজদা ন্যাশন্যাল আর্মি হায়রগা খণ্ডনরিবদু ভারতবর্ষদা অদুগুম্বা করিগুম্বা লান্মী তেঙ্গোল অমতা লৈতে। ভারত্তা লান্মী তেঙ্গোল শেমগৎলি-তলব পীবা সিপাহী দলদগী। ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগী মতমদা সিপাহীশিং অসি লৈবাক্কী অতোপ অতোপ্পা মফমশিংদগী লৌশিনবনি। কোম্পানীনা মথং মথং ওইনা নগর, প্রদেশ অমসুং লৈবাক লৌশিল্লম্মি, তপ্পা তপ্পা হেনগৎলম্মি সিপাহী দল, তলবকী মিহৌ৶না

সিপাহী লালহৌগী মতুংদদি কোম্পানীগী মখুত্তগী লৈবাক শাসনগী পোৎলুম লৌশিনখ্রে মহারাণী ভিক্টোরিয়ানা। লান্মী তেঙ্গোলসু মহারাণীগী মখা পোনখ্রে। ওনবা হৌরক্লে। সিপাহী লালহৌগী মতুংনা দেশীয় লান্মীগী মর দা য়াম্না কুপ্না মিকুপ নাহুম য়েংশিনবা দরকার ওইরে হায়বসি মতম অদুগী ইংরেজ অণ্ডম অথৌশিংনা খণ্ডলম্মি। ভারতকী সিপাহী তেঙ্গোল অনিদ হাপচিল্লম্মি বৃটিশ তেঙ্গোল অমা মরমদ করিগুম্বা মতমদা করিগুম্বা মরমগীদমক ভারতকী তেঙ্গোলনা য়েক্লবগী ভাব হেক লাকপদা থুনা নমথবা ঙমনবগীদমক। সিপাহী লালহৌগী মমাংদা ভারতীয় তেঙ্গোল তরুক্কা লোয়ননা বৃটিশ তেঙ্গোল অমতমক লৈরম্মি। গোলন্দাজ তেঙ্গোলদা ভারতমচা অমা ফাওবা লৌখিদে ইং কুমজা ১৯৩৫ ফাওবা। লাল অসিগী মমাংফাওবা অফিসারগী থাক্তা ভারতমচা য়াওরম্বশিং অদুসু খুংথেংতূনা মশীং থীবা য়ারম্মি অদুগা য়াওরিবা খরদুগা মতুংদসু কনাসু মেজরদগী হেনদে। লান্মীরোমদগী য়েংলুরবদি মতম অদু ফাওবা ভারতমচাশিংনা মশীং হেনবা ঙমদ্রে।

খ্বাইদগী হেন্না মুন্না য়েংশিনফম ওইরিবদি লান্মী দলগী মীথল্লি। 'লানগী মতিকচাবা' অমসুং 'চাদবা' জাতি খুংনা শেম্বা কাগুপ খায়দোকপা অসিনা মরম ওইদুনা ভারতীয় তেঙ্গোলদগী পঞ্জাব অমসুং সীমান্ত প্রদেশকী অধিবাসী নত্তনা ভারত অপুম্বগী অতোপ অতোপ্পা দেশ অয়াম্বগী মীদি চেকশিন্না থাপ্পা থমখ্রে। অদুম্মদি ওইরগা

ইতিহাসতা মফম খরদং কল্লবা মীশিং অদুতনা খংঙি ভারততা ইংরেজগী রাজ্য শন্দোক্লবগী মরু ওইবা শরুক অমা হৌজিক্তা ওইহনখ্রবসিদি, 'লানগী মতিক চাদে' হায়রিবা জাতি বাংলা অমসুং মাদ্রাজগী সিপাহী সন্ত্রীশিংগী মপাম্বোমগী পাঙ্গলতননি। হৌজিক্তা করিস্তু লৈতবা মরম খরগীদমক ইংরেজ রাজনীতিকনা মুসলমানগী লান্মীগী তৌবা ওস্বগী মরীদা থাজবগা লোয়ননা থাগৎপদা পুংভাইজরিবা অমসুং ইংরেজনা হৌজিক্কী ভারত্তা ইমুং মসুং খংনজবদা হিন্দুশিংগী উপায় লৈতবদা মপি তাবিরিবা, অদুগুম্বা ভারতকী মরুপশিংগী মফমদা নিংশিংবিবা য়াই, ইংরেজগী রাজ্য শন্দোকপা মতমদা লান্দা খ্বাইদগী মপাঙ্গল কল্লি হায়না য়ারিবা অদুগ মখোয়গী মফমদা ইংরেজনা খ্বাইদগী হেন্না অথংবা ফংখিবা, মখোয়শিং অদু মারাঠা অমসুং শিখনি। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা অহানবদুগী ধর্ম্ম মতনা য়ানশিন-নদ্রবা হিন্দুনি, অনিশুবদুসু হিন্দু ধর্ম্মগী সংস্কার তৌরকপা মওংনি। অমতসু ইসলাম নত্তে।

পঞ্জাব অমসু সামান্ত প্রদেশরোমদা লান্মী বিভাগকী অসুম্বা মীচং-মীথায় নাইরিবসিগী মরম করিনো? কনা কনানা হায়, অরা, ভারতকী মীশিংসি মহৌশানা রাংবদা অমসুং মশাগী শাওং শাদাদা খা অমসুং নোংপোকলমগী অধিবাসীদগী হেন্না চাওখৎলি। অদুগা মতুমক্তা লান্মী জাতিনি হায়না খঙনবদা মতিকতি চাদে। অদু ওইরবদি গুর্খাশিংনা করিগুম্বা মতমদসু খাকা শেংলক্লোইদবনি। থোইদোক্না লান্মীগা তৌবা ওস্বক্তু যুগ অদুদা মখোয়গা মশাগী পাঙ্গলগা মথা পোল্লম্মি, মৈগী খুংলায় থোরকপগা লোয়ন লোয়ননা মখোয়সু লোয়শিনখ্রে।

করিগুম্বা অথন্নবা লম অমদগা লান্মী লৌবগী খুদোং চাবগী মরমদি অসিনি, মতুগী মহয়না অনৌবা জাতিগা চংনবী অমা শেম্বা য়াই। লানগী থবক্তা হিংনিঙভাই ওইবা অসিনা অয়াম্বা শরুক্তা শাগৈ ওইনা হৌগৎলকই সুপারা দদি মধৌদগী মপা অমসুং মপাদগী মচাদা থবক অসি অসুম শমথরকই অমসুং তেঙ্গোল অমতদা মপা মপূদগী

হৌনা থবক তৌরকপনা মরম ওইদুনা তেঙ্গোল অদুদা মতম কুইনা লৈরকপগী থাখল অমা ফাওই। মশাবু মখোয়না তেঙ্গোল অদুদা নক্কবা মরীনা পুনঃপ্রবনি হায়না খল্লি। অসুম তৌদুনা কলকাতাগী অচৌ অচৌবা বিলাতী কোম্পাণীশিংগী কেশিয়ার, অচৌবা বাবু নত্রগা লল্লোনবশিং শেমখি। মীরমগী লৈবাক ওাকপশিংগী মাইকৈদা লৈবাক ওাকনবগী খুংলায়গী মরীদা ও কপিরিবশিংদুগী অসিগুম্বা মুংশি খওবগী কাংবসি খজিক্কা নত্তে।

মসিদগী হেন্না চাউবা মরমগ লৈ মরম অদু রাজনৈতীকনি। য়াফম্মক থোকপনি মদুদি, মতম খরগী মমাঙদা ভারতকী অরাং নোং-চুপকী লমদা রাজনৈতিক জ্ঞান লৈরমদে সিপাই লালহৌগী মতমদা পঞ্জাবতনি প্রদেশ ওইরম্বা, মফম অদুদা ই রেজগী মায়োক্তা ইরৈবাক্কা মায়াম্না খুংলায় পায়াখদে। হৌজিক্কা মতমদসু ভারতকা অতোপ্পা প্রদেশকা চাংদনবদা পঞ্জাবতা জাতাগী য়াকাইরোনগী খুদমসি নিঙবদগী য়াম্না রাংলি। গদরদল অমসুং কোমাগাটামারুনা পঞ্জাবকী দেশ প্রাণনি হায়রিবসি, মখোয়বু অমুক্তং নিঙশিংবসু দরকার ওই, মদুদি, হায়রিবা পঞ্জাবীশিং অসিনা মীরমদা চৎপ্রগা মরৈবাক্কী থাখল পোক-লক্লম্মি, মরৈবাক্তা লৈরিঙৈদা নত্তে। অচম্বা পঞ্জাবীনা চম্না পুন্সি লেল্লি, তলব চাউনা ফংই, য়াম্না চায় অদুগা মমল য়াম্বা ফিজেৎ শেৎলগা পেন্দুনা লৈ, লৈবাক দমক থোপ শিজিন্নদে। ভাংসিং হোয়সি নিয়ম নত্তে ওন্ন-তৈনবনি।

ভারতকী লান্মী বিভাগতা বাঙ্গালীশিংবু খ্বাইদগী পান্নদে। আর্মি মনুসংহিতাদা মখোয়সি হরিজননি। অওকপা নত্তে। কুনশুবা শতাব্দীগী অহানবা শতক্তগী হৌরদুনা মখোয়না ভারত্তা বৃটিশ শাসনগী প্রতিবাদ তৌরম্মি অরেপ্পা লৈতনা, লানথেংনরকই অহনবা লৈতবা থৌনানা ভারতকা হৌজিক্কী জাতগী য়াকায়রোনগী অহানবা শৈহৌ মতাও অসিদা শকখি। জাতিগা যজ্ঞদা মতাও অসিদা মমাশিংনা আহুতি পীখি মচাবু, চনুশিংনা পীখি থৌইনশিন, মচাশিংনা পীখি থরায়। মখোয়গী

ৱাখল নমথনবগীদমক কার্জননা বঙ্গ খায়দোকখি হার্ডিঞ্জনা কোম্নুং হোংদোকখি, ম্যাকডোন্যাল্ডনা কমিউন্যাল এরার্ড পীখি পুম্নমক মাঙলে ! মখোয়গী লাম্মী কাঙলুপ্তুগী হিংনিঙঙাই লৈরিব্রা ? মতাঙ অসিদা নিঙশিংবদা মতাঙ চাদবা নত্তে মত্তুদি, সিপাহী লালহৌগী অহানবা খুদমসু ফোঙদোকখি বাংলা লৈবাক্কী পিক্লবা খুঙ্গং অমদা। ব্যারাক্‌-পুরদা।

"লাম্মী জাতিগী" মাইকৈদা অসুম্না মীচঙ খায়দোকপসি বৃটিশ শাসনগী মফমদদি মতেঙ ওইগনি হায়বদা চিনমনিঙঙায় লৈতে। অরাৎ অপানা হেনজিল্লক্কনা মখোয়না বৃটিশতা লৈরিবা অপাম্বদু মাঙখিগদ্রা হায়বগীদমক বৃটিশ শাসকশিনা 'লাম্মী জাতিগী' য়াইফ মুংঙাইনবগী মায়কৈরোমদা চেকশিন্না য়েংশিল্লি হায়বসিসু অচুম্বনি। লাম্মী বিভাগকী তলবচাবা অমসুং পেন্সনসি খুঙ্গংগী লাইরবশিংগী মফমদদি মতিকচানা পাম্নিঙঙাই ওই। মসিদসু নত্তনা অহল ওইরগা পোত্থারবা মতমদসু অয়াম্বনা লৌচা ফংই।

পঞ্জাব সেনাবিভাগকী লাম্মী অমসুং শগোল পী, মরম অত্তুনা পঞ্জাবসি মতমলৈবখিবিক্তা অংম অথৌশিংগী থোইদোক্লা মুংশিফম অমসুং পুক্রিঙ চঙফম ওইনা লাক্লি। লৌউ-শিংউ চাওখৎনবা, মশা.. মউ ফনবা থৌরাং পঞ্জাবতনা হেল্লি। অপূনবা আন্দোলন অমসুং লৌউ-বিছ্যাদা থিজিন হুমজিনবগী থবক হৌই মফম অসিদা অত্তুগা বৃটিশ যুগতা খ্বাইদগী হেন্না ঙকফম ওইবা অমসুং শেল য়ামনা তিংনা ঈশিং চাইবগী থবক উংপসি পঞ্জাব অমসুং সিন্ধু প্রদেশতনি। মফম অসিদা অয়াম্বা শরুক্কা লৌউবগী লবুক্তা ফৌ, ষণগোন্দা ষণ অমসুং য়ুমদা আর্মিগী মেডেল লৈ। মফম অত্তুদা সাহেবপু হুজুর কৌই, দারোগাবু ধর্ম্মবতার হায়, গভর্ণমেন্টবু সরকার বাহাতুর কৌই মফম অত্তুদা স্বরাজগী কান্নবা লৈগনি কনাগী ?

অত্তুবু ঈথক লাক্লবদা, লৈঙোইনা পনথিংত্তুনা কয়া কুইগনি ? সমুদ্রনা ক্যান্নুটকী য়াথং য়ানা চংলবদি অমুক খন্নিঙঙাই করি লৈরি ?

অথিংবা অমসুং চেকশিনবা পূম্নমক অরেম্বা তাহন্দুনা মরৈবাকপু মশক খঙলকপগী ঈচেন্না মাঙথানা তপ্পা তপ্পা চেনশিল্লকপা হৌরক্লে ভারত-বর্ষগী নোংপোক, নোংচুপ অরাং, খা—করিগুম্বা মফমদসু অপনবা অমুক লৈত্রে। নোংচুপকী ঙমখৈদা খান আবদুল গফুরখাননা রাখল ঈপাক অসিগী হিনাউ শাবনি।

অসিগুম্বা মনুঙ হুঞ্জিন্না লৈরবা লম, রাজনীতিগী মরী ঙৎনরবা চন্নবা অধিবাসীশিং অসিদসু মরৈবাক অমসুং মজাতিগী মায়য়োক্না হন্না হন্না অথিংবা পীরম্বদু হৌজিক্তি হান্নগী মতৌগুম্বা খুদোংথীদবা নত্রে অয়াম্বনা খঙলমদবা য়াই হায়না নিঙশিং মতুদি, ইংকুমজা ১৯৩০ দা সত্যাগ্রহ আন্দোলনগী মতমদা হিন্দু লান্মী কাঙবু অমনা পেশোয়াগী মুস্লিম স্বেছাসেবকশিংগী মথক্তা গুলী কাপপু য়াদত্তুনা খুৎলায় থাদোকখিবা। পাউ অসি লৈবাক অসিগী পাউ-চেশিংদা ফোঙখিদে, হায়বদি ফোঙহনখিদে।

সম্প্রায়রোমদগী য়েংলুরবদি ইং কুমজা ১৯৪১ ফাওবা তেঙ্গোন্বা চামদা ৩৫ গী হিদা মুসলমান লৈরম্মি, ২৩ না শিখ অমসুং ৪২ না হিন্দু। য়েংনিঙঙাই ওইবা হীরমদি অসিনি, হিসাব অসিদগীসু হিন্দুগী মায়য়োক্তা য়ামনা শন্দোক্লিবা লান্মীগী মতিকচাদবগী মথীবা মিংচৎ অসি ও... তৌরে।

খজিক্তা ওইরবসু ভারতবর্ষদা লান্মীগী নীতিদা অহানবা ওনবসি পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওগী মতুঙদগীনি। তশেংনা ওল্লকপসি য়ুরোপকী অফিসারনা শীল-লাওবা তেঙ্গোলগী শরুক খরদা ভারতনা হায়বা লৌরম্মি। ভারতমচাশিংসি সেনাবিভাগতা কিংস কমিশন ফংবদা মতিক চারে খল্লাম্ম অমসুং লান্মীগী লুচিংবা ওইরিবা ভারতমচাশিংবু তম্বিনবগীদমক দেরাদুন্দা ভারতকী ওইবা স্যাণ্ডহার্স্ট লি খংখি।

হৌজিকী লান অসিদা ভারত ওন্থোরকপসি থুজিনকই হায়বদা য়ামত্রে ভারতমচাশিংদা পুংশিরকতুনা তৌবা নত্তে। ইংরেজগী মশাগী কান্নবা মতুঙইন্ননি। লানগী জাতি নত্তে হায়দুনা সেনাবিভাগতা মাসিগী

মমাঙদা চঙবা ফাওবা য়ারমদবশিংদু হৌজিক্তি মখোয়সু অফিসার ওইবা য়ারে। তশেংনমক অথিংবসি লৌথোকখ্রবগী তু'দা সেনাবিভাগতা বাঙ্গালীগা মশীং হৌজিক ফাওবদসু পনবা য়ানা লৈমে হায়বসি ঐ থাজদে, এরোপ্লেন থৌবদা মখোয়গী মশীং অতুক য়ামনা নিঙবা কায়নিঙ-ঙাই ওইদ্রবসু। হৈ-শিংবা এরোপ্লেন থৌবা ওইনা বাঙ্গালী নহা খরসু মরক অসিদা মতিকচাবা মিংচৎ তানশিল্লে।

মতম অমুক কুইবসি ভারতবর্ষদা লৈবাক ঙাকপগী থৌরাংগী য়ুমফমসি অল্লাং-নোংচুপ ঙমখৈদা লৈরম্মি। কমাণ্ডর-ইন-চিফকী তোপকী মচীন পুম্নমক অক্রিদিশিংগী মায়কৈদা মমায় ওনশিল্লম্মি! মমিৎ নামতা পানবা শক্তিগী মতৌগুম্বা পার্ল হারবার থুগাইরবা মতুঙদা সেনাপতি-শিংনা অহানবদা চপচানা খুদোংথীবা লাকদবা মায়কৈ ...মদা মখোয়না লাকনি হায়রসি খনবা ফাওবা খল্লমদে।

লালগী শাস্ত্র মতুঙইন্না জাপানগী মায়য়োক্তা ভারতকী অহানবা থিংনবা থৌরাং চঙবদি জাহাজ হোনবনি। মদু লৈতে। ঈশিং লম্বী পুম্নমক য়েক্লবগী মখুত্তা। বৃটিশ অমসুং ভারতকী তল চাহুনা হৌজিক ভারত্তা লৈরিবা লাম্মী, মখোয়সি হৌজিকী লানগী খুংলায়দা মপুং-ফানা লৈতেংবা নত্তে অতুগা মখোয়গী লানবনশিং অদুসু লানফমদগী যোজন চান-চাম থাপ্পা লৈবাক্কী অতোপ্পা চিদাই অমদা লৈগ্রে।

শোয়দনা তারক্লগদবা লান অসিগী মায়য়োক্তা ভারতবর্ষগী মশাবু ঙাকচনবগী পাম্বৈদি করিনো, রাহং অসি লাম্মীগী অঙম অথৈশিংগী পুক্নিংদা ফাওরমগদ্রা হায়বসি খঙনবগা উপায় লৈতে। তৌইগুম্বসুং খুৎলায় য়াওদবা লাল্লোংদা জ্ঞান লৈতবা মীয়ামগী পুক্নিংদা রাহং অসি ফাওরকই। মমৈথ দা রাহং অসিগী পাথুম মী অমনা তাক্লকই। মহাক্কা মমিং পণ্ডিত জওহরলাল নেহরু।

ভারতকী ওইবা লাম্মী লাক্ষ য়াঙ্খে খোমজিন্নবগী থৌরাং তৌরম্মি জওহরলালনা। কাশ্মীরী পণ্ডিতকী শাগৈনি মহাক। মহাক্কী মপা মপু নিংথৌগী অঙম্বা ওইরম্মি ফাওরবা পার্শি অমসুং সংস্কৃত খঙবা

পণ্ডিত, মবুধো লক্ষ্মীনারায়ণ নেহরু মুগোল দরবারদা মমিং চৎলবা হৌন লিচৎ খণ্ডবা মী ওইরম্মি। এডভোকেটকী মচা জওহরলাল উকালতি তৌদ্রনা থবক্কী পুন্সি হৌরম্মি। লৈবাক ঙাক্লবগী থৌরাংদা মহাকমক্ত খ্বাইদগী হান্না থৌরাং তৌরম্মি মীয়ামবু খুৎলায় পায়ননবা। মীয়ামগী ব্রাখল খল্লিবা মহাক অত্নবু এখোয়না কৌই জনগণ-মন-অধিনায়ক।

খুৎলায় ? পামদি পাম্মি। শোয়দনস্ন পাম্মি। লাম্মী লাক্ষ য়াষ্মেগী খুৎলায় পীবা তারবদি লৈবাক্তা অনৌবা কল কারখানা লিং-খৎপা অমসুং হান্নগী কল কারখানা চাউথোকপা তাই। মত্নদি মতমস্ন চণ্ডি। য়েক্লবদি মত্নগীদমক ঙাইবিরোই। পণ্ডিতজীনা ইনক নকপ-দগী য়াম্না মুম্না থল্লগা মতুঙ ইনবা য়াবগী খুদোংচাবা ফংলম্মি স্পেন অমসুং চীনগী মীয়াম তেঙ্গোলগী লালগী শেমশাবা অমসুং লাল্লোং। স্পেনদা লৌউবাশিংগী সমিতিদগী লাম্মী তেঙ্গোল শেমগৎলম্মি। মখোয়গী মরক্তগী থোরকই সেনাপতি কয়ামরুম মখোয়গী হৌরকপা পুন্সিদদি কনান লাঙ্গল পায়রম্মি, কনানা য়োংখমদা ফি শাম্নম্মি। চীনদগী লানগী বিদ্ধা তম্বিনবা মী পুরক্লবগী থৌরাং তৌরম্মি জওহর-লালনা।

লেঙবগী পাঙ্গল লৈবা, ইংরেজীদা মসিবু হায় মোবিলিটি, মসিনি তেঙ্গোল অসিগী খ্বাইদগী খুদোংচাবা। রাইফল য়াংপা খুংতা বোম পীত্না থবক তৌই। মফম পূম্নমক্তা মখোয়গী মতেং পাংনবগীদমক খুঙ্গংগী মীশিংনা কন্না হোৎনৈ। লাম্নবা মতমদা চাক অমসুং খুদোং-থীরবদা চঙজফম পী মখোয়না। মরৈবাকপু থরায়নি খনবনা তেঙ্গোল অসিগী থোইদোকপা মশাগী ওইজবা থৌওংনি। য়ুরোপকী মীনা শীল্লিবা তলবচাবা লাম্মী দলগী মতোগুম্না মখোয়দি য়াথংতা ঙাকপগী খুৎলায় ওইদে। মীয়ামনা হায়নবদি অসিনি মত্নদি, কনা কনাগুম্বা বৃটিশ লাম্মী ওঝাগ্ন থৌরাং অসি থাজবগা লোয়ননা চাং য়েংনিঙবা কাওবু লৈরম্মি অত্নগা বিলাত্তগী মেজর টম উইনট্রিংহ্যাম ভারতবর্ষদা

লাকতুনা লাম্মী তেঙ্গোল অসিবু তম্মীনবগী থৌদাং য়াগনি হায়বা অসি-গুম্বা ৱাহৌদোকস্লু তাখি। উইনষ্ট্রিংহ্যাম স্পেনদা ফ্রান্সকী মায়য়োক্তা শোক্লবা লান অদুগী মতমদা গণতান্ত্রিকদলগী লাম্মী তেঙ্গোলগা লোয়নননা পুন্না লৈমিন্নরম্মি। অদুবু পণ্ডিত নেহরুগী থৌরাংসি বৃটিশ গভর্ণমেণ্টনা মুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবিনি, আশা অসি তৌরম্বা মখোয়শিং অদু অওইবা অমসু ওইসনু মীওই অমসুং চরিত্রগী মর্য়াদা মতিকচানা খঙবা নত্তে মখোয়না খঙলমগদবনি, বৃটিশ প্রস্তাবতা লাম্মী শক্তি নত্রগা খুৎসু খুৎলায়গী ৱা য়াওদে। পেট্রোল, ষ্টেশনারী অমসুং ক্যান্টিন। রুল বৃটেনিয়া, বৃটেনিয়া রুল্স্ দি ওয়েভস্।

ইম্পিরিয়্যাল হোটেলদগী হল্লক্লে ইফমদা। গেটকী মপান্দা লেপ্লি-ঙৈমক্তদা খঙহৌদনা ব্রেক ফাবগী মখোলগা লোয়নননা গাড়ি অমা ইমাওমক্তদা লেপ্লরে। গাড়ি মনুঙদগী মমায় লিৎথোকতুনা তোংলিবা ডুনা হায়রম্মি, "অদুদি ঐখোয়গী বোঁচকা সে! অসিদা করি তৌরি-বনো? লাকও তোংখলক্লো।

বোঁচকা হায়বসি ঐগী ইপা নত্রগা ইমানা থোনবিব মিং নত্তে। ইমুঙ মনুঙদা কৌনবসু নত্তে। অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক তম্মিন্নরিব-শিংনা পুথোকপা কৌনবা মিং অমনি লাটিম মুন্নবা, হৈনৌ মুন্নবা অমসুং বিস্কুট য়েন্নবদা মত খেন্নতুনা খৎনরকপগী ফলনা শাউরবা মীচঙনা ৱাহৈ অসি হন্না হন্না হায়দুনা ঐগী ইথক্তা লমন খুন্নবা হোৎনৈ অদুগা অয়াম্বা শরুক্তসু মহয় য়াল্লি। নিঙশিংলি, অয়াম্বা মতমদা শাম্ন-পুংদা নত্রগা ক্লাশতা মিং অসি তাবদা শাউবনা অমসুং ইকাইবনা পি য়াম্না তাখি।

মিং অসি হেক্তা হায়রকপা নত্তে। মসিগী মনাঙগী ইতিহাস খরদং লৈ। অহানবা বৃন্দাবন পণ্ডিতকী পাঠশালাদা লাইরিক তম্বা হৌবা মুমিৎ অদুদা, ইবেম্বোক্লা শান্তিপুরী মপাল চনবা ফৈজোম অমা শেৎপিরে, অদুগা মুগাগী ফুরিং লিৎশিনবিরে। ফিজোল অসি গুরুগী য়ুমদা চৎপা ব্রহ্মচারী মহৈ তম্বদগী তশেংনা লুহো লমদাইদা

মকুবোক্কী ময়ূমদা লাকপা ময়াম্মুপানি হায়বনা বাবাজীগী হেন্না মস্তিক-চাবা ওইরমগনি হায়বদা চিংন-নিঙঙাই লৈতে। অদুবু অরাব ওইর-ক্লিবদি ফিজোল অসিননি। অহানবদা মসি চাং নাইনা লোইশিনবা অরায়বা থবক নত্তে, অদুগী মথক্তা চেকশিন্না থুপ্লবা গুঞ্জাগী মতোন্না চিংথরকপনা লৈমায়রোমদা লুকথরক্তুনা তুবা তারম্মি খুৎ অমদা শ্লেট অমসুং পণ্ডিত ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যা সাগর মহাশয়গী ময়েক পরিচয় অতোপ্পা খুৎ অমদা পায়শিল্লি চেৎনা লাকশিল্লবা ফিগী মতোল। করিগুম্বা মওং খংদা ফিনা য়েংশিল্লবা হকচাংগী শরুকসি, য়েংবদা লাইফদিবী মওং মাল্লি। গোঁসাইহোয়গী য়ুমগী সিধু হায়বসি পাঠ-শালাগী খ্বাইদগী লমচং ফজদবা অঙাংনি। চহীদা ছাত্র অতৈদগী মহাক্না য়াম্না লিরে। লাইরিক লাইগুদা বৃহস্পতিনি। ক্লাস অমতদা অনিরক হঞ্জিল্লে। অসিগী মথক্তা বিড়িসু থকই। ইনাক্তা চঙশিল-লক্লগা য়াম্না তপচবগী মওংদা হংলম্মি, "নখুত্তগী বোঁচ্কাদু কনাগীনো হবুংঙো, চুহী তোৎপা কবোক্লা নত্রগা বাতাসাগীরা? ক্লাস পুন্নমকতু নোকখ্রে। মদুদগী হৌখ্রে বোঁচ্কা। খাতাগী, পেন্সিলগী, খৎনরকপা মতমদা হায়রকই বোঁচ্কা। সিধুবু কয়ারক হন্না থেমজরে। এস্তার মার্বেল, জলছবি মপৈ মপৈ পীজরে। করিগুম্বা সুমিৎসু অমুক হায়বি-রক্লগনু হায়দুনা। য়াম্না পেনবিবগা লোয়ননা পোংশিং অদু ফুরিৎ খাউদা হাপচিল্লি রাশকই, "তোকপিরো হায়বা? করিগুম্বদসু বোঁচকা হায়রনু হায়বা? নঙগী পেন্সিল অঙাংবদুদি ঐঙোন্দা পীবা তাই।"

নৌরিবা অঙাংগী মফমদা মতম অদুদা পেন্সিল অঙাংবা অমা পীথোকপা হায়বসি কর্ণগা কবচকুণ্ডল পীথোকপদগী করিগুম্বা শরুক্তসু হেন্না তানা রাবা নত্তে অদুমকপু মদুম য়াজরবনি। য়াম্না নোঞ্জনা হায়-জরম্মি, "য়েংউ ভাই, অতৈ অতোপ্পা অঙাংনা অমুক হায়হনগনু, থিংবিয়ু।"

সিধুনা পেন্সিলগী মচান্দা মরৈনা মতিন তৈশিল্লগা মশাগী মমিঙদু চেদা চাউনা চাউনা ইরগ য়াম্না তুক্কচবগা লোয়ননা হায়রকই, "হুঁ, হায়য় য়েংসি কনাগী পাঙ্গল লৈ থিংনবা—"

সিধুগী লুহোংবা নকশিংল্লকপা নত্রগা থাপ্তোকথিবগী ৱাফম মতম অদুদা করিমতা লৈতে। অদুবু মহাক্কী ওইগদৌরিবী মুপী অদুগী কল্পনাদু পল্লমদনা করিগুম্বা ৱারেং অমতং লোইশিনবা অমসুং হৌবা মহাক্কী মফমদা অরুবনি. চহী মতাঙ অদুদা মহাক্ক অদুগুম্বা ৱাহৈশিং অদু হৌজিক্কী চহী মতাঙ অসিদা পনবা ফাওবদা ঐখোয়দদি ওইথোক্কে।

তৌইগুম্বসুং ৱাশক পীথোকপা অমসুং ঙাকপগী মরীদা সিধুগী করিগুম্বা চিন্তা অমতা লৈরমদে। হীরম অসিদা মহাক্কী রেকর্ডতি গাউরাক্লা বৃটিশ গভর্ণমেন্টকা অন্নানি। মথগী মুমিত্তা ক্লাসতা ওঝা লৈন লৈন মনিঙগী ফান্দগী খঙলবা খোঞ্জেল অমগী শোন্থাংনবা মখোল অমা লাক্লম্মি, বোঁচ—মাইকৈ মরীদগী ছাত্রশিংনা শ্লেটনা মমায় খুমজিন্দুনা নোকপা খাঙনবা হোংনরম্মি—হিঃ হিঃ, হুঃ হুঃ, ফিক্।

মনাক্তা চঙশল্লক্লগা য়েংবদদি সিধুমক ওইরম্লে। অদুমকসু খঙবদি অরায়বদি নত্তে। শেৎলিবদু ৱাউথাংনবা মচুগী শার্কস্কিনগী মমল য়াম্লবা স্যুট, মখোংদা শেল য়াম্না পীবা বিলাতী খোঙঙুপ মদুগী ইরং লংবা কাপ অদুদা মায় ফাওগা উবা য়াই। মথুৎ অনিদা খুদোপ খরা, ফুরিৎথাউদা পার্কার ফিফটি ৱান কলম অমসুং পেন্সিলগী সেট, মখোয়শিংদু আমেরিকান সেনানায়কনা মফমদা নগুনা লৈবাক অসিদদি হৌজিক ফাওবা কনা মতনা উদ্রি হায়বা য়াই। মসিবু সিধু অদুমক্লা, চহী মঙাগী মমাঙদা পটল ডাঙাগী পাইম হোটেলগী মখাথংবা কাদা লুপা অমগা শিকি অহুম ভারাদা মী তরুক্কা লোয়ননা মল্লবা কা অমদা লৈরম্বা? করিগুম্বা থাউগী কল অমগী বিল কলেক্টর ওইরম্মি, থাদা লুপা তরানিপাল তলব মবুক্তা লৈরিবা চাউনা তোঙথোক্লিবদু লৈরমত্রবদি সিধুনি হায়বদা থাজবা খরা ৱারমগনি

"নহাক মফম অসিদা করিগী? বিলাত্তুগী কদৌঙৈ হল্লকই? লুহোং-লেদনা? অমুক্তদা ৱাহং অহুম হংলম্মি সিধুনা।

"পূম্নমক্তু, কোম্নগী ৱানি, নহাকপু করম তৌরিবগে হান্না হায়খো ?"

"ঐগী পাউদি ফরি। মিলিটারি থিকা তৌরি। খুত্তা পৈশা অনি ফাওবা পায়দেহৈ।" ৱা অসি থোইদোক্না হায়বগী কান্নবা লৈরমদে।

মহাক্কী ৱারী তাখিবত্ত, শম্নপ্না অসিনিঃ—থাউগী কলগী থবকতু থাদোকতুনা মহাক তৌবা য়াবা কয়ামরুম তৌরুরে। সাবান হাবা, লুপা অমগী ইনাসিওরেন্সকী শেন্দোং চেথাও চবুন্দা চানাচুর য়োনবা ফাওবা। করিগুম্বা অমতনম্থ ওইবা য়াম্রে। থা অমগী মন্নুঙদা চারা অনিদং চাবা অতু ফাওবা মতম অয়াম্বদি ফংলকত্রে, অসিগুম্বা ফিবম্নি। খঙহৌদনা লাল তৌরক্লে। এরোড্রোম শেম্নবগী থিকাদারগী কুলি থিনবগীদমক আশামগী করিগুম্বা জগল অমদা চংলম্মি। মফম অতু-মক্তুদা লাইবক লৈরম্লে. খুত্তা খরা পায়তুনা লাক্লগা কলকাতাদা ফম্নরে। অহানবদা পোং মচা মশু হুল্লম্মি, মতুংদা অচৌ অচৌবা থিকা। হৌজিক দিল্লীদা লাক্লিবসি ডিপার্টমেণ্টকী কনাগুম্বা অচৌবা সাহেব অমা ফাবনি

অরিবা দিল্লীগী সুইস হোটেলদা মহাক্কী থুংফম্নি ! মফম অতু য়ৌরগা গাড়িদগী কুমথরগা মহাক্না ইমুঙদা পুশিল্লম্মি। হংলম্মি, "কদাইদা লৈরি ? কুইন্সরে ? ফৈ গাড়িনা নঙবু মফম অতুদা থিনবিগনি। য়েঃউ ড্রাইভর, হৌজিক ঙাইখো। সার অসিবু কুইন্সরেদা থিল্লুগদনি।" কুলি থিবদগী সিধুনা হিন্দী হৈরক্লিবসিম্থ ফত্তবা নত্তে। মরক থংতুনা হায়রম্মি, "নত্তে, নত্তে, ঐগীদমক খনবিরুপু। ঐ বস ফারগা চংচ-খিগে।

"সুংঙাইগত্রা ? বসকী অতুক য়াম্না চোংবা অতুগা ঈন্নবতুদা ! ভদ্র-লোকশিংনা কাবা ঙমপোং নত্তে। গাড়ি লৈনা লৈনা কম্নিগা ৱাগদো-রিবনো ? ঐনা মহাক্কী নোংমা চুপ্পগী ভাড়া পীরবনি "

হৌজিক্তা খঙলক্লি, গাড়িতু ট্যাক্সিনি অতুগা মহাক্না নোংমতুগী ভাড়া পীতুনা লৌরবনি। নয়াদিল্লীগী ট্যাক্সিদা মিটর পান্দে ; মহাক্কী

নম্বরস্থ 'টি' থাদুনা হৌবা নত্তে। খণ্ডম্রবদি গাড়িসি ভাড়ানি হায়বসে খণ্ডনবগী পাম্বৈ লৈতে। অদুবু ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। চোংবা অমস্থং মী ঈন্নবগীদমক সিধুগুম্বা অচৌবা মীওই অমগী বস্‌তা কাখৎপা ৱাবা। নিঙশিংলি, পটলডাঙাদগী শুমিৎয়ুংবগী মুংশাদা খোঙনা চৎতুনা নোংমা টালিগঞ্জদা উম্নবা লাম্লাম্ম সিধুসে। হায়রিবসি ইকুই কুইদ্রি।

বয়দা হুইস্কি হুকুম তৌখ্রে সিধুনা। ঐনা থিংলম্মি। নোকতুনা হায়রম্মি, "খনিনে 'সালান' নত্রগা 'মারি'? অদুগুম্বা ঈরমদা শুংবা পোৎ শোকপা সিধুচন্দ্র নত্রে। মহাও য়েংউ। অশেংবা স্কচনি। য়ানদবা। ইবুংঙো, চারবদি অশেংবা পোৎ চাগদবনি, চাদ্রগা চাদ্রে।"

"মদুগীদমক নত্তে। কদাইদা স্কচ্ ফংলিবগে? কৈথেন্দদি মতায়—।"

"হোয়, অঙৌবা কৈথেন্দদি মদুনি, অদুগা অমুবা কৈথেন্দদি অরাংপা করিগী লৈরুনি? ইবুংঙো, পুম্নমক পৈশাগী ৱানি। জম-জম লাউনা চাইথাইয়ু, পোৎ পীরোইদবা কনানো—"

ইমিৎমক্কা উরম্মি চানগা থবক্কা খেন্নদে সিধুদা। সোডা লিক্লি অহুম লৈদুনা পুরক্লগা লুপা মঙা চৎপী নোটকী অরেম্বদু পীরম্মি রেয়ারাদা। 'ফরে, লৌজরো' হায়রগা করিস্থ থৌশাদনা অরেম্বা পুম্নমকতু মঙোন্দা বক্সিস পীথোকখ্রে। মীদুনা লৈপাক শোক্লা সেলাম তৌরম্লগা থোকখ্রে।

সিধুনা মহাক্কা হৌজিক দিল্লীদা লাক্লিবসিগী মরম হায়রম্মি। কলকাতাদা মহাক্কী মমিঙদা ছোট সাহেব হায়বা করিনো খরা নপশিল্লে। অদুনা মফম অসিদগী মহাক্কী ফেক্টারী য়েংনবা কনাগুম্বা অফিসার অমা চৎকদৌরি। মরম অদুন ৱাথল খরদং খনবা তারি।

খনগদৌরিবসি করিগীনো হায়বদু তশেংনা খঙবা ঙম্লমদে। ফেক্টারী য়েংবা লাকচসনু, করি অমাঙবা লৈবগে?

সিধুনা শুংঙাইতনা হায়রম্মি, "ওস্তোকপনি ফেক্টারী লৈরবদি য়েংলোইদ্রো? ফেক্টারী চুনিনে লৈত্রিবসে"

"ফেক্টারী লৈতে, অত্তুদি পোং খোমজিল্লিবসিদি কমদৌনা ?"

"নও হৌজিকস্থু বোঁচকা ওইদুনা অদুম লৈরি। বিলাত্তা কোয়রু-রবা ফাওবা বুদ্ধি খজিক্তা থোক্তে ! হৈ, পোং খোমজিন্নবগীদমক ফেক্টারী লৈবগী করি দরকার লৈ ? মী অতোপ্পগী ফেক্টারী লৈত্রা ? মত্তুদগী শারকপা পোংশিং অত্তুদা ইশাগী লেবেল নপশিনবদা কনানা থিংলনি—? ছাপাখানাগী খরচ খরতনি চঙজবা। চালান ফরম খরা লেটরহেড, রবর ষ্টাম্প, লোইরেনে। অর্ডরবু ফেক্টারী য়েংলগা তৌত্রা ? অর্ডরদি হেক্তা য়াই" হায়রগা মমায় মমিৎতু অসিগুম্বা খুদম তৌরকই মত্তুদি, মত্তুগী অর্থত্তু খরস্থু খঙগুম তৌ খরস্থু চমমনগুম তৌ ঐঙোন্দা ওম্বোকপা অরুবা রাহং অমা ওইরে !

হংলম্মি, "অস্থুক কুইনা পোং খোমজিল্লিবসিবু নহাক্কী ফেক্টারী লৈ, লৈতে হায়বসি থিরকত্রনে ?"

"করিগী থিরোইদগে ? অহুম-মরিরক য়েংদুনা রিপোর্ট ফজনা চংথ্রবনি। হন্দকমুকস্থু করিগী চংলোই ? অঙাওবা—ছোট সাহেবতুগী চানিঙবত্তু অস্থুক্কী মতিক হেনগংলক্লে, মত্তুদি হুনবা ঙমশিল্লকত্রে। মত্তুনা অস্থুক য়াম্না রাহল্লিবনি। ওইজসন্নু, করিস্থু খনবিদে। পূন্নমক লোইনা খঙগনি।"

"করম্না ?"

"করিগী, অফিসকী কেরাণীশিংনা পাউ পীরক্কনি। পীগদ্রনে ? ওম্বোকপনিদা চুন্নবুদি হেক পীগদ্রৌ ? সংসার অসিদা পৈশা য়াও-দনা অতোপ্পগী কান্নবা তৌবসি অপঙবা কনানো—? লুপা মরিফু-তরাগী কেরাণী অমুক্তদা লুপা চামঙা উবা ফংথ্রবরৌ ? পাউদি পাউনিদনা, দরকার ওইরবদি ফাইল য়োমশিল্লগা পীবগী মপী ফাওবা খঙডি। তো, মধুবাবু লেংশিনবিরকউ, লেঙশিনবিরকউ। করি পাউনো ? ফরে মিনিট অমতা ফমখো ভাই, মহাক্কা লম্নাই রা অমতং,—লেঙথোক্লো মধুবাবু মাঙ্গোন্দা।" হৌজিক্তা লাক্লিবা স্থুপাত্তু পুত্তুনা মপান্দা থোকখ্রে সিধু।

মিনিট কুনলোম লৈরগা হল্লকতুনা হায়ররে'—"চাউরবা খুত্তা থরা হৈথবা তারে। চৎখিসন্নু কোন্না অমুক হঙ্জিনবা হায়বত্নুনি।"

ঙকপগী শরুক্তি লোইখ্রে মসিগী মমাঙদগী হৌনা। ঐনা হংলম্মি, "ফরে মসি পূম্নমক অসি আ মমৈ ফাওবা নমশিন্দুনা থম্বা য়াগদ্রা? ডিপার্টমেণ্টকী অতোপ্পা মীশিংনা খঙলকলোইদ্রা?"

"করম্বা খঙগদৌরিবনো? হৌজিক লাক্লম্বা ভদ্রলোকতুনা পাউ পীরম্লগা চৎথ্রবনি মফম অসিদগী করম্বা সাহেবনা করম্বা মতমদা তদন্ত তৌবা চৎকদগে হায়বনচিংবা। অফিসতা চৎপা মতমদা মহাক্না ঐঙোন্দা রা হায়রক্কদ্রা? করিস্থ হায়রক্লোই, অসিগুম্বা মওং উৎলক-কনি মত্নুদি মহাক্কী পুন্সিদা ঐবু মসিগী মমাঙদা অমুক্তস্থ উখিদ্রিবা মীগুম্বা লোইরে, মত্নুবু য়ৌরবদি। থবক পূম্নমক্কী চৎনবী লৈরিনে?

বেয়ারা অমনা চাউরবা ময়োম অনি পুত্নুনা চঙলক্লগা হায়রম্মি, "ফেল্পস্ কোম্পাণীনা থারকপনি" সিধুনা হায়রম্মি, "ফরে। ঙরাং দোকান্দা খরা লৈবা ওইরমগনি। অত্নুনা থারক্লিবনি। য়েংউ পোৎ-শিংদো। নখোয়দি হৌজিক মতমগী মহাও খঙবা মীনি, অপ-টু-ডেট ফেশনগী পাউ খঙলিনি। হ্যা, সার্ট। ডজন অমা। অমদা লুপা কুনমঙা আনা তরামঙা। মখোয়গী অসিগুম্বা আনা তরামঙাগী থবকসে খঙলেদনা? লুপা কুনতকক হায়দুনা থক ইরোইদবনি রুমাল। হ্যাঁ, পিরামিড ডজনদা লুপা হুমফুতরা। ফংলিবসিনা হেন্না ফরে, হুম ফুতরা ওইরবস্থ, মরিফু ওইরবস্থ কদৌনি? মসি করি কৌই? হৌজিক্কী আমেরিকান সাহেবশিংনা মসি য়াম্না শেৎনৈ। ডার্কিন? ডার্কিন নত্তে? অত্নুদি করিনে? জার্কিন? বগীয়জদা আকার তপাশিনবা? দোকান-দদি পোৎকী মমিঙ হংবা ঙমদ্রবনি। করি খনখিদগে? লৈদি লৈরে, করম্বা মতমদা শেংকদগে হায়বত্নুদি কোম্না য়েংবা হায়বত্নুনি। মমল য়ামদেদা। লুপা চনিগা মরিফু তনি। শাউনসি অফবা ক্বালিটিনি।" বিল য়েংলম্মি, অত্নুগা মচা মশু থরা হাপচিংগা লুপা চাতরেৎকী মথক্কি।

সাহেবনা মাগী রালেট হাংদোক্লগা লুপা চামভাগী নোট অনি পুথোক-তুনা বেয়াররগী মথুত্তা মমল পীখিনবা পীরম্মি।

তুমিন্না নিঙশিংনবা হোৎনরম্মি, মসিগী মমাঙদা করম্বা মতমদা সিধুগী মশাদা লায়েন তৎলবা ফুরিং উথিবগে হায়বত্ত।

ম্নংশিনা চান্না তৌবিরম্মি সিধুনা। অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ্তা মহাক্কা অসিগুম্বা মীম্নুংশি অসি উবদা পেনবনা মতিক চাবনি। মহাক্কী মওং মতৌ য়েংবদা লায়মা খঙডি মতুদি, মহাক্লা ঐবু চষী তরা তলব পীজতুনা থম্বা ঙম্নবগী শেল লৈরে ব্যাঙ্কতা অতুবু থবক তৌবগী মহুত্তা শরুক য়ানিঙলে: হায়রকই, "হৈ উকিল ওইবা মতমদা ওইয়ুনে। হৌজিক নহাক্লা পাউ-চেদা রিপোর্ট ইতুনা শেল কয়া ম্নাম্না ফংগনি? মতুদগীদি ঐগা তিন্নৌ পংতা তারোইদা। ঐগীস্থ খুদোং চাগনি, চিঠি চেরাং ইবা, সাহেবশিংগা লোয়ননা রারী রাতায় শাবদি ঐদি হৈত্রবনি।"

নোকতুনা হায়রম্মি, "মতুগী করি দরকার লৈবগে? নঙনা হায়রি-বশিং অতুনা থিকা ফংলবদি মতু তৌরুবগী কান্নবা লৈতে হায়না খল্লি। নঙগী মতাঙদি লুপানা রারী রাতায় শাগনি।"

"পংতা তাবা নত্তে ওইদবা নত্তে। পূজাগী হৌনবী নিয়মতু নত্রবদি করিস্থ ওইদে। অতুগা হ্যাঁ, ইংরেজী ঙাংবা ঙম্বা, ইবা ঙম্বা। অসিগুম্বা মীওই লৈরবদি অমুকস্থ খুদোং চায়। নহাক ফংলবদি ঐনা হৌজিক ফংলিবসিদগী শরুক অনি ফংবা ঙমগনি। হায়রম্মি নিত্যা-নন্দবু। কাউরবরা মহাকপু? পুরুত ঠাকুরগী মচাম্নুপাদো। পাঠ শালাদা নোংমা মহাক্কী উরিক থদ[illegible]রম্মি রা ঙাংজবা ঙমদে। মখুত্তা তিংথোকতুনা খুদমনা পাউখুম পী। মমৈথংদা পণ্ডিত মহাশয়গী মফমদগী উরিক রায়রগা রা ঙাংলম্মি। রাকৎপগী ফলনা চৈরাক ফংলম্মি পূং অনি মনা পায়তুনা বেঞ্চ মথক্ত লেপ্লম্মি। হায়রিবা নিত্যানন্দদে হৌজক্তি ডিপুটি ওইরে। মরক্তা ম্নুমিংখরা সপ্লাইগী থবক্তা লৈরম্মি। লখী থাইনরে, করি তৌরগা পৈশা অনিদ. তানবা

য়াগনি। হায়রম্বগুম তৌই, 'সিধু' অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুলদা তৌহৈদবা ফত্তবা থবক কয়া য়াম্না তৌখ্রে, চাউরবসিদদি অমুক তৌবা চুমদ্রে।' তাখো অমুকস্ম! শেঙ্গ তান্নবা ঐনা ঠীকা তৌরি, নওনা চাকরি তৌরি! করিগুম্বা খরা তৌদুনা পৈশা অনিদং তান্নবা হোংনবত্তুবু ফত্তবা থবক্লা? হরিনাম শোন্নবা নওস্থ ফম্বা নং, ঐস্থ ফম্বা নত্তে।"

ওইজসনু, মতু ফাওবা ফরে। সংসার অসিদা অহুম ওইতুনস্থু হৌজিক ফাওবা মী অমা'নি লৈরি মখোয়না ব্যাঙ্ককী পাশ বুকতা য়েংতুনতা লৈবসিনা অয়োবী মোক্ক'নি হায়না [illegible]।

সিধুনা হায়রম্মি, "হঁা তো [illegible] করিনো? মহাক্কা লোয়ননা থবক তৌমিন্নে অফিসার অমস্তু, মহাক্কি লেক্ রোডতা ময়ুম অনি লৈখ্রে, গাড়ি লৈখ্রে। মহাক্কা ংপীগী ওকশমদা হিরা পরেং। অদুগা ঐখোয়গী নিতানন্দদি রামকৃষ্ণ পরমহংস ওইদুনা ফমদুনা লৈরে। পাইজু-খাউ ওইদুনা ট্রামদা অফিস চৎলি মো-লনা স্যুট শেংলি! চাইথোকপদি নম্বর মকোক্লি"

মতুদা করি চিংন-নিঙভাই লৈবগে!

হংলম্মি, "ফরে ভাই, লালগী কৈথেন্দা অনেস্টি হায়বা পোশক অমা করিগুম্বা মফমদস্থ থজিত্তুংগা ওইনা চিথ-নান্থ্রৌবা লৈত্রনে?"

"অনেস্টি? মতুগী অর্থ; অশেংবা নত্রা? ভায়া হে, অতুগুম্বা অফবা রাশিং অতু ঐখোয়না অঙাং ওইরবৈদা কাপবুকতা ইরম্মি—নাত্রা, ইরম্মি হায়বসি চুমদে: ঐদি লাইরিক লাইশুগী রাদি য়াওপোং নত্তে ওঝাগী চৈতন ঐনা চাবিগা—নখোগনি ইনিবদি। মতু পূম্নমক ছাপা নম্বা বইদা লৈবনি,—অঙাং ওইরবৈদা চিনফা পুবদা ন্নুংভাই-তবা নত্তে। অতুবু সংসারদদি পুম্নমকতু ইংগোপ তোম্মি। থবাক্তা খুং থমগনা হায়রিবসিনি বোঁকা, খঙাংবু মসিগুম্বা মী অমগা লৈতে মহাকপু লৈবা য়াদবা। মমল য়াম্বা য়ামদবগী রাতনি। কেরানী বাবুদা পীবা তাই তরা, বড়বাবুদা কুনমডা, সুপারিণ্টেণ্ডেণ্টা য়াঙ্খৈ, ইন্সপেক্টরদা চামা। তলব চাউনা চাবদা দক্ষিণা চাউবা শেলনা

ওইবা য়াদবা করিস্ম লৈতে। অদুগা হ্যাঁ, কনাগুম্বনা শেলমক লৌবদা কিবস্ম লৈ। মখোয়গী মতাঙদনা বিলাতী ওইরগা থাগনি 'হোয়াইট লেবেল' উপু অমা, দেশী ওইরগা মচান্নুপীগী লুহোংবদা পীগনি বেনারসী শাড়ি।

সিধুচন্দ্রগী ময়মদা সুমিদাংগী চরা চারগা মহাক্না রায়বা টেক্সি ভদু তোংদুনা থেঙনা য়ুমদা হল্লক্লে। ঐগী চুরুট উপ্পদা পিক থন্না হানবিরকই। 'ব্ল্যাক এণ্ড হয়াইট'। অঙৌবা অমসুং অমুবা। অফোঙবা কৈথেন্দা উবা য়াম্না রাবা। অদুগা অরোনবা কৈথেন্দদি করিগী রাৎকনি ? হৈরৈবাক্তা করি অরাংপা লৈ সিধুচন্দ্রগী ?

---

## ১১

শাস্ত্রকারশিংনা হায়রম্মি, নিংথৌ উবদা পুণ্য ফংই। মন্ত্রি উবদসু পুণ্য লৈরব্রা করিনো খঙদে। লৈব্রা হায়না খল্লি। নত্রগদি এক্সি-কিউটিভ কাউন্সিলরশিংগী ময়ুমদা সুমিৎ খুদিংগা করিগী মী তিল্লুগ-দগে ? তিল্লিবসি মীয়ামগী নত্তে, আই, সি, এস, কনি।

এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলরশিংগী য়েংবদা ফজরবা বাংলাগী মমাঙদা তিংথৌনা পাক্না শল্লবা শুমাঙদা সুমিদা রাইরমদা য়ুম্মুরেন ফম্মি অরা পোথাবগী রারা শাংনা। খুং ময়াদা অপিকপা টেবলগা মখক্তা টেলী-ফোন, শাংলবা মরগী মতেঙনা প্রাইভেট সেক্রেটারীগী কাগী প্লগ পোইন্ট শমজিন্নৈ। মফম অদুদা সুইচ পাল্লি। কনান রা ঙাংলিবা অমসুং করম্বা রা ঙাংলিবনো হায়বদুগী মরু ওইবা রা খন্নবা সেক্রেটারীনা সুইচকী মতেংনা কেরাণীগী টেলীফোনগা শম্নদুনা থম্মি। চৌ ক তরা তরানিথোইরোম লৈ। লীগী অশংবা মচু তৈবনি। লৈকোন্দা

উগী চৌকি শিজিন্নবসি ইকাই খুম্নবগী খুদম নত্তে মুমিত্রা কেন্দ্র ওইদুনা গ্রহ উপগ্রহ পুনশিল্লকপা সৌরমণ্ডলগী মতৌগুম্না আই, সি, এসনা কোয়শিল্লবা এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলগী সন্ধ্যাগী সভানি। মন্ত্রিগী মুমিৎ খুদিংগী সভা ফাম্মি। সভা অদু গুণ লৈবা মংগী নত্তে, ইনাক-খুনবশিংগী।

ফিজেত্তা অঙৌবা শার্টিন জিনগী ট্রাউজর্স অদুগা খুদাং ককপী হাপশার্ট। টাই পুন্দে, কোটসু লিত্তে নয়াদিল্লীদা কালেন্দদ মসিগী চৎনবীনি। অফিসতগীনা নুমিদাংগী চাক চাবা ফাওবা ফিজেৎ অসি মী পুম্নমকনা শেৎনৈ। খরা নহা ওইবিশিং অদুনা শার্টকা মন্নুত্তা স্পোর্ট সার্ট লিৎলি। মতুনা অমুক্কা হেন্না স্মার্ট ওই। মোজা য়াও-দবা খোর্ডদ অঙৌবা কাবুলা চপল। লাম্নদা থাকনা ওইবগুম্না সিভিলিয়নগীসু য়ুনিফর্ম লৈ য়ুনিফর্ম অদু অইবা নিয়মগী মতুংইনবা নত্তে, ইদবা ফেশনগী মতুংইনবনি। লুহোংবগী বরযাত্রাশিংগী তাশিনবী গুঞ্জা অমসু, মসাগী কুদাম পানবা পঞ্জাবীগা অম্মানি মাদ্রাজী, পঞ্জাবী, বাঙ্গালী, সিন্ধী,—আই, সি এস, পুম্নমক্কী ফিজেৎ রাং-ভাং অমতনি হায়দুনা কান্নদে অনিগা মহুৎদা অমতসু মখোয়গা জাং তিন্নবা নত্তে।

মরুপ অদুনা লমজিংবিদুনা সভা অসিদা চঙজরক্লিবা, অদুগুম্বা মরুপ অদু সরকারগী ফম চাটনা পায়ব অফিসার অমনি। অহল ওইরে, নুপী লৈতে অদুগা মীতিম্নগা য়াম্না য়াই। য়ামনা মশক খঙনবা মীশকনি মহাক্লা চঙদবা য়ুম য়াম্না লৈতে, মহাকপু বার্ত্তন তৌদবা য়ুম-লৈমা ইয়াম য়ানদে।

মুপাতনি নুপী লৈত্রবা ভাওবা। কনানা তাস, কনানা থিয়েটর, কনানা লৈবাক শেন্দা, অদুগা কনা অমনা সাহিত্য নত্রগা স্বামীজি। ভদ্রলোক অসিগী ভাওজবদি ফিজেত্তনি পুমনমক্কগী ফজবা ফিজেংকী সাহেব—বেষ্ট ড্রেসড ম্যান—হায়না নয়াদিল্লদা ফাওই। রারী লৈ মহুদি, খঙহৌদনা মুমিং মরিনিংদমক টুর চৎপা তারম্মি। অথুবা

ওট্টুনা ফিরোল যামনা পুবা নংক্রুতুনা রাড্রোবকী ট্রাঙ্ক অনিগা অমসুং স্যুটকেশ অমতগা মপুরে। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা চাউরাক্লা স্যুট তরামণা, সার্ট ডজন অমা মথায়, টাই তরা অমসুং রুমাল কুন য়াওরম্মি। থবাক থায়দোকপা সার্ট, অমসুং ক্রীজ য়াওদবা খোঙগ্রাউ উপ্পা কনা অমতনা করিগুম্বদঙ মহাকপু উথাদ্রে। অয়ুক্কী গয়লা, পাউ-চে যোনবা লাকপদৌনা মহাক্কা নয়ুমদা ম্যু মং খাদংগা চাং নাইনা ধোবা লাকই মোন খাউ, মোম্পাক ফিদক, শ্লীপ স্যুট অমসুং ফি-রোল ইস্ত্রী তক্কবা। মকপাশিংনা কাগ তোড়ুনা হায়, অফিসতা ইলেকট্রিক্কী ইস্ত্রী অমা থম্লদি বড় সাহেবকা কান্দা চৎলমদাগীদো লিংলিবা ফুরিত্তু, অমুক্কং থুনা ইস্ত্রী তকথোকপা য়াগদবনি।

ফিজেৎ চাকচাগা মা কৈদা ভদ্রলোক্কা পুক্রিওদ চঙি, অদুগা পাম্মুবদি লৈতে। যেংবদা ফজবা চাহ, পুক্কওবা মাফ্লার করিসু পৌশাদনা পীথোকই মকপাশিংদা। মগুমদা মতমদৈ খোনবক্তা আতথি-শিংগীদমক থবাম চাউনা খোবাং তৌই। অসেগুম্না অদুবা লমচৎকী মীসি মশীং য়ামনা উথদ্রে।

মহাক অসি সাহেবকা মরীদা নবিগুম্বা অশোনবা উক্তবা মশীং যামদবা ভারতমচাশিংগী মরুওদা মথোইনি। অমুক্ত পোম্বেগী লম্বীদা নো যাইদা স্টেশন অমদগা ট্রেনদা কাখৎলম্মি। ফার্স্ট ক্লাসকী কা অমদা সাহেব অমা থোঙ থোঙবাই লোনশিন্দুনা তুম্লম্মি। তিলী যাঙলভুনা ওন্থোকনা ওয়া থোঙ অত্ত হাংদোকপদা অমুবা মী অমা উবাম্মি। 'চংথোকউ' হায়রগা থোঙ্গু লোনাশনখ্রে। তৌইগুম্সু অমুবা মা আসদি অতোপ্পা মও নানি। সাহেব উবগা থাঙজম হন্দোকপা মতামদ নত্তে। স্টেশন মাষ্টর কৌদুনা অতোপ্পা গাড়ীদা মহাক্কী মফম পীনভলম্মি। অদুবু মহাক্না থাওহৈরমদে। সাহেবনা কা পুমনমক অত্ত রিজার্ভ তৌদেদনা, অগনা কা অতুনক্কদা মহাক চংনঙলম্মি।

মসিদা সাহেবতুগী থাওবা ওমদবা হায়রবস ওইথোক্কবা নত্তে। লমজা- অমগী পাঙ্গল যেংউ। শেল লৈজ্ঞ। য়াই, ফার্স্ট ক্লাসকী

টিকেট লৈজরে। অদুবু অদুম তৌরে হায়দুনা অশেংবা বিলাতী সাহেব অমগা পূন্না গাড়ি অমদা! মাই গড, ইণ্ডিয়াসি করি ওইরবগে? ফি তঙ্খায় শেৎপোই শেত্তবোই তৌবা উচিগী কাঙলুপ অসিনা দিল্লীদা ভাইসরয় ওইরব্রা? উইলিংডন লৈব্রেবরা? সাহেবনা মহাক্কী শগোল শাজৈহ্ন মখুঙ্গা পায়রগা গাড়িগী থোঙহ্নদা ঙারহনা হায়রম্মি, উরব্রা শগোল শাজৈসে?"

ভদ্রলোকনা মহাক্কী ফুরিৎখাউদগী রিভলবার পুথোক্লগা হায়রম্মি, "উরব্রা পিস্তলসে?"

সাহেবতুনা মিনিট খরা তুমিন্না মঙোন্দা য়েংতুনা লৈরম্মি, মতুঙদা থোঙ তপ্পা তপ্পা হাংদোক্লগা মহাক্কী বার্থতা চঙতুনা তুমখ্রে।

অর্সিগুম্বা জাতকী মীশিং অসিতবু সাহেবশিংনা পুলিশকী মকোক ওইহন্দুনা চৈনা ফুহল্লি, হাকিম ওইরগা জেলদা থাজিল্লি, অদুগা মপুক-নিঙদদি ঙমখৈ লৈতনা থাজরি। মখোয়গীদমক মীরমদা ইশাবু ভারত-মচানি হায়না পরিচয় পীবা য়াই করিস্থ চিংনদনা।

লাম্মীগী কর্নেল অমা মতম খরগী মমাঙদা ভদ্রলোক অসিগী মথক্তা লৈরম্মি। পঞ্জাবী হাবিলদার অমসুং সিপাহীশিংবু কিহনবদা মহাক্কী মশমদু ঙৌরবনি। খঙবিবমগনি ভারত মচাবু থবক তৌহনবগী অমতা ঙায়বা পাম্বৈদি মসিনি। পাম্বৈ অদো নোংমদি মঙোন্দা নপশিল্লম্মি। ভদ্রলোক য়াম্না তপ্পি অমসুং ঈংনা হায়রম্মি, "কর্নেল, অফিসার অমদা রা ঙাংবগী নিয়ম মহু নত্তে। নিঙশিংউ, নহাক্না নমিৎ ঙাংলবদি ঐস্থু ওনখওুনা ঙাংবা ঙম্মি—ইফ ইউ সাউট লাইক দ্যাট, আই ক্যান সাউট ব্যাক টু।" অসুম্না তায় কর্নেল অসিমক্না মতুঙদদি মহাকপু ময়ুমদা মুমিদাংগী চরা পীজখি। নারবস্থ মশামক ময়ুমদা লাক্তুনা ফননবা থবক তৌবিরৈ অদুগা থবক্তগী পোৎথাবা মতমদস্থ প্রমোশন থাগৎখি ঙমখৈ লৈতনা থাগৎতুনা।

এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলরশিংগী সন্ধ্যা সভাদা রা থন্নবগী ময়ায় ল্লকপদা মফম অসিদা ঐখোয় অনি চঙমিন্নরকই। মরুপকী মতেঙদগী

মতমচানা শক খঙনরম্মি য়ুম্বুরেল অমসুং লৈরম্লিবা মীশিংঙুগা। ফজ্জ-রবা গ্লাসতা হাউরবা থক্কবা য়েল্লম্মি উর্দি শেংপা বেয়ারানা। লুপাগী চুরুট উপুদগী চুরুট য়ুম্বুরেল মশামক পোত্থাবা লৈতনা মৈথু থকই, ইংরেজ্জদা মসিবু চেইন স্মোকর কৌই। অমা হেক লোইখিবদা উপুদগী অমা হেক লৌথোকতুনা চিনবান্দা চুপ্পি। কনানা হাল্লা মৈথেৎ খেৎ-তুনা চমহনবা ঙম্বগে হায়বসিদা অমগা অমগা মুন্নরি।

বিলাঙ্গী হল্লকপা মীশিংগী মফমদা লৈবাক অসিগী থোইদোকপা ইকাই খুম্নবা অমা লৈ। অদুগী মথক্তা বিলাতী পাউ-চেগা মরী লৈনরবদি হায়নিঙঙাই অমুক লৈত্রে। হেন্না ইকাইখুম্ননিঙঙাই ওই-রবা বড়লাট বাহাদুরগী এক্সকিউটিভ কাউন্সিলগী ইকাইথুমনরবা সদস্য ময়ামগী ফজ্জরবা লমচৎ অমসুং মশীং থীঙমত্রবা ধন্যবাদনা ঙমথে লৈতনা পেলহল্লম্মি।

কায়খিবা আলোচনাগী মরী থিবদা খঙলম্মি, হীরমতু নয়াদিল্লীগী শাবা হেনবগী রাফমনি। জগনাথদেবগী রথযাত্রাগী মতৌগুমনা ভারত সরকারগীসু চহীগী ওইনা কাংচিংবা লৈ। এপ্রিলগী হৌরকপদা অফিস হোংই সিমলা চীংদা শরৎ ঋতুদা অমুক হল্লকই নয়াদিল্লীদা। চহীদা অনিরক ওইনা সিমলাগী ষণগাড়িগী লম্বী অমসুং নয়াদিল্লীগী পাহারগঞ্জগী লম্বীদা ষণ গাড়িদা শোৎয়োম উপু মপৈ পোৎ পুতুনা সভাযাত্রা চৎপগুম উই। অসিগুম্বা অহানবা পোৎ পুতুনা কোয়বসি সরকারগী হুকুমনা তৌহনবনি।

মতম খরগী ওইনা অনৌবা হাপ্পা সেনাপতি জেনারেল মোলস্বার্থনা দাবি তৌরম্মি হন্দকম্মাক্তি সিমলা চংপা য়াত্রে। কালেদা জাপানী-শিংগী মায়োকতা লাম্মীশিংনা বর্মাগী উমদা লান শোক্কবা ঙম্মি, অদুগা সেক্রেটারীয়েটকী সিভিলিয়ান সাহেবশিংনা থজিক্তং শাবা ফাওবা খাঙব ঙমদবা? অসুক য়ামনা বাবু শাররবদি লান জয় ওইবা ঙম্মোই।

লাম্মীগী দরকারদগী হেনবা রা লৈতে। মরম অদুনা মতুমক

মকোকথোংনা য়াবা তারম্মি য়ামনা য়ানিঙদবা থম্মোয়গা লোয়ননা। সেক্রেটারী সাহেবশিংদু লৈতারমদে—উঃ বাবা মাচকী অরোইবদা শাবা মশাদো, মে জুনদদি খঙদে কয়া য়ামনা হেল্লকদবা !

ডিপুটি সেক্রেটারীশিং অয়াম্বনা ভারতমচানি। মরম অতুনা মখোয়না খোঙফম অমতং চঙশিন্না হায়রম্মি, "য়াম্মল্রা ? মে জুন থাদদি মেডিক্যাল লীভ লৌত্নুনা চেনবা তারে।"

মখোয়গী মুপীশিংনা অমুক হেন্না শাথীখ্রে। মপুরোইবশিংনা অফিসতা চৎপ্রগা অয়ুকচুপ্পা অমগা অমগা রারী শানৈ, "তারবরা ইবেম্মা, অনৌবা কমাণ্ডার-ইন-চিফকী মিংচৎ? কালেন্দা হুন্দকমুক্তি দিল্লীদা লৈব্রা করিনো খঙদ্রি। মাই গুড্‌নেস্‌। অতুগী শরুকপুদি চৎলো ঐখোয় মুপী ময়াম সিমলাদা চৎলগা মেস্‌ লিংদুনা লৈরুরসি, মখোয় দিল্লীদা লৈজহৌসনু অশাবদা ফুংতুনা মরাইনা শিজ্জগনি !"

এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলরনা হংলম্মি, "অশাবসিবু মফমসিদা য়ামনা হেনব্রা ?"

মী অমনা হেক হায়দোকখি, "অকিবগী মশক্কি ! লৈবা শুকঙম ঙম্মোই মফমসিদা।"

অতুগা অমনা অমুক হায়রম্মি, "অশাবা মতমদা হকচাংদা হুমাং-লাই য়াম্না থোকনৈ।"

অহুমশুবতুনা হায়রম্মি, "এপ্রিলদগীদি লু শিংলক্লনি।" 'লু' হায়বদি অশাব মুংশিংকী মপৈ।

এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলারনা হায়রম্মি, 'অতু ওইরবসু, সেক্রেটারি-য়েটকী যুমশিংদি লোইনা এয়ার-কণ্ডিসণ্ডনি। মুমিং মুংবদা মতুদা লৈগনি। মওং অমা তৌদুনা অতুম লেনবা য়াগনি নিংঙ্ডি"

মরিশুবা মীদু অমুক কুইবসি করিগুম্বা থরদং হায়নবগী থুদোংচাবা ফংদুনা ইনুং-মুংঙাইতনা লৈরম্বনি, থুদক অতমক্তদা য়ানিঙনা হায়রাম্মু, "মতু শোয়দনা য়াগনি। কালেন্দবু দিল্লীদা মী লৈনদব্রা ?"

এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলয়না মঙোন্দা য়েংলদুনা হায়রম্মি, অদুগা অহিংদদি লু শিংলরোই।"

মহাক্মা খোন ফগৎনা হায়রম্মি, "হায়নরিবশিং অসি সার অহিং- দদি পুম্নমক্তগী ঈংই। মদুদম্ভ নত্তনা এইচ, এম, শিংগী বাংলাদা এম্নার কণ্ডিসণ্ড তৌবা কা অমমম পীগনি। কয়িগুম্বা অরাবা অমতা লৈরোই।"

'এইচ, এম' হায়বদি—অনরেবল মেম্বর নত্রগা মিনিষ্টার হায়বনি। এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলরশিংবু অশম্বা মিং অসি সরকারগী অফিসতা কৌনৈ।

অশাবা খাওবা ঙমদবগী মরীদা অতুক কুইনা শন্দোক্না ঙাংখ্রিবা অহানবা মীদু য়াম্না মু ঙাইরমদে মরিগুবা মীগী রাশিংদু মহাকমক্না হায়বা মত্তিক চারম্বনি। হায়বা ঙমদবগীদমক মপুক্লিঙদা খম থেংনা মুংঙাইতবা ফোংদোকচরম্মি। মরিগুবা মীনা হায়খি হায়দুনা মহাক্কী মথক্তা শাউবা হৌনবীমখৈ শাউরম্মি। মপুক্লিঙদা হায়জরম্মি, নপচ- তাংজবতা হেক তৌরদনা! এইচ, এম না হায়খ্রিবা অশাবসি মওং অমা তৌদুনা লেনবা য়াগনি, মসিমক্কা চাননা প্রমাণ তৌবা পাম্নম্মি মদুদি করিম্থ শাদে! হাম্ বাগ কদায়দগী! তশেংনা খঙ্ডি! এইচ, এম না দিল্লীদা লৈবা পামত্রবদি মহাকস্থ মতম অদুমক্তা রাঙাং অমা হোংগনি। মী অসি তশেংনমক মশানা খরা শোঞ্জবা মীনি মশানা করিগুম্বা মতমদস্থ করিগুম্বা ইকাই খঙদবা নপচ-তাংজবগী থবকসি তৌবা ঙম্লোই, হীরম অসিদা পুক্লিঙবু মশানা থেমজিঞ্জদুনা পোথাবা খরদি ফংলম্মি।

অশাবগী রারীদগী ওন্থোকতুনা এইচ, এমনা তৌরম্মি সরকারগী থবক থনাগী রা। কাউন্সিলগী রারী মতৌ করম্না ই রেজ থবক তৌমিন্ন- রিবশিংন বৃটিশ স্বার্থ ঙাক্নবগী হোৎনবদা নিঙবা কায়বা, মহাক্কী খোরবা ভুংগী মীৎয়েংনা কদাইদা করম্বা মতমদা গভর্ণমেণ্টা লৈবাক্কী কাম্নবা নিংথিনা থম্নবা হোংনবা অসিগুম্বা রাশিং অসি লৈথেৎকা লোয়ননা হায়বনি।

খুওলে, হীরম অসিদা তারিবশিংগী মকমদগী থোইনা হেন্না হায়-নিঙঙাই লৈরমদে। মহাক্না হায়ব্রিবৈদেগী মথোয়দি থবক অসিদা মপুং ফানা মত অমত্তনি। এইচ, এম, লৈরমগ্রদি লাইবকথৌবী ভারত ইমাগী করম্না খুদোং থীবা থোক্লমগদগে হায়বদু কল্পনা তৌনদুনা মী অমা'নিদি য়াম্না অরাবা কোংদোক্লরম্মি। মপিবু তাগে তৌরম্মি।

মন: লৈরগদা ভাব তাই। লৈবাক্কী য়া হেক হৌদোরকপদা কংগ্রেস। এইচ, এমনা কংগ্রেস লুচিংবশিংগী কান্নদবা নীতিবু অকনবা নিন্দা তৌদুনা হায়রম্মি, "চুম্মা জেলতা চঙলগা লৈবাক মনিঙ তম্বপদবা নত্তে।" করি তৌরগা ওইগদগে হায়বদু ময়েক শেংনা হায়দ্রবদু চিংন-নিঙঙাইদি লৈতে, মতুংদি এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলরশিংগী হোংনবতনা মতু ওইগনি। হীরম অসিদসু তিল্লিবা দল অদুগী মরক্তা খেন্নবা মত মরিক অমা ফাওবা লৈরমদে।

এইচ, এমনা হায়রম্মি মহাক অদুক য়াম্না রাখলশিং অদু খন্দে, ওহাক্তংদা খনবনি। অদুম হেক্তা শৌগৎলম্মি, "সার, রাখলদি লৈবাক অসিদা য়াম্না খন্নরবনি, হৌজিক্তি চোংশিনবগী মতাম ওইরে।" এইচ, এমনা অমুক হায়রম্মি, "তশেংনা হাম্না থরা খলহৌদনা করিগুম্বা থরা হেক তৌবসু চুমদে।"

"মতুদা করি চিংনফম লৈ সার, রাখল খন্দনা থবক তৌবগী মমিঙদি রাখল য়াওদবা কৌই" মী অমনা করি'মতা মায়খোং মকশিন্দনা হায়রকই।

মথংগী চয়োলদা সুমিদাংগী চরা অমগী বার্ত্তন ফংলবা তুংদা এইচ, এমবু কায়ন-রাহৈ পীব্রিবৈদা মরক্তা থৎলরে। লোম্বনরকপা তম্ব-লোকনা মহাক্তা মরুপনি হায়রা করিনো রাহৈ রাতা য়াম্না হৈবা অমনা পরিষদ দল অসিগী অনৌবা মিং অমা থোল্লে 'হেঁ হেঁ সংঘ'। মিং অসি মহয় য়াল্লে তশেংনা।

মরু ওইবা রাহু খওবদা অরাব নত্তে। মথোয়শিং অসি আই, সি, এসনি। ইরৈবাক্কী ওইবা পাউ-চেগী লোন্দা মসিবু হায় স্বর্গোদ্ভূত

চাকরী—হেভনব্‌র্বর্ন সার্ভিস। সিজরগী লোয়নবীগী সতীত্বগী মতৌগুম মখোয়গী মতিকচাবদু খল্লনিঙ্ঙাই লৈতে। তুংগীদি কনাসু থিংবা ঙমদে অদুগা শক্তিসু ঙমখৈ লৈতে। মখোয়সি বিদ্যা পূর্ন্নমক লৈবনি। অদুনা ঙসি বিহারগী অদুক য়াম্না ফাওদবা মহকুমাগী এসিষ্টেন্ট কালেক্টর হয়েং মহাক্কা করাচী পোর্টট্রষ্টকী চেয়ারমেন, হংচিংনা মহাক কনট্রোলার অব ব্রড কাষ্টিং মথংগী সুমিৎতা ডিরেক্টর, জেনেরেল অব আর্কিওলোজি অমসুং মদুগী মথংগী মথং সুমিৎ অদুদা গভর্ণমেণ্টকী এগ্রিকলচরেল কমিশনর। মখোয়না খঙলম্মি, এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলরবু পেলহনবা ঙম্লবদি কম চাউবদি য়াম্না থুই। অদুনা কনানা সুপীগা লোয়ননা লাক্নুনা এইচ, এমবু পুত্নুনা সিনেমাদা চৎলি, কনানা বার্ত্তন তৌই সুমিদাংগী চরাদা, কনাগুম্বনা অয়ুক সুংথিল লাকতুনা রাহৈ খুদিংগী তৌই হেঁ হেঁ, হেঁ হেঁ। 'হেঁ হেঁ সংঘ'গী মেম্বর ওইবদা শেনখায় পীদে, হায়নখিবা মক্কমতদা লাক্কদবনি।

ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিস ভারতা বৃটিশ শাসনগী অঙকপা খুৎশেম্নি। মসিগী অপুনবা মশীং চা তরামাথোইগী নকয়ানি, মদুগী মনুঙদা তথ্বায় অমরোমদি ভারত মচানি। মীখা পোনবা জাতিগী মরক্তা লৈদুনা সাম্রাজ্যবাদপু শৌগৎপা মী খোমজিনবনা সার্ভিস অসিগী অথোইবা থোৗরেপনি। তলব য়াম্না ফংব অমসুং কল্লক্লিঙঙাই ওইরবা পেন্সননা চিংশিল্লকনুনা বিশ্ববিদ্যালয়গী বুদ্ধিফবা ছাত্র চিংশিল্লকই বৃটিশ গভর্ণমেণ্টনা। নহা কাঙলুপপুগী খু ইদগী চঙখোনবা খন্দুন শাসনগা থবক্তা শিজিন্নৈ। অসিগুম্বা শাসননি মহুদি ইরৈবাক্কা মীনায়বু মরা চেৎহনবা লায়রবা অমুক হেনগৎহনবা অদুগা জাতীগী ওইবা আন্দোলনবু মাঙহনবা।

হায়নিঙঙাই লৈতনা শুমহৎপা লৈ ইংরেজী ময়েক অত্তমদা। I C S. মিংগী মমৈদা মখোয়শিং অসি নপশিল্লক্লবদি সাহেব ওইরগা খঙঙি মদুদি মীচু পব্লিক স্কুলগী ছাত্রনি, অক্সফোর্ড নত্রগা কিম্ব্রিজদগী পাশ তৌরকপা অমসুং অরুবা কমপিটিটিভ পরিক্ষাদা লিংখৎ-

লক্লবা। ভারতকী লোল অমা তম্মি, অভরসিজ এলাউয়েন্স ফংই, থবক হৌই এসিষ্টেন্ট কলেক্টর ওইনা অদুগা লোইশিনগনি এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলর নত্রগা প্রদেশিক গভর্ণর ওইনা। লুপা চামগুদগী হৌবন্না লিশিং তরুক নত্রগা নিপান্দা লোয়বা। চহী হুমফুদা পাউণ্ড লিশীং অমা পেন্সন লৌত্নুনা ইংলণ্ড নত্রগা রিভেয়ারাদা ময়ুম, থবক পুম্নশং শংলবা অদুগা ভারতবর্ষগী মরীদা য়ামনা খোরাংবা।

ভারতমচা ওইরবদি খঙনগনি,—শাগৈ জাৎ ফবা, কলেজদা ফরকপা পুলিশনা চিংনদবা, মরৈবাক্কী রাখন্না শোক্কবা, ছাত্র পুলিদা মিংচৎ থীরক্কবা বিলাতলোমদা ভক্তি লৈবা অদুগা থবক্কনা বিচার বিভাগকী মহুত্ত এক্সিকিউটিভ বিভাগতা লৈগদবগী থরায় খুবাক্তা হাপত্নুনা হোনংবা মখোয়গীদমকতা লৈকাইগী পুজাগী মণ্ডপ্তা চৌকিগী থৌরাং, স্কুলশিংদা মনা য়েন্থোকপা সভাগী সভাপতি ওইবা থাগী চেফোংদা পাবা য়াদবা রারী ইনবগী খুদোংচাবা অমসুং কুমারী ওইরিবী মচানুপীগী ভাওজরবী মমাশিংগী ভাংন-শক্নুনা ভাওজবা।

চৎনবী লোন্দা মখোয়সিবু হায় ভারত্তা বৃটিশ শাসননা চল্লম্নবা ষ্টীল ফ্রেমনি। মখোয়গী মরক্তা অসিগুম্বা মী অনি মরিমু য়াওরম্মি, হৌজিক ফাওবা লৈরম্মি পণ্ডিত্যেদা প্রতিভাদা অমসুং থবকী পাঙন্দা করিগুম্বা লবুক অমদা খ্বাইগী মকোক থোংবগী ফম পায়রিবা। মখোয়না ঋগ্‌ বেদগী অর্থ হল্লি, বৃটিশ ভারতকী অর্থনীতি নৈনৈ, ভারতবর্ষগী অহানবা মপূ ফারবা ইতিহাস ইরম্মি, কাব্বরবা সাহিত্য শেম্লম্মি, মীয়ামগী অপূনবা আন্দোলনগী ঈহৌ পীরম্মি অতুগা খ্বাইদগী নিং শিঙভাই থৌদোক্তি—ভারতীয় জাতীয় মহাসভা কংগ্রেসকী মরু হুল্লম্বনি! জাতিগী মশক খঙজবশিং গুরু সুরেন্দ্রনাথ, ঋষি অরবিন্দ অমসুং লালহৌবা সুভাসচন্দ্র সিভিল সার্ভিস অসিগী মনুঙদা লৈতুনা নত্রগা লৈন-লৈনা তৎতুনা তারকপনি

তৌইগুম্বসুং ওন্ন তৈনবা থবক্তা নিয়মগী প্রমাণ ওই। অমাঙ্গা শক্লক আই, সি, এসতনা সাধরণ মীওই, ইংরেজ দা হায়রগা মিডিওকার

তাম্নবদো। মখোয়না ইবগী মনুঙদা ই ফাইল, পাবগী মরক্তা পাই গেজেট অমসুং আলোচনা তৌই প্রমোশন নত্রগা রিটায়ারমেণ্ট। অঃরাইবদা মশাগীদমক নাইটহুড, মুপীগীদমক বুইক গাড়ি অতুগা মচাগীদমক ইম্পিরিয়্যাল সার্ভিস মসিনা মখোয়গী অয়ৌবী নিঙজবীনি।

ইংরেজীদা হায়, তপকী মমলদগী মাগী মমলনা তাই। মীরমগী শাসন বিরুদ্ধদা লাইরিক লাইশু হৈরবশিং অসিবু পেন্দবা পোকহন্দনবা অমতা ঙায়বা খুৎলাইদি, মখোয়বু শাসনগী যন্ত্রশিংনা মশাবু লৈত্তেংবনি। হিদাক অসি ইংরেজশিংনা খঙভি। চা তরামাখোই আই, সি এসকীদমক ভারত মশাদগী খরচ তৌই চহীদা লুপা কোটি অনি মথার। ভারত মচা লাক্ষ অনিমখার খুদিংগী মকোক্তা আই, সি, এস, অমা লৈ, বর্গ মাইল ৮৬৮ খুদিংগী মনুঙদা। মরল লৈবা বৈভব চাউবা অমসুং মীরমগী ফিজেং চাকচাকী মহয়না মখোয় অসি থোইদোকপা কাঙলুপ অমা ওইগ্রে। লৈবাকী থৌদাং য়াওদ্রে, লৈবাক্কা মরী তৎনরে। আই, সি, এস থবক অমা ওইরকত্রে, আই. সি এস জাৎ অমা ওইরক্লে। হোলি রোমান এম্পায়ারদা অতুগুম্বা হোলি লৈরমদ্রবা ফাওবদা এম্পায়ার হায়বা য়ারি; ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিসকিদি মতু নত্তে, সিভিলদি লৈবু লৈত্রে অতুগা সার্ভিসকীদি মতুদা মমি ফাওবা তাদ্রে।

---

## ১২

সার স্ট্যাফোর্ড ক্রীপস্ দিল্লী থাদোকখ্রে।

মমাঙ সুমিংকী সন্ধ্যাদা দিল্লী রেডিও কেন্দ্রদগী ভারতমচাগী উদ্দেশ্যদা রেডিওদা পীবা বা ঙাং অমদা মহাক্কা ক্রীপস্ চুতকী কান্নদবগী মরম শন্দোকনা হায়রম্মি। রেডিওদা ঙাংবদা অমতা ঙায়রবা লণ্ডন টাইমসকী হৌঞ্রবা সম্পাদক উইকহ্যাম স্টিড নত্তনা বৃটিশ সাম্রাজ্য পূম্নমক্তি

ক্রীপসকী কাণ্ডলুপ নত্তমাল্লে হায়না নিঙভি। অঙকপনি মহাক্কী রাঙাং-শাঙাং, খ্বাইগা মান্নদে-মহাক্কী খনাউ। মুংঙাইতবগী রানি, হৈ-শিংলবা রাঙাং অসি মহাক্কা ভারতবর্ষদা তপশিল্লম্মি, থোইদোক্পা মরম লৈতনা কংগ্রেসকী মিংচং থীহনবদা। খঙন-খঙনা অচুম্ববু লোংপা নল্লগা অচুম্বগী মশক হোংদোক্কবা হোংনবা, য়ুমফম য়াওদনা রারোল, অমগা অমগা য়েংথনবগী রা-ঙাং অমসুং কত্তবা রা তান্নবগী মায়বৈরোনদা মহাক্কী রেডিও রাঙাংসি রাজনীতিগী হন্থখ্রবা লোনগী লেঙ্ত্রবা খুদম ওইনা ইতিহাসতা লৈরগনি।

রা-ঙাং পুম্নমক অসি শক্তিনা ময়ায় কারবা মী অমগী ইজ্জৎ শোকলকপা অমসুং পাগল শোনবরোমদা থৌওইদনা ঙাংলকপা রা-ঙাংনি। মশাগী ইকাইখুম্নবা খঙবগা লোয়ননা লায়রবা মীনা ইনাক-খুনবা শাগৈ নাতৈগী মফমদগী থৌজালগা লোয়নবা ভিক্ষা খুজোক অমতং ঙাইজবদা পীগদৌরিবত্নগী পুক্লিঙদা শাউনিঙবা পোল্লুকই, সার ষ্ট্যাফোর্ডকা খনাউদা মতুমক্কা পরিচয় লেরম্মি।

ক্রাপস্না হায়রম্মি, ভারতবর্ষগা তোঙানবা দলগী মরক্তা অকনবা মত খেন্নবা হৌজিকমক লৈরে, কনাগী মীচঙদা য়াওদবা ময়ায়দা লৈবা মী অমগী শরুক লৌবা ওইনা বৃটিশ গভর্ণমেণ্টনা মসিগী পালেপফম অমা পুরকপা পাল্লম্মি। অতাবা মীশিংনা ঙকপনা মমিৎতু কুপফেৎ কাফেৎ তৌদুনা থল্লম্মি, এডলফ্‌ হিটলারগী রাঙাংলা তারিসিবো? মহাক-মক্কা হায়খি, মহাক মতম পুম্নমক্কা ওইনা শান্তি পাল্লম্মি!

চাকরি য়েন্থোকপা, তোঙানবা মীথন, রাজনিতিক্কা খুদোংচাবা পীবা অসিনচিংবা পাম্বৈ ময়ামনা লৈবাক অসিদা কাঙলুপকী খেন্নবা শেম্লম্মিবা অতুগা মত খেন্নববু চেকশিন্না য়োকখৎতুনা থম্লম্মিবা মখোয়শিং অত্নুনা ময়ায় লেপ্পা পাম্নমগদ্রা? নোক্লিঙফম ওইরিবসি কনানো?

ক্রীপস্না হায়রম্মি, বুদ্ধি লৈব মীশিংনা য়াগনি মত্নদি, লালগী অসিগুম্বা রারবা মতম অসিদা অনৌবা শাসনতন্ত্র লিংখৎপা ওই-থোক্কে। ভারতকী লুচিংবশিংনা রাফম অসি য়ানিঙফম থোকপ্রা!

মখোয়না পামজরম্মি মশানা মপাঙ্গল লৈজরবা ময়ামগী ওইবা জাতিগী গভর্ণমেণ্ট অমা লালগী অসিগুম্বা খুদোং চাত্রবা মতম অসিদা মসিনা খ্বাইদগী দরকার ওইবা পোংনি। লৈবাক্কী লুচিংবা ওইনা লৈরিবা মীওইশিংগী মতেংনা হায়রিবা গভর্ণমেন্ট অসি লিংখৎকদবনি, গভর্ণমেণ্ট অসিবু মনিঙতম্বা লৈবাক অমগী মন্ত্রীসভাদা মতিকচাবা ইকাইখুম্নবা পীগদবনি অমসুং ঈদবা চুক্তিগী মতুঙইন্না বড়লাটনা নিয়ম তান্ত্রিক্কা পুল্লবা শাসনগী চুপ্পী পায়বা ওইনা গভর্ণমেণ্ট অসিগী য়ারেপ য়াগদবনি, মশাগী থোইদোকপা পাঙ্গল হাপচিন্দুনা মসিবু লৌদবা য়ারোই, মসিনা মীয়ামগী লুচিংবশিংগী দাবানি। অনৌবা শাসনতন্ত্র শেম্বগী করিগুম্বা য়াফম লৈরমদে।

অশাওবসি কংগ্রেসরোমদনা খ্বাইদগী হেল্লি। হায়রম্মি, জাতীয় গভর্ণমেণ্ট লিংখৎপগী দাবীগী মতেংনা কংগ্রেসনা শক্তি পূম্নমক লৌশিনবা পাম্মি, লৈবাক্কী শাসন পায়গে হায়বসি মশীং য়াম্নবা কংগ্রেসকী লাইনিঙনি। অতুগ এপ্রিল তারিখ তরামথোইগী চিঠিদা মৌলানা আজাদনা ক্রীপস্তা ইরম্মি, কংগ্রেসনা লৈবাক্কা লৈরিবা অতোপ অতোপ্পা রাজনৈতিক দলগা মতেঙনা জাতীয় গভর্ণমেন্ট্র লিংখৎপা পাম্মি। য়াখল অসিদা য়ুম্নফম ওইদুনা য়ারী য়াতায় পূম্নমক চম্থম্মি। জাতীয় গভর্ণমেণ্টকী মেম্বর মশীং, তোঙান তোঙানবা দলগী শরুক অসিনচিংবা য়াফমদি তুংদা শোয়দনা খন্নরগনি। কংগ্রেসনা মশানা শক্তি ফংনবগী দমক লাঙতক্লবা নত্তে তৌইগুম্বসুং ভারতকী মীয়ামদা পীফমথোকপা শক্তিতু লাকসন্ন, মসিতনি মহাক্কী দাবি।

লৈবাক ঙাকপগী থৌদাং ভারতমচাশিংগী মখুত্তা পীথোকপগী মরীদা ক্রীপস্না হায়রম্মি, ভারতবর্ষ ঙাকপগী থৌদাং বৃটেনগী অমসুং অপূনবা শক্তি মায়কৈরোমদা বৃটেনগী তৌফম থোকপত্তু লংথোকপা ওইথোক্রোই। মানগী মতমদা প্রধান সেনাপতিগী মখুৎতগী কনাগুম্বগী মখুত্তা থবক শিন্নবদা লাল ঙম্বগী য়াফম লৈতে। কংগ্রেস সভাপতিনা ময়েকশেংনা খঙহনব্রে, প্রধান সেনাপতিনা লালগী

লান্থোও শীল্লিবত্ন কংগ্রেসনা লৌশিল্লগে হায়বগী করিগুম্বা রাখল অমতা লৈতে। অমরোমদা লালগী মন্ত্রী মওংদা মহাক্কী মথুক্তা খরগা হেন্না থৌদাং পীবগী মথোয়না শেম শারম্মি। অতুবু লবাক ঙাকপগী অয়ৌবী থৌদাংদি লেবাক্কী মীহুং অমগী মথুক্তা লৈগদবনি। মহু নত্রগদি নিঙ-তম্বগী করিগুম্ব অর্থ অমতা থোক্কে।

জাপানীগী মায়য়োক্তা লাল থেংনবগী অস্থপ্পা থৌদাং পুরিবদ্ধি আমেরিকান সেনাপতি জেনারেল ম্যাক আর্থারগী মথুক্তনি। মহু ওইহুনম্থ অস্ট্রেলিয়াগী লৈঙাক মন্ত্রা অস্ট্রেলিয়ানমকনি ; আমেরিকান নত্রগা ইংরেজ নত্তে,—খুদম অসি পল্লৈ কনা কনাগুম্বনা অতুবু বৃটিশ গভর্ণ-মেণ্টকী যুক্তিবু থাজে হায়বসি প্রমাণদ লৈতে।

খ্বাইদগী নোক্লিঙবা রাঙাংদি সার ষ্টেফেডনা জাতীয় গভর্ণমেণ্টকী লৈরিবা থৌদাংশিংগী মরাদা ভাংখিবনি। মহাক্না হায়রম্মি, "কংগ্রেসনা অসিগুম্বা জাতীয় গভর্ণমেণ্ট অমা লিংখংপা পাম্মি, মতুগী মথক্তা বড়লাটকী নত্রগা বৃটিশ গভর্ণমেণ্টকী করিগুম্বা শক্তি অমতা লৈতবা। হায়রিবা রাফমসি করি হায়রিবনো হায়বদু অমুক্তং থন্দুনা য়েংসি। অকক্কবা মতম লৈতনা ভারতকী গভর্ণমেণ্টসি মী খরতনা শেমগদৌরি-বনি, মথোয়শিং অসি করিগুম্বা আইনসভা নত্রগা খল্লকপা মাশিংগী মফমদা দায়া লৈতে, মথোয়শিং অতুগী মরক্তা কনাবুস্থ করিগুম্বদা লেঙবা ঙম্মোই।" কয়াদা শাথীপ্রবা রানো। অশেংবনি। মসিদি করিগুম্বা মওংদা ওইহনবা শুকয়া য়াদবদি। আইনসভা, মীখনসভা অমদি মীয় মগী মফমদ দায়ী অমস্থং ওনবা য়াবা গভর্ণমেণ্টকী অমতা ভায়রবা নমুনাদি ঐখোয়গী হৌজিকমক লরিবা বেন্থল-ম্যাক্সওয়েল-নূন-ওসমান-রামস্বামীনা কোয়শিল্লিবা খ্বাইদগী থৌজাল হৈরবা লর্ড লিন-লিথগোগী গভর্ণমেন্ট!

রেডিও রাঙাংগী অরোইবদা ক্রীপস্না জাপানগী মায়য়োক্তা ভারত-মচাগী থিনবগী শক্তিবু মথৌ শঙলহুনা পাঙ্গল হাপ্পগী রাঙাং পীরম্মি,—থৌদাং য়াগদনি, অনৌবা চাংয়েং য়েংগদবনি, অরিবা রাখল থাদোক্ক-দবনি" অসিগুম্বা অক-অফবা রা ভাক্তা।

মায়থীবা খঙত্রবা ব্যারিষ্টার সার ষ্টেফোর্ডনি হায়বগী মিংচৎ লৈ। অতুবু অঙকপাদি, রাঙাং পুন্সমক অসিগী মন্নুঙদা য়াওরিবা অশোনবা অমস্তুং মরী লৈনদবা অতুদি মহাক্নুম্বা ঙাংবনা মথৌ ওইরবা মী অমগী মমিত্তা উথিদে। "থৌদাং য়াগদবনি" অচূম্বনি। অতুবু হায়রিবদো বৃটিশ গভর্ণমেন্টকী নত্তে,—য়াগদৌরিবনি খোঙনেৎনরবা ওৎপিরবা ভারতমচা ময়াম্বা। "অনৌবা চাং-য়েং য়েংগদবনি।" এমরোমদা ভারতবর্ষদা লেঙ্দনা লৈগদৌরি মতমকুইনা লৈরক্লবা মনিঙতম্নবা শাসনতু। "অরিবা রাখল থাদোক্কদবনি।" ভারতকী মরীদা নত্তে! মসিনি বৃটেনগী খ্বাইদগী চাওখৎলক্লিবা সমাজ তান্ত্রিক ভারতকী মরূপ সার ষ্ট্যাফোর্ড ক্রীপসনা হায়খিবা অফবা পাউজেল !!

বিলাতকী ন্যাশন্যাল গভর্ণমেন্টকী মওংদ মতম খরগী ওইবা লাল মতমগী গভর্ণমেন্ট লিংখৎকদবনি য়ুমফম অসিদা মৌলানা আজাদ অমস্তুং পণ্ডিত নেহরু ক্রীপস্ প্রস্তাবকী আলোচনা তৌনরম্মি। মমৈদা উরে, ভাইসরয়গী এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলতুদা অনিশুবা ছাপা তৌবা নত্তনা বৃটিশকী অঙম-অথৌনা করি অমতা য়ানিঙলমদে। করিগুম্বা মতমদা করিগুম্বা আলোচনাদা ক্রীপসনা ন্যাশন্যাল গভর্ণমেন্টকী মমি খজিক্তুং উৎখি হায়বা রাফম অসি ফাওবা মহাক্না য়ারমদে। অতুম ওইনমক এক্সিকিউটিভ কাউন্সিলসি অমুক শেমদোকপা নত্রগা মতুদা য়াওবা য়াদবগী রাফমদা চয়োল অহুম থম্নগনি মৌলানা আজাদ নত্রগা পণ্ডিত জওহরলাল, রাফম অসিদি পাম্বনা ঙাওরবা নত্রগা থোইদোকনা তাইশিম্নবা পাম্বা মীওই নত্তনা কনানম্তু থাজরোই।

কংগ্রেসকী মায়কৈরোমদগী রাষ্ট্রপতিনা কন্না হায়রম্মি, ক্রীপসনা কেবিনেট গভর্ণমেন্টকী মঙাল পীরম্মি। ক্রীপসনা মতু খঙদে হায়না য়ারমদে। পাউ-মীশিংগী মরক্তা মার্চকী তাং ২৩দা প্রেস কনফরেন্স তৌখিবতুদা য়াওরিবা মখোয় পূম্নমক অতুনা সাক্ষি পীগনি, মসিদসু ক্রীপসনা হায়রিবা ন্যাশন্যাল গভর্ণমেন্ট অসিগী রা হায়রম্মি।

কংগ্রেস লুচিংবা কাঙবুনা হায়নিঙঙায় লৈতনা লাল্লুবা অমা লৈগ্রে।

মখোয়না ক্রীপস্‌কা খন্নখিবশিংদুগী করিগুম্বা অইবা অমসুং পীথোক-খিবা পাউগী দলিল অমতা থমদে। বিলাত্তা লল্লোনবশিংদা উই, করিগুম্বা খরা পীথোক পীশিন তৌনবা নত্রগা চুক্তিগী মরীদা মী অনিদুগী মরক্তা খন্নরিবদুগী অনিমক্না য়ানবা ওইবা রারোল অমা থম্মি। খন্নরবা মতুঙদা মী অমনা খন্নখিবগী রারোল পুম্নমক চিঠি অমদা লোয়না ইরগা অতোপ্পা মাগী মফমদা থায়। মহাক্না চিঠি অদুদা হায়রিবা রারোল অদু য়ারে হায়দুনা য়ারক্লগা য়ারক্রে, নত্রগা অরাল-অদুই য়াওবা তারুকই। থৌরাং অসিদদি মায়কৈ অনিমক্কী চান্না খন্নব-দা করিগুম্বা মতমদা অমনা অমগী রাডাং নত্রগা পুক্নিঙগী ভাবপু লান্না খঙখিবদা মতু থুনা চুমথোকপা য়াই সুপা সুপী পুন্না মী কোটি নিফুগী মরায়ক লেপ্পগী রা খন্নরিবা মফম অদুদা কংগ্রেস লুচিংবশিংনা অসি-গুম্বা চৈকশিনবগী থৌরাংসি তৌখিদে। মসি চুম্নতগী অঙকপা নত্তে, অঙাং মানবা তুংগী লখী থাপ্পা উদবগী থৌশিল্লি। সুমিৎ খুদিংগী সন্ধ্যাদা মতম অদুদা খন্নখিবা ময়ামদু চে অমদা ইশিন্দুনা থন্নগা মতুদা ক্রীপস্‌কী মশানা য়াবগী সহী থম্নবদি মতুঙদা অমগা অমগা অসিগুম্বা ওইদবা রাগংগী মরাল পীশিন্নবশি থোক্লম্লোইদবনি।

মৌলানা আজাদনা মহাক্কী অরোইবা শাংলবা চিঠিদা হায়রম্মি, উরে কংগ্রেস অমসুং ক্রীপস্ অনিগী মরক্তা খন্নবা অদুক্কীমখৈ চঙশিল-লিবমখৈ, বৃটিশকী পুক্নিঙগী রাখলসি অস্নুম অস্নুম হস্নরকপগুম তৌই। রাখল অসি মরম নৈতবা নত্তে। বৃটিশকী প্রস্তাব পুন্নুনা ভারত্তা লাকপা অমসুং ভারত থাদোকপগী মনুঙদা ক্রীপস্‌কী চরিত্রদসু হায়ঙমদনা ওনপ্রে।

ক্রীপস্‌কী অসিগুম্বা অরেম্বা তারবা অমসুং অওনবসিগী মরম করিনো, মসিগী মরীদা খন্নবা কয়া চিংনবা কয়া, থিজিনিঙডায় য়াম্না লৈ। কান্নদবসিগী দায়িত্ব পুন্নমক ক্রীপসকী নত্তে। লর্ড লিনলিথগোনা ক্রীপস দূতকী থবকতু মহয় য়ালহন্নবা থবক তৌখিদে, রাকম অসি খঙবদা লুবা নত্তে। লাল হৌগৎলকপদগী হৌনা কয়ারক হন্না মহাক্না ভারতকী মীয়ামগী শোগৎপা ফংনবগী থোদাং য়ারম্মি। অরেম্বা তাখি।

অমরোমদ্দা মহাকনা তৌবদা ওইবা য়ারোইদৌবা অতোপ্পা অমনা হোৎমদা, থোইদোকনা শিন্মীদলগী মেম্বর অমনা তৌবদা ওইবা য়াবা, মসি মঙোন্দা কান্নবনি হায়না লৌদে। মী অমগী মত ওইনা লর্ড লিনলিথগোসি কন্সার্ভেটিভ ডাই হার্ডনি হায়বসি কনানস্থ খঙদবা নত্তে।

জঙ্গীলাট আর্চিবল্ড রেভেলনা লৈঙাক মন্ত্রী ভারতমচা অমগী মথাদা থবক তৌবসি য়ানিঙত্রা য়ানিঙদত্রা হায়বসিস্থ খঙনবা পাম্বে লৈতে। রেভেলদি হৌজিক বৃটেনগী অথোইবা সেনাপতিনি, মহাক্কী লালগী হৈ-শিংবগী মথক্তা বৃটিশ গভর্ণমেন্টকী অচেৎপা থাজবনি। ভারতবর্ষদা, থোইদোকনা মহাক্কী লালগী ওইবা থবক্তা রেভেলনা য়াদবা করিগুম্বা থৌরাংদা য়াবা হায়বসিস্থ মথোয়গী মফমদা ওইথোক্তে।

মীয়াম্বা খন্নবদি অসিনি, লণ্ডনদগী টেলিফোনদা সার ষ্টেফোর্ডতা চেকশিন্না হায়রকমাল্লে, য়ার কেবিনেটনা ইত্তুনা পীরক্লিবত্তুদগী মহাক খোঙফম অমা ফাওবা হেন্দোকপা য়াদে। ভারতবর্ষগী মরীদা চার্চিল অমস্তুং এমারিগী পুক্লিঙ য়াখল অস্তুক্কী মতিক মুম্না খঙনৈ মত্তুদি, খন্নরিবা য়াখল অসিমক য়ুমফম লৈতবনি হায়বসি খনবা য়াদে।

অনিশুবা লাঞ্জাও হৌরকপদা ইংলণ্ডগা রাজনৈতিক আকাশতা ক্রীপস্‌তনি মঙাল য়াওরমদবা। শিন্মীদলগীস্থ মতম অত্তুদা মহাক্কা মরী তৎনরবনি। ইং কুমজা ১৯৩৯ গী লোইরমদাইদা মহাক ভারতবর্ষদা লাক্লম্মি। মফম কয়ামরুম য়েংহল্লম্মি, অতোপ অতোপ্পা লুচিংবা কাঙ-বুশিংগা য়ামনা লোনদিন্নবা মওংদা তিন্নরম্মি, পণ্ডিত জওহরলালগী অক্তি-থি ওইনা মম্লঙ হুঞ্জিন্না থিজিন্নরম্মি লৈবাক অসিগী জাতীয় আন্দোলন অমস্তুং মসিগী চেস্থরক্লিবা ঈচেলগী মরীদা।

ভারতবর্ষদগী ক্রীপস্‌ চৎলম্মি চীনদা। চীন্দগী রাশিয়া য়োরগা ইংলণ্ডদা হল্লকপা মতমদা, চেম্বরলেন গভর্ণমেণ্ট লৈখা তারক্লে, প্রধান মন্ত্রি ওইনা চার্চিলনা নৌনা ক্যালিশন গভর্ণমেণ্ট শেম্লক্লে। মতম অত্তুদা রাশিয়া অমস্তুং বৃটেনগী মপানগী মরী ফজবা নত্তে, অত্তুমকপু রাশিয়াগা তিন্নরগতদা য়ুরোপনা হিটলারবু থিংবা ওইথোকনি। কনানা থৌদাং

য়াগনি রাশিয়া অমসুং বৃটেন অনিগী মরুপ শানহনবসি ? ক্রীপস্‌কী মমিঙ কনানা হান্না হৌদোরকপগে হায়বসি খঙনবা পাম্বে লৈতে। অদুবু আইনগী থবক্তা শেল য়াম্না তানবগী থাদোকলগা রাজনীতি লবুক্তা অঙকপা ওইনা ক্রীপসনা খঙহৌদনা নোংমা চঙলক্লম্মি ১০ নম্বর ডাউনিং স্ট্রীট্টা। প্রধান মন্ত্রি চার্চিলনা হায়রম্বা য়াই, মস্কো পাম্নবদি নহাকনা মফম অদুদা বৃটিশ রাজদূত ওইনা চৎলু। বৃটেন অমসুং রাশিয়াগী মরক্তা মরুপ ওইবগী মরী থম্নবা পাম্মি। হৌজিকমক চৎলো। ফর গডস্‌ সেক্‌।

ক্রীপস রাশিয়াদা চৎখ্রে অমসুং ভুম্নমথৈ লোৎনরম্মি। বৃটেন অমসুং রাশিয়াগী মরক্তা মহাক্না মুংশিননবা শেম্লম্মি, মসিগী মমাংদা ওইশোক-তবনি হায়না লৌনরম্বা। মস্কো অমসুং কুইবাইসেভতা মশাগী মথৌ লৌইরগা ঈং কুমজা ১৯৪২ দা ইংলণ্ডদা হল্লক্লম্মি মতম অদুদা ক্রীপসকী মিংচৎ অমসুং মীনা মুংশিবা মপাল নাইরমদ্রে। চার্চিলনা মহাকপু মশাগী মন্ত্রি মণ্ডলদা লৌশিন্লম্মি।

ভারতকী সমস্যাদা মহাক্না অপেনবা ওইবা পল্লেপফম অমা পুরকপা ঙমগনি হায়বসি ক্রীপসনা থাজরম্মি। ৱার কেবিনেটকী প্রস্তাব অদু ভারত জাতিগী আশা, খোৱাংবা থুংহনবা ঙম্মোই, ৱাফম অসি মহাক খঙখিবরা ? অদু ওইরবদি মহাক্কী য়াম্না খঙলবা মচীন য়োরবা বুদ্ধিগী মরীদা চিংনবা পোকই। ময়াম্না তানরিবদি অসিনি মদুদি, গান্ধিজীনা অহানবা ক্রীপসকা উন্নবা নুমিত্তা হংলম্মি, "প্রস্তাব অসি পুদুনা নহাক ভারতবর্ষদা লাক্লিবা করিগীনো ? পাউতাক পীরম্মি, "মসিদগী হেন্না নঙগী করিসু পীবগী পাঙ্গল লৈত্রবদি, হনখিবা এরোপ্লেনদা চৎখিবা য়াগনি।"

ক্রীপসনা শোয়দনা খঙলমগনি ৱার কেবিনেটকী প্রস্তাবশিংসি মতিকচাবা নত্তে। অদুমকপু মহাক্কী আশাদি ভারতকী মীয়ামগী লুচিংবশিংগা মহাক্কী মশাগী ওইনা লৈনরিবা চাঙবা অদুমকনা মতেঙ ওইদুনা মথোয়গী য়ানিঙবা ফংগনি। অদুবু কংগ্রেস লুচিংবশিং অসি অঙাং নত্তে ;

মশাগী ওইবা চান্ন-চিন্নবগী হ্রাফন্না জাতিগী লাইবক লেপ্লগী থবক্তা মমি তাহন্নিঙদে।

অসুমনা খল্লি ক্রীপসনা আশা তৌরম্মি, থবক অসিমক্কী মীনি ম্যান অন্দি স্পট—হায়না খন্দুনা মহাক্না প্রস্তাবশিং অদু বৃটিশ গভর্ণমেণ্টকী মীচঙদা খর খরস্থ হাপতোক হাপচিন তৌবগী পাঙ্গলস্থ লৈগনি। চার্চিলনা মদুস্থ অরেম্বা তাহল্লম্মি। মাইকৈ অনিমক্তা মহাক অরেম্বা তারম্মি।

মশাগী মতবাদতা লেঙদবা অমস্থং অশেংবদা লেপ্পা মী ওইরবদি মতাঙ অসিদা মন্ত্রীসভাদগী ফম থাদোক্কদবনি। ফোংনা লাউথোক্কদবনি, ভারত মচাশিংগী দাবীসি অচুম্বনি। বৃটিশ গভর্ণমেণ্টকী হ্রাথল অনিমক তাইশিন্নবগী লম্বী নত্তে, মথোয়গী মমুঙগী ওইবা হ্রাখলসি চিংনিঙভাই ওই। ক্রীপসনা মদু তৌরমদে। মহাক্না বৃটিশ গভর্ণমেণ্টবু শৌগৎতুনা কংগ্রেসকী ফত্তবা ভাংলম্মি। বৃটিশ গভর্ণমেণ্টকী অসিগুম্বা খম থেংনা খুদোংথীরবা মতম অসিদা ক্রীপসকী ন্যায় নীতিদগী মন্ত্রীসভাগী মশাগী থবক তৌমিন্নবশিং অমস্থং প্রধানগী মায়কৈরোমদা তু ইনববু অথোইবা মফম পীরম্মি। বৃটিশ জাতিগী কান্নবগীদমক মহাক্না নিন্দাগী মশক ওইবা হ্রাভাং লৌরম্মি। সম্রাজ্যগী কান্নবগীদমক সমাজতন্ত্রী সার ষ্ট্যাফোর্ড ক্রীপস্না মশাবু হাত্তোকচরম্মি।

চার্চিলনা জয় ওইরম্মি। চুম্নগী ভারতবর্ষতবু নমথতুনা থম্নবগী হোৎনবতা নত্তে, মশাদা ওইরকপা হ্রাবা রাজনৈতিক অকনবা চৈফু মাঙ-হন্নবা হোৎনবদস্থ মপুংফাবা মহয় ফংগ্রে।

ইংলণ্ডগী প্রজা মীয়াম্না চার্চিলগী প্রধান মন্ত্রিত্বদা মুংঙাইরমদে। অতোপ অতোপ্পা লানফমদা মথং মথং ওইনা মায়থীরক্লবদা পার্লামেণ্টকী মেম্বরশিং লৈতানরকত্রে মগোয়না শাথীরবা লোন্দা চার্চিল গভর্ণমেণ্টকী থবক শোয়বশিংবু খন্নরম্মি। অদুবু চার্চিলবুদি খাদোক্রমদে। মসিগী মরমদি চার্চিলদা থাজবা নত্রগা হ্রাবা নত্তে। পাম্বৈ অমত্তা লৈতবনি

মখোয়গী, প্রধানমন্ত্রি ওইনবা মতিকচাবা অনিশুবা মীওই অমতা ইংলণ্ডদা লৈতে।

রাশিয়াদা থাজদনা মহয় য়াল্লকপা ক্রীপস্‌তা পীখিবা ইকাইখুম্নবা অমসুং মিংচৎ, মতুনা মরম ওইদুনা মীয়ামগী মিৎয়েং চিংশিল্লম্মি মণ্ডোন্দা। কনা কনাগুম্বনা হায়নবা হৌরক্লে ইংলণ্ডগী ভুংদা ওইবা য়াবা প্রধান মন্ত্রিদি সার ষ্ট্যাফোর্ড ক্রীপসনি। ভারতকী সমস্যাদা পেল্লা লোইশিনবা ওম্লবদি ক্রীপস্‌কী মতিকচাবদা বৃটিশ প্রজাগী থাজবা অমুক্কা হেন্না চেৎশিনখিগদবনি, চার্চিলগী অকনবা চৈরাক্কী মওংদা রাজনীতিদা ক্রীপস্‌কী প্রভাব তোপ-তোপ তারমগনি ব্রার কেবিনেটকী করিস্থু য়াওভ্রবা প্রস্তাব অমা পীদুনা চার্চিলনা ক্রীপসপু ভারত্তা থারক্লম্মি, মরমদি মহাক্না চিংনবা লৈতনা থওলম্মি গান্ধিজী, আজাদ অমসুং নেহরুনা কদৌডৈদসু, প্রস্তাব অসি লোৌরোই।

ক্রীপস্‌কী থবক অরেম্বা তারম্মি। চার্চিলগী প্রধান মন্ত্রি লেণ্ডদনা লৈরে। রাজনীতিদা হন্না ফুরক্কদবশিংদগী নাম্থোক্লবা পাম্বৈ য়াম্না লৈ। ষ্ট্যালিননা মখোয়শিংত্ত হাণ্ডোকই নোংমৈ গুলীনা, চার্চিলনা মখোয়শিং অসিবু লোইশিল্লি কুট নৈতিক্কী মতেঙনা। সোসিএলিষ্ট ক্রীপসনা ইম্পিরিয়্যালিষ্ট টোরিশিংগা খুৎশম্নদুনা বৃটিশ রাজনীতিদা মখুৎমক্না মশাবু হাৎচনবগী সহী তৌরম্মি মশানা থওন-থওনা।

শুমিদাংদা মরুপ অমগী ময়ুমদা চাক্কী বার্ত্তন লৈরম্মি। ভদ্রলোকতু কলকাতাগী অফাওবা সাহেব কোম্পাণীগী কভেনান্টেড সার্ভিসকা মীনি, অঙৌবা শাগৈগা থৌশিলদা বাঙ্গালা অফিসার মতোমতনি। তলব য়াম্মি, মঙাল চাউই। লালগাদমক গভর্ণমেণ্ট সপ্লাই ডিপার্টমেণ্ট য়াম্না ব্রানা পুরকপনি। মশাগী কোম্পাণীদা 'লিয়েন' লৈহৌরি। লাল লেইরগা মফম অদুদা চৎখিদুনা অমুক হন্না মশাগী ফমদা হান্নগী মতিক মঙানগা লোয়ননা লৈক্লগনি।

বার্ত্তন তৌরিবা মীশিংদু তরারোম ওইগনি। ঐ ইতোমতনি নাম্না তারিবা। লৈহৌরিবা পুম্নমক্তি জুড়া,—মিষ্টর অমসুং মিসেস্। শুমিদাংগী

চয়াদু পুং মাপন্দানি, অতুবু বার্তনগী মীশিংদি পুং তরেৎ মখায় তাবল্লা লোইনা লাক্লরে। ড্রয়িং রুমদু মখোয়গী নোক খেবা অমসুং নুংঙাইরবা খোঞ্জেলনা থনগ্রে।

ঐখোয়গী মমাঙঙৈগী চাক্কী উৎসবকা ডিনর্ পার্টিশিংগা খেন্নবসি য়াল্লা ময়েক শেংই। খেন্নরিবসি চুম্নতা ফমফম চাব-থকপা অমসুং ছুরি কাঁটানা চাবতদা নত্তে ঐখোয়গী চানবগী থৌরাংদি মরুওইনা সমাজগী থবক থৌরমগা মরী লৈনৈ। লৈশাবী লুহোংবদা, মুপা মচাগী যজ্ঞ তৌবদা, মশুগী চউখা নত্রগা ব্রত, থাশিনচিংবা থোকপদা শ্রাদ্ধনচিংবা তৌবদা ঐখোয়না বার্তন তৌনৈ। মতুদা মী কৌই ইচা-ইশু অমসুং মরীমতা য়েংহনা নুংশিনবগী য়াখল তৌবা নত্তে। অতুনা মশী'দি ওমখৈ লৈতে। শুমাঙদা সামিয়ানা খল্লগা মতুগী মখাদা ফিদা অমা থারগা মতুদা মী ছুমফুতরা নত্রগা মরিফু ফম্মি। মুপীশিংগদমক তুম-ফম কাদা ফমুঙ কাংথোল থাংদোকলগা চাফম শেম্মি। মসিদনসু লোইদে বার্তন তৌরিবা পূম্নমক চাগদবনি য়ুমদগী পরা অমরোম থম্লিঙৈদগী তাবা ফংই ময়ামগী লাঙবগী খোঞ্জেল।

ইংরেজী ডিনর্‌দি থোইদোকপা থোদোক অমগীদমক তৌবা নত্তে। অকক্লবা মুমিৎ অমসু লৈতে। কনাগুম্বা থোইথোকপা মীশক অমবু কৌবগী নাম্থোকপা য়াত্রবা দায় য়ুম্বুরেনগী লৈতে। য়ুম্বুরেম্বীনা হায়রগা লোইরে,—মরমদি বার্তন তৌই য়ুমলৈমশিংনা।

টেবিল অমদা ফল্লগা চাবগী চৎনবীনি, মহৌশানা বার্তন তৌরি-বশিংদু ইকোয় কোয়শিন্না ফম্মি। অয়াম্বা শরুক্তা মী তরুক, য়ামলবদা তরানিথোই। মতুসু য়ুম্বুরেল অমসুং য়ুম্বুরেম্বী য়াওরগনি। য়ুম্বুরেম্বীদু মফম অসিদদি চাক-শঙগী মাঙোন্দা ময়দা নোইহনা থৌ চিন্দে, ড্রইং রুমদা বার্তন তৌরিবা মী মত্তা তরুক্কা য়ারী শারিবহুদা মহাকসু য়াওই। মহাক্কী ফিজেৎতু য়াইঙং চুহন্দুনা মোত্তে, চাকখুমগী হামুক তেশিন্দে অদুগা মশাদু অৱা'না কয়ানা কোঁয়শিন্দুনা চোকথবগী অৱাবা উদে। মহাকসু ফজনা শেৎলি, নিংথিনা লৈতেংই। মহাক বার্তনগী মী পূম্নমক্তা

চাবা লোইরগা হুমিদাং রাইরমদা খাইগী মমৈদা চাদে, মখোয়গা লোয়নননা চামিয়ে। য়ুম্‌ রেলনা মখাংদা গমছা পুনশিন্দুনা ঈশিংগী জগ নক্রগা থুমগী চক্কু পায়তুনা কোয়চেন গেল্রবস্থু অতিথিশিংগী চানবী মিথয়েং-রোমদা মিথয়েং থম্মি, মখোয়গা লোয়নননা কম্মিরদুনা চায়।

চাবসিনা ইংরেজী ডিনর্‌গী মরু ওইবা রাক্ষম নত্তে। মসিদি মরুপা মপাঙশিংগী অমতা ওইনা উল্লবগী থোদোক অমা ওইবতনি। মরম অদুনা চাবগী থৌরাংসি অকক্কে। স্থক্তানিদগী হৈ থোংবা ফাওবদা য়েল্লাং ভয়া অতুগা দরবেশতগী রবড়ি ফাওবদা অথুম অহাউ মখল মঙা লাওব্রবস্থু কনানস্থ নোকনদে। পান্তুয়া গোলাগী মিংচৎতা মতিকচাবগী মফম লৈতে ইংরেজী ডিনরদা। ঐখোয়গী হৌজিক্কী সমাজগী ইঙ্গ-বঙ্গগী মরাল থিবদা করিগুম্বদস্থ চোকথদ্রবা মখোয়শিং অদুদা য়ামদ্রবদা থবক অসিনা মখোয়বু ঐখোয়গী ইফমদা তৌবিমল উংপা লৈগনি।

ঐখোয়গী বার্তনগী মপৃহু সভাগী মতিকচাব মওংগী মীনি সভা তিলহনবগী পাঙ্গল মঙোন্দা লৈ। মতম অমদা শিকারদা সুংঙাইবা লৈরম্মি। বিহারগী জঙ্গলদা লম-ওক তানবগী রারী তৌরম্মি, আসামগী উমংদা কবোকৈ।

চুম্নগী রারীতা নত্তে, তাসকী মখল কয়াগী মিত্রংস্থ হৈ: মমিৎ উইশিল্লগা তাস মপৃ অদুদগী য়েনশিন গুলাম পুথোরকতুনা ময়াম্বু ওকহল্লি থম্বাল মাপন পানবা মনাহু মখুৎনা অমুক্তং লৈরগা মিকুপ্তা ওইহল্লি গুলাম অদুগা মুপী অমগী শাড়ি গুঞ্জাদগী চুথেক সাহেব পুথোরকতুনা মুপীহুবু লৌনস্থী তাহল্লি অদুগা ময়ামগী মফমদগী হরাওনা ধাগৎপা কংলম্মি। রারী রাতাই অমস্থং নোকখেবগী মরক মরক্তা অইংবা ঈশিং অমস্থং ককটেল গ্লাসতা থামেন-শিনবা মহী য়েল্লি বেয়ারানা।

চান-থরুবগী থৌরাংদি মনিঙগী কাদনি। অচৌবা ডিনরনি। টেবল অমগী মথক্তা তোঙানবা পাত্রদা চানবা পুম্নমক শেম-শাতুনা থম্মি। রোষ্ট, স্যালাট চোপ মহুগা লোয়নননা পরোটা বিরিয়ানী পটলগী দোলমা পুডিং রসগোল্লাস্থ য়াওই। ওকনিঙঙাই করিস্থ লৈতে। ঈঙ্গ-

বঙ্গগী মমি তারি ঐখোয়গী ফিজেৎ-চাকচা অমসুং রাখল থবক্তা। লিক্লি খুজি তরাগা লোয়নবা ঐখোয়গী সুপীশিংনা শিরি খুদাং ঘড়ি; ফিথুপ নাইরবা ফৈজোমগী মথক্তা সুপাশিংনা লিংলি ডবল কফকী পুরিং।

নাকলগী ফানশাংদা মপৈ মপৈ গুইনা মাইকৈ অমরোমদা প্লেট লৈতেং-ডুনা লৈরি, অতোপ্পা মায়কৈরোমদনা চামচ, কাঁটা অমসুং ছুরি। ময়াম পুন্নমক প্লেট লৌরগা মথুংনা মানা মানা পামজবা অচাপোৎ লৌনৈ। সুপা অয়াম্বনা টেবলগী অকোয়বদা লেপ-লেপ্তুনা চানৈ। সুপীশিংনা কনাগুম্বনা চৌকিদা ফম্মি, কনা অমনা সুপাশিংগী মতুঙ-ইন্দুনা লেপ্লগা চায়। য়ুম্বুরেস্বীনা চান-চানা য়েংশিল্লি অতিথিশিংবু। হায়রম্মি, "করিনো তৌরিসিদে ইবেম্মা মিলি, নঙদি করি'মতা চাত্রিসিবো? মিষ্টার সেন, চোপ্‌ অমতংগা লৌবখো। মিসেস্‌ দেশাই, রোষ্ট লৌবিরত্র. ?"

মিসেস সাহাগী মিং মসিগী মমাঙদা তারে, ইমিংমক্লা উবদি উৎসব অসিদনি। ময়াং য়াম্না কংই, লৈনরিবা বাঙ্গালী সুপীশিং অসিগা চাংদমবদা মতিকচানা ঙৌই অদুবু পাউডর য়াম্না হেনমনখিবনা মশাগী মহৌশাগী লৈজরিবা কুচুবু অসিগুম্বা মওংদা কুপশিন্দুনা থমগ্রে মদুদি, চেগুম্না ঙৌরবী মায়থোং অদু উবদা নিঙঙুরে করিগুম্বা য়াম্না শাথিনা নারুরবা মতুঙদা ভাওয়ালী নত্রগা মদনপল্লী সেনিটোরিয়মদগী হৌজিক্তা হৌগৎডুনা থোরক্লিমাল্লে হায়না। ফিজেংনা অঙৌবা শিফকী জোন-জোন লাউবা শাড়ি; লিক্লিগী মতৌগুম লংই। মতুগী মনুঙদা হেক য়েংবদা তশেংনা উরবা পারপ তৌবা মচুগী মনুঙগী ফিজেৎ অমা। শাড়িদা মপাল য়াওবা হায়বসি হৌজিকী মতমদা কয়া চংনবা নত্রে। পাম্বোম তথ্বায় য়ৌবা ব্লাউজ মনুঙদগী শাংলবা কংলবা পাম্বোম অনি। 'ভি' মওংগী মমাংগী শরুক্তা থম্মোই শোক্লিঙঙাই মওংদা রাংলবা লেঙ-জুম অনিগী মমাঙদা লৈরিবা রাংখংলবা ঙকশমগী শরু অনি। ঙক-শমদা মুক্তা পরেং অমা। নাপদা হঙ্গাম মপাল মওংদা পিক্রবা মুক্তা লেঙশিন্দুনা না-স্নানবী জোড়া অমা লেঙজুম ফাওবা য়াম্বরকই। ওইথংবা

খুৎকী শাংলবা কংলবা খুনিংথৌদা মতুগা চান্নবা মুক্তাহৎপা চাউরবা খুদোপ অমা। অশংবা হিগোক মঙ্গ্যামচু, পেক্রকমচু অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা মচুগী শাড়ি শেৎলিবীশিংগী মরক্তা নুপীসিগী ফিজেং লাকশেৎ অসিনা পূমতোপ তোপ্পি। নিংথম-খাদা মচু মখল কয়াগী মরক্তমী লগী লৈকোন্দ থাবল্লেগী থিনগৎলকপা চরোংগুম্মি।

নুপীতুনা টেবল স্পুনগী চামচ তঙ্খায় অমা বিরিয়ানী লৌরম্মি, মতু ফাওবা লোইশিনবা ঙমদবগুম্না! য়ুম্মুরেম্মানা মহাক্ক' প্লেট্টা রোষ্ট খজিক্তং হাপ্পবা চৎলম্মি। "ঙমজররোই ইবেম্মা, ঙমজররোই, হাপ্পিরম্নু, চানবিতুনা" হায়রতুনা লাওরম্মি। য়াম্না কন্না তকশিল্লখদা চোপ্ অমা লৌরম্মি অমসুং খুবীগা খুদোম্বীগনা চপ্তুনা য়াম্না চেকশিন্না মতুগী শরুক মরিথোকপগী শরুক অমতং থুগাইত্তুনা চারম্মি মসিতমক হায়রম্মি, "পুকসি য়াম্না শাথিনা থনদ্রে অমুক হাপচিনবা ঙমদ্রে।"

টেবলদা মোরোক শারবা অমেৎপা অমা লৈরি, মিসেস সাহানা মতু খজিক্তং লৌরম্মি। মসি চৎনবীনি। মিষ্টর সাহানা খাম্লতুনা হায়রম্মি, "চারুম্নু, মোরোক অতুক য়ামনা চারবদি নাতুনা শিবা তারে।" মসিসু অনৌবা চৎনবীনত্তে। মুপাশিংনা মোরোক চাবা থিংই অতুগা নুপীশিংনা মতু লৌদনা মোরোক য়াম্না চায়, মসিনা প্রমাণ ওইরে হৌজিক্তা মীওইশিংগী চাবগী মরদা অমুক্তাহেন্না হকচিনবী ফ্যাশননি।

চাবগী মতাঙ লোইশিল্লকপদা নুপীরোমদা হায়রক্লে ইশৈগী। কনাগুম্বনা "মতম কুইরে থাদোকখিগা" হায়তুনা নাম্থোকখি। য়ুম্মুরেম্বীদি কাবল শাবক শকপা ঙম্মি অতুনা মগাকপুদি য়াম্না তরুদ্রবসু য়াই। গুজরাটি নুপী অমনা মহাক্তা লমগী ইশৈ তাহল্লম্মি। মতুগী মমুংদা ভক্ত কবি নরসিংহ মেহতাগী শৈরেং অমা মহাক্তা লেংবা "বৈষ্ণব জনতো তেঁনে কহি" হায়বা ইশৈ অমা হৌজিক্তা মতম অসিদা গান্ধিজগী খাইদগী পামজবা মওংদা মমিং য়াম্না চৎলি।

মিসেস সাহা মপুকচেল চাওই অহিং য়াম্না থেঙলগা ডিনর পার্টি লোইরে। মশাগী গাড়িদা ঐবু ঐগী লৈফম তাম্না থিনবিবা পাম্লম্মি।

মিষ্টর সাহাদা হায়ম্মি "বীরেন, মিনি সাহেবপু কুইন্সরেদা থাদবিরুবা তারি।"

হৌজিক্কী থম খেংবীদা মপূরোইববু মমিঙ ফান্দুনা কৌনৈ। মসি ইংরেজীগী মতৌতম্বনি। ঐহাক অওনববু য়াদবা নত্তে। মপূরোইবগী মমিঙ পনবা য়াদে, হায়বা নিয়মগী শাস্ত্রনা হায়বশিংত্তুদা ঐহাক থাজদে। অদুবু ইংরেজী জন্ আর্থার সিরিলগী কায়দাদা ঐখোয়গী মুপীশিংসু সুধীর, বিকাশ নত্রগে উপেন হায়না কৌনবা হৌরক্লবদি তু খ্যাও চুংনিঙ-ঙাই মরম করিসু লৈতে।

মীগী মিংসি কৌননবগীদমক্তা নত্তনা অতৈ করি অমগী কান্নবা লৈত্রবদি, মিংগী মহুত্তা মশীং শিজিন্নত্তনা ইরায় লায়না চংনবা য়ারব-গনি। মত্তু ওইরবদি মচানুপী পোকপদা মমা ওইবা শিংনা মমিঙ থনবদা রাখল খন্নিঙঙাই লৈত্রে। মুমিৎ খুদিংগী অনৌবা মমিঙ থোন্নবগীদমক হায়জত্তুনা রবীন্দ্রনাথকী মফমদা চিঠি লাক্লম্মোই।

মিং হায়বসি মরোল থোক্তবশিংগী মফমদদি মশক তাক্লবনি। গোলাপপু ঘেঁটু হায়না কৌরবাদ মহাক্কী মনমগী মহাউদু লৈররোই, রাফম অসি সেক্সপীয়ারগুম্বা মঙা তরাম্ন খঙভি; মিং অসিগীদমক্তা মহাকপু মতম পুংমক্কী ওইনা কাব্যগী পথ্যৈদগী তান্থোকপা তারবম্নু।

তৌইগুম্বসুং মীগা মরী মখোঙ দি করিগুম্বা অকক্লবা পোং নত্রগা হীরমদগী থোরকপা নত্তে। তোঙান তোঙানবা অকোয়বদা লৈরিবা ফিভমশিংদা তোঙান তোঙানবা মরমদা, তোঙান তোঙানবা মীওইগী মফমদা তোঙানবা মওংনি। মত্তুবু ফোংদোক্লবগী তোঙানবা মমিং চঙভি অফিসতা কেরানীবাবুগী মফমদা মিষ্টর মুখর্জি কৌবত্তু লৈকাইদা মরুপশিংগী মফমদা বিনোদবাবু, অঙাং ওইরিঙৈগী তম্মিনরকপা মমাম্নবগী মফমদা বিন্দে, য়ুমদা মমাগী মফমদা মুপামচা অত্তুগা কনাগুম্বা অকক্লবা মীওই অমগী মফমদনা 'নঙবুনে', নত্রগা 'তারিত্রা' নত্রগা চুমনতা 'হৈ'। মখোয়শিং অসিদি মিং নত্তে,—থিন্দনা তাকপনি। সংজ্ঞা নত্তে, খুদম্নি।

হায়রিবা অকক্পবা মীওই অতুগী মফমদদি খোইদোকপা অর্থ পুরি, থোই-দোকপা নাকোংদা থোইদোকপা স্নরনি। অতবু অখণ্ডবা মীশিংনা খণ্ডিং, পিকথ্রবা ময়েক অনি অসিগী পান্থৈনা তাকপা ওল্লিবত্থু মশানা ওমজর-বনি, ওম্মি মসিনা লৈবুক্তু শাংকাইংনবা

১৩

মী খুদিংগী পুন্সিদা অসিগুম্বা অশোনবা মিকুপ কয়ামরুম লৈ মতম অতুদা মহাক্না থোপর্কা থবক্তুগী থম্মোইনা হেন্না শিজিন্নরকপা। অতু-গুম্বা মিকুপশিং অতুদা করি'মতা য়েৎনবা তৌদনা পাঙ্গল য়াওদ্রবা মাগী মতৌগুম্না য়াম্না চেকশিনথ্রবা মীশিংগী থাওবগী লীপুন পূম্নমক তৎখি। মতম অতুদা পুকচেল ফাবা ওম্বা যোগীশিংস্থু মিৎয়েং মাংখি, শেনবা কনবা মহাজনশিংস্থু জগন্নাথরচক্রী খাতাদা শেন্দোং পূম্না ইশিল্লি অতুগা মহৌশানা পুকচেল চেৎপা রা হায়দোকন্দবা মস্থু লৈতাদ্রবা পুক্লিওনা থম্মোইগী রাহু অতোপ্পা মাগী মফমদা হায়দোকখি। অসিগুম্বা অশোনবা মিকুপ অমদা অধারকারগী তৌখিবা ইতিহাস অথাকপা লৈতনা হায়দোকত্রে। চোকথরবা মিৎ অমস্থু মরুপ য়াম্দনা লেংক্লব পুন্সিগী মফমদা লৈবিবা অথুপ্পা পূম্নমকস্থু মহাক মশানা হায়দোকপদগী তাবস্মি।

স্থমিদাংবাইরমদা অগা নোংপোক ওমথৈদা নোং উরক্লে। নোংবু খৌরাংনা ওাইনরম্মি কান্নেন মৈশানা চাক্লবা রারবা কাওবুনা! নোং-চুথরকত্রে, লাক্লে নোংলৈ শুংশিং। উফুলগী মপৈ মিংনা উদনা রাখলনা লাম্বদা ফংদ্রবা মওংনি। বাংলাদেশতা করিগুম্বা মতমদা অসিগুম্বা পোং অসি উদে। লৈণক লৈখা পূম্নন মমহন্দুনা য়াওলবা খোওচৎনা কন্দ'ইদগী লাক্লিবনো, উফুল মপৈনো হায়বসি খনফম থোক্কে। চুথরকপা নোংদগী মংলিবা নোংনা সুমিৎপু কুপশিনবা হেনক্রে।

সুংথিন্দা ইমুণ্ডা ৈম থানগৎপা তারম্মি। থোংজাও, মিন্থুৎথোং পূম্নমক অহো-অরাঙ অমতা লৈতনা থিংজিল্লবা ফাওবদসু উফুল খরা চুংলকই নাতোন্দা, মায়দা মিত্তা করি অমুক হায়গনি উপু মনুঙদা থুপ্তুনা লৈবা ফি-রোল ফাওবদা উফুল চঙলকই। নোংগী মরিক অমা ফাওবা তাদে ; কংলবা উফুল মপৈ নত্তনা। অদুবু অমম্বা অসিনা মৈশাদি মাঙম্বি, মা-লেমসি খরা ঈংই। অরাং ভারতকী ঙকনিঙভাই ওইবা মহৌশাগী খুৎশে-মদা অসিগুম্বা উফুল মপৈগী সুংশিৎসি অমনি।

থোঙ লোনশিল্লবা কা অদুদা ঐখোয় অনিনা মায় ওনশিন্নদুনা ফম্লম্মি। মপান্দা শোঁ-শোঁ মখোলগা লোয়ননা সুংশিৎ শিংপনা, উ-ফুলগী চীংদুম ওইহল্লে। তপ্না তপ্না খোঞ্জেল নেম্না হায়রকই আধারকারনা মশাগী পূন্সি-রারী।

আধারকারগী শাগৈগী চৎনবীদি লাল তৌবনা শিনফম্মি। মহাক্কী মপা-মপূশিংনা লাল তৌরম্মী মুঘলশিংগা শোক্নরম্মি যশোবন্ত সিংহগী মায়য়োক্তা। মহাক্কী মবুধৌ বিষ্ণুদত্ত পেশোয়া বাজিরাওগী অথোইবা সেনাপতি ওইরম্মি। আসাইগী লালদা পেশোয়াগী ওইথংবা নাকন্দগী য়েক্নবনা ফুজিল্লক্লম্মি অরেপ্পা লৈতনা গুলিনা পান্দুনা মবুক্ত শোক্লে। আধারকারনা অঙাং ওইরিঙৈদগী উরকই মখোয়গী পাঙ্গল লৈরবা কল্লবা খুৎ-শু খুৎলাই, চেকশিন্না ঙাক্লবা লেমজনিঙভাই ওইরবা শাগৈগী উত্তরা-ধিকার। অকনবগী ঈ চেল্লি মহাক্কী মশাদা।

ইমুঙ-মনুঙগী লল-থুম য়াম্না লৈরম্মি, থৌনা মমিঙ চৎলি, অদুবু হৌজিক্তা বিত্তাদি লৈরমদে। আধারকার মপাগী অমতা ঙায়বা মচানি, মহে তম্লম্মি পুণাগী ইংরাজী স্কুল অমদা। এল্ফিন্ষ্টোন কলেজদগী পাশ তৌরগা মাঞ্চেষ্টরদা চৎখি। ফিশা-লোনশা নিংথনা তম্লগা মরৈবাক্তা হল্লক্লম্মি, মতম অদুদা য়ুরোপকী অহানবা লালজাওনা পূম্নমক গোকথহল্লম্মি। বোম্বেদা ফিগী কল অমা লিংখৎলম্মি, হিংচাবগী মতৌগুম্না নোম্বা হৌরম্মি মদুবু মহয় য়ালহন্নবা।

চহী মঙারোমগী মতুঙগী রানি। সন্ধ্যা অমদা মরুপ অমা লাক্নি

হায়দুনা দাদর ষ্টেশনদা লাক্লম্মি। মরুপ্তু লাক্লে। হন্নকপা মতমদা নাকোংদা লাক্লম্মি সুপী খোঙ্গেল অমা। মত্ত খোঙ্গেল নত্তে ; সুরনি। লোল খণ্ডদে তুং হন্না য়েংলম্মি, প্লেটফোরমদা লেপ্লম্মি নৌরিবী চম্মু অমা মীয়ায় চল্লবা ভদ্রলোক অমগা লোয়নননা। মমাঙদা সুটকেশ, হোল্ডঅল, লীগী পোলাং অসিনচিংবা পোৎ-শিং। অনিমক্কী মায়থোংদা লাঙতক্লবগী মমি ময়েক শেংনা তাই বোম্বেদা মতম অত্তুদা কাঙলুপকী ফুন-?চনবগী ঈরাং য়াম্না কন্না চত্থরি। ষ্টেশন মনুঙদা কুলী লৈতে, মপান্দনা চথোক চৎশিনগী গাড়ী রাংপা। সন্ধ্যাগী মতুঙদা মপান্দা চথোকপা থুদোং-থীদবা নত্তে আধারকারনা হংলম্মি, "অদোমবু বোম্বেদা লাক্লিবসি মসিনা অহানবরা ?

ভদ্রলোকনা হায়রম্মি, "অহোয়, ঐগী মরী মতা অমা মফম অসিদা লৈ। মত্তোন্দা টেলিগ্রাম তৌখিবনি ষ্টেশনদা ঙাইরম্নবা হায়দুনা। অত্তুবু লাক্লে টেলিগ্রাম ফংদ্রমাল্লে।"

"ফংলবস্থু লাকপা লুরে : শহরদা ফুন-ৈনরে ঈ-নাই তানরে। অদোম্না থুংগদৌরিববু কদায়দনো ?"

"মতনিনে খল্লিবসে। মনাক নকপা স্বায়দা করিগুম্বা হোটেল থিবিবা ফংগদ্রা ?"

"মতুদি ঙমগনি। অত্তুবু মফম অত্তুদা লৈফমদি ফংলোই। অয়াপ্পা শরুক হোটেলগী চাকর, বেয়ারা, পুজারী কিবনা চেন্নগ্রে ; মফম অত্তুদা লেবা মীশিং অত্তুস্থু চান-খক্লবগীদমক রানরে অনৌবা মীদি লৌশিন্দ্রে।"

"অত্তু ওইরবদি য়াম্না অরাবনিনা" হায়রদুনা ভদ্রলোক অদুনা লোয়নবীরোমদা য়েংলম্মি। অকিবগী রাখম্না তনৌবীদুগী মায়থোংদা তাররে। ষ্টেশনদ পোত্থাফম কা ফংনবা হোৎনবস্থু অরেম্বা তারম্মি। পৃন্নমক হান্ননা অথাম্নদ চংকদবা মীশিংনা লৈশিনগ্রে। য়াম্না তৌকম খঙদবা মিৎয়েংনা য়েংলম্মি সুপীদুনা মহাক্কী মপুরোইবরোমদা।

আধারকারনা হৌদোক্লম্মি, "রারৌবিরোই হায়রবদি, লেংবিরসি

ঐগী ফ্ল্যাট্রা। হয়েং অয়ুক থিবা ফংবা য়াই অদোমগী মরী-মতাশিং। ঐগী গাড়ি লৈ।"

ভদ্রলোকনা য়েংলম্মি সুপীত্রুদা। মহাক্না হাইফেন্তুং চিংননা ইংরেজীদা হায়রম্মি মপূরোইবত্রুদা, অত্তুম্ ওইত্রুনস্থু ব্রা-ঙাংগী মওং অত্রুদা অধারকারগী চিংনবা লৈরমদে।" অহিংদা খঙহৌদনা পাউ পীদনা ঐখোয়না মখোয়দা থুংলুরবদি মহাক্কী সুপীবু য়াম্না ওৎপা ওইনা থোক্কনি।"

অমুকস্থু সুরদো। অস্নুন্না খল্লি, সুর অসিমক্না ভীমসিংহগী তালোয় পদ্মিনীনা রাজপুত পাখঙ পুন্নমকপু পুক্নিঙ থৌগ-ল্না লান্দা থরায় পীথোকহনখিবা, ওইবা য়াই হেলেন অব ট্রয়গী, মহাক্কীদমক মশীং লাকঙমত্রবা লালগী জহাজ লুপখি সমুদ্র ঈপাক্তা।

আধারকারনা হায়রম্মি, "অহিং অমগীদমক পাস্বৈ লৈত্রবা অতিথিশিংবু য়ুমদা চঙজফম পীবদা সুপীবু ওৎপা ওইগদ্রনে, ওইরবদি ওইরেদনা। অত্তুবু অদোমদি করিমতা মুংশা থৌবিগনু। ঐগী সুপীনা করিমতা মুংঙাইতবা তৌরোই, মরমদি ঐগী সুপী লৈজদে।"

"সুপী লৈতে? ওঃ, অত্তু ওইরবদি —" হায়না হায়না লেপখ্রে সুপীত্তু।

আধারকারনা হায়রম্মি, "অত্তু ওইরবদি করি তৌবা?"

"অদোমবু থাগৎচরি। করিনো'মা তৌত্রুনা অহিং'সিমদি প্ল্যাটফোরমদা অস্থুম লেঞ্চরগে।"

"ওঃ, ময়ুম পান্দবা মীগী ময়ুমদা অতিথি ওইবসি সমাজগী মিৎয়েংদা অকায়বা লৈ অসিরা? নিঙশিংলুদ্রে। ফরে, প্ল্যাটফোরমদা লৈবিরো। কিফম লৈতে। হৌজিক্তি হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা কুলিস্থু উত্রি, অত্তু ওইত্রুনস্থু নকয়াশ্বাইদা লৈরমগনি। হকচাংদা মমল য়াম্বা লৈতেং য়াওরি' স্যুটকেশশিংগী মনুঙদস্থু লুপা চা কয়ামুক্কী পোৎ-চৈস্থু য়াওরমগনি। খল্লি, মখোয় লাক্লগনি কুইররোই। হয়েং অশিবা হকচাংত্তু পোৎলোইবগী দরকার ওইরবদি পাউ পীবিরকউ। ফরে, চৎলগে গুড নাইট" হায়রম্লগা খোঙথাঙ থুনা আরধাকার চৎখ্রে। খোম্থোক্না মহাক্কী ইকাইবা নংবগী

মুংঙাইতনা অমমুং কংলবা খোম্মোক্লি।

তৌইগুম্বমুং মিনিট মঙারোমগী মতুঙদা অমুক উরে আধারকার হল্লকপা। হায়রম্মি, "তাবিয়ু, পাম্বে অম থোপ্পা লাক্লে। ঐগী ফ্ল্যাট্টা লেঙলসি। অদোমবু থিল্লল্লগা ঐহাক ময়ানকপা ঐগী কেরাণীগী য়ুমদা চত্তুনা তুমজরুগে। অত্থ ওইরবদি য়ুমগী দোষ লৈত্রেদনা লুহোংদবগী। মন্নুঙলোমদগী পোরোন নিংথিনা থাজিনবিয়ু, অওইব মা ওইরবম্নু, প্ল্যাট-ফরমদগী মসিনা খুদোংথীবা লৈরোই।"

হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা কুলিগী মিংদা মুপীদুগী পুক্লিঙদা চপচানা অকিবা ফংগ্রে। মপুরোইবগীম্নু প্ল্যাটফরমদা অহিং লেনবগী রাক্ষমসি য়াম্না পাম্বদি ওইদ্রে। মরম অদুনা আধারকারগী রাক্ষম অদুদা য়ারম্মি। কুলী থিবা ফংলমদে। আধারকারনা মখুৎমক্লা চাওরবা সুটকেশ অনি য়ান্দুনা গাড়িদা চৎলম্মি।

ফ্ল্যাট মচানি। তুমফম কা অমতনি। চাব-থকপা লোইরগা আধারকারনা চংকে তৌরকপদা মুপীদুনা শেংলবা ইংরেজিদা হংলম্মি; "তৌরিদুবু করিনো, কদাইদা চৎপিগদৌরিবনো?"

"ঐগী কেরাণীগী য়ুমদা।"

"কেরাণীগী য়ুমদা? মদুদি কয়া লাপ্লগে?"

"মাইল মঙারোম ওইগনি।"

"অমুক থেঙলবা অহিং'সিদা? থোইদোকপা দরকার লৈবিত্রা?"

"দরকার হায়ববু অহিং'সি লেনবনি।"

"করিগী য়ুমসি দোষ লৈরব্রা?"

আধারকারদি মদুগীদমক শেম শারমদে। হায়মম্মি. "দোষ নত্তে, হায়বদি অদোমগী খুদোং চাদবদা—"

মরক থত্তুনা মুপীদুনা থাঙভমদবা খোম্মোক্লা হায়রম্মি, "ঐখোয়গী খুদোংচাদবগী রাসি অদোমদা কনানা হায়রম্বগে? অদুগা খুদোং-চাদবা ওইরবম্নু; অদোমনা চানবিদুনা চঙজক্ষম পীবিরে, অদুগা অদোমবু ফুন-চৈনবগী অহিং অসিদা য়ুমদগী তাম্মোক্তুনা ঐখোয়গী

থুদোংচাননবা হোৎনবা , ঐখোয়বু অত্তুক য়াম্না হৌন-থগুদবা তাহনবি-রিবা করিগীনো ? মদুগী মহুত্তা হায়রিবু, ঐখোয় অমুক হন্না গুসাইগী ষ্টেশনগী প্ল্যাট ফরম অতুদা চৎচখিগে ।

মপুরোইবা ভদ্রলোকতুনসু থরায় য়াওনা হায়রকই, "অরেম্বদা মশাই, অহিং অসিদা মপান্দা চৎকে হায়রিবসিবু !"

তৌইগুম্বসুং অমুক মরৈ য়েংনবা হৌরক্লে তুমফম্মগী মরীদা। কাংথোন্দি অমতনি। আধারকারনা মত্ত অতিথিশিংদা পীবা পাম্লম্মি, মহাক্না ড্রয়িং-রুমগী মেজদা তুম্বা। অতিথিশিংনা নিঙলিবা মদুগী পুমওন ওন্নবনি। অদুবু হন্দকমুকসু সুপীতুনা ওমলে ।

মহাক্কী কাদা তুম্বা চগুন-চগুনা আধারকারনা হায়রম্মি, "মসি য়াম্না চুমদবনি মপুক্লিংদা শোয়দনা খল্লমগনি মীসি কয়া নাতৈ চাবা ওইরম্লোই। মশানা মুংঙাইনা কাংথোন্দা তুমথোক্লে অদুগা অতিথিশিংনা লৈপাক্তা তুম্বা ."

মোমোন নোক্লতুনা সুপীতুনা হায়রম্মি, মীসি কয়া নাতৈ চাদে হায়বসিদি শামিন ফংজরে। য়াম্না খৎনগনবসিদা ."

"খৎনবদা ? বা !, কৈদৌঙৈ খৎনখ্রিবা ?"

"তৌরনে প্ল্যাটফরমদা হায়নখিবশিংদো. মতুগীদমক ৱা কয়া য়াম্না তাহনখ্রে, কেরাণীগী ময়মদা চত্তুনা তুম্বা পাম্লম্বদো ! চৎপিরো, করিসু হায়নিঙঙাই লৈজদে ! অহিং থেঙলে। হৌজিক্তি ঈংনা তুম্বিকরো ।"

মথংগী সুমিত্তা অধারকারনা য়াহৌবসি য়াম্না থেংলে মীনায়গা লাউন খোৎনরিঙৈদা ঘড়িদা মতম অত্তু চাওরাক্না পুং নিপাল্লোম তারে। থুনা ফি হোংদোক্লগা পোরকপদা উরে টেবলদা অয়ুক্কী চানবা পৈরিবদু। অয়ুক ঙাল্লি হায়বদু খগুহম্নবগীদমক সুপীতুনা নোক্লদুনা হায়রম্মি "ঙরাং তুম্বা চৎলমদাইদা হায়বিরম্বা, ঐখোয়না লৈপাক্তা হিপ্পগী ৱাত্তু খন্দুনা কাংথোন্দা তুম্বদা অদোমগী তুম্বত্তু মপুং ফাত্রমাম্লে। কনশেন্স্না নিন্দা তৌরগনি। মসি অদোমগী নিংথিনা তুমদবগী মওংলা ? কনশেন্সকী নিন্দাগী মীরদা খনবদা পুং নিপান তারবা ?"

আধারকারনা ইকাইবাহনা হায়রম্মি, "এডভে, এমা হুরহুগা লোইনা-মোরননা কনশেকতু হুমদা জান মাঙলয়ে।"

খোজেন মাংবা নোকখ্রে টেবলহুদা। মপুরোইবা অমসুং মুবগী হোনা নোকপত্রদা ভিসরে মুপী খোজেনগী হায়রুমদনা হুংশিরবা খোজেন। মুপীহুনা হায়রম্মি, "অহুনা নাখোকপদা মনিংগী যুমদা মিং অমি অমতা ওইনা উইশিনবগী দায়।"

"নাখোকপা? ঐবু নাখোকপ্রনে? কদাই, ঐদি মহুগী শউম অমত্তা কংদেনা।"

"মহুনি হুংতাইরিবাদ। শউম হেক কংবগী কিমম লাকপদা নাখোকক্রে।" অমুক হন্না মুপা-মুপী অনিমক্তী খোজেন তিমহুনা নোকখ্রে।

সন্ধ্যা সমাপ্ত ওইরপ্পা অতিথিশিংত্র বিদায় লৌরহুনা মরী মতাগী মযুমদা চংখ্রে। নোঙ্‌ক্রা হায়জরক্লগা চংখ্রে অশংবা মতমদা মখোয়গী অহুদা অমুক্তং লাক্রবা। আধারকার শেমহুনা লৈরম্মি মখোয়গা গাড়িদা হেক তোংমিন্নবা হায়হুনা, অহুবু মহুনা যান্না হৌনখত্তবা ওইরগনি খনবদগী পুক্নিঙবু থেমজিন্দুনা লৈহৌই।

মখোয়বু গাড়ি তোংহনখ্রগা আধারকার হল্লক্লুনা মাহোন্দা কন্নম্মি। পাগে হোৎনরম্মি অতৈ হুমিংকা মত্তোগুম্না ইংরেজী মুংশি রারী অমা। যান্না চঙশিনবা ভম্নমদে। থম্মোই হন্না হন্না কংভাওনবা হৌরক্রে। হুমিং থুদিংগী সন্ধ্যাদা বিলিয়র্ড শান্নরা চংলি জিমখানা ক্লবত্তা। হুমিংতুদি মতোন্দা হৈনিঙবা অমম্না পোকখিত্রে।

হুনন্দা ব্যানার্জীহোয় হুমিং তরানিবোম বোৎখেদা লৈরম্মি। হুমিং থুদিংগী হুমিদাং বাইরমদা অফিসতগী আধারকার চুমজিংনা লাক্লগা থুংলম্মি ব্যানার্জীহোয়গী মরী মতাগী ময়ুমদা। হুনম্বৈনা

চংলি করিগুম্বা সুমিত্তা সিনেমাদা, করিগুম্বা সুমিত্তনা এ'পোলো বন্দর করিগুম্বা সুমিত্তনা মহলক্ষ্মী মন্দির করিগুম্বা সুমিত্তনা এলিফেন্টার কেভসতা।

বোম্বে থাদোরগা মথোয়গী লৈকম লাহোরদা হনখ্রে ব্যানর্জী মতৌ-হনাও। আধারকার লৈহৌরে বোম্বেদা, হয়া চৎথিরম্মি মশাগী রূপ য়াওরবা, রস য়াওরবা, ফজবনা হন্দোকপিরম্বা পুন্সিগী চোকথনিঙঙাই ওইরবা পোংশিংনা অমুক হন্না কোরশিল্লবা মরক্তা। অয়ুক্কা অমুক পুরক্তে, ঙাইজবা অমতা, সন্ধ্যাদা লৈত্রে করিগুম্বা নিজনিঙাই অমতা, অহিংদা লৈত্রে মথং সুমিংকী থরায় য়াওনা ঙাইজবা অমতা। সুনন্দা য়াওরবা নগরীগী করিগুম্বা মকমদস্থ চিংশিনবা লৈত্রে, করিগুম্বা মকমদস্থ অথুম্বা লৈত্রে, লৈত্রে মহাও।

অচুবু কায়নবা হায়রসি থাইনবা নত্তে, পূনশিন্নবগী অর্থ অরোইবা নত্তে। উন্নদবগী পোথাকম লৈরি চিঠিদা, শন্দোক্না হায়বা য়াই হৌবদা। লাহোর য়োরগা সুনন্দা ব্যানার্জীনা ইরম্মি,

"মিষ্টর আধারকার, উপায় লৈত্রবা অথেঙবা অহিংদা শকথঙদবা মীশিংবু অদোম্না চঙজকম পীবিখি। অতিথি সেবা পীবিরম্মি অরিকপা লৈতবা খোজালগা লোয়ননা মচুগীদমক থাগৎচরি। অদোমগী মীয়োক মীচান কবগীদমক মতম পুম্নমক্তা নিঙশিংজগনি।

পাউথুমদা আধারকারনা ইরম্মি,—

"আহং অমতং লৈবিরম্বনা ব্যাচিলরগী শুহাবু অদোম্না ইকাই খুম্নবা পীবিরম্মি, য়ুম্বু পীবিরম্মি মপাল নাইজবা মার্যাদা। তৌবিমল খঙবদি এনা উৎকলবান। মীয়োক মীচান ফজবগী কোঙদোকফমদি থবক্তনি, মচুদি য়াম্না লুবনি; মুংশিগী চঙজকমদি থংখোইদনি, মচুদি য়াম্না বানা ফংবান। মিসেস ব্যানার্জী, অদোমগী মুংশিহৈবদি য়াহৈনা হায়দোকচবা ঙমজদে।"

থুনা পাউথুম লাক্রে চিঠিগী। "থঙজরে, অদোমগী হৈ-শিবেদি চুম্নবগী মীচঙ মীথোক কজবদা নত্তে, চিঠি ইবদমুনি।

মশাই, অদোমদি চারুদত্ত নত্তে, অদোমদি চারুবাকনি।"

অমুম্বা তোত্থুনা চিঠি ইবোক ইশিনগী থবক অসি মাইকৈ অনিমক্তা চথরক্লে। চিঠি অমুদা কোংদোকপদগী কোংক্রোক্তনা শরুক্লা য়াম্মি; মাইহৈদগী অর্থনা হেল্লি।

থক্লমদবা অওনবা থোরক্লে আধারকারগী পুক্লিদা। মহাক্কী পুক্লিগী হৌগৎলকপদগী হৌজিক কাওবসি লেম্লক্লি লাইরিক লাইওন অমুগা কল কারখানাগী মাথন্দা। সোনার কঠিনা শোকপদা মারীদা রাজ কন্যাগী মতৌঙ্গা থওহৌদনা মাকাম্লক্লে ওসিদি মশাবু মহাক্কা অহানবা ওইনা মশক থওজরে। ওমথৈ নাইদবা বিদ্যাগী কংলবা পাণ্ডিত্যগী মরক্তা নত্তে, নত্তে, তাম্নশিল্লবা লনগী চাউরবা পুক্কেদা।

থো শংলবা সন্ধ্যাদা চিক্লবা য়ুমগী মচা অমদা থক্লুবদা সুংগাইদৈ নিওশিং শরুমছু, সুনন্দা হায়বীছুগী! তুথুমনছনখ্রবা আহংগী ইচিকছুনবা পুংকমদা থওহৌদনা মিকপ থোকপদা থম্মোইদা লাকই মারীদো, সুনন্দা কৌবীছুগী। মসিবু করম্বা অওকপনো মসিবু করম্বা অথুম্লনো, অরা-সুংগাই মাম্নবা হায়ওমদবা পুক্লিওগী মত অসিবো।

মথম্মোইদা অমুক্কী মতিক চৈথেং কংলিবমথৈ মচোন্দা টকাইবা পোকচৈ, নিওঙমদ মাথল পোকই আধারকারদা। চৈবাক পী শোল্লবা পুক্লিওনা। মতুংদা করিগুম্বা মুমিৎ অমদা শেল্লহৌজ্রবা মিকুপ্তা সুনন্দাগী মকমদা থম্মোইগী হাথল অসি ইজিওনা কোংদোক-থিপক্রা হায়বগী মাম্নবা মাথম্না মাহাম্ল।

"নত্তোন্দা জিন অমম্নুং লাইম খজিক্তং পীখোরা; মিনি সাহেব ? খংতোক তোক্লগা আধারকারনা হংলমই।

প্রাণতা মতম অহু কাওবা ওথারদগী হেন্না যাওরম্মি। থাকতুনা পারকবা হায়রম্মি, "অলমতি মিত্তরেণ।"

মিনিট খরা তুমিনা লৈরম্পা আধারকারনা হায়রম্মি, "ঐবু শোয়কবা তিকেন অমনি হায়না লৌপ্পগনি।"

পাউথুমদা হায়রম্মি, "অদোমগী হাবাহু লোইশিনবিরো ঐদি রিপোর্টরনি, রিকর্মরনত্তে। মিনি-সংহিতাদা নিয়ম লৈত্তে করিগুবা প্রায়শ্চিত্তকী।"

চহাক লেপ্লুরবা মতুংদা লেমহৌম্বিবা শক্ক অহু লীবা হৌরক্লম্মি আবাকারনা।

থা অহয়োমগী মতুংদা মিলগী থুদোংচাদবা থমগী দরকার লৈত্তবা লাহোরদা লাকপা তারম্মি। হায়চুনা কাম্নদে, ব্যানার্জি সজাইদা অতিথি ওইরগে।

অতিথিবু ভারত মচাশিংনা সেবা তৌই পূণ্য কংনবা, মহাকপু লুনা তৌই পুকচেল চাউবা উৎনবা। অদুবু অতিথিগা অমত্তা ওইশিনম্মিরবদি মুংশিবা ওইগনি। অদুগুম্বা মুংশিবদু মপাল মাইদনা লৈরম্মি সুনন্দাদা। লাহোরদা আধারকারগী থবক্তি মুমিং হায়বগী মতুংদা লোইরে। অদুবু থবক লৈত্তবা পারী পুরী কাক্লবিজৈদা বার্থ রিজার্ভ করাবক হয়া ককথংলবা মতুংদা বোম্বেদা হল্লকপদা মুমিং তরানিথোইহান হোল্লে। তৌইগুবসু বোম্বেদগী চংথিবা আধারকার অমসুং লাহোরদগী হল্লকপা আধাকার মীওই থনিহু মশা অমত্তা নত্রে। মসিগী মরক অসিদা মহাকী মপোক অমা ওনপ্রবনি।

লাহোরদা থুমদাং হাইরমদা থওনবা মরুপ অমা উরবা চংলুই, শহরদগী কনা য়ান্না থাপনা। নিংডম্মি সক্ত্যাগী মথাংদা হল্লকে। অদুবু হন্দোক্তুনা লাকপা তমদে হায়জবহু, মকম অহুদা মুমিংলাংগী চয়া চাবা তারম্মি। হল্লকপদা লম্বীদা নোং তারম্মি। অহুগী মথক্তা তোংলিবহুম্ব অল্লেকপা ওইরম্মি। টাঙাগী শগোল

অমপুং কমকম অনিমক মনবদা চপ মান্নরে, চংন-চংনা চাকা অমা নাম্বোক্তুনা তেক্তুনা তাপ্রে খঙহৌদনা, তোংলিবা মীচু তারম্মি লৈথোম ওাকা চায়রবা লম্বীদা। অরাং ভারতা নিংথমগী নোংদি নোংজু-খাগী কপ্পবা নোংদগী ফেন্নি। মী চত্রবা লম্বী নাকল্দা কুইনা চোন্তুনা লৈরে, ব্যানর্জী মমুমদা চত্রকপা মতমদা ফুম্বিকাগী পুং মরিরোম তারে।

তপ্পা থীনবদা থোড হাংদোক্লক্লিবা মহাক অত্তুমক স্নুনন্দা ওইরম্মি।

"কদাইদা লৈরুবগে নোংনা অসিয়োনা চুপ্পবা মরক অলিদা ? অহিং চুম্নসি ভাইবদা শিরে" হায়না হান্নমা খনাউ ফুনপ্রে পিম্মী। চাইরুং অনিদা অতংপা লৈত্তনা পিরাং শিন্নরম্মি। ঐন্ন থাওবা ভমক্রত্তুনা মনিঙগী কাদা থুনা চংলম্মি।

থোড হাংদোকপগী মখোন্দা মুখুরেমচু তুম্বা কায়রম্মি। মহাক্না দোকানগী সিড়িদা কুমথরক্তুনা হংলম্মি, "করি তৌরবগে। অমুক কুইর্নসি কদাইদা লৈরুবগে ? ঐখোয়দি খনবদা শিরে, মীরমদ অচি ওন্দা থুদাংথিরবা ভম অসিদা কদাইদা করি থোকনি। সুকল্দাদি মিনিট অমা ওওবা কমুক্তদা চত্তত্রবনি। মাক্লোন্দা লেপ্তুনা অমরোমদা অমুক অমরোমদা অমুক মেংচুনা লৈরবনি মখোল থজিক্তুং তাবদা টাঙ্গা লাক্রবোই নিঙচুনা মথাদা কুমথে।"

আধারকারনা গাড়ী কায়বগী মরমচু শন্দোক্লা হায়রম্মি, মহাক্না থেংবগীদমক ভাকপিরবা হায়জরম্মি। স্নুনন্দা-না মপাল থোরক্লগা খোঙ্গেন্স লুম্না মরক থংলগা হায়রম্মি, "চোংলব কি-মোলচু চোংদোকরোইদ্রা ? টাঙ্গাগী চাক ইঙ্কি কয়া কাবরবা, শপোলনা গজ কয়া চোংথিবা হাংদ্রিনা রাবী পুম্নমক অসি হয়েং অমুক শন্দোক্লা হায়রদা থরদি মহাভারত চুমদবা ওইররোই। কোকগী হৌক্তিক কাওবা মচুম তারি, নিউমোনিয়ানা নাপ্তি ফাওবা থৌনা ফক্ত মপুং ফাথিরোই।

খঙলে, শাসনগী চুম্নী পাম্বরিবীঙু অহাঙবদা লৈরম্মি, টাঙা খুদোংথাবা খোকপগী য়ারীচু মনাকোংনা তারম্মি। মহাকী তুমকম কাদা চঙলক্তুনা তুম্বা হোংনরম্মি আথাকারনা। তুম্বা য়াম্রে। উমশিন্নবা থম্বাল লৈরিক্কী অকোয়বদা ঙংলিবা খোররাঙলবা খোইমুগী মতৌগুম্না থম্মোইনা হন্না-হন্না মথা ওন্থুনা য়েংলক্লে কাগী চঙকম অমদা। অতিথিনা খঙবদা মুখ্‌রেম্বাগী অসিরোনা লাঙবক্রুবা তুমক্রবা মিংনা অস্তুক কুইনা ঙাইবা, শাউরংবনা ওইনরবা য়ারক অমস্তুং পুরধকী মথক্তা শিনথরকপা পিরাংগী ঈচেম্না চুপী ওইবাগী থম্মোইদা করম্বা অথুম্না অমনা ঙসি খঙহৌদনা চৈনা পীররিবনো ? কমুঙ থাদোক্লগা আথারকার মপাম্বা খোয়ক্তুনা লেপ্লম্মি।

আহং লোইশিন্নকদৌরে। থবাগ্মিচাক য়াওব্রবা অতিয়াদা নোংগী মপৈনা কোয়শিল্লে অমস্তুং মায়কৈ ঙাকপা পামেল পরেংবু মমৈ ওইরক্লবা অহিংগী মুরৈনবনা কুপশিল্লি। লাক্লদৌরিবা অয়ুকপু ঙাইবদা খোরাংলবা মালেমগী অসিগুম্বা চাং লেবগী শককমগা মায়রোক্নিনা লেপ্লদা আথাকারদা অসিগুম্না থোকখ্রে মহুদি ঙসি মহাকী পুক্নিল দেবতাগী হয়াঙ ঙাম্মবা থুংনা শোকপচু থহানবা ওইনা কাওরম্মি লাইবক্তা। মথুং অনি লোয়হুনা কনাবু থুকম্মিবনো হায়বচু মহাক মশাম্ন খঙজরমদে। অসিঙনি ঐহাক লাইবক করে,, হাইহে অসি মহাকী নকাম্নুংগী থম্মোয়দগী হৌরক্তুনা চাউরবা ইচৈগী অমগী মতৌগুম্না লৈথক লৈথা থুংনা শীঙ্গুরগা ঙাইবং হৈয়াম্মগী বানা মরীদা পাম্নবা য়াগিপিদা খোংলক্লে।

আথাকারনা বোম্বেদা লৈ, স্নুনন্দানা লাহোরদা। চাউরাক্লা মাইল লীশিং অমরোমগী অয়াম্ননি। অহুবু মাইল মগী খীবনা ওয়াথা নাক্লে, অনৌবপগী থুদমদি থম্মোইনি। থম্মোইগী উম্মদনা

ভিরবা চেংলবা লৌপুরনা ওহোক্লা থাম্মা লৈনখ্রবা। মুপা-মুপী অনি অসি অমম্মা অমগা লৈনিরৈ খুইদগী নক্লা। মুনম্বানা মোংবা রাগী মতাঙ ওইনা হায়রম্মি, "চারু, ইংরেজীদা রা তাংবগি মুংতাইতে। ঐনা করিগুম্বা মারাথী তাংবা তম্রবদি ওহোক্লা মুংতাইরমগনি"

আধাকারনা, "চৌংনা মহম্মদগী মফমদা লাকপা তমরবদি মহম্মদনা চাংগী মফমদা চংপা তারে।"

ওমদববু ওমখ্রে আধাকার। থা তরুক্তা বাজনা তম্মি, চাহি অমদা চৌনকা পুরম্মি রবীন্দ্রনাথকী কাব্য, চাহি অনিদা পাখনা মতিকচাবা বাংলা সাহিত্য পুম্নমক শক থঙনরম্মি।

আধাকারগী মরিমতাশিং লৈত্রে। এচন মুপী অমা মপুরোইবা মচাগা লোয়নমা লৈ। মখোয়গসু লোম্মিরদে। মতম অমুক কুইচাসি লৈরোন রাওত্রবা লৈরাংগুম মতোমদা মপুং ফাজহনা লৈরক্লবনি আধাকার। থবক্তা, রাথন্মা, পুলিসেনবদা মনিঙতম্বনি। হন্দক্কি মনিঙতম্বা পুলিসগী ঈচেল তোংখ্রে। বোম্বেদগী লাহোরদা চিঠি ই, "নন্মা, য়ুমগী বেয়ারাসি ছুটি পাম্ম থা অহমগী লাক্লিবা থাসিগী তলবকা লোয়ননা, পীগত্রা পীরোইত্রা ইরকউ।" নত্রগা ই, "মালাবার হিলস্‌তা রালকেশর রোডতা য়ুম য়োম্রি য়োঙনা লৈগত্রা?

মশাগী অক-কন্তগী দারিদ্র পুরমক তাখনগী লোংনুব পুরমক থাম্মা লৈগ্রবী মরী লৈনদবী, হুমাং থরগী ররাওদসু মশক তকথঙ থঙনরমদবী ডাক লেনবী অমগী মখুত্তা শিন্নখোক্‌না মিতায়দনা লৈখোকলম্মি। মশাবু পাখোকচবদা অমুকা মতিক মুংতাইবা, মথা পোনবদা অমুকা মতিক হৈংবা, মসিগী মরাওদা করোইতেদসু থঙাখক্রি মহাক।

চাগী থোৌরাংতা নত্তে, ইকজনবা টবতা ঈশিং থগ্না লৈ, কিয়ান-কমদা ভোৌরোক ভোৌবা গমশা, সাপোন উপুদা আনকোয়া মনব নম্বা সাপোন। তুমকম কাদা থাহ্না লৈরিবা কমুত্ত, কাংথোনগী নাকন্দা টেবল মচাগী মথক্তা কজরবা টেবল-ল্যামপ অমস্তুং হন্দক্তা কোত্তলিবা ইংরেজী উপন্যাস থগ্না, লোয়ননা জয়পুরগী ফুলগ্রাশতা চেকশিন্না থাম্বা আধারকারগী পাঙ্জরবা অভোৌবা করওী চয়োং।

অতিথিগী সেবাদা; লুনা ভোৌবদা, পেন্নবা হোৌংনবদা করিমতা য়াত্তে। অহুম ওইহুনস্ত্র করিগীনো মরম লৈত্তনা অয়াবগী মমিনা তত্তনা থম্মোৌই লায়ুমদা ত্তারিয়া আধারকার মশানকন্থ থডজদে। মীয়ৈবাক্তা লৈরিত্তৈদা তুমত্রবা অহিং কয়াদা ঙসিগী মিকুপ অসিত্তবু থনথি। কায় হায়গনি, পূক্লিত্তদা মহুতবু কয়ারক হন্না থনখিবা। শাংলবা থা তৱানিথোইগী তুংশিন্দূনা থম্নবা য়াগী মহুত্তদা করম্বনা থ্বাইদগী হান্না হায়গনি, করম্বা য়াহং করম্বা পাউ পীগনি অমস্তুং লোৌগনি, মসিতা থম্লম্মি মুমিং কয়ানি, অহাংবা মিকুপ্তা উন্নরগা থন্দুনা লৈরম্বা য়াশিংহু, কাউথোকথিবস্থ য়াই, হায়নিংবা য়ানা হায়হোৌদবস্থ য়াই, ওইবা য়াই ইচম চম্বা য়াহং মচা অমতং হায়দোরকপা "করম তৌরিবগে ?" মহুনদি করিস্থ ওইত্রে। আধারকারগী থম্মোৌদা তিক্রি হৎপা হোৌরক্রে। হেমন্তগী মতম্নসি মপাল নাইদনা খুংলাকৈবগী থুদোল পুক্লুনা হোৌরকপনি অহুত্তম্বা খুংঙ্গাইবহু হৌজিক কাওবা লোইদনত্তম তৌরি।

আধারকার লাকোৌরদা মুমিং তরেংনি লৈর্রম্মি। সুনন্দাগী সেবা, লুনা ভোৌবা অমস্তুং মীয়োক-মীচান ফজবগী করিগুম্বা মকমদস্ত অহোৌবা অথতা" লৈরম্নদে, অদুবু হায়গী সুর অহু শরক্তে, আধারকারগী থম্মোৌদা, রস্ হাপত্রে অতিথিগী লকাম্নুংদা। কদাইদনো অহোৌবসে, কদাইদনো কাদরিবসে, থিবা কংখিত্রে। থম্মোৌইগী থুপ্নবা কাচিন্দা অয়াবতা লৈহোৌরে। য়াংলিবসি মিংবা

উবা কংদে নত্রগা খওবগ্ন ওয়দে, মচুগী চৈন্নাদুগী নাহোক্রবা কবি উপায় নৈ ?

সুনন্দা ওনপ্রবরনে ? কদাই খওদি খওদে। অচুবু থম্মোইন হায়রি, কবিনোমদি নৈত্রে। কবিস্নু নৈতবা রাকম অমমা তিথাংগুব মুখে, আধারকারগী থম্মোইদা, তিংথৌ মতোনগুব শিকথ্রবনি, মংন দ উবা কংদবা অচুবু মচৌন্দ তুগা। অচুগা মথোয়শিং অসি অসুক্কী মতিক কবিস্নু নৈত্রবনি মচুদি, মচুগীদমব দর্শাস থাক্লবগ্ন নোক্লিংতাই ওইবনি। আধারকারগী কোটগী কুদাম অমা তংখিবদা মচু সুনন্দাগী মমিত্তা নোংমা উদনা নৈব হায়বনিদা কবিস্নু তাক্লিওহাহ নৈতে। চাউরবা সংসার অমগী যুম পানবগী থবক পুম্মক পুরিবী যুমনৈমা অমগী মকমদা মগি ওইথোক্তবা নত্তে। মসি অচুম্বা রানি। তোইগুম্মুং মীওইবগী পুক্লিওদি ইওকটিভ কোজিকী তম্নবা লাইরিক নত্তে। মহাক্না কং লাউনা ওমবা রাং হংই, কদাই, থারদি অম্মুম্না উদবা কদৌদৈদগ্ন খেংনখিত্রি।

লাহোর থাদোকপা মুমিত্তা আধারকারনা চৎলগে তাক্লমব ব্যানার্জীহোয়গী মরুপ অমগী মমুমদা চৎলম্মা। ইমুং অচুদ আধারকারগী মরী থম্মখিত্রবাস সুনন্দাগা মরুপ শাক্লবদগীন যুম্নুগী মচাম্নুপীচুন। হায়রম্মি,

"ওসি কবম্না হেক চৎকদোব্রিবনো ? লাকপদি নহাক্তা মঙায়রি।"

"কদাইদগী নহাননোনে, মুমিৎ তরানিরোমচুম গুজরে।

"মুমিৎ তরানি ? কদৌদৈদগ্ন ওইরোই, ঐনা মাম্না তান হায়রি। মুমিৎ তরেৎনি। করে শাংনবগি ভোকখিসি। অদোম্না লেপ্তবিরকপসি হোখিবা থাওজদনি, গায়রিবা মুমিৎ অচুনা ইহে সুনন্দা ; ইন্দোন রাম্নু, ঐখোয় লোইনা সিনেমাদা চৎলম্মি।"

"সিনেমা য়েংবা ?"

"হোয়, ইন্দোন যান্থু অসিদা কোয়বা লাক্লম্মি। মহাক সেন্টএনড্রুজদা-ইচে সুনন্দাগা ক্লাস অমতদা তম্মিন্নরম্মিদনা? মহাক্না সিনেমাদা চত্তবা য়'দে হায়দুনা কারে। টিকেট লৈরম্‌বা মতুংদা হাম্ময়িবা হুমিং মচুগী সুংখিন্দা অদোম লাকনি হায়বগী পাউ লাক্লে। ইচে সুনন্দাদি চৎনিংলমল্লবনি, অদুবু ইন্দোন যান্থু মথং হুমিংকী অয়ুক্কী চৎপা তারম্মি। মরম অদুনা য়াম্না হায়জরবা মতুংদা য়ারম্মি। কদাই অদোমদি তাখেনা, করি থম্লগে? অদুবু শীংনবসি মায়থীবদি ওইরেদো।"

আধারকারগী মায়-খিত্তা অসিগুম্বা সুংঙাইত্তবগী মমি য়ুপ্পেংনা য়াম্মি, মরুদি, মহাকসি চুমতগী-শীংনবদা মায়থীরে হায়বা অসিত্তনি হায়না লৌবা সুই। তৌইঙম্বসুং য়ুমদা চঞ্চলপা য়াকম অসিদি থজিক্কা কাওবা হৌদোকখিরে।

আধারকারবু ট্রেন্দা থিন্দোক্লবগীদমক হুমিং অচুগী মরম্যাদা মহৈশাগী মক্কোগুম স্টেশন্দা লাক্লম্মি মতৈ-মন্নাওমক। লোখ্যাকম কাগী নাকল অমদা সুনন্দানা হংলম্মি, "নহাকপু ওসি হুমিং চুপসি পুরিগু ইমুং সুংঙাইত্তনা উবসিবু করিগীনো? করিনো অদুক য়াম্না থম্লবচুবো হায়যুদনা?"

আধারকারনা ইঙক-ঙক্লা থুদক অচুমক্তদা মশাগী বাখল লোৎশিন্দুনা হায়রকই, "কদাই করিসু তৌদেনা।"

ট্রেন থারক্লে। প্ল্যাট ফরমগী মথক্তা রুমাল হাইরিবা মরূপ মপিজাগী মুত্তিদগী অসুম-অসুম লাপথোকখ্রি। অসুম-অসুম পিকশিল্লকপনা অমম্বদা তিনখ্রে। অরাম্বগী থুদম অতাংবা থাউমৈ তপ্পা-তপ্পা লাপ্তোকখে মিয়েংগী বাংমদা।

বার্থতা চোকথরবা হকচাংহু হিপথরগা আধারকারনা থনগা হৌরক্লম্মি বাকম অচুমতা মরুদি ওসি অয়ুকগী লৌনা কাপ্পুবা

উপায় অথবা পুক্লিংগী তাহোকপা ওমন্নবা। করম্না মহাক্না লাক্লপা চুমিত্তা সুনন্দানা মহাকী মকশকা লোয়ননা চংমিন্নখিবা ? চুংশিবন্নু থাইবদগী সিনেমানা হেন্নবা ? টিকেট লৈবন্নবা ? লুপা লাক করানো টিকেট অহুগী মমল ? কপ্পা বা হায়:দাকখুবা ? হায়খিবহুবু করিমত্তা কারবা য়াম্নবরা ? কদাই আধারকারদি থনবা কাওবা ওমদে অতুওবা করিওবা হায়ন শীংনবনা সুনন্দাবু চাইবদা ইরায় লায়না হন্নোকপা ওমগনি হায়বসে। চহী অমগী মতুংদা সুনন্দানা লওন্দগী অমুক খোবকপা তারবা, নক্রপা লাহোরদগী বোম্বেদা, মতুংদা আধারকারনা মহাকী থাইদগী নক্লমবা মক্লপকী হায়জবত্থ হন্নোকপা ওম্মোইত্রা, কোক চিক্লে নক্রপা হকচাং চুংথাইত্রে হায়না তৌশিনহুনা ? চুংশিবা মীশিদমক ওইদবা থাংবদসু চুংথাইবা লৈত্রনে ?

য়াম্না করে, নমহুনা কাহুনা পুরবস্থ য়াই, অথাং ওইরিবৈগী মক্লপকী মকমদা য়াশক কায়বা ওটথোক্রমরোই। হায়না টিকেট লৈশিন্নবগিনা চংপা তারে শিনেমাদা। মসি দোষ করিস্থ লৈতে। তৌইওবসুং মত্থগীদমক লোংকমদি করিস্থ লৈতেনা, লৈরমদে অথুবা থবকস্থ, চাকশিনবা ওইদবা নমথাক !

বোম্বেদা থবক্তা পুক্লিড চঙত্রে, কুইনা লৈবা ওমত্রে। অমুক লাহোরদা চংখে। তৌইওবসুং খেয়াল ইশৈগী কায়রবা লয়ওম্না করিওবা পাৈখনসু সম য়োবা ওমত্রে, লাল কয়ানা সুর করানা শকপা হৌরক্লে পুক্লিগী রাগীনা। থাংডেন্দগী নাম্বহুনা তারকপওম তৌরে করিস্থ খোক্লদবা চুপা-চুপী অনি অসিগী চহী অহমচুপা নোংম-নোংমগী ওইনা শাগৎলক্লবা থুম্মোই ফুরা। অমুক চংত্রে বোম্বেদা। অস্লম্না হন্না-হন্না চংখোক চংশিন তৌরক্লে বোম্বেদগী লাহোর লাহোরদগী বোম্বে।

মমৈথংদা য়াম্না থাজদনা পোথাকম থডত্রব লাওতক্রবসি নোংমদি লোইশিনখে।

আধারকার থমুক লাহোরদা লাক্লে। চিংথবা হুংঙাইরবদা লৈতারে। অদুমদি ওইরগা কোংনা হায়নবগী পুদোংকিছলে। মরমদি সুনন্দাদা আধারকারগী দাখিদি আধারকারগী নমে, পুক্লিঙদা থজবনি। দাথ থস্নোইগনি। অদুগুম্বা থম্নোইদো রাথল-জান খাওরবা অতাংগী মতৌগুম্বা হয়া-হয়া পিরাংনা থনবা হৌরক্লে। চাকথা-মাঙদা থবকীদমক অকিসতা চৎপা মতমদা সুনন্দা মনাক্তা লাক্‌না লেপ্লম্লে; হায়গী মতৌগুম্বা প্লাস্টোরক্লে, রুমাল, ফাউন্টেন-পেন, খুদাং ঘড়ি অমসুং ফুরিং থাউগী শেল। মীনারমুপীনা হায়রম্মি, "মেমসাব চাকথুমদা আলু শোইরি।" মথংগী সুমিত্তা অফিসতগী হল্লকপদা আধারকারনা উরমদে কনামতম্ কোতলাগী মাঙোন্দা মহাকপু ডাইরম্বা। তারম্মি থোবাগী কি য়োল য়েংহনা লৌবদা থবক চিল্লি মেমসাব।

ম'সদা করিম্ভু শাউকম লৈতে। অদুবু ওইনচাউবা থস্নোইনি হায়দুনা; কদাই মসিগী অমাঙদা কদৌঙৈদনু অনিগুম্বা পুক্লিং হুংলিবা থৌদোক অমতা থোকখিদ্রি। আধারকারনা চৎখিবা লাকপদা করিগুম্বা সুমিত্তনু উখিদ্রি চাকশঙদা আলু শোইবদা মুমলৈনগী অসুক য়াম্না থরায় য়াওব। অমসুং পুজারীগী হয়াত্র চাম্বাগী থবক্তা অসুক য়াম্না কুপ্না য়েংশিনবা।

ব্যানার্জীগী অফিসকী থবক য়াম্না চিন্নম্মি, হল্লকপদা থেঙপনি। সন্ধ্যাগী চাক থোংলমদাইদা আধারকারনা হৌরোরম্মি, চৎসি,, কোল্লথোক্ল্লি সাহদারা পার্টেনস্তা।"

সুনন্দানা হায়রম্মি, "ঙম্মোই।"

অদুবু আধারকারনা তক্লম্মি।

"করিগীনো, চৎসিন্না।"

"ঙম্মোই, ঐ ইতোমতা নগা চংমিন্নবা উববি কীনা করি হায়নগনি ?"

ঙকপনা তুমিন্না লৈরম্মি আধারকার। মামা কুইধবা বা নত্তে, নিঙশিংবদা কুইনা চঙগদবা নত্তে। অসিনি বিলাত চত্রিঙৈগী মমাঙদসু তুমিং কয়ানি ইবানি চংমিন্নরম্মি সালিমাগী বাগতা, সিনেমাদা, সমুদ্র মপান্দা, বোম্বেগী রেস্তোরাদা। সুনন্দা মশামক্তা হৌদুনা চংলম্মি অমৃতসরগী স্নাগী মন্দির য়েংবা, ব্যানর্জীনা লাহোরদা লৈহোই। তুমিং অদুদগি কদাইদা লৈরম্মি মীশিংলো, কদাইদা লৈরম্মি মথোয়গী থম্মিঙতাই মায়কৈ লোয়নবাগী অসিগুম্বা খোইদোক হেন্নোকপা থাজবা ?

মীনা উরগা কম্মি হায়গনি ? ওম্মোকপনি, মাহং অসিমক আধারকারমক্তা হায়া হৌদোকপ্রবনি হৌথিবা তুমিং অমদা।

বোম্বেদা নিংথম লোইরমদাইদা লাইথোক্না মী মায়া নানহুনা শিনরকপগী অয়াবা অমা থোক্লক্লে। আধরাকারগী মশাদম্ব লাই হন্নোরক্লে। কয়া খঙগনি কয়া লাহোরদা পাউ অসি য়ৌগ্রিবনো। মথংগী সন্ধ্যা মতমদা সুনন্দা লাক্না থুংলবে আধাকারগী ক্ল্যাট্টা। আধাকারনা ঙক্লহুনা হায়রম্মি, "নহাক ?"

চিংনবা, হুংশিবা অমসুং ওইনবনা থল্লবা খোঞ্জেলগী পাউথুম তায়রম্মি, "মসি নত্তবা হেয়া মাবা কনাগী মকমদা লৈরি ? তুমিং কয়ানি ঙরে ?

"তুমিং নি-নি হন্নি ঙয়ে, অদুবু ঐদি পাউ পীরোই হায়দুনা থম্মরবনি।

"অঙইবা ? অদুম তৌরম্মবদি ঐবু থম্মুনা অম্মম শিহন্নেরো ?"

আধাকারনা থাঙমেল্লবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "লোমপ্পনবা

লাইনা অসিগী মখক্তা মহাকপু কনানা লাকই হায়রিবনো ?

শাউনা সুনন্দানা হায়রম্মি, "য়েংউ, ঐবু শাউহনপহু হায়রিবমি নি। কনা-না হায়রিবনো ? হাঃরিবনি ঐগী লাইবক্তা।" অহোক লেপ্পনা হংলম্মি, "মীনায়-মীশন ফত্তবশিংছুনা করম্বা নৈরকপা চত্ত্রে ?"

"বাবুর্চি অমস্তুং বেয়ারাদি কিছুনা চেনখ্রে ; মাত্রাকী ড্রাইভরত্তুদি নৈরি। মহাক্কনি হিদাক লাংথক পুরক্লিবা।"

"অকবা থোরাংনি। পাউ-চেদা 'অম্বাবা পাউদা' হাপা মথওনি হাংলিবা" হায়রগুনা ড্রাইভর থিবা চংলম্মি। মহাক পুরগা ট্যাক্সিদগী পোং-চৈ পুথংলম্মি মথক্তা। খোঙ-নুকী অমোং-অকায় উকুল কপ্পোরম্মি। কমুও কয়োক্তুনা অলোবা অমা অমুক থারম্মি, মথুংমক্তা অনাবগী হিদাক শেন্নম্মি য়াম্না হৈনিঙবগা লোয়ননা।

"আধারকারনা হংলম্মি, ব্যানার্জীদি উদেনা ?"

"মহাক্তি লাক্তে।"

"লাক্তে ? নহাক্তি কনাগা লাকই ?"

"কনাগম্ভু লাকখিরদে, ইভোমচা।"

"হায়বদি ?"

"হায়বদি হায়রবু করিনো ? মহাক টুর চংখে : হঙ্কপদা ছুমিং মরি মঙানিরোম খেঙগনি। নহাকী লায়োরগী এজেন্টকা ওয়াং-মথং নহাক অমুক্তা দোকান অমদা উনবম্মি। মতোম্দগী অনাবগী পাউ কংলম্মি। মুম শো লোনশিল্লগা চাকচা-য়াওগী থৌনদা চেৎ-চেৎ কাররিবনি। মকম অসি য়োরগা টৌলিপ্রাম ভৌরঙগা লাক্লিবনি।"

ওকপনা লোইরগুনা আধারকারনা হায়রম্মি, "ব্যানার্জীনা শাউরোইদ্রা ?"

"পাউবনু পাই।"

অহাক্‌ তুমিনা লৈবগা অথাকারনা হায়রম্মি;" মীবনু অমি হায়নগদবোনু যাদর্জী হয়রকপা কাওবা ভাইরকি বা করিগীনো ? করিগীনো অতোমক্তা পাক্লিবা ?"

মুতাইতবা খোজেলনা সুনন্দানা হায়রম্মি, পাক্লিবনি ঐ ইশানা মীনা কনি খন্নমপদগে হায়বত্থু খনছনা নঙগী নকোক ভাওগদবা নত্তে। নহাক হৌজিক তুমিনা তুম্মু।" হায়রছনা কমুই নাকপা থারিবা চৌকিছু খাংদোকপা মিহুং-খোং ময়াদা লেপথ্রে।

ইমুঙদা বৈ যায়া ভায়রদে, অনাবগী মথিত্তা রৈদনবা টেবল ল্যাম্পকী মাইগৈ অমা থবর চেনা থুবজিল্লম্মি। মাঙগী সুনন্দাগী মথাইগী শরুক অহুভা উবা ফংই। ওহাকী মমাংদা সুনন্দা ইরুজরম্মি। হাংপিরবা মশমত্থু নঙনলোমদা ইচাম চাইনা তাম্মি। শেংলিবনা ইরৈবাকী য়োংখমদা শাবা শাড়িনি। ওই- থংবা লেংজুমদগী মহাকী লৈতেংবিত্রবা কম্মাংজুংলগী জেত্রবা পাখোয়া কজরবা মওংদা তারক্লি। য়াংলপ ভোবা থবাকা কুয়রবা স্নাগী পিক্লাং পংরং অমগী মতাল থজিক্লং তাম্মি। মমতক তৌবা কা অসিদা তুমিনা দেয়া মূর্ত্তি অসি অনাবগী কমুওদা য়াতাবিবা আথারকারগী মকমদা হায়নিংভাই লৈতবা মুংশি-শকম ওইরে।" অনিমক বা অমতা ভাংলখিদ্রে। অনিমকী ইহৌ কনবা অখনগী ইথক্লা সমাজ, সংসারগী অশিকপা পুয়মক অমসুং মিংচংখীবগী মহক্লা সাইশংগী শেংগবা হোদগী নৈগী মতৌওয়া চাকপা হৌরকপগুম তৌথ্রে মুখংপা ওমত্রবা উদবা নৈয়া অমা।

মথংগী হুমিবা ব্যনার্জীগ্ন সাক্তুনা থুংলরে। আথারকারগী সাইখোকপত্থু পাইবাও নত্তে, সাইকুপ্লি। অহুবু সাবা হেক কবপা সুনন্দানী অমছনা পুছনা চংখিরম্মী সাহোরদা অহুপা থা মথায় অমগী মযাওদদি আধিকার বোথেদা হয়রকপগী বা লৈরক্লে।

মতম অহুগী সুনন্দাগী মিংথেং মপান্দা লৈরমদে, মীনা থীনা তাংনবা লোইরমদে, থম্মোই লৈরম্বি মপানগী মীনা থাদবা থাগৎপগী বাংমদা। সংসারদা মাইপুনবমদে, য়ুমগী থবক্তা পুক্নিং চিংশিল্লরমদে, মপুরোইবদা পুক্নিং চঙলমদে। মখোয় কয়ানি আধার-কারনা মিঙ্শিংলম্মী সুনন্দাদা, "য়েংউ, ব্যানার্জা অফিসতগী হল্লক্লে। চৎলো, য়েংউচো মহাক্কী অরাং-অপা।"

সুনন্দানা হায়রম্মী, "করে, ওক্লে ওক্লে। নহাক্না অমুক য়ুমলৈমা ওইবা তম্বিরগু। নহাকপু ব্যানার্জিগী মূপী অতোপ্পীরা?" মতম অহুগী সুনন্দা নত্তে মমা, নত্তে কন্যা, নত্তে য়ুমপালবী মূপী। মহাক চুরতগী প্রণয়িণীনি। মহাক্কি সুনন্দা ব্যানার্জী নত্তে, মহাক্কি সুনন্দা প্রিয়দাশনীনি।

সুনন্দাহোয় হিন্দু নত্তে, খৃষ্টাননি। চহী করাগী মমাংদা মহাক্কী মবুংখো লাক্তুনা লাহোরদা মখোয়গী লৈকম শেমখিবনি। সুনন্দা চাউরকপনি য়ুরোপকী ওইবা লমচৎ-ব্যবহারগী মমুংদা, মহৈ তম্মী অঙোবশিংগী কনভেণ্টা তাররি খৃষ্টানশিংগী চৎনবীদা। মখোয়গী সমাজদা মো ওইবাশিংনা ফিরক থুমদে, চহু ওইবা-শিংনা ইমুঙদা লৈনদে। মূপাগী অকনবা চৈরাক লৈতবা মকম অসিদা নিন্দা তোঁনগৎতাই নত্তে, মপান্দা মরূপ মপাওশিংগা তিন্নবদা অথিংবা লৈতে। করি অমুক হায়রগনি লুহোংবা থাইনবা অমত্তং অমুক তম্না লুহোংবা ফাওবা শথাঙগী চৎনবী মমুঙদা লৈরমদে সুনন্দাগী।

য়োনথাবা অচুম্বনা আধারকারগী থম্মোইবু থুম্বম চনখ্রে। অপাম্বা কায়খ্রে সুনন্দাগী। অমৃতগী চফু কংখ্রে। নৈহুনসু অমৃত থোক্লরোই, থোরক্লগনি কোঙ্গোল।

মুমিং অহুগী মূমিদাংবাইদা য়ুমদা 'হৃদয়বগী হৈনিংবা অমতা পোক্লে আধিকারদা। টৈলীকোন তোঙ্গনা থঙহনখ্রে মহাক

হল্লকপা খেৎলগনি। য়াম্না কুইনা করিমত্তা তৌদনা কোয়চং চংলবা মতুংদা থুংলরে ম্যাপগী মনাক্তা সিনেমা হোলগী মথাওদা। করি থল্লকলবনো খঙদে, টিকেট লৈরগা মমুংদা চঙখ্রে। সিনেমা হৌরে মতম অহুদা। অমথা মরক্তুদা টিকেট চেকরনা মহাকপু সিট অমদা ফমহল্লে। মা ভাংলবা ছবিনি। কিড্ ড়্ ড় প্রোজেক্টরগী মথোল শেংনা তায়। ভাবোকশিংগী মায়া, আলোচনা থয়নিঙাইগীস্ত অথিংবা লৈতে।

খঙহৌদনা মশাগী মমিঙ পনবা তাবদা ওক্লম্মি আ:ধারকার। মথাওগী পরেংদা কনা কনা ফমলবা হায়বত্ত অমখত্তা উবা ফংদে। অদুবু মথোয়হ্ সুপা নত্তে হায়বাসমদি চিংনমিঙঙাই লৈতে। আধারকারনা মনা থাজত্তুনা তারম্মি।

"হায়বমথৈ হায়জো মরুপ, থাগৎপিবমা মশাং অমুক হেন-পংহনবিয়ম্ব। করিস্থ খঙজনবা আধাকারসে নঙগী নথুস্তা শিরে, অহুপা করিগী?"— খোঞ্জেল নেম্না হায়রম্মি হুপী অমনা।

পাউথুমলক্লম্মি, "হ্যা, হায়নয়ে নঙগী ননাকোংদস্থ তারে।"

আধাকার সিটতকী লৈবাক্কা তাপে তোরম্মী। খোঞ্জেল অহু কাউনবগী মরম লৈত্রা? খোঞ্জেল অসি মহাক্কী ইতিহাসকা লোয়ননা থদংপা য়াত্রবা লীপূম্না কিশিনখ্রবনি। অহানবা তাখি চহী অহমগী মমাঙদা দাদর ষ্টেসন্দা।

মরুপ অনিগী নোক্রবা অরায়-অথুম চথরক্লে খোঞ্জেল নেম্না অদুগা আধারকারনা তাবদি মমেক অমা ফাওবা চিথদে। মাহং হংলিবীহনা হায়রম্মি," করিগীনো নাপচিক্লা হায়গদৌরিবা? ঐথোয়গী মিং পাত্রবরো? ওশেংনা উরে, মীহুগী করিগুম্বা আশা অমত্তা লৈত্রে।"

"ঈস, য়াম্না থুদোং থোগদৌরি। হে খোঞ্জেল হৈবী, অহু ওইমবদি নহাক্কা মহাকপু লানবিত্রিবা করিগীনো?"

"হায়রিবহ্ করিনো। খাওবা ওবগত্রা? অহ ওইরবদি নহাক্তৌ খাজ মানবা মায়খোংহ্ খাশিদ্রী অমমনা কুমগনি, মরূপ কায়নবা খোক্লগনি ঐঃতোন্দা।"

"করিমত্তা ওইরোই। হাণক্নুনা হায়রিবনি, ঐদি মহূদা অমাঙ অভোং করি লৈবগে? খাদবু খাদোকপিরবদি হিংজরবনি।" নোকপদি খোজেল নত্রে হনকমুক্তি।

রাহং হংলিবীহ্ মণামকম্ থরদং ওকপঙম তৌরম্মী। থঙ-নিঙবগা লোয়ননা হায়রম্মি, "করিগীনো মরূপ, আধারকারদি য়াম্না কবা মীনি হায়না নিংঙি। পুকচেল চাউই, মটেং হৈ, মরল লৈ অহুগী মথক্না স্নব নত্তে য়াম্না চম্মি।"

"চম্বা নত্তে, চম্মমঞ্জবনি। চৎনবী অ্যাম অমত্তা য়াওদে। পোং পুয়মক্ য়াম্না লূনা লোই। করম্বা মতমদা কাগী ওইনা হায়খিবা, করি তৌখিবা, মহূত্তবু থম্মুনা কম্মি, ঐহাক মাদী হুংশি লাংদা থুরে অসিনি। ইডিয়ট। তশেংনা হায়রিবাসিনি নত্তোন্দা, ঐহাক অস্নম অস্নম তম্মরক্লে।"

খঙহৌদনা কিল্ম চিংলিবহ্ তংথিহুনা উৎপহ্ লেপখ্রে, মৈ থানগৎলক্লে তাবোক শঙদা। মৈঙাল অহুদা উত্নম্মি রারী শানরিবা মরূপ অনিহ্ লোইনা লাপ্তবা সিট্টা।

মিনিট মঙারোংগী মতুঙদা তংলিবা কিল্মহ্ শম্নপা অমুক হৌমক্লে। তাবোকশঙগী মৈ অহুক মুংথংখ্রে। কিল্মহুগী মরু ওইবা রারীদি নহা ওইরিবী নায়িকা অমগী হুংশি রারীনি। মহাক্তৌ লাইরবা হুংশি মতুমক্ত অতোম্না অমদমদা পুন্নি হিংনবা লম্বী থিবা চৎলম্মী। সন্ধ্যা মতমদা ইমুঙ মহুংগী মী উহন্দনা ওমাঙ মচা অমদা শানোহনা মহাক্তৌ উত্নবম্মি। মপাগী মুম থাদোক্লগা মহাক্তৌ লোয়নবী ওইনিঙলম্মী। অহুবু

পাখত্নুনা পামদে ইনাক থুনবা কন্যাবু লাইরবা থাংপোক শঙদা চিংশিল্লকপা। হায়রম্মি, ঐবু কাউবো। খল্লু,— সন্ধ্যা অমদা খল্লূদন। মী অনিনা উন্নরম্মি লশী ময়াদা লৈবা পোঁথাকম য়ুম অমদা, অদিং লোইঁথুন নোং ভাল্লকপদা যাত্রীশিংনা চংনখে মাগী-মাগী তোঙানবা লম্বীদা। করিগুম্বা মুমদুম্ব অমুক হন্না উন্নররোই।

নায়িকাহুগী দুংশিবহু য়াম্না কনখে। মপাক্তি গুংডাই য়াইকবগী রাকম মচোন্দা কায়শু ওইনা খল্লম্নে, য়েংনচদে মণি-মুক্তা অকে অমৌ নত্রগা ঐশ্বর্য পুক্কে। মডোন্দা থরায় কখোকথ্রবা, মহাক কায়নবদা করম্না থরাই পুহন হিংগনি? হে দুংশিহৈত্তবা লাইবক থীবাবু হন্দোকপ্না চংলবদি, খোংলবা খঙ্গোইবু খোঙপাওনবিরম্নবদি, খডবিয়ু অশিবগা মহাক লেঙ্গোম্নরবনি!

ভাবোকশিংহু শ্বর থিংহুনা মাঙগী ফিজঙদা মিংকম হোংদনা মুম্না য়েংনরম্মি।

দুংশিবনা ভাওরবা মুজাগী মশাবু কংথোকপাসদা পাখত নায়কত্তু করি তৌগনি? পাউডার থানা তৈশিল্লবা নায়িকাগী মখল্লাইহুদা খুবাক্তা অমুকং কম্না থারবদি আথারকারনা খ্বাইদগী হেম্না পেল্লম-পদবনি। অতুবু মতু করম্না ওইগনি? ফিল্মদি উরক্লে, আঙোয়াদা পূর্ণিমাগী থাজা থোরক্লে, মংথবী উরীদা শাংলক্লে লৈরাং চরোং-চরোং, অমগা অমগা চিল্লোকনা দুংশি ভিক্ষা নিজরি উশাংথক্তা তোংলিবা উরোক লাবা অমোম্না অতুগা শূমতগী পুখিদা অশাংপা থম্বাল অনিনা থডকৌদনা মাইকৈ অনিদগী তাউহনা লাক্লগা অমত্তা ওইনা পূনশিল্লখি। ভারতকী সিনেমাগী অসিগুম্বা কুইনা থজনরক্লবা মওং অসি ফিল্মগী নায়কশিংনা মতম-কুইনা তৌনরক্লবা অতু তৌরক্লে। পাম্বোম তিংথোকপ্না নায়িকাবু

নাইত্রবা মিংকী নিঙ্ক্ৰবা মিংয়েংগী মমাঙদা। লিলা কয়া কায়খ্রে, লৈরাং কয়া লৈমায়দা কেনখ্রে, বাঁশী থোঙ্গেল কয়া তুমিন লৈখে।

মতম থরদং কোয়রবা পুন্সিগী শরুক অয়াম্বম্নু আধারকার মত্তোমত্তা লেল্লি। চাকয় বেয়ারাগত্তা লোয়ননা মশাগী ক্ল্যাট্রা লৈরম্বা মুমিং অদু কাওবস্থু মশাবু মশাদা লুপচম্বনা লৈরম্মি। ঙসিস্থু অমুকন্না অদুগুম্বা মরুপ য়াওত্রবা মতোমতা ভায়রবা পুন্সিদুদা হল্লক্লে। অদুগা শুনি অসিগী মরক্তা করম্বা চাউনা থেন্নবা লৈবগে। আতিয়া ঙসিদি লোইবা নাইদনা হাঙখ্রে, মালঙবস্থু মথৌ লৈত্রে, মীনা থল্লবা পৃথিবীগী সমাজ অমস্থুং সংসারগী থবক পুম্নমক মথাও য়াওদবা অমস্থুং চোকথনিঙঙাই ওইরে।

মশাগী হৌথিবা, হৌজিক অমস্থুং লাকলৌরিবগী মাইকৈরোমদা য়েংলম্মি আধারকারনা। চাউরবা মরুভূমিগী মতৌঙুম্না মফম পুম্নমক কংখে। করিগুম্বা মফমদস্থু মমিগী মচেৎ থজিক্কং, অনৌবা মচেৎ থরতং, অমম অঙাল য়াওবা অথোৎপগী শরুক মচেৎ অমা কাওবা লৈখিদ্রে।

আধারকার ভগেংনা অপঙবনি। লিক্লিবু হীরানি খল্লম্মি, হৌজিক্কা থোংনদগী থোরক্লিবা লংলবা কোরি মচেৎপু গিনি-নি হায়না লাম্না লোরম্মি। গান্ধীগী অইবা অমা উরুরে নোংমদি, হৌজিক মতমগী মরীদা। মথোয়না থৈঞ্জে মথোয় থুদিংমক মশাবু জুলিয়েট অমমমনি, অমতা ওইনা রোমিও ডজন মথায় অমরোমগী প্রণয়িনী। আধারকারনা থ'ল্ল, হৌজিক্কা অর্থ কংবগুম ভৌরি।

অদুবু শুকথন খন্দবদি ঙমদে। অমুক চিংনব পোক্লকই পুক্নিঙদা। রোমিও কয়াগীদমক থুদোংথীরবা অহিংদা লাঙতক্লবনা তুমদনা অহিং লেনবা য়াত্রা? ওইথোকপরা ঐগী অনাবগী

পাউ তাবদা মপূৱোইবা, সংসার, থাদোক্নুা মতোমদা মাইল লৌশীং অমা লাপ্পা চংপা।

বোম্বেদা হুল্লরুপা খা ময়াক্রুম অরৈবা থাচ্না হোংনরম্মি মশাবু থবক্তা মপুংফানা লুপশিন্নবা। মিলগী থবক্তা অয়ুক্কী সন্ধ্যা ফাওবা শুপা হৌরম্মি। কাউনবা হোংনরম্মি হৌব্রবা চহী অহুমগী তেন্নবা পুক্কী মওগী মীদো। অনৌবা পূন্সি অমা হৌবা পান্নম্মি। অদুবু থম্মোইদি অত্তাংগী মূথংপা য়াবা শ্লেট নত্তে মহুদি, নিওবা মতুঙ ইন্না কাংলুপগী মমি মুংথংলগা অনৌবা ময়েক অমা ইবা য়াবা। মশাগা মতোমদা নোংম নোংমগী লাল থেংনজত্না অমাঙ-অতা কয়া থোক্লে আধারকারদা। মমৈদদি অহোঙবা মমলদা নোংমা খুডহোৎনা মিল য়োম্থোক্নমলে। মাঙখ্রে বোম্বেদগী।

মাসরাদা চংখে, রুবর বাগানদা ম্যানেজর ওইরুরে। মুমিং কুইনা মুঙাইবা ফংদে। কফি কোম্পানী অমগী মপূদোনা সিলোন্দা চংলম্মি, চহী অনি ফানা লেনবা ঙম্মদে। বুয়েনস্ এয়ার্সতা য়ুগী কারখানাদা থবক তৌরম্মি; মফম অদুদস্থ নিংবা কায়রে। লম্থোইদুন মতম কুইনা লৈবাক কয়ামরুমদা কোয়রম্মি। নানকিং, ক্যানবারা টরোন্টো, ৱাশিংটন, লাইপৎসিগ, ব্রাসেলস্। মদুদস্থ থম্মোয়না কাউঙ্গদে।

নিউ ক্যাসলগী ইংরেজ কোম্পানী অমদগী মতম অমদা মশাগী মিলগী মমক আধারকারদা পোংচৈ থনা লৈরম্মি। মথোংগী তায়রক্তা লৈবা মশাগী ম্যানেজর ওইনা মহৈমথংদা আধারকার দিল্লীদা লাক্লম্মি। মফম অসিদা মরাক চহী তরামাথোই লৈরক্লে। চহী কুনগী মমাংদা লোমখাকখিবা মিল অদুগী ম্যানেজিং ডিরেক্টর অদু লৌকিক মপূ ওই খ্র। মফম অদুদা থবক তৌবা মীওইজন অমা লৈ, মথোংদুনা আধারকারগী থাগী তলব হেল্লি।

চহী অমগী মতুংগদা অমা ল্বৌখি। পুন্সিগী মুখিদাংলাইরমদা লাক্লুনা থুংলরে ঙসিদি আধারকার। হকচাংদা অহল ওইরকপগী তকশিল্লকপগী মমিনা হেন্না-হেন্না মরেক শেংলক্লে। থম্মোয় ঈপাওগী কল্লবা ইথিল নহা ওইবগী থুদন, ঙসিদি শিথরক্লবা মঙাখি।

সুনন্দাবু আধারকারনা মুংশিরক্কসি চুরতগী ঈ-তোংনা শাবা হকচাং অচুতবু নত্তে। মুংশিবগী অয়োবাদা মশাদগী শুমহৎপা অমা থোরকই। শুমহৎপা অসিগী ময়াইনা মুংশিরিবা মহাকপু ঐংথোয় ইশানা পুক্লুঙদা পুক্লিঙনা পামজবা মতুং ইন্না শাগৎচৈ। ম ঙান্দা য়াওদবা কজবহু হাপচিল্লি। মহাক্না অয়াংপা গুণ থন্দুনা হাপচিল্লি। মরম অচুনা মশকথাবী সুপীগীদমক মশক ফজবা মরল লৈবা পাখঙশিংনা অরৈবা পুন্নমক থাদোকই, অতোপ্পা মীশিংনা ঙক্লা খল্লি, "সুপীমচাসিদা করি লৈরুনা, করি উঙ্কুনা শুমহৎলিবনো ?" লৈকম থোকপহু সুপীমচা অসুদি লৈতেনা,—কার্তিরিবা মহাক অচুদি মহাক্না শুমহৎলবা থম্মোয়দগী থোরকপা কল্লাদনি। মহাক্না মুংশি ঈরক হিক্লিবা মিংক্নী মিৎয়েংদা লৈ। মহাক্না পুক্লিংগী থোইথুমরবা য়াথলগা লোয়্রননা শাগৎলি মহাকপু।

আধারকারগী মিৎয়েংদগী পাপ অদো ঙসিদি লৈত্রে, থম্মোয়দগী শুমহৎপহু লোকখ্রে। নোংমদি শ্রপংবা করি শাগৈ পূন্নমক্কী কল্লনা তোবা মীদগী থোরকপা নিংথিবা, ফজবা, শাংথানবা পুন্নমক্কী থোয়জিন্দুনা সুনন্দাবু মহাক্না থারম্মি থোইদিং মক অমমম ওইনা, ঙসিদি মচুগী মচেৎ অমা ফাওবা লৈত্রে। থাদোকপিরবা আধারকারগী মকমক্তা সুনন্দাসি ঙসিদি য়াম্না চমবা চহু অমা ওইরে। করিগুম্বা মকমকহু হায়দোকপা য়াদবা অমদি, থোইদোকপা লেমহৌবা কারিমত্তা লৈত্রে।

অচুবু মীওইবগী থম্মোয় হায়বসি কয়াদা ঙকপ্রবনো। ঙসিহু অশোকপহু তাইশিনপ্রবহু মতমদি লৈহৌরে। চেকশিন্দবা মিকুপ

অমদা শোক্রু য়বদি মদিনা নাপনা চিক্‌-চিক লাউরিবা কর্রিগীনো ?
কর্রিগীনো লোইক্লিবা মিংশিরবদু ?

আধারকারগী য়াথী লোইরে।
য়া ভাংনবা অচিকপদা হোক্লং কয়রম্মি।
"হুজুর, টাঙ্গা লৌকরগদ্রা ?"

হক্কুনা যেংই আধারকারগী মীনায়না। করম্বা মতমদা আধারকারনা তুংমিন্না ক্লেপনা চংশিনবগে হায়রত্নু কনাম্বত্তু থত্তখৌদে। মশাগী খুপমনা পাক্লো য়ারী হায়নোরক্লে ভাগিদি ইকুই কুইনা থঙনর্ব্রিবা চহী লেপ্লাক্তু ওইনবা মরূপ অমগী মফমদা। হায়দোকপা মতম অত্তুদা মিংশিরবগী ইটেল চেন্ধরম্মি। য়ারী হেক লোইবদা শুমচং-লাং কক্তু তংহল্লে, কুমথরক্লে অশেংবা লৈমায়রদা। মিকুপ অদুমক্তদা চিংনবা উংলকই, মচুমক মিংকা-মিংকা চায়না উরবনি। মরম অত্তুনা তুমিন্না মাঙ্গিব্রবনি। বিদায় লৌবা য়ারমত্রে। মীনায়বু টাঙ্গা লৌক্লম্ভু চায়না থিংলে। মথোক্তনা লম্বীদা চংখিরম্মি।

পানথংলকপগী নিংশাম্ব পানবা খাক্তম্ভু নোং মডম্রবা অতিয়াদা থোরক্লে, থাবন্না চাংয়েংরক্লে সাংলোংশিংগী পাক্লবা মাঙ্গোনগী নাকল অনিদা। লম্বীদা মী চক্তে, থোক্লেল তাদে। কদাইদনো থত্তদে ময়ানক্লা থাবল-লৈ শাংলিমায়দে। মশাকী পুক্লিত্ত হুরবা মনমদা মালডম্ভ ককজ্ঞাভেনখরে, অতিংম্ভু লৈনম্না য়োমথে।

চংনা চংনা থল্লম্মি আধারকারগী য়া। নাকোংদা তাবা হৌরক্লে ম্লংশিনা মশানা য়াম্মবনা য়াহৈ "মিনি সাহেব, ঐহাক ইন্দিয়রটমক্নি। লক্কববু থল্লুরে ক্ত লিংবনি; পাম্নবনু অওইবনি থম্লুরে। অদুবু ঐ ইতোমতনি নত্তে। পক্লা ঐগুম্বা অপংবশিংতনা পুন্সিবু অত্তকপা ওইহল্লি, ক্লুংক্লোইদা তরাবনা লোইবা লৈতনা য়াম্নে।

যুগ-যুগ থুদিংদা অসিগুম্বা কয়িস্থু থঙজ্রবা মরাম্নবক থীবগী কাওবুনা লাম্না লৌরুই, হুংশিরম্মি, অদুগী মতুংদা পুন্সিচুম্না কম্মি। থম্মোয় চোংলবা শিরাংনা সংসারবু রস থোকহল্লি, পৃথিবীবু হুংশিহল্লি। মথোয়গী অশোয়বা, অয়াননা, বুদ্ধি য়াওদবা অসিদগী কবিনা ইরম্মি কাব্য, সাধকনা ইশৈ লেংই, শিল্পীনা লাই য়েকই, থুংহৈবশিংনা নুং মচেত্তা অঙকপা ফংনা ফজরবা মূর্ত্তি হংলি। অগত্তা বুদ্ধি লৈবশিংনা চাকরি তৌগনি, লুহোংগনি, ব্যাঙ্কতা শেল তুংশিনগনি, য়ম্না শাবগী দোকানদা য়ম্না শাগনি, হুপী মচাম্নুপা মপুরোইবা মচানুপীগা লোয়ননা অমাঙ অতা লৈত্রবা পুন্সি লেনগনি য়াইবি মরাঙ কায়না। অদুম ওইনমক ঐখোয় বুদ্ধি য়াওদবা দলনা রাকম অসিমদি কয়িগুম্বা হুমিত্তস্থু য়ারোই মছুদি, সংসারদা থাদোকপিরবা মহাক্তো, থম্মোয়বু শাম্নপোংকুম তৌবিরবা যঙ্গোমনি হায়রূনা কেপে মথোম পীবিরবা,—মহাক্কি জয় ওইরবনি, অদুগা তৌশিন্নরিবদি মহাক্কি, কাপিগী মহুত্তা হুংশিবা পীরম্মিবা।

য়াম্না শোনথ্রবা থেমজিন রাইহেনি। বুদ্ধি তৌহনা, রবি ঠাকুরগী শৈরেং থাবদি লাই— "জীবনের ধন কিছুই যাবেনা ফেলা, ধূলায় তাদের যত হোক অবহেলা।"

অদুবু পুন্সিদি মীওইবগা মরী থাদোক্নরবা কায়দবা মরৈ নত্তে। রাইহে লেংশিল-লেংশিন্নগা ছন্দ শেম্বা য়াই, পুন্সি হিংবদি য়াদে।

আধারকার ওইরম্মি অদুগুম্বা মথনগী মী, মথুত্তা কয়িনত্তা থম্বা হৈতবা। মথোয়গী মরাইবক্তা অয়াবা হায়বসি মূথংপা ডমত্রবনি। রাজনীতিগী মতৌগুম্না মীওইবগী পুন্সিস্থু কিবমহুম্বা চাননবা অমসুং য়ানবা শেম্বা তাই। অসিয়োনা মমল হেনগংলবা কৈথেলদস্থু সংসার অসিদা থম্মোয়তনা মমল য়াম্না হেনবা নত্তে।

সুনন্দাগী মকমদা ওইথোক্লমদে আধারাকারগী থোঙলৈপা তাপ চানা চংপা। মহাক সুপীনি, সুংশিবা হায়বসি মহাকী মকমদদি ইচম চম্বা থৌদোক অমনি। অনৌবা পুথোকপা মত্তে, সুপাগী মকমদা ওইবগুম্না। সুপীমচাশিংদি মহৌশানা চেকশিন্নি, অদুবা সুংশি লাংবা থুরবদি মযুম পান্নি। সুপামচাশিংনা মহৌশানা থৌশাগন্দে, অদুনা সুংশি লাংদা থুরগা যুম কায়। সুংশিবা হায়রসি সুপীমচাশিংগী মকমদা পোৎচঙনি, মখোয়দদি শাড়িগী মতৌঙমা য়াম্না সাধারণ ওইথ্রবনি ; মদুদা ঈথক ঈরাং য়াঙদে, অঙকপা য়াওদে, তথকপা মিৎয়েং য়াওদে। সুপা মচাশিংগী মকমদা সুংশিবা হায়বসি পুন্সিগী ফংঙমদবা তুংঙাইবনি, লাইরবগী যুমদা বেনারসী শাড়িগী মতৌঙম লেমজনিঙাইরনি, কংলিবা মহাক অদুসু মমল য়াম্না পীরগা কংলিবনি। মরম অদুনা সুংশি–লাংদা থুরবা সুপা অদুগুনা তৌবা ওন্থি তৌঙমবা ত্যাগ অমসুং হারবা সাধন।

আধারকার মশামক্তা লোংমা হায়খি, "মিনি সাহেব, জগৎ অসিদা যুগ-যুগতা কিং এডোয়ার্ড হোয়না মিসেস্ সিম্পসনগীদমক লৈবাক থাদোকখি, প্রিন্সেস এলিজাবেথহোয়না কনাগুম্বা অন্য, স্মিথ নত্রগা ম্যাকেঞ্জিরগীদমক পিকখ্রবা ত্যাগ মচেৎ অমা কাওবা তৌথিদে। মযুম পান্নবা সুপীবু সুংশিনৈ লৈবাক পূরমক্তা মতম পূরমক্তা পুন্সিচুম্না মরুপ য়াওদনা পুন্সি লেপ্লি সুপা কয়ানা ; মতু লৈবা সুপাপা সুংশিনরুবা সুপী অমতনা করিগুম্বদা পুন্সিচুম্না মযুম পান্দনা লৈথিদে।"

ঐ অসি থম্মোয় থোংলি হায়না মিংচৎ লৈত্তে। অদুবু আধারকারগীদমক তশেংনা থম্মোয় শোক্তবা ওমমদে। সুনন্দা ব্যানার্জী ওসি কদাইদা লৈবগে হায়বা থঙদে। অসুম্না থল্লি, হৌজিক্তি মহাকী নহা ওইবগী মতম লোইরম্লগনি, মকচাংগী

